# ꯅꯨꯃꯤꯠꯅ ꯊꯣꯔꯛꯐꯝ ꯖꯄꯥꯟ ꯎꯔꯨꯕꯗ

## নুমিৎনা থোরকফম জাপান উরুবদা

**Nūmitna Thorakpham Japan Ūrūbada**

(on a visit to the land of the Rising Sun)

# নুমিৎনা থোরকফম জাপান উরুবদা

সমরেন্দ্র চোংথাম

**NUMITNA THORAKPHAM JAPAN URUBADA**
*A travelogue by*
Samarendra Chongtham, Keishamthong, Imphal

*First impression published*
By the Chorus Repertory Theatre, Imphal
on the 7th April 2001, to commemorate its
**SILVER JUBILEE**



Price Rs. 80.00



*Cover design by* Ratan Thiyam

*Distributor* Rajesh Book Store, Governor Road, Imphal

Printed at Iboyaima Printers, Loklaobung, Imphal

# ৱাহৌদোক

মশাগী ঈকাই খুম্নবা ঙাক্লবগীদমক মথ্বায় কৎথোকপবু চহি লিশিং কয়াগী মমাঙদগী চৎনবী ওইনা লৈরক্লবা জাপাননি। জাপানশিং লান্দা মায়থীরবা নত্রগা মমান্নবা, শামান-লেংমান্নবা শয়েং পান্বোম ঙানবদা মায়থীরবদি — অদুক চোপ্না হিংগদৌ' শরুকপুদি শিখিবনা হেন্না ফৈ খনবা কাঙলুপনি। মশা মতোমতা 'শামুরাই' কৌবা থাঙশাংনা মবুক্তা থিংজিল্লগা মশাগী থীবোং-থীরিন পূম্বা মখূমক্লা চিংথোরক্লগা মথন্তা আত্মাঘাট তৌদুনা শিজবা ঙম্বা মী কাঙলুপনি। মওং অদুম্না শিবা অদুমক য়াম্না মথৌনা লৈবগী খুদমনি হায়না লৌনৈ। জাপানগী মীশিংগী অসুম্বা পরম্পরা চৎনবী অসি পৃথিবগী অনিশুবা লাঞ্জাও মনুংদসু উবা ফংখি। জাপানগী এয়র ফোর্সতা অখন্নবা পাইলোৎশিংগী কাঙলুপ অমা শোয়দনা শিরগদবা অরুবা থবক্তু মখোয়না পাঙথোকই (সুইসাইদ স্করাদ)। মখোয় অদুবু 'কামিকাজি' হায়না খঙনৈ। য়েক্লবগী চেকশিন্না ঙাক শেল্লবা মফম — নোংথক্কগী বোম থাদবনা অমাঙ-অতা থোকহনবা ঙমদ্রবা মফমশিং অদুদা 'কামিকাজি' ফাইটর পাইলোৎশিংনা মখোয়না থৌরিবা এরোপ্লেন অদুনা পাইশিল্লগা পোকখায়হন্দুনা য়েক্লবগী অমাঙ-অতা থোকহল্লি অদুগা মখোয় মশাসু মথ্বায় থাদোকই। মতৌ অসুম্না অনীশুবা লাঞ্জাও মনুংদা অমেরিকানশিংগী চাউর-চাউরবা জাহাজ কয়া চুম্না বোম থাদবনা থুগাইবা ঙমলক্ত্রবদা কামিকাজি পাইলোৎশিংনা মশা-মশাগী মথ্বায় পাম্মুবা লৈতনা জাহাজগী মৈখু থোক্‌ফম উতোং (ফনেল) মনুংদা মখোয়গী এরোপ্লেন অদু পাইশিন্দুনা জাহাজ অদুবু থুগাই, মখোয় মশাসু শিঁজে।

মতৌ অসুম্না চাউথোকচবা, মশাগী ঈজ্জৎনা মাঙওইনবা, য়াম্না নাপন তৌবা জাতিনি, জাপানশিংসে। করি অমুক হায়গনি — পৃথ্বীবীদা নুমিৎনা ইহান হান্না থোরকপা লমসি মখোয়গী লৈবাক্তনি হায়রিবনি। মরম অদুনা জাপানগী অতোপ্পা মমিংবু THE LAND OF THE RISING SUN হায়নসু খঙনৈ। নুমিৎ ফাওবনা মখোয়গী লৈবাক্তা ইহান হান্না থোকই হায়না চাউথোকচবা ঙম্বা মী কাঙলুপনি। জাপান লৈবাক্কী জাতিগী ফীরালগী মমিং 'হিনোমারু' কৌই — অঙৌবনা মশা পূম্বা ওইরগা ময়ায়দা অঙাঙবনা কোইবক কোয়না য়েকই। 'হিনোমারু' গী ৱাহনসু 'নুমিৎ মকোয়' হায়বনি। অঙকপা জাতিনি।

অসুম্বা মরিল লৈরবা, নোম্বা কল্লবা জাতিগী মরক্তা জুলাই ২১ – ওক্টোবর ২২, ইং শোক ১৯৯৫ – থা অহুম লৈদুনা মখোয়গী পুন্সিবু কুপ্না য়েংনবা তাঞ্জা ফংখি অমসুং মদুদা ঐগী পূক্লীংদা ফাওবা খরদং অমসুং ঐনা উজরকপা খরদং অদু পাউদমনীংদুনা ইথোকচবনি।

অহানবামক্তদা পাবিরিবশিংগী মফমদগী ঐবু ঙাকপীয়ু হায়জগদবদি লাইরিক অসিদা হান্না মাঙজৌননা হায়থ্রবা ৱাফম খর হঞ্জিন-হঞ্জিন্না হায়বা য়াওরে। ঐনা মদু খঙনা-খঙনা লৌথোকচদ্রে। জাপানগী মরমদা থাদুনা ইরকপদা মতম অদুদা ঐগী পূক্লিংদা ফাওখিবা ৱাখল অদু শেমজিন-শাজিনবা য়াওদনা ইজখিবননি।

ঐখোয়গী হন্দক্কী জাপানগী খোঙচৎ অসিগা মমাংঙৈদা মণিপুরদগী জাপান্দা চৎলুবা কাঙবুগীগা য়াম্না খেন্নবা লৈ। জাপান্দা চহী অমা লৈরুবা মীওইসু য়াওরম্বা য়াই। তৌইগুম্বসু ঐখোয়দি মফম অমত্তদা লেঙদনা লৈবা নত্তে। থা অহুম অসি লেপ্তুনা বস অমদা চত্তুনা লম অদুগী খুঙ্গং, ঈথৎ মচা কয়া, অচৌ-অচৌবা সহর অমসুং মচা কয়া য়েংলকখি।

জাপানগী ইমুং মনুংদা মখোয়গা পূন্না লৈমিন্নদুনা চামিন্নদুনা জাতি অসিগী সমাজগী চৎনরোল কয়াসু খঙলকপগী খুদোং চাবা ফংখি। চৎলুবা সহর অচৌবা / মচা খুদিংদা ঐহাক্না মণিপুরগী ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতিগী মরমদা তিল্লিবা জাপানগী ভাবকশিংদা ৱা খরদং ঙাংবগী খুদোংচাবা ফংখি। জাপানীশিংগা মৈতৈগী মান্নবা কয়ামক্রম লৈ। মদু ঐনা শীংথারকপা মতমদা জাপান কয়ানা মণিপুর হায়বা লৈবাক অদু য়েংনীংবা ফাওখি। তশেংবমকপু ঐখোয়না হল্লকপা মতুং ইকুই কুইদনা জাপান কাঙবু অনী লাকখি – মণিপুর য়েংবা। মখোয়গী মরক্তা নুপীসু য়াম্না য়াওরকখি। শম্না হায়রবদা হন্দক্কী ঐখোয়গী খোঙচৎ অসিনা জাপান অমসুং মণিপুর অনিগী মরক্তা হেন্না নকশিন্নবা মরী অমা থম্বা ঙমলে হায়না খঞ্জখি।

জাপানগী লমকোয ৱারী অসি ইবদা শ্রীরতন থিয়ামনা পূক্লিং থৌগৎপিখি। অসিদসু নত্তনা লাইরিক অসি ফোংবগী ভার কোরস রিপরটরি থিয়েটরনা লৌবিখিবগীদমক শ্রীরতনবু থাগৎপা ফোংদোকচরি।

১৯ জুন, ১৯৯৭ ইং।

সমরেন্দ্র চোংথাম

Prof. Ch. Manihar Singh

MANIPUR UNIVERSITY
DEPT. OF MANIPURI
CACHIPUR, IMPHAL - 795 003
Phone : 220787
Extn. 252
Residence ;
KEISHAMPAT
AHEIBAM LEIRAK, IMPHAL - 795 001
Phone : 225805

*19 June, 1997*

## NUMITNA THORAKPHAM JAPAN URUBADA

*(On a Visit to the Land of the Rising Sun)*

**An Observation**

I have gone through the MS of the above title prepared by Samarendra Chongtham recounting in his own racy style what he has personally seen of the life, culture and material achievements of the great Japanese people as he had the rare occasion of traversing the length and breadth of the that charming country, Japan (covering in all 40 cities, towns and villages) as the manager of a Manipuri cultural troupe for full three months from 21 July to 23 October in 1995. Needless to say, Japan and her people are household words in Manipur since the Japanese army came down on the soil of Manipur to fight alongside the INA for India's independence during World War II. Now the present work has brought home the real Japan to Manipuri readers in their vernacular language thereby also throwing open a clear vista of the aspects of interesting similarities between the cultures of the two peoples – the Japanese and Manipuris. So, in a word, it is a bridge between the two remotely located peoples.

The attempt is laudable as it will be the first of its kind in Manipuri language and if brought out it will definitely find a place in Manipuri literature as a travelogue.

**Ch. Manihar Singh**

# THE WORLD PERFORMING ART FESTIVAL

3rd NIWABISAI, 1995

YAKUMO-MURA, JAPAN

It gives me great pleasure to record our appreciation and thanks to MR. CHONTHAM SAMARENDRA SINGH, who had participated in the World Performing Art Festival, the 3rd Niwabisai, 1995, at Yakumo-mura, Shimane Prefecture, Japan, on 16 September, 1995. I wish you success in life.

Kumanotaisha,
Yakumo-mura,
Shimane Prefecture,
Japan



Yasuo Seko
Director,
Niwabi Festival Committee

the 16th Sept., '95

POST INDIAN FESTIVAL COMMITTEE

# CERTIFICATE

To Mr. CHONGTHAM SAMARENDRA SINGH

Your 40 performances in the cities and towns including Tokyo, Yokohama, Fukuoka and small island Aogashima(with 200 population), and University all over Japan are great success. Your contribution for cultural exchange between Japan and India is great. You introduced various Manipuri culture, like dance, cookery and so on.

This is the first opportunity for Japanese to close contact with Manipuri dance. The Post Indian Festival Committee will pay the respect for your great achievement.

Mithila Museum
Tokamachi, Niigata
Japan
October 18th, 1995

TOKIO HASEGAWA

Representative
&
Director of
Mithila Museum

To CHONGTHAM SAMARENDRA

Dear Indian Delegation of Universiade 95'

It was very nice to meet you in the frame of the cultural festival held at Hakata Public Health Office in Chiyo school range.
We thank of your visit may expand grass root friendship between India and Fukuoka-Japan.
Please write letters to us for more extension of friendship.

JAYA JAYA BHARATE - NIPPON friendship

Chairman of
Universiade 95' Support Society of Chiyo
Kensuke Sakimura

K. Sakimura

Address: 1chome 21-16, Chiyo ,HAKATA-ku ,FUKUOKA city ,JAPANA 812
Tel : 81-92-641-4404

# ১. খোঙচৎ হৌবা

পৃথিৱী অসিদা মমিং লৈরবা ঠিয়েটর কোম্পানি কোরস্ রেপর্টরি ঠিয়েটরনা খনবীরকপদগী, ঐহাক্না লুচিংবা ওইদুনা মণিপুরদগী পুন্না ঐখোয় ১৯ নি – নুপীমচা আর্টিষ্ট ৭, নুপা মচা আর্টিষ্ট ১২, জাপানগী সহর কয়াদা থা অহুম চুপ্না মৈতৈ জগোই উৎলুবা। জুলাই ২১, ১৯৯৫ নোংয়াই চপচানা কলিকতাদগী এরোপ্লেন্না (শিঙ্গাপুর এয়র লাইন্স কী) ভারত থাদোক্লমই। এরোপ্লেন পাইখৎপা মতুং পঙকুই কুইদনা, নুংদাংগী চাক্ পীবা হৌরে তোংলিবশিংদুদা। নোংয়াই মতুং পূং ১ তারে ঐখোয়না প্লেন মনূংদা চাক চাবা হৌবদা। শিঙ্গাপুব এয়ব লাইন্সকী এয়ব হোস্টেসশিং অদু চহি ২২/২৩ গী লৈশাবী মচা ঙাক্তনি। মৈতৈগী নুপীমচা কয়া মানথ্রে – মশক্তু। মখোয়সু ঐখোয়বু উবদা মোমোন নোক্তুনা য়াম্না লুনা চান্না তৌবি – ইংরেজী নীংথিনা ঙাঙই। ঐখোয়গী নুপীমচাশিংগা মিকুপ্তা মরূপ শান্নখবে – মমিং মথা হংনরদনা য়ুমগী এড্রেসকা পীনরে।

জুলাই ২২ গী অয়ুক অঙনবা পূং ৪ তাবদা শিঙ্গাপুরদা থুংই। ঐখোয়গী ঘড়ী (I.S.T) দা পূং ৪ তাজবনি–শিঙ্গাপুরগী ঘড়ীদদি অয়ুক পূং ৭ তাবক্লে। অদুবু পুম্মম মমলি। শিঙ্গাপুরদগী এরোপ্লেন অতোপ্পা অমা শিল্লগা পূং ১১ তাবদা জাপানগী ওসাকা সহর তম্না পাইরক্লে। এরোপ্লেন মনূংদা পীবিবা চাক-য়েনশাং অদু ওম্বোক্লা মচু তাথ্রে অমসুং পেশেঞ্জরশিংবু লমচৎপগী অৱা অনা পুমকাউ কাউহল্লি। ঙা, শা, সমুদ্রগী নাপী অমসুং অপাম্বা মখলগী থক্লবা য়ু লোইনা মরাঙ কায়না ফংহল্লি। চাকচমাং ওইরপ তৌনা এয়াব হোস্টেসশিং অদুনা মখল মখলগী য়ু হাপ্লবা ট্রোলি অদু ইন্দুনা পুরকই। পেশেঞ্জরশিংনা মানা মানা পাম্বা য়ু লৌরগা থকপা য়াই – ফ্রি নি, পৈশা তিংদে। য়ু থকচৰ্নিংবশিংগীদি স্বৰ্গনি – হুইসকি, ব্রাণ্ডি শেরি, ভোদকা, হ্বাইট বম, রেড হ্বাইন থাদুনা লোইবা নত্তে! শিঙ্গাপুরদগী পাইরকপনা নুমিদাং পূং ৭ তাবা

মতমদা ওসাকা এরোড্রোমদা থুংই। জাপানগী মিথিলা ম্যুজিয়মদা থবক তৌবা নহা পাখং মচা অনীনা ঐখোয়বু ওক্লমই। মখোযনিগী মমীং, য়োসি হীরো অমসুং কিউসকে –মখোয অনি গাড়ী অমমম্ মখোয়না থৌরগা পুবকই। য়োসি হীরোনা মী ৩০ চনবা, এযাব কন্দিসন তৌবা মাইক্রো বস অমা (ঐখোয়না স্বাইদা মিনি বস্ হায়) অদুগা কিউসকেনা পিক-অপ ভান পোৎচৈ হাপ্লবা অমা।

ঐখোয় মযামগী পোৎচৈশিং অমসুং জগোইগী ফিজোল মযাম্ অদু লৌথদুনা গাড়ীদা হাপচিল্লি। জাপান্দা কুলি লৈতে-মী পুম্নমক মশা মশানা মখুৎনা থবক তৌবা ঙাক্লি। ঐখোয়গী পোৎচৈ পুম্বা ঐখোয়না লোইনা হোনজবে – গাড়ীদা হাপচিল্লগা নুমিদাং পৃং ১১ তাবা মতমদা গাড়ী অনীদা ঐখোয মিথিলা ম্যৃজিয়মগীদমক্ খোঙ শাল্লমই। মিথিলা ম্যুজিয়মগী মরমদা মতুংদা শুগাইনা ইজরক্কে। তৌজিক্কীদমক মসিমতং খঙজিনবিয়ু -- ঐখোযগী জগোয়গী কাঙলুপ অসি জাপানগী **'ওইকে'** হাযবা চীংগী খুল অমদা (তোকামাচি সহর, নিগাতা প্রিফেকচরগী মনুং চনবা) লৈবা মিথিলা ম্যুজিযমগী ডিরেক্টব, তোকিও হাসেগারানা বতন থিয়ামদা বার্ত্তন পীরকপদগী জাপান্দা লাকপনি। জাপান্দা উৎখিবা মৈতৈ জগোয়গী প্রোগ্রাম পুম্নমক শ্রী হাসেগারানা শীনবনি। পুন্না জাপান্দা ছো ৪০ হেন্না উৎলমই।

বস থৌবিবা পাখং (চহি ২৪/২৫ বোম শুবম্না য়াই) য়োসি হীরোদা ঐনা হংলমই ওসাকাদগী নখোযগী মিথিলা ম্যুজিয়ম যৌবসি কিঃ মিঃ কয়ারোম ওইগদগে। য়াম্না লায়না খুম্লকই – য়ামদে কিঃ মিঃ লিশিং অমবোমদনিদা ! অহীং চুপ্পা লেপ্তুনা থৌবকপনা গাড়ী থৌবিবা মখোয়সু, তোংলিবা ঐখোয়সু লোইনা ৱানরে। লম্বীদা ঙহাক খাম্লগা ময়াম চা শেমদুনা থকই, ঙহাক পোত্থাই। ঈশিং অশাবা, চা-চিনি গাড়ীদা হাপ্তুনা পুবমই। যোসি হীরোসু য়াম্না ৱারে – তুমনীংবনা শিদৌবে, ঙহাক্তা পোত্থাগে হাযবে। ঐখোয়না থোইনা তেন্না নুংশা থীখরে – মবমদি ড্রাইভরনা উইদুনা থৌবদা খুদোংথিবা থোক্লগদবা হায়না। ময়াম্মক, বস্ মনুংদা মিকপ অমমম তুম্নরে অদুদগী অহিং চুপ্পা থৌবা অসিনা – ঐখোযগী ঘড়ীদা (I.S.T.) নোংযাই মতুং পৃং ২ তাবা মতমদা নুমিৎনা নোংপোক্তা তরং তরং শুন্দোবক্লমই। মদুনা ঐখোয়না উবা অহানবা



**মিথিলা ম্যুজিয়ম, ওইকে, তোকমাচি, জাপান।**

জাপানগী নুমিৎনি – নুমিৎনা ইহান হান্না থোকপা লমদা থোবকপা অহানবা নুমিৎ, মদুগী নুমিত্তো জুলাই ২৩ নি।

ঐখোযনা মিথিলা ম্যুজিয়ম য়ৌবদা অযুক পূং ১১ তাবে। পূং ১২ নি ঐখোযনা ওসাকাদগী লেপ্তুনা গাড়ী তোংদুনা লাকপসি; লম্বীগী অশাংবা কিঃ মিঃ ১২০০ দগী তাবমলোই। ঐনা অসুম অন্দাজ তৌজবনি - মবমদি ঐখোযগী মাইক্রো বস অদুনা চেল্লিবা খোঙজেল অসি পূংদা কিঃ মিঃ ১২০-১৫০ গী মনুংদনি। মিথিলা ম্যুজিয়মদা থুংলুবদা ঐখোযগী মযামগী চানবা চাক .... ইনশাং থোংদুনা থম্বীবমলে। চাকচাবা তোকপগা অমুক পোত্থাবা তৌদনা মনাক নক্লা লৈবা সাদো-গা-শিমা কৌবা ঈথং মচা অমা তম্না জাহাজনা চৎলমই। ❑

## ২. সাদো-গা-শিমা ঈথৎ

হিথাংফম অদুদা ঐখোযগী মৰূপ তোকিও হাসেগাৱানা মাগী নুপী, মচা অনীগা ঐখোয়বু ঙাইবমই। মাগী মচানুপী বাইনা (চহী ১৪) অমসুং মচা নীপা মুন্না (চহি ৭) ঐখোয মযাম্বু উবদা হবাওনা ওকই। মুন্নাদি ঐখোয মযামগী ঙামোক্ ওইবদুনা ঐখোযগী নুপীমচা নূপামচাশিংগা যাম্না নুংশিনা লৈমিন্নে। সাদো-গা শিমা ঈথৎ অসি ফাওবা জাহাজনা চৎপদা পূং ২ গুম্বা চঙই। ঐখোযনা তোংলকপা বস্ অমসুং পোৎ পুনবা পিক্ অপ ভান অনীমক জাহাজ মনুংদা পুল্লপ থৌজিল্লগা পুবমই। সাদো-গা-শিমা ঈথৎ যৌবগা আকা-দো-মাবি কৌবা খুল অমদা ঐখোয থুংলমই। নুমিদাং পূং ৭ তাবদা ঐখোযগী নুপীমচাশিংগা লোযননা পুন্না চাক থোংমিন্নবগা চাবগা অহীং অদুমা পোখাবে।

জাহাজ পূং ২ বোম তোংদুনা লাকমিন্নবা অদুদা ঐগা তোকিও হাসেগাৱাগা ৱাবী খবা শান্নে। মঙোন্দগী খঙব ঙমই — ঐখোযগী জগোই কাঙলুপ অসিবু জাপান্দা কৌবিবসি সবকাবনা শীনবা নত্তে। কলা বিদ্যাদা থৱায যাওবা ভোলুন্টিযাব মযাম্না শীন্দুনা লন্নাই সংস্থান মযামগী মতেংনা কৌবিবনি। মখোয শেল যাম্না লৈদুনা তৌবা নত্তে, মীযামগী মতেং ফংবদগী কৌবা ঙম্বনি। অদুনা ঐখোযগী লৈফম চাফম হোতেলদা অমত্তা শীনদে। ক্লব কুম্বা, জিমনাসিযম গুম্বা নত্রগা পব্লিক হোলগুম্বা অমদা শীল্লমই — যাম্না চম্না লৈবকই।

অকাদো-মাবি কৌবা খুঙ্গং অসিদা ঐখোযনা ইহান হানবা ওইনা জাপানগী যুমদা চা-থক্কুনা অহিং লেকপা হৌখি। ঐখোযগী খ্বাইদগী ইকোই কোইনা থোকপা ৱাফম অমদি — খোঙউপ (শেন্দল) তোংবগী নিযম অসিনি। জাপানগী ইমুং নত্রগা মীযামগী শঙ অমত্তদা খোংউপ তোংলগা চঙবা যাদে-চৎনদে। মী খুদিংমক্কা হান্না তোংলকপা খোঙউপ অদু যুম মনুং চঙলমদাইদা খোঙজিন্দা থল্লগা অতোপ্পা শেন্দল অমা তোংলগা ইমুং চঙগদবনি। অসিগীদমক যুম খুদিংগী খোঙজিল মযাদা শেন্দল ১০/২০ অদুম থম্মে। হান্না থনম্বা শেন্দলশিং

অদু শীজিন্নবগা ইমুং চঙলে। মদুনসু যাদ্রি। চাকথোংফম চাকখুম চঙলমদাইদা তোঙানবা অনৌবা শেন্দল (চাকখুম শেন্দল কৌবসি) অমা অমুক শিল্লগা চাকখুম চঙবা তাই। অদুদসু শেন্দল ৫/১০ অদুম থমই। মদুনসু লোইদ্রি – মপান থোকপা নত্রগা মনুং অচৌবা চঙলমদাইদা অতোপ্পা শেন্দল অমমুক হোংলগা চঙবা তাই। মতৌ অসুম্না জাপানগী ইমুংদা লৈবা মতমদা শেন্দল মক্তা হোৎনবা অসিনা অচৌবা থবক অমনি। ঐখোয়না থুংলুবা মতুং নোংমা নীনী অদুদি থবক অমত্তা তৌদ্রে; শেন্দল লাক্লবদা পুমঙাও ঙাওখি। মবমদি কাউদুনা, মনুং চঙনবা শেন্দল অদু তোংলগা চাক্ চাফম তানা হেক চঙলুই; চাক চাবদা তোংনবা অদুনা মনুং চঙফমদা হেক তোংলুই। জাপানশিংসু ঐখোযগী শেন্দলমক্তা পান্নবদা মতম খবদি থবক অচৌবা অমা ওইখি। নুমিৎ খবনিগী মতুংদদি ঐখোযসু অদুম অভ্যাস ওইখবে।

জুলাই ২৪ গী নুমিদাং পুং ৭ তাবদা ঐখোযনা জাপানদা অহানবা ওইনা অকা-দো-মাবিগী জিমনাজিযম অমদা শো উৎখি। স্তেজ ওইনা শাদুনা লৈবা নক্তে– শান্নবোইশিংগী হকচাং শাজেল তৌযম, শান্নফমনি। যাম্না চাউই, কোনুংগী মাগুপতগী পঙতা-তাবোই। লাক্লিবা ভাবক পুম্নমক লোইনা লৈমায় মখাদা ফমই – চৌকি থাদে। লৈমায় অদু উপাক্লি, মদুগী মথক্তা যাম্না কুপ্পা কৌনাগুম্বা নাপী মখল অমনা শাবা নানখ্রবা ফক্ মযাম থাই (জাপানিজশিংনা মখোয়গী মবোলদা ফক অসিবু



অকা-দো-মারিদা জাপানগী কুস্মৈ

'তাতামি' কৌই)। জাপানশিংগী পুন্সিগা 'তাতামি' গা থাদোক্লবা যাদনা তত্তনা শম্নদুনা লৈ হাযবদি যুম খুদিংগী তাতামি থাই; মদুগী মথক্তা ফমই, মদুগী মথক্তা মোম্পাক থাবগা, তূমই। জাপানগী ইমুং অমত্তদা ঐখোয স্বাইদা তৌবগুম, ফমুং-কাংথোল লৈতে। লোইনমক উপাক্কী লৈমায মথক্তা "তাতামি" থাবগা.মদুগী মথক্তা মোম্পাক থাবগা অহিং তুম্বনি। নোংঙাল্লগা

অহিং হিপ্তুনা শিজিন্নরুবা ফিরোল ময়ামদু ফক্লাংদা 'লোকর' উপু-মচা ময়াম হাপলিবশিংদুদা, মখুম চিংথোক্লগা, মনুংদা লোইনা হাপচিনখি। নোংঙাল্লকপদা শীৎ নাল্লি-ফি অমত্তা উদে। মসিগী মরমদি মখোয়গী লৈনবা য়ুমশিং অসি য়াম্না পিক্লা শানৈ। জাপান্দা লমগী মমল য়াম্না ৱাংই। য়ুমগী কা য়াম্না লৈতে। থোঙ পুম্নমক অইনবী ঙাক্লি — থোঙ অহাইবী পান্নদে। অহিং তুম্নবা কা অদু নোংঙাল্লকপদা থোঙ ময়াম অদু ইম্থোকখ্রগা অয়ুক নুংথিলদনা মী ফম্নবা ড্রোইং রুম ওইনা শিজিন্নৈ।

অকা-দো-মাবিদা শো উৎপা লোইবগা, খুঙ্গং অদুগী মীশিং অমসুং লমদুগী মেয়োর ওইরিবা হিদিও ইসেজুকী-সাননা ('সান' হায়বা ৱাহৈ অসি জাপানিজ শিংগী মিংদা হাপনৈ ঐখোয়গী শ্রীযুক্ত নত্রগা মিষ্টর হাপ্নগুম্বনি। জাপান্দা মিষ্টর হায়বসি হাপ্নদে) ঐখোয়গী জগোইগী কাঙলুপ অসিদা রিসেপসন অমা পী। চান-থক্লবা য়াম্না নীংথিনা লাঙদুনা থেন্দনা থনমই। অদুবু ঐখোয় কনামত্তা চাবা য়াদরে — হৈনদবনি; মরমদি মখোয়না পুথোবক্লিবা চাক নত্রগা ঙা অতাউবা নত্রগা নুং হৱাইনা শাবা, শঙ্গোম ছানা মানবা মকক মকক ময়ামদু অমত্তা যোৎশিনবদা চঙউ য়ারমদে। রিসেপসন লোইরদনা ঐখোয়গী তুম্ফমদা হল্লকপা মতমদা নোংয়াই চপচানা যৌরে। জগোই ৱানা চোংউবনে-করিমত্তগা চারক্লে ময়াম পুম্না চরাম-চতৎনরদনা খোইশাওনরক্লে। নোংয়াই মতুংদা ঐখোয় লৈফমদুদা চাক থোংগৎলে-চেঙ চাক হৱাই চেঙৱাই লোইনা লৈ। ঐখোয় ময়াম চঙদুনা থোংজরগা মদু চারবা মতমদদা ময়াম নুংঙাইনা তুম্নখি। ❑

# ৩. মিথিলা ম্যুজিয়ম (১)

মথংগী নুমিত্তা নুংথিল পূং ২ তাবদা জাহাজ তোংদুনা ঐখোয় মিথিলা ম্যুজিয়মদা হল্লকই। জাপান্দা থা অহুম লৈবদু মিথিলা ম্যুজিয়মনা ঐখোয়গী যুম ওইখি। মফম কয়াদা শো উৎপা চৎলুরবসু, মতম খরা লৈরুরগা হেক্তা হল্লকই মিথিলা ম্যুজিযম তান্না। পাবিরিবশিংনসু শোয়দনা খঙনিংলমগনি — মিথিলা ম্যুজিয়মগী মরমদা খরদং।

মমিং অসিমক তাবদা পুক্লিংদা শোয়দনা ফাওবিরমগনি জাপান মরোল্ল মানদে হায়বসি। অদুবু করম্না থাপখ্রবা জাপান লৈবাক্কী চীংনুং অমদা মিথিলাগী সংস্কৃতি লৈরমইবা — মদুমক্না ঐঙোন্দা থোইনা হেন্না অঙকপা অমা ফাওহনখি। জাপান্দা মী যাম্না লৈ — তশেংনা ভারতকী সংস্কৃতিদা ঙাওজবা। জাপানগা ভারতকা হেন্না নক্লবা মরী থম্নবা হোৎনরিবা লন্নাই সংস্থান কয়া লৈ (খুদম ওইনাঃ নমস্তে ইণ্ডিয়া)। মিথিলা ম্যুজিয়ম গী ডিরেক্টর শ্রী তোকিও হাশেগাৱা হাযবা নীপা অসিসু তশেংনা ভারতকী সংস্কৃতিবু পামজবা মীশক অমনি। মহাক্কী ময়ুম লৈ — জাপানগী খ্বাইদগী মমল্ তাঙলবা লম তোকিও সহরগী "গীন-জা" হায়বা শরূক অদুদা। "গীন-জা" গী লমগী মমলসি জাপান্দতা নত্তে, মখোযনা ঐঙোন্দা হাযবদা, পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী তাঙবা মফমনি হায। হাশেগাৱানা মাগী নুংঙাইববা তোকিও সহরগী ময়ুম-মকৈ অদু থাদোক্লম্নগা ঙসিদগী চহি ২০ গী মমাঙদা থাপ্লবা ওই-কে- (OIKE) হায়বা চিংনুংগী খুল অসিদা মাগী অপাম্বনা চিংদুনা পুরকখি। চীংনুং অসিদনি মহাক্না "**মিথিলা ম্যুজিয়ম**" লিংখৎলিবা। ওই-কে হায়বা মফমসি নিগাতা প্রিফেকচরগী (জিলাগী) মনুংচনবা তোকামাচি সহরগী মনুংদা লৈবা খুল অমনি। মী যাম্না তাদে, শুপ্নগী যুম্নাক ১০/২০ লোমদমক লৈ। মফম অসি উরুবদা ঐখোয় ইরদমগী চীংগী লম তমেঙলোং অমসুং উখুল নীংশিংহল্লি। জাপান হায়বা লৈবাক আসসু ঐখোয়গী মণিপুরগা যাম্না মন্নে — চীংগী চীং

ঙাক্তা, তুরেলগী তুরেল ঙাক্তনি। মখোয়গী চীংথক্তা ইলেকত্রিক্কী ব্রাংলবা ট্রানস্মিসন টাৱার ময়াম মতোন থিনগৎ-থিনগৎতুনা লৈরিবদু উবদা লোক্তাক প্রোজেক্তগী ঐখোয়গী চীংথক্তা য়ুংলিবদু নীংশিংহল্লি। অইং-অশা, লম্মিৎ-তুম্মিৎ ঐখোয়গী মণিপুরগা ইখেন খেন্নদে হায়বা য়াই।

চহি খরগী মমাঙদা হাসেগাৱানা ইণ্ডিয়াদা লাক্তুনা লৈবাক অসিগী কলা-কৃষ্টি কয়া য়েংখি। বিহারগী মধুবানী খুলদা লাক্তুনা মফম অদুগী মমীং চৎলবা তেরাকোত্তা অমসুং মধুবানী পেন্টিং মহাকনা উখি। মতম অদুদা মহাক্না মপুক্লিংদা লেপখি— জাপান্দা অমুক্তা মীনা হান্না উন্নখিদ্রিবা ভারতকী কলা অসি মীয়ামদা উহনগে হায়না। মহাক্না অতৈ জাপানগী মীগা মান্নদবা অমনা — শা, ঙা অমত্তা চাদে। মাদা নত্তে, মাগী ইমুং মনুংগী মী পুম্নমক -মাগী নুপী অমসুং মচা অনিমক - লোইনা ভেজিটরিয়ননি। মসি ঐঙোন্দা য়াম্না ঙক্লা থোকখি। হেন্না ঙকপদি -শা ঙাদি চাদে হায়ববু ঐগী মরূপ অসি "হিদাক্তি" ফজনা থকই! জাপান্দা বীয়র (BEER) অসিনা ঈশিং ওইনা থকই-নুপাসু নুপীসু পঙথক্তা থক্লে।



শ্রীমতি গোদবরী দত্তনা য়েকপা
মধুবানী পেইন্টিং

তোকামাচি সহরদগী মিথিলা ম্যুজিয়ম, ওই-কে য়ৌবা অসি কিঃ মিঃ ২০ শুম্না ওইগনি। সহবগী মকওইবা লম্বীদগী হাইদোক্তুনা চীংনুংগী লম্বীদা থৌজিল্লমই। চীংশিং অদুদা উচান পাম্বীনা কৃংনা হৌরি; মশানা হৌজরকপা নত্তে, থৌওইনা মীনা থাবা পাম্বী ঙাক্লি। পুঙখায় অমরোম থৌরগা য়ৌরে— ঐখোয়গী "য়ুম' মিথিলা ম্যুজিয়ম। পাকচাউরবা লম অদুদা য়ুম ৫/৬ শাদুনা থমই। হাসেগাৱানা ঐখোয নীপা ১২ না অতোপ্পা গেষ্ট হাউস অমদা,

নুপীমচা ৭ পু মহাক্কী চাউরবা মথোল অনীগী যুম অদুগী কা অমদা পুন্না থমই। মাগী যুম অদু উনা শাবনি, তিন্না কুপই। চেক, নুং, সুরকি-বিলামাতিনা শাবা নত্তে। মানা লৈরিবা যুমগা হেক থংননা শাবনি "মিথিলা ম্যুজিয়ম"। অনিসি ফাওদোক-ফাওজিন অদুম য়াই।

ম্যুজিয়ম মনুংদা মিথিলা পেন্টিং কয়ামরুম অমসুং তেরাকোত্তানা শাবা ভারতকী পুরানশিংদা যুম্ফম ওইবা মূর্ত্তি কয়া অমসু মীয়াম্না য়েংনবা থম্লি। তেরাকোত্তা হায়বসি ময়াম্না হেন্না খঙবিরিবদুনি — লৈপাক্না শারগা মৈ ইকপা মূর্ত্তিনি। ঐখোয়না ম্যুজিয়ম অদুদা থুংলুবা মতমদা বিহারগী মধুবানীদগী তেরাকোত্তাগী মূর্ত্তি শাবা আর্টিস্ট মচিন মনাউ অনি লৈরমই (লালা পণ্ডিত অমসুং মাগী মনাউ জগদীশ)। মখোয় মিথিলা ম্যুজিয়মদা থা ৬ লৈদুনা লাই ময়াম অমা শাগদৌরিবনি। মমাঙগী চহিদসু মখোয় লাকই হায়না তমই। নেস্যানেল ম্যুজিয়ম, নিউ দিল্লীনা থারকপনি; মখোয়গী মতেংগা শ্রী হাসেগেৱানা হোৎনজমলগনা ম্যুজিয়মসিগী মনুংদা মূর্ত্তি কয়াম মরুমসি থম্বা ঙমলিবনি। ঐখোয়না থুংলুবা মতমদুদা মচীন-মনাউনা শারম্বা লাইশিংদি-কৃষ্ণনা পুতনা হাৎপগী শক্তম অদুনি। লাইশিং অদু য়ামদ্রবদা ফুট ২ $\frac{১}{২}$ দগী ৩ ফাওবা ৱাংগনি; থোইদোক হেন্দোক্না চাউবা মূর্ত্তি অমদি শামু মথক্তা নিংথৌ অমা তোংই; মসি ফুট ৪ রোম ৱাংগনি। মূর্ত্তিশিং অসি লৈপাক্না শারগা মৈদা ইকপনি। মৈ ইক্লবা লৈরঙ অমসু ম্যুজিয়ম অসিদা শাদুনা লৈ। শাবা লোইরবা লৈপাক্কী মূর্ত্তিশিং অসি বিহারী মচীন-মনাউ অনী অদুনা মৈ ঈকপনি। লোইরবা তুংদা ম্যুজিয়ম মনুংদা উৎননবা থৌরাঙনি। তেরাকোত্তা ঙাক্তা নত্তে -ভারতকী মধুবানী পেন্টিং কয়াসু ম্যুজিয়ম মনুংদা থেৎতুনা থম্লি। নুমিৎ খুদিংগী মদু য়েংবা মী লাকই; নোংমাইজিং নুমিত্তা মরু ওইনা লৈশাবী পাখংশিং কার থৌদুনা শঙ্গু শঙ্গু লাকই। ম্যুজিয়ম য়েংবগী টিকেট লৌই — য়েন ৫০০ (জাপানগী শেলবু য়েন কৌই, য়েন ৫০০ অসি ঐখোয়গী লুপা ১৫০ গুম্বনি)।

ম্যুজিয়ম শারিবা মফম অসিনা খরদং ৱাংখৎলি। মদুগী হেক মমাঙদো নেমথবা লমনি-মদুদা বেজ বোলগী শান্নফম শেমই। শ্রী হাশেগাৱা য়াম্না শিনগুবা মীনি—কলচরসু তৌই অদুগা বেজ বোলসু য়াম্না পাম্না থৱায় য়াওনা শান্নবা মীশকনি। নুমিৎ খুদিংগী নুংথিল পূং ৪/৫ তাবদগী মহাক শান্নবা হেক হেক

থোরকই – মখুত্তা বেজ বোলগী বেত অমা পায়রদনা। মশান্না অসিদা মী অমনা বোল লংবা বেত পায়রিবা অদুনা বোল অদু থোম্বা চঙই। হাশেগাবাগীদি বোল লংবিনবা মী লৈতবনা ওতোমেত্তিক মেছিন অমবু লংহল্লি। অহানবদা বোল ৫/১০ পুল্লপনা মেছিন অসিগী মনুংদা হাপচিল্লি। অদুগী তুংদা ইলেকট্রিক মোতোর অমা থারগা মেছিন অদুগী মতেংনা বোল অদু শান্নরিবা মী অদু তম্না হুঞ্জিল্লকই। অমা থোম্বা লোইরগা ঙহাক লৈরগা মেছিন অদুনা বোল অমমুক হেক্তা লংশিল্লকই। ঐখোয়না মফমদুদা থুংলরবা মতুংদদি – ঐখোয়গী নীপামচাশিংগা পুন্না শান্নমিন্নরে, মাগী বোল লংবিরে, বোল খুনবিরে। মদুদা মহাক্না কয়াদা হরাউজবা। মরমদি মাগী খুল অদুদা মাগী বোল লংবিনবা অরেম্বা মী অমত্তা লৈতে। মী য়াম্না তাঙই লোইনা মথৌ চিল্লি, মীগী মহুত্তা যারিবমখৈ মেছিন্না মহুৎ শিল্লি।

বেজ বোল গ্রাউণ্ড অদুগী মখাদা খরা নেমথবা জাগা অমা লৈ। মদু কুৎওক তৌরদনা ঈশিং লৈ-চীংগী লমনিনা ঈশিং ৱাৎতে। মদুদা থম্বাল পাম্বী ময়াম অমা থৌওইনা থারি। অয়ুক খুদিংগী জাপানিজ মতৈ-মনাউ অমা কার তোংদুনা হেক হেক লাকই অদুগা থম্বাল পাম্বীশিং অসি সেবা তৌরি। অকোয়বদা হৌরিবা নাপী পুম্বা নাপী কক্লবা ওতোমেটিক মেছিন মচা অমনা ককথৎলি (জাপান্দদি মেছিন ঙাক্তনি)। থবক লোইরকপদা অশাৎপা থম্বাল ৪।৫ হেক্লগা হেক চৎখি। নোংমদি ঐনা হংই– থম্বাল অসুক থৱায় য়াওনা থারিবসি কৈদৌনবনো ? লাইদা কৎনবনি খুন্নকই। জাপানগী মফম খুদিংদা লাইশিং লৈ-বৌদ্ধ ধৰ্ম্ম চৎপাশিংগী লাইশং, শিন্টো চৎপাশিংগী লাইশং তোঙানলি। মখোয়সু মৈতৈ গুম্না ধৰ্ম্ম অনি য়ানশিল্লগা চৎপনি। জাপানশিংগী অরিবা ধৰ্ম্মদি শিন্টো কৌই। শিন্টোগা বৌদ্ধ ধৰ্ম্মগা অনি য়ান্নরগা চৎলি।

মিথিলা ম্যুজিয়মগা নক্লবা মখা থংবা শরুক্তা অকুৎপা মফম অমদা চাউরবা পুখ্রি অমা লৈ – মদুদা ঙা য়োকই। চানবা নত্তে-খোই চোপ্পবনি। ওইকেগী খোই চোপ্পবা, ঙা ফানবা পুখ্রি অসি ঈশিং কংবা নাইদে মরমদি চীংদগী চেন্থরকপা চীংজুম অদু পুখ্রি অসিদা থাদৈ। ঈশিংগী চাং চপচানা থম্লবা নাকল অমরোমদা অহেনবা ঈশিং চিথখিনবা নালা শেমলি। ঙা য়াম্না লৈ পুখ্রি অসিদা – চাবা য়াবা ঙা নত্তে মরু য়াম্না পাল্লি হায়। তোপ তোপ্পা মখলগী ঙা জাৎ

অমনি — খোই চোপ্তুনা শান্নবা থৌওইনা য়োক্তুনা থম্বনি। পুম্রি অসিদা লাকপা মীশিং অদু টিকেট অমমম ককই। অয়ুক ওস্তাদগী মী কয়া কার তোংলগা খোইচোপ্পবা খোইরি-খোইজে পুদুনা লাক্লে। নুমিৎ চুপ্পা খোই চোপ্পী-চানবা থক্লবা লোইনা পুরকই। ঙা অমা খোইদা হেক থুবগা নীংথিনা খোইদগী লৌথোকপিরগা থুনা পুম্রি অদুদা অমুক থাদবি। মখোয়না নুংঙাইজবদি মখোয়গী খোইদা ঙা থুবা অদুগীদমক্তি — ঙা চানবা নত্তে।



মিথিলা ম্যুজিয়ম, ওইকেদা লৈবা খোই চোপফম পুম্রি।

খোইচোপ্পবা পুম্রি অসিগী মপান্দা লাইশং মচা অমা লৈ। লাইশং হায়বতনি — ক্লব অমগুম্না মদুগী মনুংদা মখোয় ময়াম ফল্লগা বিয়রসু থকই, চুরূপসু থকই — ৰাবী শাদুনা নোক-খেদুনা লৈবা উই। মদু উবদা ঐখোয়দা য়াম্না ঙক্লা থোকই মরমদি লাইশং মনুংদা য়ু থক্লিবসিসু করিনো ! মসি মাগী মাগী লম লমগী চৎনবী হায়বদু ওইরমাল্লে। ঐখোয় মণিপুরগী ধর্ম্ম-কর্ম্মগী থবক শোরাৎনচিংবদসু নাকল অমদা হরিনাম শকশোল্লি, নাকল অমদনা বেড়ী থকই—হিদাক থকই। দিল্লীদগী লাকপা ঐগী মরূপ অমনা ঐখোয় মৈতৈগী নাম সঙ্কীর্ত্তন শক্লিঙৈদা ভক্ত ময়াম্না মৈখু থকপদু উবদা য়াম্না ঙক্লা হায়খিবদু — 'হরিনামগা বেড়ীগা পুন্না বস চুপ্পা ঙম্বা লৈবাক নখোয় মণিপুরতনিকো' নীংশিংহল্লি।

খোই চোপফম পুম্রি অসিগী মনাক্তা শ্রী হাশেগাৰাগী নীংথিরবা মী থুংনবা গেষ্ট হাউস অমসু লৈ। ভিঃ আইঃ পিঃ লাকপা মতমদা মফম অদুদা থুংহল্লি (রতন থিয়াম্না লাকপদা মফম অসিদা থমই)। মিথিলা ম্যুজিয়ম চীংনা পুমকোই কোয়শিনবা চীংলক অমদা শাবনি। চীং হায়জবদনি — লম্বী-লমদাং, ইলেকত্রিক্, টেলিফোন-অমত্তা ৰাত্তনা লৈবা মরম্না অথাপ্পা চীংনুংদা লৈবনি হায়বদু ফাওহন্দে। নিংথম থাগী মতমদা উন য়াম্না তাবা মরম্না লম্বীশিং অমত্তা চৎপা য়াদে। ঐখোয়না লৈরুবা মতমদদি উন তাবা হৌদরি। অদুবু জাপান্দা কয়া

শাথিনা উন তাবগে হায়বগী ভাব অমদি চাউরাক্লা খঙবা ঙমই। মরমদি জাপান্দা চেল্লিবা কার অয়াম্বা 'ফোর হুইল ড্রাইভ' ঙাক্তনি– নিংথমথাদা **'ফোর হুইল'** পান্দ্রবদি উন মরক্তা থৌবা য়াদে হায়না তমই। কারদা ফোর-হুইল- ড্রাইভ পানবা উরুবসিমক ঐঙোন্দা য়াম্না ওক্লা থোকখি মরমদি ঐখোয় অসিবাইদদি চীংদা থৌবা য়ানবা শুপ্পগী জীপ গাড়ীতদা ফোর-হুইল-ড্রাইভ পান্নে।

নোংমা নিনি মিথিলা ম্যুজিয়মদা লৈবা অদুদা চাবা -থকপা, ঈশিং-নুংশিং ওন্নরকপদগী ঐখোয় পুম্বা মথক-মখা ওল্লমই। জাপানগী চেং অসি মরেক মহাও কল্লি, চনাংগী শরূক য়াম্না য়াওই। চাক থোংবা লোইরক্তুনা থিদোরকপসি মরেক মহাউনা জিরি জিরি চেনবনি। মখোয়দি চাক্তু খরদা চাবনি – ঐখোয়দি মদু য়াবা জাৎ নত্তে। মরেক মহাউ কনখ্রবা চাক অদু পুক পিকথন্না চাশিনবা অদুদদি -মপুক নাবা য়াওনক্লে। ঐনা হাসেগাৱা-সানদা হায়জবদগী থাইলেণ্ডগী চেঙ ঐখোয়দা পীবা হৌরে। মসিগী চেঙ অসিদি ঐখোয়গী সুপর ফাইন অমসুং পলমল্ দৌনা মরেক মহাউ থোইনা কন্দে।

হাশেগাৱা সান অমসুং মাগী ইমুং মনুংগী মী পুন্নমক শা-ঙা চাদবা মরম্না মিথিলা ম্যুজিয়মদা ঐখোযবু শা-ঙ্: অমত্তা থোংহন্দে। য়েরুমদি অদুম চাবা য়াই। জাপান্দা হেক থুংলবদগী নিরামিষ ঙাক্তা চারকপা অসিদা ঐখোয়গী অঙাংশিং মখৈ মশা লোয়না শোন্থরক্লে। থাঙ-তাগী নহারোলশিং, পৃং-চোলোমগী ওঝাশিং কন্না কন্না চোংলুরগা হল্লকপদা 'দাল-ভাত' ঙাক্তা হোৎনবা অদুদদি মথং শো ময়াম অসি কয়া নুংঙাইগদৌবা মানশিল্লক্তরে। আর্টিষ্টশিং মুরুম-মুরুম ঙাঙনবা হৌরক্লে। ঐনা ৱাফম অসি হাশেগাৱা সানদা খঙহল্লি। মহাক কয়া য়ানিংদে অহানবদদি অদুবু মতুংদদি ঐখোয় অনি য়ানবা অমা পুরক্লে – মিথিলা ম্যুজিয়মদা লৈবা মতমদদি শা-ঙা চাদবা অদুগা অতোপ্পা সহরদা চৎস্তুনা শো উৎপা মতমদদি শা-ঙা লোইনা চাবা য়াবা হায়না। থোংবদি ঐখোয়গী নুপীমচাশিংনা থোংই মদুনা ঐখোয়দা হাউবা হেল্লি। চেঙ-চাক, ইনশাং-নাপীদি মরাঙ কায়না অদুম লৈবনি। ❑

# ৪. শেন্দাই সহর ।

জুলাই ২৬ তা ঐখোয শেন্দাই কৌবা সহব তানা চৎলে । মিথিলা ম্যুজিযমদগী গাড়ীনা পূং ৮ চঙই । ঐখোয়গী এয়ব কন্দিশন তৌববা মাইক্রো বস্ অদুনা পূংদা কিঃ মিঃ ১২০ গী চাংদা চেনবনি । চীং লম্বীদা থৌবকই-মাঙসু তুংসু চীংগী চীংঙাক্তনি । চীং হেক লৈবম্বা পুম্বা মথক্তা থৌবা নত্রগা কোইথোক্তুনা থৌবা তৌবমদে – চীং অদুগী মবুক্তা হুৎলবা টনেল ফাওদুনা চৎপা ঙাক্তনি । টনেল মশিং খঙদনা লাল্লি; কবি কবিগুম্বা টনেলদি কিঃ মিঃ ১০ দগী হেন্না শাংবা যাওই । টনেল খুদিংমক যাম্না পাকই চাউই – গাড়ী অনি নাকন নাকনদগী থৈনবা য়ানবা 'লেন' অনি লৈবা লম্বীনি । টনেল মনুং অদু মমদে; ইলেকত্রিক থাল্লি; ফত্তবা নুংশিৎ মপান্দা চিংথোকথিনবা পংখা পাল্লি । শাংলবা চীংনুংগী লম্বী অদু মী অমত্তা তাদে । গাড়ী চৎথোক চৎশিনগী 'সাইন' তৌনবা ট্রাফিক পুলিসকী ফিজোল শেৎপা অশাবা 'বোবোট' শিংনা মখুত্তা ফীবাল পাযবগা হাই হাইদুনা সাইন তৌই । লম্বীদা চেল্লিবা গাড়ীদি মশিং লাকঙমদে অদুবু গাড়ী



অশাবা বোবোৎ ট্রাফিক পুলিস

অমত্তা 'হোর্ন' খোংনদে; গাড়ী অমত্তা ইঞ্জিনদগী মৈখু থোকপা যাওদে। পাকথ্রবা নীংথিনা কোলাস থাববা জাপানগী' 'হায়-ৱে' শিং অসিদা চেল্লিবা ট্রক গাড়ীশিংগী মনুংদা চাকা ১৪ পানবা ঐখোযগী মমাঙ শঙ্গোযমুক চাউবা যাওবি। টাটা গা "লেলেণ্ড" গনা খ্বাইদগী চাউবা মাল-গাড়ীনি হায়না খঙজবা

ঐখোয়দদি জাপানগী ট্রক উকবা অদুমক য়াম্না ঙক্না নুংঙাইবা কুম্মৈ অমা ওইখি।

লম্বী লমশাঙ অদু থৌবকপদা মী অমত্তা তাদ্রবসু কিঃ মিঃ ১০/২০ খুদিংগী লম্বীগী চিদাইদা টেলিফোন তৌনবা উপু থিন্দুনা থমই। কবিগুম্বা চীংনুংদা চেল্লিবা গাডীশিংদু এক্সিডেন্ট থোকপা য়াওববসু টেলিফোনগী মতেংনা পুলিশতা পাও পীবা য়ানবনি। অয়ুক পূং ৭ তগী থৌবকপনা নুমিৎ য়ুংবা মতুং পূং ১ তাবা মতমদা ষ্টেসন অমদা খাম্লগা চাক চানবা থৌবাং তৌবে। লম্বী লমশাঙ অসিদা কিঃ মিঃ ৪০।৫০ খুদিংগী ষ্টেসন লৈ মদুদা লম্বী চৎলিবশিংগী খুদোং চানবা হোটেল, টেলিফোন তৌফম, ইকজফম অমদি মনুং চঙফমনচিংবা য়াম্না নীংথিনা শেমদুনা থমই। মবম অসিনা জাপান্দা নোংমদা কিঃ মিঃ ১০০০ তোংলবসু পেশেঞ্জবশিংদা কবিসু থোইনা অৱাবা ফাওদে। ঐখোয খুদিংমক্তা অয়োম্বা, চানবা চাক্কী পেকেট অমমম য়েল্লি। মদু **'নুদল'** নি অদুগা চাবসু **'চোপ ষ্টিক'** না চাবা তম্বা হৌবে মবমদি জাপান্দদি মখুৎনা পাযবগা চাবা অসি চৎনদে – চৈতেক অনিদুনা (চোপ ষ্টিক) চপ্লগা চাবনি। ঐখোযসু অহানবদদি হৈবমদে মমৈথংদদি ঐখোয় লোইনা চোপ ষ্টিক শিজিন্নবা হৈবে। বস খাম্ফম পার্কিং অসিদা ঐখোযনা অহানবা ওইনা থেংনবা ঙক্না নুংঙাইবা থৌদোক অমনা – মখোয়গী ঈশিংগী টোটি কোঞ্জিলশিং অদু কোঞ্জিল লৈথোকপা দবকাব লৈতে। কোঞ্জিল মখাদা খুৎশি হেক থিংজিনবগা ঈশিং ৱা তাবকই। খুৎ অসি হেক শৎতোকপগা টোটি ঈশিং অসি হেক্তা লেপখি।

শেন্দাইদা থুংবদা ঐখোয়বু য়ুথ কলচবেল সেন্টবদা লৈনবা শীল্লমই। মফম অদুদা নুমিৎ নীনি শো উৎকদর্বনি। শেন্দাইদা শীল্লমলিবা থৌওং অদু ঐখোয়দা য়াম্না খুদোংচাদবা অমা ওইখি মবমদি শো উৎফম্না অমদা চাক চাফম্না অমদা অদুগা অহিং তুমফম্না চাক চাবা লোইবগা পূং ১ গী লম্বেল গাড়ীনা চৎলগা চীংনুং অমদা লৈবা **'ফোরেষ্ট লোজ'** অমদা। জাপান্দা লৈফম য়াম্না তাঙই – জাপান্দা তাঙদবা পোৎ লৈতে। ঐখোয়না লৈকবা **'ফোরেষ্ট লোজ'** অদু হাসেগাৱা-সানগী মৱাপ অমগীনি। মাগী মফম অসিদা লৈববদি ভাড়া য়াম্না হম্বনা লৌগনি। অদুগীনি হায। মবমদি মখোয় লন্নাই সংস্থানশিংনা শীনবা প্রোগ্রাম ওইবনা শেল য়াম্না খবচ তৌদুনা ফাইভ ষ্টাব হোটেলদা থম্বা

ঙমদে। ঐখোয়সু মদু তাবদা হরাউ-হরাউ অৱাবা খাঙমিঁন্নে নীংথিনা সহযোগ পী। মরমদি ঐখোয়না খরা ৱাজরবসু জাপানগী সহর কয়ামরামদা মৈতৈগী কলা সংস্কৃতিগী শন্দোক্লবা খুদোংচাবা অমদি শোয়দনা ফংলগনি। চৎলিবা কলাকার ময়ামদসু ঐনা অসুন্না হায়জবদা খুদোংচাদবা পুন্বা অদু থোইনা ৱারৌনখিদে।

হাসেগাৱা-সানগী মিথিলা ম্যুজিয়মদা থম্বা তেরাকোত্তাগী মূর্তি ময়াম অদুগী একজিবিসন অমসু শেন্দাই সহরদা উৎলি। নুমিদাংদনা ঐখোয় মৈতৈগী জগোই প্রোগ্রাম উৎলি। নুমিৎ অসিগী শোদা ঐখোয়গী থাঙ-তাগী নুপামচা অনিদুনা থাঙ হাইনবদা থাঙ অমা তেক্তুনা পাইথোরকখি। লাইবক ফবদগী ভাবক অমত্তা শোকহৌদে। নাগা ডান্সকী লোইরকপদা নুপীমচা অমা ৱামন্দুনা ৱাম্ববা য়াওরকখি; শো যাম্না মায়পাক্লা উৎখি। ভাবকশিংনা য়াম্না পাম্না য়েংনখি। লাক্লিবা ভাবক পুম্নমক টিকেট কক্লগা য়েংবনিঃ টিকেট অমগী মমল **'য়েন'** ২৫০০ দগী ৩০০০ নি (ঐখোয়গী লুপা ১০০০ গুম্বনি)। জগোই উৎলিবা হোল অদু য়াম্না চাউই, থোইদোক হেন্দোক্লা মখোয়গী পাল্লিবা মৈ ময়ামদু উবদা ঙকই।

কুম্মৈ, উৎপা লোইরগা ঐখোয়গী অহিং লৈফম **'ফোরেষ্ট লোজ'** অদু তানা (পূং অমরোম চঙই) বস তোংদুনা হল্লমই। মফম অদু য়ৌরগা নুংদাংগী চাক থোংগৎলে — ঐখোয়গী নুপীমচাশিংনা থোংবনি। খ্বাইদগী ঙকপদি অহিং অদুগী চাক অদু , ঙা অমা থেংই, লফু অমা ইরোম্লি ! কদাইদগী লফুনো হংনবদা ঙসাই তেরাকোত্তা একজিবিসন লোইশিল্লকপগী পোৎ-চৈ ময়াম শিদোরকপদা মী চঙফমদা য়ুংলম্বা 'ৱেলকম' গী লফু পাম্বী অদু ঐখোয়গী মরক্তগী কনাগুম্বা বুদ্ধিলৈবা নুপামচা অমনা খুঞ্জিল্লকপা ওইরম্লে ! ইরোম্নবা উতোংঙাদি ? মদুসু তুংগী পোমিৎ উবা অমনা ময়ুমদগী পুরক্লম্লে। মীঁরৈবাক্তগী পোৎ অমত্তা পুশিনবা য়াদে হায়দনা কন্না চোক তৌখ্রবা এয়ারপোর্ট ময়াম অমা লাম্ৱোক্তুনা করম্না উতোংঙানা জাপান য়ৌরকখিবা। থাগৎতবা ঙমদে মৈতৈগী বুদ্ধি ! জাপান্দা ইরোনবা চাবা মদুনা অহানবনি অমসুং কুইনা চারক্তবগী হৌনবা, ওম্বোক্লসু হাউনা থোক্লুরে। তোনিংকোক মরা খরা থাকচিনবা অদুনা থোইদোক্লা মণিপুর নীংশিংহল্লি। জাপান্দা তোনিংকোক য়াম্না হৌই। মখোয়দি চাদে। ❑

# ৫. য়োকোহামা (১)

মথংগী নুমিৎ, জুলাই ৩০ দা শেন্দাই থাদোক্লুনা য়োকোহামাগীদমক অয়ুক পূং ৯ দা খোঙশাল্লক্লে। পূং ৮ লোম বসনা চৎলবা মতুংদা নুংথিল পূং ৫ তাবদা য়োকোহামাদা থুংই। শাংলবা লম্বী অসি থৌরকপদা শুক্লবা মী তাদবা জঙ্গল কয়া শুরুং (টনেল) কয়া ফাওবমই। য়োকোহামাদা ঐখোয়গী লৈফম অঙাংশিংগী কেঃ জিঃ স্কুল অমদা শিল্লমই। মথংগী নুমিত্তা মণিপুরগী জগোইগী কাঙলুপ অসিনা 'যোকোহামা সম্মব নাইট ফেষ্ট '৯৫' হাযবা কুম্মৈ অদুদা শো পীগদৌবিবনি।

ঐগী ঈশাগী হান্না হৈনজবা, অয়ুক ওস্তা ব্রাকিং চৎপগী অভ্যাস মতুং ইন্না পূং-যৈবা নীপামচা অনি লোয়নরগা মনাক নকপা পার্ক অমদা লাকই। পার্ক শেমলিবা মফম অসি ইংশোক ১৯৩০ দা শগোল লমজেল তান্নফম অমা ওইনা শেমগৎলম্বনি। হৌজিক্তি শগোল তান্নবা তোক্লুনা মীয়ামগী পার্ক অচৌবা অমা ওইনা শেমগৎলে। পার্ক অসিগী মায়োক্লবদা আমেরিকাগী ঈশিং লাম্মীশিংগী কাঙলুপ অমা লৈ। আমেবিকান য়াম্না লৈবা উই। ইউঃ এসঃ এঃ গী ঈশিং লাম্মী অনিগা মফম অদুদা থেংনদুনা ঐগা ওহাক ব্রাবী শান্নে। নুমিত্তুদা ঐঙোন্দা খ্বাইদগী নুংঙাইবা ফাওখিবদি



য়োকোহামাদা আমেরিকাগী ঈশিং লাম্মীশিংগী লৈফম

ইংলিশ মরোল ঙাঙনবা য়াবা মী খরা থেংনরুবা অদুনি মরমদি জাপান্দা ইংলিস

নীংথিনা ঙাঙবা ঙম্বা মী পঙলৈ লৈতে। ঐখোয়না ঙাঙই মখোয়না খঙদে; মখোয়না ঙাঙই ঐখোয়না খঙদে। জাপান্দা চৎপসি লোনগী অচৌবা সমস্যা লৈ। পাউ ফাওদোক্লবসি য়াম্না ৱাখ্রে। মরম অসিনা ঐখোয়না থুংলুবা মফম মফম খুদিংদা ইংরেজী নিংথিনা লোনবা ঙম্বা জাপানীজ ইন্টরপ্রিটর অমা অনি শীন্দুনা থনম্বা ঙাক্তনি।

ঐখোয়না অয়ুক ৱাকিং চৎলিবা পার্ক অসিদা মফমদুগী মী ময়াম অমসু শাজেল তৌবা লাকই। য়াম্না নীংশিং নীংঙাই ওইবদি — ৱাকিং চৎলিবশিং অদু নহা অমত্তা যাওদে; চহি ৭০।৮০ শুরবা হনুবা-হনুবী ঙাক্তনি। হনুবীশিং অদুসু খোঙগ্রাউ অশাংবা শেৎলি, টুপী অমমম উপই; য়াম্না মশা খীংনা চৎলি। জাপানগী মীশিং অসি মশাবু অনা-অয়েক্তগী কন্নবা শাজেলগী মরমদা য়াম্না থৱায় য়াওবা জাতিনি। অয়াম্বনা মশাগী অয়োকপা হুই লোয়নদুনা লাকই। য়ুমদা লুনা চান্না য়োকপা শা-ঙা (পেট) লোয়নবসি মখোয়গী সমাজদা কন্না চৎনৈ। জাপানশিংদি 'পেট' তা ঙাওই। জাপান্দা অহল ওইবা মীশিংগী মশীং য়ামই — চৎলু চৎলুবা মফমদা অয়াম্বা মীদি অহল ওইরবা হনুবা হনুবী ঙাক্লি। ঐখোয়গী জগোয় য়েংবা লাকপা ভাবকশিংসু অয়াম্বনা অহল ঙাক্তনি। মদু উরুবদা ঐনা খনখি চহি শাংনা শাংনা পুন্সিবা অসিনা জাপান্দা চহি খরগী মতুংদদি মখোয়গী সমাজদা অচৌবা সমস্যা ওইরকপা য়াবগী অকিবা লৈ। শম্না হায়রবদা, মীশিং অসি সুকশিমক শিউ হায়বা য়ারক্ত্রবদি ফনা লুবা ৱাফম অমা ওইরক্কনি। খ্বাইদগী কুইদ্রিবা রিপোর্ট অমগী মতুংইন্না, জাপান্দা হৌজিক চহি ১০০ শুরবা মীওই লীশিং ৭ লোম লৈ। চামা য়ৌরবা মীগী মশীং অসি চহি খুদিংগী হেনগৎলকই; মখোয়দুগী চাদা ৮০ দি নুপীনি। পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী চহি শাংনা পুন্সিবসি জাপান্না মকোকনি। লৈবাক অসিদা চহি য়াল্লবা, অহল ওইরবা মীশিংবু অসুক্কী মতিক ইকাই খুম্নে, মদুদি চহি খুদিংগী সেপ্তেম্বর ১৫ দা **'এজেদ-ডে'** হায়দনা পালন তৌই। জাপান্দা চাংচত্তা নুপীনা চহি ৮৩ অদুগা নুপানা চহি ৭৭ পুন্সি। অসুক চহি শাংনা পুন্সিবগী থোইদোক্পা মরম করি লৈবগে হায়না ঐনা হংলমই। মরম য়ামখ্রেঃ (১) জাপান্দা পোলুসন অমত্তা লৈতে হায়বা য়াই। উফুল যাওদবা হুচেন্দবা নুংশিৎ নুংশা ফংবা অসিমক্লসু অচৌবা মরম অমনি। মথক্তসু হান্ননা পঙখ্রে — মনীঙ্দা মৈখ থোকপা গাড়ী

অমত্তা লম্বীদা চৎহনদে। অনিশুবদা, জাপান্দা নাগরিকশিবু নাদ-য়েক্তনা থম্নবা থৌরাং হায়বদি **'হেল্থ কেয়র'** গী থৌরাং য়াম্না চেকশিন্না লৌখৎলি। মী অমনা মশাগী চহি ৮০ হেক শুরকপদা সরকারনা হেল্থ ইনসুরেন্স অদুম তৌবিখ্রে। নারক-য়েকলকপা মতমদা হোসপিতালগী অচঙবা খরচ পুম্বা পৈশা অমত্তা তিংদে, ফ্রী নি। হিদাক লাংথক্তা চঙবা খরচ পুমবা চাদা ৩০ গী চাংদা অমুক শেল ওইনা হন্দোকপি। মসিমকসু চাউথ্রবা মরম অমনি।

জাপান য়াম্না ঈনাক খুনবা জাতিনি – শেল-থুম, চাবা থকপা মরাং কায়। মচি ওইবা হকচাংদা কান্নবা অফবা চীঞ্জাক চাবা অসিনসু হকচাং ফনা পুন্সি নুংশাংনা লৈবগী মরম অমা ওইবি।

য়োকোহামা হিথাংফম সহর অমনি। ঐখোয়না জগোই উৎকদৌরিবা মফম অদু সমুদ্র মপালদা লৈবা পাক্লবা লম্পাক অমনি। অহাঙবা লম্পাক অদুদা ওপন এয়র স্তেজ অমা শাবগা পাঙথোকপনি। নুমিৎ অসিদা য়াম্না নুংঙাইবা নিংশিংনিংঙাই ওইবা থৌদোক অমা থোকই ঐখোয়না শো উৎলিঙৈদা। ঐখোয়না পুরকপা পেনা অদু কলিকতা এরোড্রোমদা চীথরম্লে। মদু থিবগা ঐখোয়দা থাবিবক্লবা হায়জখিবদুসু য়ৌরক্ত্রি। জগোইদি উৎতবা য়াদবনিনা, অফংবা পোৎচৈ খরনা অহিংদা পেনা মান্নবা 'দম্মি' অমা শারে। মসিগী পেনা অশাবা অসি খোংদুনা লাই ঈকৌবা চৎলি, মাইবীনা লাইমাঙ ফমই, পেনাদুনা য়াকৈরোল শকই। ঐখোয়গী পেনা অশাবা অদু য়েংবদদি পেনা মাল্লগা মখোলদি থোকহনবা ওল্লমদে মরমদি শগোল শামৈগী মহুত্তা পেনা চৈজিং অদুদা শুপ্পগী তারা অমখক তিংবতনি। শো লোইরে; ঐখোয় খুদিং "পেনা" না মায়পাকপা অদুদা হরাওরে; জাপানশিং অসি ঐখোয়না পঙথহন্দুন লায়না শুম্বা ঙম্লে হায়দনা ঐখোয় মশেল থাগৎনৈ। অদুবু কুইদে ঐখোয়গী নুংঙাইবদু। মখোয়না কয়া য়াম্না কুপ্পা য়েংলম্বগে হায়বগী প্রমানদি – মী ভাবকশিং মথং মথং চংলক্তুনা হংলরে "নখোয়গী মহৌশা মৈহৌরোলদগী শিজিন্নরকপা খোংনবা যন্ত্র পেনা হায়বসিদি মখোন অমত্তা থোক্তে করিগীনো ?" কলিকতাদা পেনা হুন্দোক্লম্বগী ঐখোয়গী অশেংবা ব্বারী অদু লীরবা মতমদা মখোয় নোক-নোক্তুনা হন্নখি।

নুমিৎ অদুদা কাউঙমদবা থৌদোক মচা অমসু থোকখি। শো হৌরমদাইদা স্তেজ পূজা তৌনবা মনাক্তা লৈকোন্দা শাৎলিবা লৈ অমত্তং হেক্কে তৌবদা

য়ারক্তে। পার্ক অদুদা শাৎলিবা লৈ ময়ামদু অমা ফাওবা হেকপা য়াদে, হেক্লদে। অদুনা লৈ য়োনফমদগী লৈরুরগা ঐখোয়দা পীরকই।

কুম্মৈ য়েংবা লাক্লিবা মীয়ামদুগী মনুংদা ভারত মচা ইউ-উদে; অয়াম্বনা আমেরিকান অমসুং ইউরোপিয়ন্ লমকোয়বা ঙাক্তনি। ❑

# ৬. বাতো-চো

আগষ্ট ১ গী অয়ুক পুং ৮$\frac{১}{২}$ তাবদা ঐখোয় যোকোহামা থাদোক্লে। নুংথিল পুং ২ তাবদা বাতো-চো কৌবা টাউন মচা অমদা থুংখি। বাতো-চো হায়বিবা মফম অসি শুক্লবা চীংনুংদা যাম্না মনুং হুঞ্জিন্না লৈবা টাউন্নি। বাতো হায়বা ৱাহৈ অসি চাইনীজ ৱাহৈ "বা" হায়বদি শগোল; "তো" হায়বদি মকোক – শগোল মকোক হায়বনি। টাউন অসিগী মমিং – মকোক্তা শগোল মকোক থেংপা বাতো কানোন কৌবা বুদ্ধদেবগী মূর্ত্তিদগী লৌদুনা থোনখিবনি। অদুবু জাপান্দা সহর অমদি লম্বায়গী খেন্নবা লৈতে,


বাতো কানোন

হায়বদি খুদোংচাবা পুম্বা চপমান্ননা লৈ। চীংনুংদা লৈবা টাউন মচা অসিদা চাউববা সহর অমদা ফংবা খুদোংচাবা পুম্নমক অমত্তা ৱাংতে – অফবা লম্বী, ইলেকত্রিক, ঈশিং, টেলিফোন, এসঃ টিঃ দিঃ/আইঃ এসঃ দিঃ, ফেকসিমাইল, কাব লোইনা লৈ। মরম অসিনা অথাপ্পা লম্বায় অমদা লৈবগুম ঐখোয়দা খক ফাওদে। বাতোগী লম্বী নাকল অনিমক্তা চীং ঙাক্তনি। চীংশিং অদুদা পবেং চানা চানা থাববা উচাল পাম্বী ময়াম্না কৃংনা হৌবি। ফৌনানা শংলবা লৌবুকশিংগী মবক্তা থৌবকপদা ঐখোয়না গাড়ী মনুংদগী উবা ফংই – ইনশাং নাপী নিংথিনা থারবা ইংখোল কয়াসু। মনামশিংদি মক ওইনা থামেন, তীলহৌ (মখোয়গী তীলহৌ মক অমনা সোলোম্ অমুক চাউই) নুং-হৱাই, কোবী ফুল ---- অসিনচিংবা। চীংগী চীংচেপ্তা চুজাক্কী লৌফম কয়ামকামসু লৈপ্রি। মফমসিগী মীশিংগী শিনফমদি লৌউ শীংউনা মপূংনি।



বাতো টাউন

ঐখোযনা থুংলুবা মতমদা জাপানগী নুপী ময়াম অমা ঙাইদনা লৈবমই। মখোযনা পান্নিবদি – ভাবতকী চাক ইনশাং মখল মখল থোংবা মওং অদু তম্বনি। চাক পুন্না থোংমিন্নসি মখোয় খব তমহৌগে; অহিং অদুসু পুন্না চাক চামিন্নবসি হাযবে। ঐনা বাতোগী শোপিং সেন্টবদা চত্তুনা ঙা অতেকপা লৈকই। ঙা পুম্বা সমুদ্রগী ঙা ঙাক্তনি – অয়োক-ঙা অমত্তা থেংনবক্তে, চাবক্তে। ঐখোযগী নুপীমচাশিংগা মখোয়গা চাকখুমদা চঙদুনা পুন্না থোংমিন্নবা হৌখবে। মখুত্তা নোট বুক, বোল পেন পাইদুনা হংই–ইশিল্লি। যাম্না থৱায যাওনা খঙনিংনা তমহৌই। ঐখোযনা হৱাই থোংবা, মনামশিংগী ঙৌথোং (সাগ), ইবোম্বা 'পুমবা মখোযদদি ইনৌ নৌবা অঙকপা মথেল অমা ওইনা থোকই। ঐখোযগী ইনশাংদা মক্ত-মবাং মসলা থাকপা, মোবোক শাবপ তৌবা অদু মতা অমা ওইনা হাউকববা খঙদে – পুন্না মী ৩৩ মমিত্তা মপি ওবো ওবো তাবদনা, (মোবোক শাবগীনি)' শী-শা শী-শা কান্নদনা ৱা-ৱা নোক্লদুনা ঐখোযগা নুমিদাং অদু পুন্না চামিন্নবে। ঐখোয়গী মতৌ তমদুনা মখোয় খবদি মখুৎনা লৌবগা চাবা তমই; নুপী খবদি হৈতদনা চোপ ষ্টিকনা কোৎলগা চাই। ঐখোযগী ইনশাং খুৎথোং অদু মখোয়দা অমুক্তা চাদ্রিবা অনৌবা অমগুম থোক্তুনা মযাম্মক যাম্না থৱায যাওনা চাবমই। জাপানগী চাক ইনশাংদি ইচম চমই। চাবিবা চীঞাক অদুসু চাক ইনশাং ওইনা মহি তোত্তুনা চাবা য়াবা নত্তে। নুং-হৱাইদগী শেম্বা পোৎনা অযাম্বনি। থাউসু হঙ্গাম মক্তগী অচাথাউ ফংদে – নং হৱাইগী থাউ নত্রগা মনামশিংদগী শুংবা থাউ ঙাক্তনি মখোযনা

শিজিন্নরিবদি । মদুনা শা-ঙা থোংবদা শিজিন্নবা মতমদা ঐখোয়গী হঙ্গাম থাউনা থোংবগী মহাউ থক য়ৌবা য়াদে । মতাংসিদা পনবা য়াবা ৱাফম অমদি — ঐখোয়না ভারত্তা শিজিন্নরিবা মরূ-মরাং অমসুং চান-থক্লবা পোৎ-চৈ পুন্নমক জাপান্দা লোইনা ফংই, পাফোর, বেসন, মিঠি-জিরা, লোং, এলাচি, ঙা অকংবা, ঙারী, মরোয় নাকুপ্পী, তোনীংকোক, উশোই, উচিনা, হৱাই চার .... অমত্তা ৱাত্তে । মখোয়সু চাই অদুবু মখোয়গী খুৎথোং অমসুং খুৎচা খেন্নবতনি । ঐখোয়না মৈতৈগী খুৎথোং (মখোয়নদি ইণ্ডিয়ান স্তাইল হায়) থোংবা অদু মখোয়দা পুমনৌ নৌবা ওইনা থোক্লমই । ঐখোয়গী নুপীমচাশিংনা হৱাই শোক তৌবা, কোবীগা আলুগা সাগ থোংবা অদু য়াম্না পুক্লিং চঙনা য়েংই, ৱাহং কয়া, হংই, নোট বুক্তা ইশিল্লি । চাবা লোয়রবা তুংদা ডাইনিং হোল অদুদা ময়াম পুন্না সোসিয়েল গেদরিং তৌই । জাপানশিংনা মখোয়গী পাখং অনি থোরক্লগা সুমো বেস্লিং উৎলি; ঐখোয়গী নীপামচা অনিনা মুক্না শান্নদুনা উহনবদা মখোয়দা য়াম্না ঙক্লা নুংঙাইখি মরমদি জাপানগা মৈতৈগী কলচরগা কয়াদা নকশিন্নবগে হায়বদুগী শক্তম উবদনি । মথংদা ঐখোয় মৈতৈ নুপীমচাশিংনা জাপানগী ঈশৈ অমা শকই । (জাপান্দা থুংলবা নুমিৎ খর নিসিগী মনুংদা তম্বা ঈশৈনি) — 'সিয়া ৱাসে... নানা তেরে ... ৱাতা কো ... " । ইথা থাজদনা ঐখোয়গী নুপীমচাশিংনা জাপানগী ঈশৈ শক্লকপা তাবদা মখোয়না অমুক্কা হেন্না ঙকখ্রে; মোমোন মোমোন নোক্লদুনা ঐখোয়বু থাগৎপি । অসুম্না অহিং খেঙলবা ফাওবা পুন্না হরাও তয়াম তৌমিন্নে — হেন্না শকখঙনবা নুংশিনবা হেনগৎখি ।

মথংগী নুমিত্তা ঐখোয়গী মৈতৈ জগোয়গী শো উৎলি । হোল অদু মচানি — মী ৩০০ রোমদমক চনবনি । অদুবু পীক্লবা টাউন অসিগী মী অয়াম্বা লাকই হায়বা য়াই । কুম্মৈ য়েংবা লাকপশিংদুগী মনুংদা আমেরিকান লৈশাবীমচা অমা ঐগা উন্নদুনা ৱারী শান্নে । ঐনা ঙক্লা হংই মঙোন্দা — অসুক মনুং হুঞ্জিন্না লৈবা থাপগ্রবা চীংলক অসিদা করি থবক তৌদুনা করম্না লৈরম্লিবনো নঙদি ? আমেরিকাগী সরকারনা শেলগী মতেং পীরগা খুঙ্গং অদুদা থবক তৌরুনবা থারকপনি তমই ।

মফম অসিদা লৈরিঙৈদা মিস কুমিকো ওহনো কৌবা জাপানগী লৈশাবী মচা অমসু থেংনরকই । মণিপুরগী জগোই ঈশৈগী কাঙলুপ অমা লাকই তাদুনা

মহাক্লা ঐখোযবু থিবকপনি। মানা তমই-মাগী মৰূপ অমা মণিপুবদা ময়ুম পানখ্রে। ঐখোয়সু অদু তাবদা য়াম্না ওক্লা নুংঙাইবা অমা ফাওবমই। থাপগ্রবদগী জাপান নীংঙোল অমা মণিপুবী মচা অমগা লুহোংদুনা ইম্ফালদা লৈ হায়বসি ঐখোয়দি হান্না খঙদবনি। মানা মমিং মথা ঠিকানা পীবে অদুগা কবিগুম্বা উন্নববদি মাগী নুংশিববী মৰূপ কুমিকোনা নীংশিংজবকই তম্বীয়ু। "হান্নদি খঙদবনি মণিপুবদা হল্লগা শোয়দনা উন্নবা চৎলুগে" – ঐনা খুন্নমই। অদুদগী মানা ইবিবে ঐগী ডাইবিদা ঃ

মিসেজ য়োশিকা কইভা,
চান-ঙম হাউস;
ফেযাবি লেগু; ষ্টেদিয়ম বোড,
ইম্ফাল; মণিপুব।

যোশিকা, উখ্রুলদগী বামচান কৌবা তাংখুল পাখং অমদা লুহোংদুনা লৈবনি। বামচাননা তোকিওদা লৌউ শীংউ তম্বা চৎপদা মখোয অনি শকখঙনখি। মমা মপানসু য়াবদুনা লুহোংলগা মণিপুবদা পুবকপনি। ইম্ফালদা থুংলবা নোংমা নিনি লৈবগা ষ্টেটদিয়ম লম্বীদা যোশিকাগী ময়ুম থিবা ঐ চৎলি। ইবা ৰাদনা ফংনবে – মাগী মৰূপ কুমিকোনা থাবকপা নুংশি পাউজেলদু মঙোন্দা তমই। মখোয়না কয়াদা হবাউবা, ঐনসু ইথন্তা কয়াদা পেঞ্জবা খঙহৌদনা জাপানগা মণিপুবগা হেন্না নকশিনহনবগুম ফাওহনখি। ❑

# ৭. ওনি-কোবে

আগষ্ট ৩ বাতো-চো থাদোক্লুনা মিয়াগি প্রিফেকচরগী মনুং চনবা নারুকো টাউন্দা লাক্লমই। কিঃ মিঃ৫০০ রোমগী লম্বীনি—বসনা লাকপদা পুং ৬ লোম চঙই। লম্মীৎ-তুম্মীৎ ঈমান মান্নে —অৱাঙবা চীং, ঊচান পাম্বীনা কুণ্ডনা হৌরবা, নীংথিনা শেন্নবা কোলাস থারবা পাক্কা লম্বীদা চীংলক্তা ফাও-ফাওদুনা থৌরকপনি। নারুকো টাউন অসিসু চীংনুংদুদা য়ামনা মনুং হুঞ্জিন্না লৈবা মফমনি। অকোয়বা মফমদু য়েংবদা মণিপুরগা যাম্না মান্নে — ঐখোয়দা উখ্রুল/ তমেঙলোংদা লৈবগুম ফাওহল্লি। নারুকোগী মনুংদা লৈবা ওনি-কোবে কৌবা মফম অমদা ঐখোয়গী কুম্মৈ উৎলি। মসি য়াম্না পীকখ্রবা, যুম্নাক ৫০০ রোমদমক্ লৈবা খুঙ্গং অমনি, মীশিংসু লীশিং অনিরোমদনি হায়। ৱাংলবা চীংজাউ অমগী মখোঙদা লৈবা খুলনি। ঐখোয়না থুংলুবা নুমিত্তো নোং কন্না চুই; ইংবসু য়ামনা ঈংলে। শামতুগী খোঙ-মোজা অমত্তং দরকার ওইরক্লুনা লৈরুবনি — 'য়েন' ৩৫০ পী (ঐখোয়গী লুপা ১০০ গুম্বনি)। জাপান্দা পোৎকি মমল য়াম্না তাঙই — ঐখোয় লায়রবা ভারত মচানা লৈবা ঙম্বা পোৎ নত্তে। কয়া য়াম তাঙ্বগে হায়বদু মথংদা মতাং চানা ইজরক্কে। ওনি-কোবে অসি মীশিং য়ামদবা খুল মচা অমা ওইজরবসু জাপানগী মমিং লৈবা 'স্কি' তোংদুনা শান্নফম অমনি। নিংথমথাগী মতমদা অকোয়বদা লৈরিবা অৱাংবা চীংশিং অদু উন্না কুপখ্রবা মতমদা 'স্কি' (SKI) থৌদুনা/তোংদুনা উন মথক্তা শান্নবা মী কয়া খুল অসিদা লাক্লুনা থুংলবনি। অদুগা নারুকো টাউন অসিদনা ম্নশাবা ঈশিংগী ঈফুৎ লৈবগীদমক লমকোয়বশিংগী অফাওবা মফমনি। পীকখ্রবা মী লীশিং অনিরোমদং লৈবা থাপ্লবা চীংনুংদা লৈবা খুঙ্গং অসিদা ঐখোয়গী মৈতৈ জগোইগী শো অমত্তং য়েংনবা হোৎনবদা মখোয়না তৌরিবা খরচ ময়াম-খনবদা জ্ঞান মমই। তৌবগীদি শেল য়াম্না লৈবগীনি অদুবু মদুঙাক্তা নত্তে। ঐনা হাসেগাৱা-সানদা হংই — কবিগীনো সহরসু টাউনসু নত্তবা থাপখ্রবা মী নীংথিনা লৈতবা মফমসিদা ঐখোয়বু জগোই উৎলু পুরকইবসি ? মহাক্কী পাউখুমদগী খঙবা ঙম্বিগনি - জাপানশিংনা খনবা কলচরগী

ব্লাখল্লোন। মহাকনা হায — কলচব হাযবসে অচৌবা সহব অমদি টাউন্দা লৈবা মী ঙাক্তগী যেংনবা নত্তে; মখোযদি অতোপ অতোপ্পা লৈবাক্কী সংস্কৃতিগী থৌবম কযা তোয়না উবগী খুদেংচাবা ফংলিবনি। মতৌ অদুগুম্না থাপ্লবা খুঙ্গং অমসুং চীংনুং-মনুংদা লৈবিবা প্রজাশিং অসিগীসু শরুক চপচানা থুংবিফম থোকই। মখোযসু তোঙান তোঙানবা লমগী সংস্কৃতিগী থৌবম কযা শক্তম কযা যেংজনবগী অধিকাব লৈ। কবিগী অচৌবা সহব ঙাক্তদা উৎকনি ? কযাদা ব্লাংপ্রবা লৌনীংঙাই ওইবা ব্লাখল্লোননো — কলচববু থাপ্লবা কাচিন কোযা ফাওবা পুবা !

জাপানগী মফম অযাম্লদা অশাবা ঈশিংগী ঈফুৎ যাম্না লৈ মবমদি মফম অসি মৈগী-চীং (ভোলকেনো) যাম্না লৈবা দেশ অমনি। বাতো দা লৈবা মতমদা, ইহান হানবা ওইনা ঐখোযসু ঈশিং অশাবা ঈফুৎতা ইকুজবা হৌখি। ইকুজফম অদু যুম নীংথিনা শাই, মনুংদা বিলামাটি চনবা ফজবা পুখ্রিমচা অমা লৈ। পুখ্রি অদুদা চীংনুংদগী থোবকপা অশাবা ঈশিং অদু পাইপনা পুবল্লগা থাজিনবনি। অশাবা ঈশিং অসি লূ-তাং চীকপদা কান্নবা লৈনুংগী ধাতুগী শরুক যাওবা মবন্না জাপানগী মীশিংনা যাম্না থব্রাই যাওনা ঈশিং অশাবগী পুখ্রি অসিদা তীংদুনা কুইনা কুইনা ইকুজে।


বাতোগী ঈশিং অশাবগী ইফুৎতা ইকজবা

ইকুজফম অসি শরুক অনি থোক্না খাযদোকই নুপাশিংগী তোঙান্না, নুপীশিংগী তোঙান্না। মী খুদিংমক টিকেট ককপা তাই—লেম্না যাদে। অহানবা নুমিৎ অদুদা ঐখোযদা যাম্না হৈনদ্রবা অমসু হঙ্গোটনা থোকখিবা ব্লাফম অমদি — ফি যাওনা পুখ্রি অসিদা কুপ্না যাদে। অন্দবব্রিযাব/পেন্টি ফাওবা শেৎপা য়াদে। মমাঙগী কা অমদা শেৎলকপা ফি পুন্নমক লোইনা হুক্তোল্লগা ঈশিং অশাবা পুখ্রি অদুদা কুমথগদবনি। মী অমা চঙখ্রি হাযদনা ঙাইদুনা লৈনদে। মফি থনম্লগা মী পঙচঙদা চঙলকই। ঐখোযদি অমুক্তা হান্না থেংনবক্তবা পুন্সিদা অহানবা ওইনা তৌবদনা যাম্না হৈনবমদে, কবমহাই' তৌদৌবিবা খল্লম্বনি। মতুংদদি ঐখোযসু অদুম জাপান ওল্লে !

ওনি-কোবে অপীকপা খুঙ্গং ওইবা মরম্না কুম্মে উৎফম অচৌবা হোল লৈতে। মরম অসিনা ঐখোয়গী জগোই অদু লম্পাক অমদা উৎলি। জাপানগী য়াম্না ফজবা চৎনবী অমদি কুম্মে অসি উৎনবা থৌরাং তৌবা হৌরকপা অমসুং কুম্মে লোইরবা মতুংদা চৌকি ময়াম, লাইট, মাইক্রোফোননচিংবা লোইশিনবদা লাকইবা মী খুদিংমক্না মতেং পাংই। শো হেক লোইবগা ভাবক পুম্না অমত্তা হুন্দোক্তুনা চৎখিদে -খরনা চৌকি লোইশিল্লি, খরনা পাল্লিবা ইলেকত্রিক লাইট ময়ামদু লৌথে। খুদক্তা গাড়ী মচা পিক-অপ ভানশিংদা হাপচিল্লগা হোন্দোকখি। লোইবগা মফমদুদা চাইথোক্লম্না চে-চাং অমোৎ-অকায় পুম্না য়াই শিত্তোকই। অসুম্না পুংখায় অমবোমগী মনুংদা মফমদু শীৎ নালহল্লি — ঙহাক্কী মমাঙদা কুম্মে উৎখিবা মফমনি হায়বগী মমি তাদে। অসুম্না জাপানগী ফজবা চৎনবী অসি উবদা ঐঙোন্দা কন্না ফাওখি। জাপান্দা কুলি থিবা ফংদে — মশানা লোইনা তৌজবা তাই। মখুৎনা শুজবা অদু য়াম্না লেম্না লৌনে। ঐখোযগী লমদা ঐনা কবিগুম্না কুম্মে অমা শিল্লুবা মতমদা লাক্লিবা ভাবক অমত্তনা অসুম্না মতেং পাংবিবোই — ঐখোয়দা মদুগী চৎনবীদু লৈতে। লোইনা চাইথোক্তুনা থম্বিরমগনি — থৌবু ওইবিবা ঐগী অততাই ওইহৌবা ঙাক্লি। ঐসু ইথন্দা ঙমদবনিনা **'শামু-মখোঙ'** দগী মী ৪/৫ লৌকবা তাই।

জাপানশিংগী অসুম্না পুন্না থবক তৌমিন্নবগী চৎনবি অসি উরুবদা ঐখোয়গী পুক্লিংদসু য়াম্না নুংঙাইবা পোকখি। ঐখোয়সু মখোয়গী মতৌ তম্না হৌখি। মফম কয়াদা, কুম্মে, লোইরগা জাপানশিংনা চৌকি থাংদোককপা, লাইট লৌথবনচিংবদু ঐখোয়সু মদুদা য়াওশিন্দুনা মতেং পাংবা হৌবে। মদু উবদা জাপানগী মীশিংনা কয়াদা হরাওবা অমসুং নুংঙাইবা ফোংদোকখিবা।



ওনি কোবেগী উতনা শাবা য়ুম।

ওনি—কোবে উ মরাঙ কায়না ফংই-যুম অযাম্বা উনা শাবনি। উগী থবক্তা থোইদোক্না হৈ-শিংবগীদমক খুঙ্গং অসি জাপান্দা মমিং চৎলি। খুল অসিগী টাউন হোল চাউথ্রবা যুম অদু য়োৎ অমত্তা যাওদে উতনা শাবা উগী হৈ-শিংবা উৎপা শঙ অমনি। ❑

# ৮. ঈরায়-জুমি

আগষ্ট ৪ গী অয়ুক পুং ১০ তাবদা ওনি-কোবে থাদোক্লুনা লাকপনা নুংথিল পুং ৩ তাবদা ঈরায় জুমিদা থুংলমই। মফম অসি কৃংলবা উমংগী মনুংচন্না লৈবা পীক্লবা টাউন মচা অমনি। মীশিং ৪৫০০ রোমদং লৈবনি। মাইল কয়া কয়া মী তাদবা লম্বীনি; লম্বীগী নাক-য়েত্তা উ পাম্বীনা কুওনা হৌই। য়েংবদা ঐখোয়গী মণিপুরগী চীংগী লম্বীদা চৎপগুম খলহল্লি। লম্বীদি অসুক্কী মতীক ফৈ-সহব হায়বা লরায় হায়বা খেন্নবা করিসু লৈতে। শ্রীমতি নাবুকো শাশাকিনা ঐখোয় ময়াম্বু ওক্লমই। মহাক ঐখোয়না সেম্দাই সহরদা শো উৎপা নুমিত্তা য়েংবা লাকখি। মদুদা হান্না শক্ খঙনখিবনি। ভদ্রমহিলা অসি অঙকপা ফংনা মশা খীংবী থবক কনবী নূপীনি। টাউন অসিগী সংস্কৃতিগী থৌরমপুম্বদা থোইদোক্লা পুক্লিং চঙবী নুপী অমনি। মহাক্লা লোইনা শীল্লি — কোয়রাং লাওই, মীকৌ মীরম ফজবী মী তিন্নবা হৈবী য়াম্না থোইদোকপা গুণচেনবী মীশক অমনি।

ঐখোয়গী মৈতৈ জগোয়গী প্রোগ্রাম উৎখ্রিঙৈগী মমাঙদা ঈরায়-জুমিগী অঙাংশিংনা মিনিট ৩০ গী মখোয়গী ওইবা সংস্কৃতিগী থৌরম অমা হান্না উৎলি। হৌদোকপা ওইনা জাপানগী অঙাংশিং অদুনা ভারতকী জাতিগী ঈশৈ **“জন গন মন অধিনায়ক জয় হে ভারত ভাগ্য বিধাতা”** হায়না খঙহৌদনা ঈথা-থাজদনা শক্লকপদা পুক্লিংদা হরাউ-তুজুং পোকখি লোয়ননা ঐখোয় মৈতৈ মচা পুম্নমক লেপখৎত্তুনা জাতিবু ঈকাই খুম্নবা উৎলমই। হৌনবী প্রোতোকোলদি য়াম্না কায়রে; মরমদি ঐখোয়গুম্বা কলাকার কাঙবু অমা লাকপদা ভারতকী জাতিগী ঈশৈ শক্তুনা ঐখোয়বু ওকপা অদু চুমদবনি। তৌইগুম্বসুং মনূং চঙশিন্না লৈখ্রবা তাউন অসিগী জাপানগী অঙাংমচাশিংনা ঐখোয়গী জাতিগী ঈশৈ শক্লকপদু ঐখোয়দা নত্তে—জাপান্না ভারতপু কয়া য়াম্না ঈকাই খুম্নবগে হায়বা উৎপনি, অসুম্না ঐনা লৌজখি।

ঐখোয়গী জগোই উৎলিবা মফম অদু ওদিতরিয়ম নত্রগা ঠিয়েটর হোল নত্তে; য়াম পাকচাউবা জিমনাজিয়ম অমনি (জাপান্দা চৎলু চৎলুবা মফমদা

জিমনাজিয়ম যাম্না লৈ) মখা লৈমায় অদু উপাক থাই। ভাবক পুন্নমক খোঙউপ লৌথোক্লে। ভোলুন্টিয়ার নুপীমচাশিং অদুনা কুম্মে য়েংবা লাকইবা ভাবক খুদিংদা প্লাসটিককী খাউ অমমম মখুত্তা হেক্তা পী। মখোয় মখোয়না তোংলকপা খোঙউপশিং অদু প্লাস্তিক খাউ মনুংদা হাপচিল্লগা চঙদুনা অহাঙবা মফম য়েংলগা পরেং পরেং উপাক মথক্তা থারিবা ফক (মখোয়না তাতামি কৌই) অদুদা ফমই। চৌকি অমত্তা থাদে। মী ৪৫০০ রোমদমক লৈবা টাউননি ইরাই জুমি। নুমিৎ অদুদা মী ১০০০ বোম লাকখি ঐখোয়গী জগোই য়েংবা। জিমনাসিয়ম অদু মীনা ক্রিক ক্রিক ইন্নখি। মী পুন্নমক টিকেট ককই — মমল 'য়েন' ২৫০০ (চাউরাক্লা লুপা ৮৫০ গুম্বনি)। মৈতৈগী জগোয়গী আইতেম খুদিংমক জাপানগী ভাবকশিংনা যাম্না পাম্না থবায় তানা য়েংখি। মখোয়গা ঐখোয় মৈতৈগী সংস্কৃতিগা হিবম কয়াদা মান্নবা লৈ। মদুগী মরমদা মতাং চানা শুগায়না মখাদা ইজরক্নে।

শো উৎপা লোইরগা ঐখোয়পুম্বা স্তেজদা লোইনা থোক্লগা মৈতৈগী চৎনবী মওংদা ভাবক ময়াম্বু খুকমই — ঐখোয়দা লৈ চবোং অমসুং খুদোলপোৎ কয়া মীয়াম মমাঙদা পীদুনা ঈকাই খুম্নবা অমসুং নুংশিবা ফোঙদোকখি। ঐখোয়গী মায়কৈদগী, মকোক ওইনা থবক শীললিবী ভদ্রমহিলা নাবুকো সাসাকিবু ময়াম মমাঙদা কৌথোক্লগা মৈতৈশিংগী সংস্কৃতিগী শক্তম তাকপা **"খম্বা-থোইবী"** গী লাইধিবী মচা অমত্তং খুদোল ওইনা তমজরমই। মদু উবদা মখোয়না কয়াগী মতিক থাগৎপা অমদি নুংঙাইবা


**ইরায়—জুমি**

ফোঙদোকপিরকখিবা! শ্রীমতি নাবুকো সাসাকিগী থোইদোকপা মগুণ অমদি মহাক ইংরেজী নীংথিনা ঙাঙবা ঙমই (জাপান্দা ইংলিশ ঙাঙবা ঙম্বা মী য়ামদে) অদুনা ঐখোয়গা পাউ ফাওদোক্লবা যাম্না নুংঙাইজে। খ্বাইদগী কাউঙমদবদি জাপান লৈশাবীমচা অহুম খক্তি ঐখোযগী নুপীমচাশিংগা মতমচুপ্পদা শুকথা থাদোকনদে লোয়নদুনতা লৈ। ঐখোয়গী ইনাক্তদা লৈ। অসুক্কী মতীক মখোয়না

নুংশিনা তিন্নম্রে — করিগীনো করি ওইনা খল্লুরবনো খঙদে। ঐখোয়না ইরায় জুমি থাদোক্লমদাই গাড়ীদা তোংখৎলবা মতমদা লৈশাবীমচা অহুম অদুনা কপহৌবা শক্তম অদু ঙসি ফাওবা মীৎতা শংশং উদুনা লৈরি। ঐখোয়গী নুপীমচাশিংসু পঙকপ কপমিন্নরে। জাপানশিং অসি শক্তা চুদা ঐখোয় মৈতৈগা ওম্থোক্লা মান্নখবে — অদুনা ওইবা তাই মখোয়না ঐখোয় মৈতৈশিং উবদা হেঞ্জিন্না লুনা তৌবা মচীন-মনাউগুম্না উহল্লি। ঐখোয়সু জাপানশিংগী মরক্তা অদুক কুইনা লৈবদো মীতোপশিং অমসুং মীরৈবাক্তা লৈবগুম পুক্লিংদা খক ফাওখিদে — মণিপুরদা মৈতৈশিংগী মবক্তা লৈবদৌনা ফাওহনখি। মখোয়না মৈতৈশিংবু কা-হেন্না লুনা নুংশিনা তৌরিবদু তৌশিন্নবা নত্রগা মপাম্থোংগী উৎতবা য়াদবগী উৎপা মান্দে। থম্মোয় মনুংমক্তগী নুংশিবা উৎপনি হায়না ঐখোয়না লৌদবা ঙম্লোই।

অহিং অদু ঐখোয় ময়াম্বু চাউরবা এযব কনদিসন তৌবা কাজাউ (হোল) অমদা লৈহল্লি। মথংগী নুমিত্তদি ঐখোয়গী লৈফম হোংবা তাখি। জাপান্দা লৈফম যাম্না তাঙই। ব্রাফমসি ঐনা হন্না হায়রে, ঐবু মাপ তৌবীয়ু কলচরগী লম্নাই সংস্থানশিংনা শিনবা প্রোগ্রাম ওইবনা অচৌবা ফাইভ-ষ্টাব হোতেল গুম্বদা ঐখোয়বু লৈহনবা ঙমদে-অফং অফংবা মফম খুদোং চাবা যেংদুনা লৈহল্লি। ঐখোয়সু মখোযনা থম্বা মফমদা অব্রা-অনা থিদনা হরাউ হরাউ অদুম লৈরকখি। মতৌ অসুম্না শিনবা অদুমক্লসু ঐখোয়না জাপান্দা অদুক শাংনা লৈদুনা মফম ৪০ গী মথক্তা ছো উৎপা ঙমখিবনি। লন্নাই ওইনা কনানসু অমুক হন্না চৎপা ঙম্লোই হাযবদা হায়মনবা থোক্লোই। মবম্দি মী ১৯ গী থা ৩ জপান্দা লৈবগী, চাবগী, থকপগী চথোক চৎশিন অমসুং এরোপ্লেনগী ভাড়া ময়াম অসিগী খরচ পাশিল্লুবা মতমদা লুপা ক্রোর কয়াগী মথক্তা ওইগনি।


রিউসেন্দো কের্ভন

অয়ুক্তা ঐখোয়বু লমকোয়বা অমসুং ফজবা মফম য়েংহনবা ওইনা **‘রিউসেন্দো-কের্ভন’’** দা পুদুনা চৎলি। রিউসেন্দো হায়বা

লৈনুংদা লৈবা চীংগী শুরুং অসি য়েংবদা অঙকপা তুজুংবা পোকই। শুরুং মনুংদা চঙলগা লুরবা ঈশিং খোং চেল্লি -পাক্লবা ঈশিংগী ঈপাক লৈ। শুরুং মনুং অদু য়াম্না ঈংই (সেলসিয়স ডিগ্রি ২২° নি)। ঐখোয়না য়েংবা চৎলুবা নুমিৎ অদু নোং কন্না চুবা মরম্না ঈংবসু কা হেন্না ইংলমই। ঐখোয় পুম্বা মতিকচাবা শামতুগী অরুম্বা ফি অমত্তা পুহৌদবনা য়াম্না ৱানা অইংবা খাঙখি। শুরুং মনুংদা চঙলিবা মীয়ামদুনা কোয়না চত্তুনা য়েংবা খুদোংচানবা য়োৎকী থোং শাই মী তাদনবা নাকন অনি য়াম্না চোকশিন্না খাজিল্লি। ঐখোয়না অমুক্তা উদ্রিবা অঙকপা ফংনা ফজত্রবা মফমনি।

অহিং অদু ঐখোয়গী লৈফম অতোপ্পা মফম অমদা শীল্লি। ঙরাং লৈবা মফম অদুদগী পুংখায় অমগী লম্বী গাড়ীদা চৎলগা চীংখোঙ অমদা লৈবা ফার্ম-হাউস অমদনি। মতম কুইনা মী থুংদ্রবা য়ুম মাল্লি। ইমুং অদু ঐখোয়না থোঙ হাংদোক্লুনা চঙবা মতমদা মিরাং ঙাক্তা! অদুবু অঙকপদি শো লোনশিল্লগা, মী অমত্তা শঙদনা, চীংখোঙ অদুদা য়ুম অমা শাজিল্লগা অদুম থম্বনি। করিগুম্বা মতমদা মরক মরক্তা মী থুংবনি। অদুবু মনুংদা লৈবিবা পোৎ-চৈ পুম্বা অমত্তা হুরান্নদে-জাপান্দা হুবানবা মচা লৈতে। য়ুম মনুং চঙলুবদা মী অমা থুংলবদা চঙগদৌবা খুদোংচাবা পোৎ খুদিংমক লোইনা লৈবমই - গ্যাস, টেলিভিজন, ইলেকট্রিক, রেফ্রিজরেটর, টেলিফোন, তোটি ঈশিং, চাক চানবা কপ-প্লেট অমত্তা ৱাৎতনা লৈরমই। অসুম্না চীংখোঙদা শাদুনা থম্বা য়ুম য়াম্না লৈ। লমকোয়বা মী অমনা চঙদুনা হেক্তা লৈবা য়াই। অদুবু চৎলমদাইদা য়ুমদুদা লৈবগী ভাড়াদি পীরমগদবনি। পৈশা লৌহৌনবা মী লৈতে-মশানা খঙনা পৈশা থাদফম উপু লৈরিবা অদুদা থাদরমগদবনি। বেফ্রিজরেটর মনুংদা য়ু, বিয়র অমসুং হৈ মহিগী লিক্লি ময়াম পীক থন্না হাপ্তুনা থমই। থক্লিংবা লিক্লি অদু লৌরগা থকপা য়াই – অদুবু মমলদি পীবা তাই। পৈশা থাদফম উপু অদুদা থকউবা পোৎ অদুগী মমলদি থাদরমগদবনি। কয়াদা ৱাংথ্রবা জাপানশিংগী নাগরিক অমা ওইবগী দায়িত্ব। ঐখোয় স্বাইদা অদুম্বা য়ুম অমা চীংখোঙদা শাদুনা থম্লবদি – য়াগদ্রা ? ঐনা খঙহৌদনা ইরমদম নীংশিংলকখি Cry the beloved country Manipur ! চীংনা পুমকোয কোয়শিল্লদনা ঐখোয়গী মীথুংশং অদু য়াম্না ঈংই। য়ুম অদুদগী পঙলাপ লাপ্তুনা ষন লোইফম ফার্ম অমা লৈ। নাকাহোরা ডেইরী ফার্ম কৌই। মতম লেনবা ওইনা ঐখোয ময়াম ষন

লোইরিবদু য়েংবা চৎলুই। ফার্ম অদুগী মপু অদুগা উন্নদুনা ঙহাক্ ৱারী শাই। মহাক্না হায় — মাগী ষনবীশিংদু চীংদা লোইনা থাদোক্তুনা মহৌশাগী ওইবা শজিক চারগা য়োকপনি। অসুম্না য়োকপা ষনবীগী শঙ্গোম অসিবু জাপান্দা **"এনভাইরনমেন্টল-মিল্ক"** হায়বদি খুৎশেমগী চীঞ্জাক চাদবা ষনবীগী শঙ্গোম হায়না খঙনৈ। য়াম্না মগুণ লৈবা অফবা মখলগী শঙ্গোমনি হায়দনা মীয়াম্না প্রপ প্রপ মুন্নে। ঐখোয় ময়ামগী থক্লবনী হায়দনা এনভাইরনমেন্টল শঙ্গোম য়াম্না পীরকই। ঐখোয়না থক্তুনা য়েংবদা কবি থোইনা খেন্নবা ফাওদে অক্মা ওইনা তৌই। হকচাংদদি ফবমগদ্রা, খঙদ্রে হায়জবা ঙমদ্রে।

ঐখোয়না হল্লকপদা শ্রীমতি নাবুকো সাসাকোনা ঐখোয় ঙা পামই হায়বা খঙদুনা, ঙা য়াম্না থিল্লকই। সমুদ্রগী ঙানি-মচিন তুমই, ঙারিল মাল্লি। মশক্তু উবদা হঙ্গোইরদনা কনামত্তা চাসি য়াদবে, লোইনা হুন্দোকখ্রে। মথংগী নুমিৎ নোংঙাল্লকপদা শ্রীমতি নাবুকো সাসাকি মচা নুপীগা লোয়নবগা কার অমা মশানা থৌবগা লাকই। ঐখোয়গা বিদায় তৌনরে। মমাংদা পঞ্জখিবা নুপীমচা মরি— সাচিকো, নোবিকো, ফৌকো অমসুং মিয়ুকি — অদুসু অয়ুক্তা অমুক লাক্তুনা বিদায় তৌনরে, ঐখোয়গী নুপীমচাশিং অদুগা কোম্নদুনা কপমিন্নরে। দৃশ্য অদু উকবদা অমুকসু খনখি—করিগীনো মরম খঙদে, জাপানগী মীশিং অসিগা মৈতৈশিংগা অসুক থুনা অদুক হকচিন্না নুংশিনরুবসি। অয়ুক পুং ৯ তারক্লে; ঐখোয়গী মী ২৯ চনবা এয়াব কন্দিসন তৌবা তোয়োটা মাইক্রো বস মথক্তা কাখৎলে — বিদায় ইৱায জুমি — ঐখোয়গী য়ুম **"মিথিলা ম্যুজিয়ম"** গী মায়কৈ পাংলক্লে। ❑



**ইরাইজুমিগী লৈশাবীশিং মৈতৈগী ফিজোলদা — সাচিকো, নারিকো, ফৌকো অমসুং মিয়ুকি। (তুংদা লেপলি)**

# ৯. মিথিলা (২)

ঈৱায় জুমিদগী মিথিলা মিউজিয়ম ফাওবা পুং ১২ গী লম্বীনি অয়ুক পুং ৯ দগী থৌরকপনা নুংদাং পুং ৯ দা থুংই। মাঙজৌননা পাউ পীখিবা মরম্না, ঐখোয়না থুংবদা ঐখোয়গী নুমিদাংগী চাকলেন থোংদুনা থম্বীরম্লে। মিথিলা মিউজিয়মদা থবক তৌবি শ্রীমতি হাসুনামা মতম কুইনা বিহারগী মধুবানি খুঙ্গংদা লৈদুনা ভাবতকী সংস্কৃতি য়েংলুরবী ভদ্রমহিলা অমনি। মহাক হিন্দুস্থানী নিংথিনা ঙাঙবা ঙমই অমসুং ভারতকী চাকথোং ফজনা হৈ। মহাক্না ঐখোয়গীদমক হৱাই অরহর অমা শাগ অমা থোংদুনা থম্বিরমই। মিথিলা মিউজিয়মদা তেবাকোত্তাগী মূর্ত্তি শাবা লাকপা শিল্পী বিহাবী মচিন মনাউ, লালা পণ্ডিত অমসুং জগদীশ-অনিনসু চাক থোংবা অদুদা মতেং পাংবিবনি।

মথং ঐখোয়গী কুম্মৈ উৎকদবসি আগষ্ট ১৩ দনি। মবম অসিনা মিথিলা মিউজিয়মদা নুমিৎ মঙানি পোথাদুনা লৈবা তারমই। থবক অমত্তা লৈত্রবনিনা, জাপানগী য়ুমলৈ-কৈরৈ অমসুং মখোয়না লেল্লিবা পুন্সিগী মরমদা খরদং কুপ্না থিজিনবগী খুদোংচাবা অমা ফংখি। মদু য়াম্লমক মমল য়াম্বনি হায়না ঐনা লৌজখি মরমদি ঐখোয়, জগোই উৎনবা হোৎনরিঙৈ জাপানগী মরমদা কুপ্না থিজিন-হুমজিন্নবা মতম লৈবমদে। হন্দক্তি মদুগী খুদোংচাবা অমা ফংখি।

জাপানশিংগী শেল-থুমগী ফিভম য়াম্না ফৈ; পৈশা য়াম্না লৈ, খরচ তৌবা ঙম্বগী চাং যাম্না ৱাংই। লায়রবা মী লৈতে। সরকাবগী থৌশিন্না, লায়র-অনং চপ মান্ননা তেমদুনা থমই। তলব চাউনা চাবা সরকারগী কর্ম্মচারী নত্রগা অচৌবা কম্পনীগী চেয়ারমেন মেনেজরশিংগা শেল-থুমগী ফীভমদা খুঙ্গংগী লৌমী অমগা করিসু খেন্নদে। লৌমী অমগীসু তলব চাউনা চাত্রবা অফিসার অমগী লৈবা পোৎচৈ — কার, টেলিভিজন, টেলিফোন, রেফ্রিজরেটর, অমত্তা ৱাৎতনা লৈ। মতৌ করম্না লায়র-অনং চপ মান্নবা চাংদা তেল্লগা থমবগে হায়বসি খরদং পঞ্জনিংই। জাপান্দা পোৎ-চৈগী মমল য়াম্না ৱাংই। জাপান্দা চেঙগী মমল য়াম্না তাঙই। লৌমী অমনা পুথোকপা অতাঙবা চেঙ অদু তলব

চাউনা চাবা মীশিং অদুনা মমল ব্রাংনা পীদুনা লৈবা তাই। চুজাক অমদা য়েন ১০০, খামেন অহুমদমক য়োমই, 'য়েন' ১০০, খামেন অশিনবা ৪ থক্তনি, 'য়েন' ১০০ (লুপা ৩৩ গা মন্নে) ..... অসিনচিংবা। জাপান্দা তলব চাবা সরকারগী চাকরী তৌদ্রবসু যাই – কোবী খর, খামেন অশিনবা ফৈদোম অমা অনি; খামেন খরা, আল্ খরা থারগা লোইরে। মাগী পোত্থোকশিং অদু য়োল্লগা ফংলকপা শেল অদুনা তলব চাবা অফিসার অমনা লৈবা ঙম্বা পোৎশিং অদু – মহাকসু ঙমই।

জাপান্দা হুরানবা লৈতে। চাউর-চাউরবা অফিস অমসুং কল-কারখানা কয়া-চৌকিদার অমত্তা লৈতে। পুং ৫ তাদুনা অফিস লোইরকপদা কর্ম্মচারিশিং অদুনা থোঙ মথং মথং লোনশিল্লমলগা, মৈ মুথৎলল্লগা লোইনা চৎনখিবা ঙাক্লি। অহিংদা অফিসদু শঙনবা মী থমদে। হয়েং অয়ুক পুং ১০ চপচানা ময়াম কারক্কনি, মখোয়না থোঙ হাংদোক্লগা মাগী মাগী মফমদা থুনা য়াঙনা চঙদুনা থবক শুবা হৌই। জাপান্দা পুং ১০ হায়রবদি চপচানা পুং ১০ ওইগদবনি; মিনিট অমা থেঙবা চৎনদে। ঐনা খল্লকখি – ঐখোয় অসিব্রাইদা ওইরবদি অসুম্না মী অমত্তা ঙাক শেন্দনা মমল য়াম্লবা পোৎ ময়াম অমা হুন্দোক্তুনা অহিং থম্লম্বা য়াগদ্রা ? ঐনা হংই – মখোয়না খুমই **"জাপান্দা হুরানবা লৈতে"**।

ঐখোয়না চৎলুবা মফম মফমদা পোৎ অতেক অকায় ময়াম হুন্দোকফম চাউনা চাউনা পৈরম্বা থেংনৈ। মদুদা কার, লৌ-খোইনবা ট্রেক্টর মচা, টেলিভিজন, টেপ-রেকোর্দর, ময়াম অমা হুন্দোক্তুনা থমই। ঐখোয়দি থবক লৈত্রবনিনা পোৎ ময়াম অদু পায় পায়দুনা য়েংই। য়াম্না ফবিবা পোৎ ঙাক্তনি খজিক্তং য়ারক্তবদা জাপানশিংদি হুন্দোকই। মরমদি শেম্নবা মতম লৈতে – শেম্বনা মমল হেন্না চঙই হায়। কার অমা য়াদ্রবা নত্রগা মল্লবদি মদু শেম্বদা চঙগদবা খরচ অদুনা অহনবা অমা লৈবনা হেন্না তোংজৈ হায়। পৈশাসি য়াম্না লৈখ্রে। খনবদা অজ্ঞান মমই। ঐখোয়গী লমদা ঐ মক্কী কার চহি ৩০ শুরে, হৌজিক ফাউবা শীজিন্নরি। ঐগী কার অসিদগীদি মখোয়না হুন্দোক্লিবা কারশিং অদুনা শরুক ১০০ হেন্না ফৈ ! পৈশা লৈবা ঈনাক খুনবাশিংনা চীংনুংদা ফজ-ফজরবা বাংলা মচা মচা শাদুনা থমই। চয়োলগী লোইরকপা থাঙজা-

নোংমাইজিংদা লাক্তুনা মখোয়না মদুদা লৈ। শো লোনশিল্লম্লগা অদুম চৎখি কনাসু শঙদনা হুন্দোক্লমই। মনুংদা মমল যাম্লবা পোৎ ময়াম অমা লৈ– টেলিভিজন, রেফ্রিজরেটর, চাক থোংনবা গ্যাস, টেলিফোন, হিপ্ল-চানবা ফিবোল কনাসু হুরাম্লদে। ঐনা ঙক্লদুনা হাসেগাব্রা—সানদা হংই-নখোয়গী লমসিদা পোৎ হুরানবা লৈতবরা ? মহাক্না নোক্লদুনা খুমই – ‘মী পুম্নমক মাগী মাগী অৱাৎপা অমত্তা লৈনদে, হুবগী দরকার কনাগীসু ওইদে’। তশেংনমক স্বৰ্গগী লৈবাক কুম্বনি।

জাপান্দা লৈনবা য়ুম চাউনা শানদে। মসিগী অচৌবা মরম অমদি—লমগী মমল য়াম্লা তাঙই। উ মরাং কায়না ফংবা লম ওইবনা – অয়াম্বনা উনা শাই, লৈমায়সু উপাক্লা কাংথক হাই, জিঙ্গনা কুপই। য়ুম খুদিংগী মমাঙদা লৈকোন মচা অমদি শোয়দ্রে। জাগা সুপ্লৈ লৈত্ৰবসু গমলাদা লৈ ময়াম নীংথিনা থাদুনা থমনৈ। য়ুম মমাঙদা থারিবা উচান পাম্বী মচাশিং অদু য়াম্লা যতন তৌনা মনা মশা কক্তুনা তোঙান তোঙানবা লৈতেংগী মওংদা শেমদুনা থমই। জাপানশিংগী ফজবগী ব্ৰাখল্লোন য়াম্লা ৱাংই। ঐখোয়না খল্লম্বগী ৱাংমদনি। লৈকোন শেম্বা অমসুং লৈশু থাবগী থবক অসি য়ুম য়ুমদগী হেন্দোক্তুনা পাক্লবা লম্বীগী (হায়-ৱে) নাকল অনি মক্তা, মাইল ১০০/১০০ শাংনা পরেং পবেং লৈ থাদুনা থমই। লম্বীগী নাক য়েত্তা শাৎলিবা লৈশিং অদু সরকারনা মালি থমদুনা থাবা নত্তে; প্রজাশিংনা থাবনি। মসিমক উরুবদা ঐখোয়দা অঙকপা অমা ওইনা থোকহনখি।

লৈগী ব্ৰারম ইরকপদা অমামুক নীংশিংলকই। ঐখোয়গী লমদদি থম্বাল হায়বা লৈ অসি পাৎকুম্বা অকুৎপা ঈশিং তুংবা লমজাউদা মথন্দা পঙশাৎ শাৎচবনি। কনানসু থম্বালবু পাক শন্না থৌওইনা থানদে। অদুবু জাপান্দদি থম্বাল থাবা লৌবুক লৈ। মীনা থৌওইনা, লৌ উবগুম পাক শন্না থম্বাল থারি নীথিনা লৈ শাৎলি। শাৎলিবা থম্বালশিং অদু কৈথেলদা য়োম্লবনি। মখোয়সু ঐখোয়দৌনা থম্বৌ চাই-য়োল্লি। ❑

# ১০. মাটসুয়ামা

আগষ্ট ১৩ গী অয়ুক্তা মিথিলা থাদোক্লুনা মাটসুয়ামাদা লাক্লমই। মফম অসি মিয়াগি প্রিফেকচবগী মনুংচনবা টাউন অমনি। ঐখোয়গী বস অদুনা চৎপদা পুং ৮ লোম চঙই। জাপানগী লম্বী অচৌবা হায়-ৱেশিংদা থৌদুনা চৎপা অসি অঙকপা অমসুং অনৌবা মখলগী জ্ঞান অমা ফাওই। লম্বীদা চেল্লিবা কাবশিং অদু চাউবাক্লা মখল অনীনী — অমনা অপীকপা ঐখোয়গী মারুটি কাবগুম্বনি। অতোপ্পা অমদুদি — ইমুং মনুং পুন্না চনবা কারনি য়াম্না চাউই। ঐখোয়গী মিনি-বস অমুক চাউই। কার অয়াম্বা ফোর-হুইল-ড্রাইভ ঙাক্তনি। মদুদা ঈমুং মনুংগী মী লোয়না হাপচিল্লগা লম কোয়বা অমসুং য়েংবা চৎনৈ। গাড়ী ময়াম অদু মবী মবী থৌনৈ, গাড়ী অমত্তনা মমাংথারিবা গাড়ী অদুদগী বগল লৌদুনা হেনগৎনদে, হোর্ন অমত্তা খোংনদে, গাড়ী অমত্তা মনীংদা মৈখু থোকপা য়াওদে। কার অমত্তা খুদোংথীবা য়াবা মওংদা থৌদে অদুবু অযাম্বনা পুংদা কিঃ মিঃ ১২০ দগী ১৫০ ফাওবগী চাংদা য়াঙনা থৌই। খ্বাইদগী য়েংবা নুংঙাইবা কুম্মৈদি মখোয়গী চেল্লিবা ট্রক গাড়ীশিং অদুনি। অসুক্কী মতীক চাওই-উবদা থাজদে। চাকা ২৪ পানবা, ঐখোয়গী মমাঙ শঙ্গোই মরুম চাউরবা মাল-গাড়ী ময়াম অদু পোৎ পুদুনা য়াঙনা য়াঙনা চেল্লি। ভারতকী সহর অমত্তা অদুক চাউবা মাল গাডী অমত্তা চেন্দে — মদু চেনবা য়াবা লম্বীসু ঐখোয়গী লৈতে।

মাটসুয়ামাদা থুংলুবা অহিং অদুমক্তা টাউন অদুগী মীশিংনা ঐখোয়বু বার্ত্তন তৌরক্লুনা ঐখোয়বু হরাও চান্না ওকপগী থৌরম পাঙথোকই। ঐখোয় ময়ামগী লৈনবা শীল্লমলিবা য়ুম অদু পিকমনখিবনা খুদোংচাদবা কযা ফাওখি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয় থোইনা ৱাকৎপা তৌরুদে লৈতদুনা তৌবির্বনি খন্দোকই। মথংগী নুমিত্তদি অতোপ্পা অফবা মফম অমদা হোংদোকই। ঙসি ঐখোয়গী জগোই উৎকদবা নুমিৎ অসিগা মফম অদুগী ওইবা জাপানগী অচৌবা কুম্মৈ অমগা ফাংজিন্নবমই। মেলা অমগুম্না শীল-লাঙই অচা অথক যোনবা

পোৎফম কয়ামকম লৈ। হাসেগাৱা-সান গীসু পোৎফম অমা হাংই – মচা নুপী রাইনা (চহি ১৪) অমসুং মচানীপা মুন্না (চহি ৭) না পোৎ য়োনবদা মতেং পাংই। মাগী পোৎফমদা য়োল্লিবদদি ভারতকী পোৎ-চৈশিং হায়বদি সলৱার কমিজ, চাগী খূজি, লাইগী মূর্তি, হেণ্ড-বেগ, বিন্দি অসিনচিংবা। জাপানগী মীশিংদা ভারতকী পোৎ-চৈশিং অসি মতা অমা ওইনা নৌনা উবা ওইনা তৌরদনা য়াম্না পাম্না লৈনৈ। থোইদোক্না নুপীশিংনা পোৎফম অদু ক্রিক ক্রিক ঈম্নৈ। মদু উবদা ঐখোয়দা য়াম্না নুংঙাইবা অমসুং নোক্লিংবা পোকই–করিসু লৈতবা চাগী খূজি অমা অমুক হুকচিল্লি অমুক লৌথোকই, মখোয় মশেল মরোল লোন্নরগা পংনোক্তা নোকই ! চাগী খূজি জূরা অমদা লুপা ১০০ গুম্বদা য়োল্লি। জাপানগী নুপীশিং খূজিনা লৈতেং ওইনা শিবা লৈতে। অদুবু ফজবা লৈতেংগী পোৎ পাম্বা হায়বসি নুপী খুদিংমক্কী হৌনবী ওইরমাল্লে। খূজিশিংদু লৈশাবীমচাশিংনা লৈরগা য়াম্না থুনা শিজিল্লগা চৎনখি।

ঐখোয়না কুম্মৈ উৎলুবা মফম খুদিংমক্তা ভারতকী ফিরোল অমসুং খুৎশা হৈবগী পোৎলম কয়া য়োনবা পোৎফম অমা তত্তনা হাংই। জগোয় য়েংবা লাকপা ভাবকশিংদুনা ইন্টরভেলগী মতমদা থোরক্তুনা পোৎচৈশিং অদু য়াম্না পাম্না লৈনৈ। পোৎফম হাংলিবা মী, মামোরু মিউরা-সান, ঐখোয়না চৎলিবমখৈ চৎলি। মহাক জাপানগী জুদোগী ইন্সএকতর অমনি। ভারত্তা চহি ১০ রোম লৈরমই– নেস্যানেল ইনষ্টিট্যুট ওফ স্পোর্টস, পাটিয়ালাদা জুদোগী ইন্সএক্তর ওইনা। মহাক্না নীংশিংলকই – নখোয়গী মণিপুরদগী নুপীমচা জুদোকা অমা মহাক্না পাটিয়ালাদা লৈরিঙৈদা তম্বিখিবনি- সাবিত্রি চনু কৌই। মহাক কুইনা, ভারত্তা লৈরম্বা মরম্না ঐখোয়গী দেশপু মুন্না খঙই; ইংরেজীসু ফজনা ঙাঙবা ঙমই। দীল্লী অমসুং পঞ্জাবতা মাগী মরূপ মপাং য়াম্না লৈ। মাগী য়োন্নবা ভারতকী পোৎ-চৈ ময়ামদু মখোয়না চাং নাইনা থাবিরকই; মহাকসু য়ামদ্রবদা চহি অমদা অনিরক্তি ভারত্তা চৎলি-পোৎ তীকপা। পোৎচৈদি মমল য়াম্বা পোৎ নত্তে – মীৎ-না থকপা, অরং অরাক দীল্লিগী জনপথদা য়োল্লিবা ময়ামদুনি। অদুবু জাপানশিংগী মফমদদি অনৌবা পোৎ ওইনা থোক্লুদুনা পঙলৈদা লৈনৈ। জনপথদা য়োল্লিবা শলৱার-কমিজ অহোঙবা লুপা ১০০।২০০ পীবদু জাপান্দা লুপা লিশিং অমদা য়োল্লি – শিংলি। কনাসু মমল থিনদে – লৈবগা খুদক্তা হেক্তা শেৎচিল্লি। অমনা খূজি অচৌবা অমা হেক্তা লৈ – থুনা য়াঙনা

হুকচিল্লি — চারে — নোকই পৈশা হেক্তা থাদৈ। অনৌবা মওংগী দৃশ্যনি। ঐঙোন্দা থোইদোক্লা নুংঙাইজবা ফাওবদি — ভারতকী পোৎচৈ য়োনবা পোৎফম মচা অমমম হাংবা অসিনা ঐখোয়না উৎলিবা ভারতকী জগোই অদু মপুং ফাহল্লি। মীকুপ অমত্তং ওইরবসু ঐখোয় জাপানদনি হায়বা কাউথোক্তুনা ভারতকী সহর অমা ওইরবোই নীংহল্লি।

নুংথিল পূং ৫ তাবকপদা মাটসুয়ামা টাউনগী সড়ক পুম্বা মীনা পীক থনখি। প্রোসেসন অমা লাকই — মোটোর-বাইক মরিনা মাঙ থারকই। ঐখোযগী কাঙবুদগী মী অমা অনিদংসু প্রোসেসন অসিদা শরূক য়াহনবীয়ু হায়বদগী — ঐখোয়গী নুপামচা অমগা নুপীমচা অমগা য়াওখি। মমাঙ থাবিবা মোটোব-বাইক অদুগী সাইদ-কার অমমমদা মখোয়বু তোংহল্লি। অঙাংমচাশিংগী তোঙান তোঙানবা কাঙলুপনা অপীকপা দোলাই অমমম পুরদুনা প্রোসেসন অদুদা শরূক য়াবি। মদু লৈকাই লৈকাইগী নত্রগা তোঙান তোঙানবা সংস্থানশিংগী ওইবম্বা যাই। মযাম অদুনা টাউন অদু থুংনা প্রোসেসন চৎলবা মতুংদা মাটিসুয়ামা ম্যুজিযম, মমাঙদা লোইশিল্লি। মফম অদুদা ঐখোয়গী মৈতৈ জগোই উৎনবা স্তেজসু শাদুনা থল্লি। থোইদোক্লা নিংশিংনীংঙাই ওইবা থৌদোক অমদি ঐখোয়গী মরূপ শ্রীমতি নোবুকো সাসাকি মাগী মচা নুপীগা লোয়ননা ঈৱায়-জুমিদা কুম্মৈ উৎলুবা মতমদুদা ঐখোয়গা মহাক্কা মৰূপ শারকপনি। ঐখোয়গীদমক অচা অথক খরসু ঐঙোন্দা পীরগা হায়বমই— নখোয়গী জগোইসি অমুক্কা হন্না য়েংনিংবদগী ঙসি ইচানুপী ঐখোয়নি কারনা পুং ৫ গী লম্বী থৌরগা লাক্লিবনি। মৈতৈগী জগোয়শিং জাপানগী মীশিংনা য়াম্না পাম্না য়েংখি।

কুম্মৈ উৎপা লোইরগা নুমিদাং পুং ১০ তাবদা ঐখোয়গী লৈফম (স্পোর্টস হোস্তেল অমদনি) য়ৌই। অহিংদু ঐখোয়না চাক থোংলগা চাবা লোইবদা নোংয়াই য়ৌরে। অয়াম্বা মফমদা ঐখোয় ঈশানা থোংলগা চাজবনি মবমদি জাপানগী চাক ঈনশাং অদুনা ঐখোয় মৈতৈদি পুক থনবা খক ওইদে। মপূং ওইবা চানবা চাক নত্রগা য়েনশাং মখোয়গী য়াওদে। অদুনা ঐখোয় হৈনদে। পোৎ খুদিং মচেৎ মচেৎ ওইনা — ঙা খরা, নুং-হৱাইদগী শাবা পোৎ খরা, মনা মশীং সলাদ খর। মদুনদি মৈতৈগী পুক অসি ফাথবা খরা ৱানা

থোকই। ঐখোয়না পোকপদগী হৈনরক্লবা চাক অমা, হৱাই অমা, ঙৌথোং অমা, ঙা অমা – ঐখোয় ঈশানা থোংজরগা চারবতদা পুরন হেক ওই ! মদু হেক নত্রিবা ফাওবা অমত্তা জগোই শাবা ঙমদে।

নীংশিংলি মথংগী অয়ুক অদু আগষ্ট ১৫ ভারতনা স্বরাজ ফংবা নুমিৎনি। শাজেল ওইনা অয়ুক ঙন্তা হৌগত্তুনা ইথন্দা ৱাকিং চৎলি। চহি ১১/১২ রোমতমক ওায়রিবা জাপানগী নুপা মচা অমা সাইকল তোংলগা যুম যুম খুদিংগী খবর কাগজ য়েল্লি; ওল্লিবনিনা মী হৌগৎনদ্রি, কোম্বোংদা থাদরি। মকোক্তা হেলমেট উপই নুপামচাদু – জাপান্দা সাইকল তোংবসু হেলমেট উপ্তবা য়াদে। মী কনা হৌনদ্রিবা ঙনথ্রবা অয়ুক অদুদা অঙাং মচা অদুনা খবর থারিবা অদু উবদা ঐনা নুংশিনা ঙহাক লেপ্তুনা য়েংলমই। মখোয়না ব্যবহার ফজবসি নুপামচা অদুনা ঐবু উবদা মকোক নোল্লদুনা জাপান মরোন্না **'ওহায়ো গোজাইমাস'** হায়দুনা কৈসু খঙনদবা ঐবু ঈকাই খুম্নবা উৎলি। ঐনসু খুমই – **'ওহায়ো গোজাইমাস'** হায়রল্লগা নুপামচাদু সাইকল থৌদুনা মাগী মথৌ তৌবা চৎখিরমই। ঐ ইথন্দা মফম অদুগী অকোয়বদা চৎত্তুনা য়েংই – চীংগী লমনি। চীং অদু লম্বী শেম্বগী অমসুং পাকথোকহনবগী ককথৎলি। ককথৎলিবা চীঙচেপ অদু বিলামাটিনা থুংনা তৈশিন্দুনা অমুক হন্না নীংখায়রক্তনবা শেমই। চীংদি ককথৎলগা বিলামাটিনা তৈবা খুংদ্রিবা শরূক অদুমখৈ পোলিথিনগী পাক্ল-পাক্লবা মপাক্লা কুপশিন্দুনা থমই। নোং তারক্লবসু লৈপাকশিং অদু চোৎলগা মখা নীংখায়রক্তনবনি।

অয়ুক পুং ৯ তাবদা চাকঙন চাথোক্লগা ঐখোয়গী যুম মিথিলা ম্যুজিয়মদা হন্নবা শেম শারে। জাপানগী চৎনবী অমনা – ঐখোয়না থুংলুবা মফমশিং অদু ঐখোয়গী চৎপা মতম য়ৌরে হায়দনা থোক হুঞ্জেক লল্লগা চৎপা য়াদে। ঐখোয়না লৈরম্বা কাশিং অদু লোইনা শিৎ নান্না লোইশিল্লমগদবনি। চাকথোংফমগী কোল-লিক কপ-প্লেট ময়ামদু ফেঙদোক -চামথোক্তুনা মফম চানা চানা থমজিনবা – মথংদা, ঐখোয়না শীজিন্নরম্বা তোইলেট শেংদোক্লম্বা তাই। অরোইবদা উপাক্কী ফ্লোর অদু লোইনা ফিনা তকথোক্লগা য়াম্না নান্না থনমগদবনি মরমদি জাপান্দা মদু তৌবিনবা মীনাই লৈতে। মী খুদিংমক মশা মশানা মখুৎনা থবক নোম্বা চৎনৈ। মিথিলা মিউজিয়ম তান্না হল্লকপদা লম্বীদা ট্রাফিক জাম

তৌরমদুনা ঐখোয়না থুংবদা নুংদাং পুং ৯½ তারে। ঐখোয়গী বস থৌরিবা হিরো সানদি ৱারমাল্লে গাড়ী থৌনা থৌনা উইরক্লে। ঐ মিপাইবা হৌরকখি – ড্রাইভরনা উইরবদি একসিডেন্ট থোকপা তারে হায়দনা। গাড়ী খামহল্লে – কোফি কপ অমা থকহল্লে, ঙহাক পোখাহল্লে। লম্বীদু শাংমনবনা লমখাঙদা থাউ হানবা তাখি। জাপানগী থাউ হানফম ওইল পম্পশিং অদুসু য়েংবদা ঐখোয়দা য়াম্না নুংঙাইবা অনৌবা অমগুম্বা থোকই। থাউ হানবগী থবক তৌবিবশিং অদু অয়াম্বনা চহি ১৮/১৯ গী লৈশাবী পাখংমচা ঙাক্তনি। নুপীমচাশিং অদুসু নুপামচাগুম্না লোইনা খোংগ্রাউ শেৎলি য়াম্না মশা খীংই। গাড়ী হেক খাম্বগা অমনা ফন চোংখৎলগা গাড়ীগী মিংশেল্দুদা ঈশিং কাপশিল্লি, অমনা শৎ শৎ তৈথোকই, অমনা ড্রাইভরদগী শো হেক্তা লৌখি, অমনা থাউ টেঙ্কি মখুম হাংদোক্লগা অমনা থাউ হেক্তা হানজিল্লি। ড্রাইভরদি শুককুম কুমথদে। মিনিট ৫ গী মনুংদা মখোয় নহারোল ৪/৫ অদুনা থাউ হানবা লোইশিল্লে। লোইরগা শো অদু মথক্তা ফমদুনা লৈরিবা ড্রাইভর অদুদা লানখৎলকই অমসুং মোমোন নোক্লদুনা মঙক অদু নোল্লদুনা খুকমই। অসুম্না তৌবা অসিবু জাপান নত্তবা অতোপ্পা লৈপাক অমা লৈরমগদ্রা? অসুক ব্যবহার হৌন-লমচৎ ফজবা জাতি অমা লৈরমখিগদ্রা?

মিথিলা ম্যুজিয়মদা থুংদুনা ঐখোয়না চাবা থকপা লোইবদা নুংদাং পুং ১১ রোম তারে। লমশাঙ লাকপগী ৱাবনা ময়াম্মক লোইনা পোখানখরে। মথংগী নোংমা নিনিদি ঐখোয়গী কুম্মৈ লৈতে অদুনা মিথিলাদা পোখাদুনা লৈরমই। অহিংদু নোং কন্না চুই – য়াম্না ইংশিল্লকই। চীংগী লম ওইবনা নোংগী ঠিকানা লৈতে মংবগা চুবনা হাল্লি। অদুবু মথংগী অয়ুক্তদি নোং হাংখরে – মিথিলাগী চীংগোলদা নুংশা ফজনা থোরকখি। নুমিত্তু ঐ হকচাং খরদং ঙম্লক্তবদগী ডাক্তর অমত্তং তাননীংই হায়দনা হাসেগারা-সানদা হায়জরমই। আগষ্ট ১৭ কী অয়ুকনি – হাসেগারা-সাননা মিথিলাদা থবক তৌবা অফিসার অমা ঐগা চৎমিন্ননবা শীনবীরে। নহা অদুগী মমিং কিউসকে-সান কৌই। ঐখোয় অনি কিঃ মিঃ ৩০ রোম থাপ্লা তোকামাচি সহর তানা চৎকদবনি। ঐনা জাপানগী তোকমাচিদা ডাক্তর উন্নবা চৎপসি – খুৎতামচাগী ফাগীদু **"কলিকাতাদা রেকোর্ড লৌবা চৎপ্রা হায়ববু ঈজ্জৎ লৌহৌরে"** হায়বদু নীংশিল্লকখি। মরোন মবি ফাওনদবগী ৱানি। ঐনা ঙাঙই ডাক্তর অদুনা খঙদে;

ডাক্তরদুনা ঙাঙই ঐনা খঙদে। মহাক্না ইংরেজী খঙদে, ঐনা জাপান মরোল খঙদে। ঐগা লোয়নরিবা জাপান মচা অদুসু ইংরেজী মরোল শুদে। ঐনা ঐগী নুংঙাইতবশিং অদু মথং মথং হায় – ডাক্তর অদু ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদে, মোমোনতমক নোকই। অরোইবদা ঐঙোন্দা গুলি ১০ খক পীরে। করিগী গুলিনো খঙদে – মরমদি মঙোন্দা ঐনা অনাবগী লাইওং ময়াম অমা হায়বদু মাদি করিসু খঙদ্রবনি। ঐসু উপাই লৈতে – মানা পীরকপা গুলিদু নোংমা নিনি চারে। মশানা তাবনি – জাপানগী গুলি ময়ামদুনা ঐঙোন্দা থোইনা কান্নবা ফংখিদে !

আগষ্ট ১৮ দা তোকামাচিদা ঐখোয়গী কুম্মৈ উৎকদবনি। নুংথিল পুং ৩ তাবদা ঐখোয় ১৯ মক হাসেগাৱা-সান মশামক্না পুদুনা ফোরেনর রেজিষ্ট্রেসন অফিসদা চৎলি। জাপান্দা ঐখোয় থা ৩ হেন্না লৈবা তাবনা অফিস অসিদা চত্তুনা পাস অমমম লৌথোকপা মথৌ তারমই। পুং ৫ তারকপদা অফিস অসিদগী ঐখোয়গী জগোই উৎফম অদু তানা অদুম চৎলে। মহৌশাগুম, ভারতকী পোৎ-চৈ য়োনবা পোৎফম অনি হাংলমই। দুকান মচা পোৎফম অমনা হাসেগাৱাসান গীনি অতোপ্পা অমদুনা মামোরু মিউরা-সান (জুদোকা) গীনি। কুম্মৈ য়েংবা লাক্লিবা ভাবকশিং অয়াম্বনা নুপীঙাকতনি; কুম্মৈ হৌদ্রিঙৈদা পোৎফম অনিসিদগী পোৎ য়াম্না লৈনৈ। পুং ২ রোমদং য়োনবদা মামোরু মিউরা-সাননা ঐঙোন্দা হায় – **‘য়েন’** মিলিয়ন অনি গুম্বগী পোৎ শীৎলি (ঐখোয়গী লুপা লাখ ৩ লিশিং ৩০ গুম্বনি।

তোকামাচিদা উৎলিবা কুম্মৈ অসি হাসে গাৱা-সান গী মরূপ হিগুচি-সাননা শীনবনি। জগোই য়েংবা লাকিলবা ভাবকশিং অসি অহল ওইরবা হনুবা হনুবীগী মশীংনা হেল্লি (ঐখোয় স্বাইদদি গোবিন্দদা চৎনরবা চহিনি)। মী ৪০০ রোম চনবা হোলনি, ভাবক্না পীক থল্লি। হোল অদুগী নৈমায় উপাক থাই। মদুগী মথক্তা থুপচিনবা য়াবা য়োৎকী চৌকি ময়াম থারি। মী খুদিংমক টিকেট অমমম লৈরগা চঙলকই। লেম্না য়েংবা য়াদে; জাপান্দা ফ্রি পাস নত্রগা কমপ্লিমেন্টরি চৎনদে। মী খুদিংমক পৈশা পীবা তাই। শো লোইরবা মতুংদা নুমিদাং পুং ১০ তাবদা ঐখোয়গী লৈফম মিথিলাদা হল্লকখি। তেরাকোত্তাগী লাই শাবা বিহারী মচীন মনাও – জগদীশ অমসুং লালা পণ্ডিত –অনিনা

ঐখোয়গী চাক থোংবিবন্নে — চাক অমা, হৱাই অমা, শবজি অমা। মদু চাবগা অহিং অদুমা পোত্থানরে।

নোংঙাল্লগা হাসেগাৱা-সান না ঐখোযদা খঙহল্লি —নুমিৎ ৪৩ নি লীশাং শীৎনা ঐখোয জাপানগী মফম কযাদা চত্তুনা কুম্মৈ উৎলুগদৌবনি। নুমিৎ ৪৩ নি অসি ঐখোয়গী লৈফম মিথিলা ম্যাজিযমদা অমুক হল্লক্নবোই। লম শাংনা মতম কুইনা চৎকদবা ওইবনা ঐখোযগী ফি-বোল শেৎন চানবা অদু তঙাই ফদবা অদুতমক পুরগা যাম্না যাংনা চৎনবা পাউতাক পীবমই। ঐখোয় খুদিংমক্তা নাইলোনগী অচৌবা বেগ অমমম য়েল্লি — মদুদা চনবা ফি-রোল খরা হাপ্লগা লোইরে। মসিগী মথক্তা মী খুদিংগী স্লিপিং-বেগ অমমমসু পীবমই। মরমদি ঐখোয়না চৎকদৌরিবা মফম খরদি তুম্ফম হিপফম মতীক চানা লৈবমদবা যাওগনি। নীংশিংলকই এনঃ সিঃ সিঃ গী, ছাত্রশিংনা কেম্প চৎনবা শেমশাবগুম ঐখোযসু পোৎচৈ য়োমশিল্লি। তশেংবনি, মী ২০০ বোমদমক লৈবা সমুদ্র ময়াইদা লৈবা ঈথৎতা চত্তুনা কুম্মৈ উৎলুবা যাওখি। ঐখোয় মযামগী হিপ্প-চানবা ফিরোন থৌরাং তৌবা ঙমদদনা উপাক্কী লৈমায়দা স্লিপিং-বেগ অদুমগা অহিং লেনবা যাওবকখি।

জাপান্দা মী অমা হেক উন্নবদা **"ওহায়ো গোজাইমাস"** হাযবা অসিনা ঈকাই খুম্নবা উৎত্তুনা কৌনৈ। মসি অযুক্তা উন্নবা মতমদা হাযনবনি। ইংলিশগী **'গুড মোর্নিং'** হায়বগা অক্মানি। তৌইগুম্বসুং ইংলিশগী চৎনবী ব্যবহাব, **"গুড অফতার নূন"**, গুড-দে, গুড ইভনিং — অদুগুম্বা জাপান্দা চৎনদে। মতম পৃম্নমক্তা শিজিন্নবা যাবদি **"কোনিচৱা"** হাযবা ইংলিশগী **"হেল্লো"** হাযবগুম্বনি। নুংদাংদা উন্নবা মতমদনা **"কোমবাং ৱা"** হার্যনৈ। জাপান্দা মী উন্নবদা খূৎ-শোক্নবা চৎনদে। মী অনি উন্নবদা খুকুমনৈ; মখ্বাংদগী নোম্বগা মকোক-নোল্লি। অমুক্তা নত্তে-অনি অহুমক মকোক নোনবা চৎনৈ। অসুম্না খুকুম্নববা তুংদা মশা মশাগী মমিং যাওবা নেম-কার্দ পুথোক্নবগা পীনৈ। ইংলিশগী চৎনবী **"মাই নেম ইজ তোম্বা"** হাযনা অহানবা উন্নবদা খক শিজিন্নদে; নেম-কার্দ পীনবা অদুনা শকখঙ মাযখঙনবগী অহানবা খোঙথাং ওইনৈ। মদূনা লোইরে। মবম অসিনা জাপান্দা লম কোযবা তাবগাদি মিং অমসুং ঠিকানা, টেলিফোন নম্বব অমসুং ফেক্স নম্বব যাওবা কোলিং কার্দ খবা যাম্না শিনবা দবকাব ওই। ❑

## ১১. অকাকুরা খুঙ্গং

আগষ্ট ২০ নোংমাইজিং নুমিৎনি; অকাকুরা খুলগী এলিমেন্টরি স্কুলদা নুংথিল পুং ৩ তাবদা শো উৎপীয়ু হায়রে। মফম অসি ঐখোয়না লৈরিবা ওইকে খুলদগী শুপ্পগী মিনিট ১৫ গি লম্বীনি। স্কুল অসিদা হাসেগাৱা-সানগী চহি ৭ তা ওায়রিবা মচানিপা (মমিং মুন্না কৌই) লাইরিক তমই। স্কুলগী অওাংমচাশিং অমসুং ওঝাশিংগীদমক্তা শীনবা কুম্মৈনি।

ঐখোয়না থুংলুবা মতদা ঐখোয়বু তরাম্না ওকপগী গেট শারমই; মদুগী মথক্তা মৈতৈগী অরিবা অয়েক্পা ইবমই "লেঙশিনরিকশি" । ঐখোয়গী মৈতৈমচাশিংদগী হান্না ইহল্লগা মখোয়না পুখিবনি। য়াম্না পীকপা মী য়ামদবা খুলনি। জগোই



অকাকুরাদা মণিপুরগী জগোই কাঙলুপ্পু ওক্পগী থৌরম। মনিংদা উরিবা বেন্নরদা অরিবা মৈতৈ ময়েক্পা ইরি।

উৎফম অচৌবা হোল লৈতবা মবম্না অহাঙবা লম্পাক্তা কারপেট থাবগা মদুগী মথক্তা উৎখি। অকাকুরা খুলমচা অসি চীংনা কোযশিনবা তেঙ্গোৎ শাবা মফম অমদনি। মরম অসিনা য়াম্না শারমই। নুংথিল পুং ৩ তাবদগা ওইশিল্লে – ঐখোয়গী জগোই শারিবা নহাশিংদা যাম্না অৱাবা অমা ওইখি। ঐখোয়না পুং অমরোম জগোই উৎলবা মতুংদা খুঙ্গং অসিগী মীশিংনা জাপানগী জগোই মখল অনি খকসু উৎলি। মখোয়গী জগোইদু মায়খুম (মাস্ক) শিজিন্নৈ।

শো লোইরবা মতুংদা নুমিদাং পুং ৭ তাবদা ঐখোয়বু খুলগী মীশিংনা ওকপগী বিসেপসন অমা পী। অহৌবা মক্তদা থক্লবা "বিয়র" ময়াম অমা পুথোরক্লে। জাপান্দদি নুপীসু নুপাসু "বিয়র" অসি য়াম্না কন্না শীজিন্নৈ;

মখোযনা ঈশিং থকপা অমুক্তা উরক্তে। ঐখোয় মৈতৈশিংগী চাক-ঈনশাং চানবা লাওলমলিবদু নিরামিষ ঙাক্তা, মখোয়গীদমক্তনা য়েনফৈ অঙৌবা, চেংগুম অঙৌবা, ওক্কী মখোঙ (হেম) অসিনচিংবা হাউর-হাউরবা মথেলনি। ঐনা ঙক্লদুনা হংই – করিগীনো নখোযগীনা শা-ঙা তৌরগা, ঐখোযগীনা কোবী হঙ্গাম ঙাক্তা থল্লিবদি ? মখোয়না কিনা লুনা অমসুং ব্যবহারগা লোয়ননা খুল্লকই – নখোয় মৈতৈগী ধর্ম্মনা শা-ঙা চাবা য়াদে য়ু থকপা য়াদে হায়না ঐখোয়না তায়; অদুননি। কনানা নাতৈ চাদবা পাউ অসি পীরুবনো খঙদ্রে ! ঐখোয় উপাই লৈতে – মীনা য়েন অঙৌবা চাবদু য়েংদুনা লৈবা তাখি-ধর্ম্ম ঙাক্লবা ! ঐনা চীংনবা অমত্তং লৈ – হাসেগাৰা-সাননা হায়রমগদ্রা ! রিসেপসন লোইবে, চামিন থকমিন্নরে। কাযনরসি য়াদবে; অমুক সোসিয়েল গেদরিং তৌখিনি হাযবে। ঈশৈ শক্লবা, জগোয় শাবনা শাবা; ঐখোয় মৈতৈশিংনা থাবল চোংবী উৎখি। মদুদা জাপানগী মীশিংসু যাওহন্দুনা য়াম্না হবাউ নুংঙাইনা মতম খরা চোংমিন্নরে। নুমিৎ অদুগী হবাউ তয়াম্বা কুম্মৈ অদু লোইশিনবা ওইনা



অকাকুবা খুঙ্গংদা জাপানগী জগোইশাবা মমায়দা মাস্ক উপ্পা অমগা পূংয়ৈবা শ্রীবোইনাওগা

মৈকাপ্পী বম্বুলা ময়াম পুথোরক্লুনা, দিৱালী নুমিত্তা তৌবগুম-থাই অমসুং কাপলমই। ঐখোয়গী আর্টিষ্ট ময়ামসু য়াওনা মৈকাপ্পী কাপ্পরমই; বম্বুলা থাবসু যাওই কনানা। ঐখোয়না মিথিলাদা হল্লকপদা অহিং পুং ১০ তাবে। ❑

# ১২. তাজিমি

মথংগী নুমিৎ অখাক অবাউগা লোয়ননা অকনবা নোং চুথরকই। কবি থোয়না তৌনিংঙাই লৈত্রবনা ঐখোয় নুংথিল নুং ৫ ফাওবা তুন্নে। তুন্বা হৌগৎলকপদা নোং হাংলম্লে। অতিযাদু লৈচিল নোংফাই থাংখিদরে। ঐখোয়গী অকোয়বদা হৌবিবা উ ময়াম অদুগী মনুংদা ঐনা মশক খঙবা উ অনি য়াওই – অমনা ব্লাং হায়বা উ অদুনি অমনা হৈজুগা (ব্লাল-নট) পাম্বীনি। হৈজুগা পাম্বী অদু মঁহে য়াম্না পাল্লি। ঐনা অমা অনি খুল্লগা ঐখোয়গী অঙাংশিংদা যেংহল্লি। ঐখোয়না লৌরিবা যুম অদুগী অকোয়বদা তোনীংকোক্লা চয়োম শানা হৌরি। জাপানশিংদি মদু চাবা উদে, ঐখোয়দনি চারিবা !

নোং অমুক মতৎ মতৎ চুবকই। মমাঙগী অহিংচুপ্পা নোং চুথিবনা নুমিৎ চুপ্পা অদুমা ঈংলে। চাকঙন থোংদুনা চাথোক্লগা অযুক পুং ১০ তাবকপদা ঐখোয় মিথিলা থাদোক্লমই। কিলোমিটর ৬০০ লোমগী লম্বী ওইগনি – মিথিলাদগী তাজিমি ফাওবসি। তাজিমি সহর অসি গিফু প্রিফেকচরগী মনুংদা লৈবনি। ঐখোয় তাজিমি য়ৌবা মতমদা নুংথিল পুং ৫ তারে। ঙসিদি ঐখোয়গী মাইক্রো-বস থৌরিবা নহা অদুগা পোৎ-চৈ পুনবা মতুং ইল্লিবা 'পিক-অপ ভান থৌরিবা ড্রাইভরগা মখুৎত্তা **'ব্লাকি-তোকি'** অমমম পায়নবা উরে। মখোয় অনি গাডী থৌনা থৌনা ব্লাবী শানৈ-লম্বী তাকনৈ। ঐখোয়না তোংলিবা বস অদু পুংদা কিঃ মিঃ ১২০ গী চাংদা চেল্লি। হায-ব্রে অদুগী মতাইদা মরক মরক্তা পার্কিং শেমদুনা থল্লি। মফমশিং অদুদা চান-থক্লবা, পোথানবা, মপান থোকফম নীংথিনা শেমদুনা থমই। মরক্তা ঐখোয়সু ঙহাক ঙহাক খামদুনা চা-কোফিনচিংবা থকই। ঐখোয়গী অচা অথক, চা চিনি, শঙ্গোম তোংলিবা বস মনুংদা পুরগা চৎলি। পার্কিং মফমদা খাল্লগা অচা-অথক ময়ামদু ঐখোয়না লন্নাই শেমজরগা ময়াম পুন্না চার্মিন্নৈ।

তাজিমি থুংবগা ঐখোয়গী নুপীমচা অনি মশা ঙমদবা য়াওরক্লে; অমনা মকোক্তা পোম্নে, মচীনবানদসু শাম্‌ উবিং অমা নোংথোবক্লে। অতোপ্পা অমনা

মবুক থিল্লে হায়রে। ঈস্ফালদগী মখোঙ তেক্কুনা নীংথিনা চৎপা য়াদ্রিবা পুং য়েবা নুপামচা অমসু হৌজিক ফাওবা শো উৎপা য়াওবা ঙমদ্রিবনি। করম তৌগদবনো, ঐ ভাব তাবা ঙমদ্রে; ঈশ্বর নীংদুনা লৈখি। ঐখোয়গী লৈনবা শীল্লমলিবা মফম অদু চীংনুংদা লৈবা য়ুম অমনি। জাপান্দদি চীংগী চীং তুরেলগী তুরেল ঙাক্তনি। মফমদুগী অশীন-অরাঙ তৌরিবা কাঙবুনা ঐখোয়গী চানবা সমুদ্রগী ঙা অতেকপা থম্বিরমই। ঐখোয়গী মরক্তা ব্রাহ্মন অমা য়াওরি পুং য়েবনি। মহাক্না মৈতে খুখোংদা হাউনা থোংদুনা চারগা অহিং অদু তুম্নরে। ঙাদি অহাউবা য়াম্না ফংই। তৌইগুম্বসুং হঙ্গাম থাউদি ফংদ্রবনা নুং হৱাইগী থাউনা থোংবনি। অদুনা মহাওদি ইয়ৌ য়ৌবা য়াদে।

মথংগী নুমিত্তা ঐখোয় ময়াম তাজিমি সহরগী মেয়োর (মাসায়া নিশিদেরা) উন্নবা চৎলি। হল্লক্লগা ঐখোয়গী কাঙবু অদু শরূক অনি থোক্না খায়দোক্লরে – নুপী মচা মখৈগী কাঙবু অমসুং নুপামচাশিংগী কাঙবু। নুপীমচাগী কাঙবুনা চাক থোংবগী ব্রার্কশোপ ডিমোনস্ট্রেসন তৌই – ভারতকী চাকথোংনি। জাপানগী নুপী য়াম্না য়াওই। মখোয়না মতৌ করম্না ভারতকী চাক ইনশাং থোংবগে হায়বদু ঐখোয়গী নুপীমচাশিংদগী মুন্না তমহৌই। করি থোইদোকপা ইনশাং নত্তে-শুপ্পগী হৱাই থোংবা, হৱাই শোক তৌবা, শাক থোংবা, ঙা অমসুং য়েন থোংবনচিংবা। মখোয়সু ঙা অমসুং ঙা থোংদুনা চাদবা নত্তে, মখোয়গী খুখোংগা ঐখোয়গীগা খেন্নবনি। ঐখোয়গী মোরোক শারপ তৌবা মরূ মরাং মসলা মনম নম্বা অসি মখোয় অমুক্তা চাদ্রি অদুনা য়াম্না পুম্নৌ নৌবা চাকথোং অমগুম থোকই। ঐখোয়গী নুপীমচাশিংনা থোংবা অদুদা মখোয়সু য়াওশিন্দুনা পুন্না থোংমিন্নবনি। খরা অমনা মরূ-মরাং থাকইরদু হংই– হংলগা মাগী মাগী নোট বুকতা ইশিল্লি। অসুম্না মখোয়না য়াম্না থৱাই য়াওনা চাকথোংবসি তম্বা লোইরগা ঐখোয় ময়াম পুন্না চার্মিন্নে। ঐখোয়গী মতৌ তমদুনা মখোয় খরদি চোপ স্তিক থম্লগা মখুৎনা চাবা তম্লমই। অদুবু হৈতে; অঙাংনা চাক চাবদৌনা মচিন্দগী প্রোপ প্রোপ তাই। য়েংবদা য়াম্না নোক্লিংই – নুংঙাইবা ফাওই।

অতোপ্পা কাঙলুপ অদুদনা ঐখোয়গী নুপা মচাশিংনা মফম অদুগী স্কুলগী অঙাংশিংগা লোয়ননা ব্রার্কশোপ চথরমই। ব্রার্কশোপকী পান্দমদি শুপ্পগী

অঙাংশিং অসিগা ঐখোয়গা য়াম্না নক্লনা উনহনবা অমসুং খঙনহনবনি। নৌরিবা অঙাংশিং অসিদা তুংগী জ্ঞান ওইহৌনবা ঐখোয়গী কলা বিদ্যা অসি খরদং খঙহৌনবনি। অঙাংমচাশিং অদুদা থাঙ হাইবা তম্বিবা পুং চোলোম খোল-চোলোম তম্বিবা – মখোয়বু খরদং খঙনবা হোৎনবিবা – মদুদা মখোয়না কয়া থৱায় য়াওনা হরাওনা চোংজখি। ঙহাক তম্বিবা অদুদা থৱায় য়াওবা অঙাং অমা অনীদি থাঙগী খোঙফম অমা অনি থাংবা থোক্কুনা মতেক অমত্তংসু হাইবা ঙম্বা য়াওই। জাপান্দা অঙাং শেম্বা অসিনা শিক্ষাগী য়াম্না চাওববা শরুক অমা ওই। মখোয়না পীক্লিবা অঙাংমচাশিং অসিগীদমক্তা পৈশা তিংনা হোৎনরিবদু খল্লুবদা অঙকপনি। শুপ্নগী ঐখোয়গা অঙাংশিং অদুগা অমুক্তং উন্নদুনা ৱারী শামিন্নবা নত্রগা, চা অমত্তং থকমিন্নবা শীনবদা অঙকপা ফংনা পৈশা খরচ তৌই। অঙাংশিংবু অনৌবা মখলগী মীতোপ, ভারত মচা ঐখোয়গা উন্নদুনা ৱারী ঙাহাক শান্নবা অমসুং মখোয়না হংনিংবা ৱাহং কয়াসু ঐখোয়দা হংহনবা – মসিগুম্বা মওংগী ৱার্কশোপ ঙাক্লি। ঐনা মতমদুদা ইবৈবাক মণিপুর নীংশিংলকই – ঐখোয়গীদি হায় **"অঙাং তাঙ্খোকউ অঙাং তাঙ্খোকউ"** – মীগীনা **"অঙাং থাজিল্লু – উন্নহল্লু"**। ঐখোযগী মণিপুবদসু লমকোয়বা মপাল লমগী মী মখল মখল লাকই। জাপানশিংদি য়াম্না তোয়না ঈম্ফালদা লাকপনি। অদুবু কনামত্তনা অঙাংশিংগা মখোয়গা উন্ননবা শীনবিদে। অঙাংশিংনা খঙনিং উনিংদুনা খরদং নকশিনজৰবা লীচৈ পায়বা খরনা তাঙ্খোর্কপিবনি। মসিনি খেন্নবা হায়ববু। জাপানশিংনা ঈম্ফালদা লাকপদা অঙাং অমত্তা উরক্রদনা – মখোয় মশানা অঙাংগী স্কুল য়েংগে হায়খি – য়েংবসু য়েংখি।

ঐখোয়না তাজিমি সহরদা থুংলুবা নুমিত্তু – তান চারুবা হাযবা তাই – মখোয়গী সিতি অফিসদা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও শোক্লখিবা চহি ৫০ শুরকপগী একজিবিসন অমসু উৎলমই।জাপানগী ইমপিরিয়েল আর্মিগী ভারত অমসুং বরমা (হৌজিক্কী ম্যেনমার) গী লমদা লানশোক্লরু বা লাম্মী কয়ামরমদি তাজিমি সহরদগীনি। একজিবিসন অদু য়েংলুবদা খঙলে – মখোয়গী মনুংদা ইম্ফাল অমসুংকোহিমাগী লানফমদা লাস্থেংৰবা লাম্মী খরসু যাওবি। ঐনা হায়জরমই – ঈম্ফালদা লান শোক্লবা যাওরম্বা লাম্মীশিংদু অমুক্তং উন্ননিংঈ। খুদক্তা মখোয়না টেলিফোন তৌদুনা খঙগল্লি অদুগা ঐগা উন্ননবা শীনবীরে।

জাপান মরোলদগী ইংরেজীদা ঐগীদমক অর্থ হন্দোকপিনবা য়াম্না মতিক চারবী ইন্টপ্রিটর অমসু শীনবিবে।

ঈম্ফালদা লাল শোক্লরমই হায়রিবা অহল ওইরবা লাম্মী অদুগী মমিং শিগেতাকে এন্দো কৌই; হৌজিক মশাগী চহি৭৮ চঙলে । তাজিমি সহরগী মনুং চনবা মিশাকা জিলাদা মাগী লৈফমনি। ইন্টরপ্রিটরগী মতেংনা মানা ঐঙোন্দা তমই — মহাক্না জাপানগী ইমপিরিয়েল আর্মিদা লাম্মী অমা ওইনা চঙবা মতমদা চহি ২২ দমক শুরি। অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও মনুংদা মখোয়না চিনডুইন তুরেল লাম্দুনা ভাবতকা ব্রহ্মাদেশ (হৌজিক্কী ম্যেনমার কৌরবা) গা তাইনবা লমগী ঙমখৈ য়ৌরকখি। মতমদুদা জাপানগী লাম্মীশিংগী ফিভম য়াম্না ফৎচিল্লকত্রে — শুপ্পগী নুমিৎ ২০ গী চানবা রেশনদমক ঙায়শিল্লক্লে। মখোয়গী নোংমৈ তোপ (আর্টিলরি) গী মরূসু ৬ খকতমক ঙায়রে। মমৈথঙদা চানীংঙাই -থক্লিংঙাই অমত্তা লৈবক্তুদুনা জাঙ্গলদগী লিল ফাওবা ফাদুনা চারমই। অমরোমদা বৃটিশ অমসুং আমেরিকান লাম্মীশিংনা অকনবা শাফুগা লোয়ননা তকশিল্লকই। খুৎলাইগী মতেংনা নত্তনা, মাইক্রোফোন লাউড স্পীকর শীজিন্নদুনা লাউরমই — খুৎলাই থাদোক্লো, চঙজরক্লো হায়না। অদুবু জাপানশিংনা খক চঙজখিদে; শিবা ফাওবা লান শোক্লখি।

এঙো-সান হৌজিক গাড়ী তায়ারগী ফেক্তরি অমা চলাইরি। জাপানগী ইমপিরিয়েল আর্মিদা লাম্মী অমা ওইরম্বগীদমক্ জাপান সরকারনা মঙোন্দা চহিগী পেন্সন 'য়েন' লাখ তরেৎ পীরী। 'য়েন' লাখ ৭ হায়বসি ঐখোয়গী লুপা ওম্বোক্লবদি লাখ ২ ½ বোমগুম্বা ওইগনি। মণিপুরদগী লাকপা ঐখোয় মৈতৈমচা খরা উন্নবদা মহাক্না অসুক্কী মতীক হরাওবা নুংঙাইবা পোকচৈ — মাগী তায়ার শাবা কারখানা অদু য়েংলুসি হায়রমই। লাইবক থীবদি, ঐখোয়গী হান্না প্রোগ্রাম অমা লৈখ্রবা মরম্না চৎপা অদু ওইথোকখিদে। অদুবু মহাক্না ঐখোয়গা বিদায় তৌনরমদাইদা ময়ামগীদমক পীক্লবা নুংশি খুদোলনি হায়দুনা 'য়েন' লীশিং ১০ খক পীবমই। জাপান্দা খুদোনপোৎ ওইনা শেল পীবা অসি য়াম্না চৎনৈ। কনাগুম্বা নুংশিবা মীশক অমদা পোৎশক ওইনা পীনবা লৈতবা মতমদা শেল ওইনা প্রেজেন্ট পীনবা চৎনৈ। ঐখোয়না চৎলুবা মফম কয়াদা প্রেজেন্টনি হায়দনা শেল পীরকখি। প্রেজেন্ট পীবা অসিসু জাপানগী চৎনবি

অমনি। মী খুদিংমক করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা ওইরবসু প্রেজেন্ট তৌহৌনবা হোৎনৈ। করিগুম্বা মফমদা থৌওইনা লাক্কুনা হংলবা য়াওই – প্রেজেন্ট অমমমদা পীজগে হায়দনা। মতমসিদা ঐখোয়গী মণিপুর নীংশিংলকখি – মীনা পীগদৌবগী কন্না হোৎনবা, ঐখোয়না জাপানশিং লাকপদা লৌহৌনবা হোৎনবা। খল্লুবদা ঐ -ইথন্দা ঈকাইবা পোক্লকখি।

নুমিৎ অসিদা ঐখোয় ভারতমচা অমা অনিমাসু থেংনৈ। মখোয়সু ঐখোয়গী ব্বার্কশোপ য়েংবা লাকপনি। শ্রীহরিন্দর পাঠক দিল্লীদগীনি জাপানগী নীংঙোল অমা লৌরগা সহর অসিদা হোটেলগী কারবার চলাইদুনা লৈবনি। মহাক্কী ইণ্ডিয়ান তন্দুরী শোপ অসিদা তন্দুরী চিকন, তন্দুরী চাট, তন্দুরী রোটিনচিংবা ফংই। জাপানগী মীশিংনসু মদু য়াম্না পাম্না চানৈ। ওহাক লৈরগা অতোপ্পা ভারতমচা অমসু লাকই – ভরদ্বাজ শর্ম্মা। মহাকসু দিল্লীদগীনি, জাপান্দা হোটেল ফম্বা লাকপনি। মহাক্কা লোয়ননা জাপানগী ভদ্রমহিলা অমসু লাকমিন্নৈ। মেদাম নাকাউ য়াম্না মরল লৈবী নুপী মাল্লি। ফাইন আর্টদা থব্রাই যাওই, মশাগী প্রাইভেট আর্ট গেলেরি অমসু লৈ। ঐখোয়গী মৈতৈমচাশিংবু উবদা য়াম্না লুনা নুংশিনা তৌবী। ময়ামগা ওহাক উন্নদুনা ব্বারী ব্বাতাই শানববা তুংদা ঐখোয মযাম্বু বার্ত্তণ তৌই – নুংদাংগী চাক্লেন অসি হবিন্দর পাঠককী ইণ্ডিয়ান তন্দুরী শোপতা মাগী খবচদা চাবিনবা হায়দনা। ঐখোয়সু মতমশাংনা ভাবতকী চাক ইনশাং চাবা ফংলক্তবনা মেদাম নাকাউনা হায়রকপদা হবাও হবাও যাখি অমসুং পুম্নমক য়াম্না থব্রায তানা চানখি। মহাক্না মণিপুরদা লাক্লিংবসু ফোংদোক্লকই। ❑

# ১৩. ওশিমা ঈথৎ

মথংগী নুমিৎ আগষ্ট ২৪ অয়ুক পুং ৭ তাবদা ঐখোয় তাজিমি সহর থাদোক্লে। লম্বীদা ঐখোয়গী অয়ুক্কী চাক্লেন ওইনা চানবা (পেকেৎ-লঞ্চ) চয়োম ওইনা গাড়ীদা পুরমই। পুং ৮ লোমগী লম্বী লমশাং থৌদুনা লাকপনা নুংথিল পুং ৫ তাবদা এহিমে প্রিফেকচরগী মনুং চনবা ইমাবাড়ী সহরদা থুংলমই। লম্বীদা জাপানগী খ্বাইদগী শাংবা থোং অদু লাল্লকই। থোং হায়রগা ঐখোয়না তুরেল মথক্তা শাবা ওইনা হেক্তা খল্লি। হন্দক্কী থোং অসিদি চুম্নগী থোং অদুগুম্বা নত্তে; সমুদ্রা অমগা সমুদ্র অমগা শম্নবনি। পুং ৫ তাবদা ইমাবাড়ীগী হাশি হামা হিথাংফমদা চত্তুনা জহাজ অমদা তোংখৎলে। মিনিট ১৫ রোম জাহাজনা চৎলবা তুংদা ওশিমা হায়বা যুম্নাক ২০ লোমদমক লৈবা পীক্লবা ঈথৎ অমদা থুংলমই। মিস্ য়োশিমি ওরিতা অমসুং মাগী মরূপ মিস তোয়ো শিমানা ঐখোয়বু ওক্লমই। নুমিৎ অসিদা **'ৱেলকম বেবি'** কৌবা অঙাংশিংগী য়াইফনবা শীনবা সংস্থান অমনা অঙাং ময়াম অমা ঈথৎ অসিদা কেম্প তৌহল্লমই। মিস য়োশিমি ওরিতানা সংস্থান অদুগী সেক্রেটরী জেনেরেলনি।

অহিং অদু ঐখোয় মৈতৈমচা ১৯ গা, কেম্প তৌদুনা লৈবল্লিবা জাপানগী অঙাংশিংগা পুন্না সোসিয়েল গেদরিং তৌদুনা ওশিমা ঈথৎ তা লৈরকই। অহিং অদুগী শক্তমদু কাউঙমদে। সমুদ্রগী ঈথক্লা লৈরাইদা তত্তুনা য়ৈবগী মখোল তারি। অথাপ্পদা হিথাঙদুনা লৈরিবা জাহাজশিংদগী কাপ্লকপা মপাঙ্গল লৈরবা ঙানখ্রবা **'সর্চ-লাইট'** শিং, হাঙলবা অতিয়াদা থা থৱানমিচাক্লা লংনা ঙানথোইরি, মরক মরক্তা জাহাজগী সাইরেন্না হৌনা হৌনা খোংলকই – কেম্প তৌরিবা অঙাংশিংনা হরাউ তয়াম তৌদুনা নোক-খেবগী খোঞ্জেলনা ঈথকমচা অদু পুম্নিল নিল্লী। থাপখ্রবা মীসু পঙতা তাদবা ঈথৎ অসিদা লমকোযবা টুরিষ্ট ৩।৪ সু থেংনৈ – কানাডাদগী পাখং মচা অনি, ফ্রান্সদগী লৈশাবী মচা অমনি। মখোয়সু ময়াম মরক্তা য়াওশিন্দুনা পুন্না নুংঙাইবগী শরূক য়ারি।

করন্না মখোয়না ঈথৎ অসিদা লাক্লমলিবা, ঐগী ৱাখন্না লাম্বা ফংদে, মরমদি ওশিমা হায়বা ঈথৎ অসিদা য়েংনীংঙাই করিসু লৈবা নত্তে। মীয়াম তিনবা অচৌবা সহরগী নিলখোংবা অদু পামদবদগী ওশিমা ঈথৎকী অশেংবা নুংশিৎ অমসুং নীংথিরবা প্রকৃতিগী দৃশ্য থিরকপা শোইদনা ওইরমগনি নিংই।

ওশিমাদা অহিং অমা লৈরকপা মওং অদুসু য়াম্নমক নীংশিংনিংঙাইনি। কেম্প তৌরমলিবা অঙাংশিংসু অমসুং ঐখোয় মৈতৈমচাশিংসু — মী পুম্নমক অহাঙবা লম্পাক অমদা দম্বুর মচা মচা খল্লগা লৈপাক্তা, নাপী মথক্তা হীপ্লমই। মোম্পাক য়াওদে; নাপী মথক্তা প্লাসটিক মপাক মপাক থারগা ঐখোয়না ইশা ইশাগী পুনরকপা **'স্লিপিং—বেগ'** মনুংদা চঙলগা অহিং অদু তূম্বনি। মদুসু তোপ তোপ্পা মখলগী মহাউ অমনি। পুক্লিংদা ফোংদোকফম খঙদবা অঙকপা ইথিল অমা ফাওখি। হাঙলবা অতিয়া মখাদা থা-থৱানমিচাক্কী মঙাল নত্তনা মৈ অমত্তা থান্দে কেম্প মনুং অদু। নীংশিংহল্লি ছাত্রমচা ওইরিঙৈগী এনঃ সিঃ সিঃ কেম্প !

ওশিমা ঈথৎ অসিদা ঐখোয়বু পুরিবগী মরমদি শুপ্পগী অঙাংশিং অদুগা ঐখোয়গা পুন্না লৈমিন্ননবা শিনবনি। মফমদুদা ঐখোয়গী জগোয়গী প্রোগ্রাম অমত্তা উৎখিদে — ৱার্কশোপ ওইনা চত্থখি। জাপানগী অঙাংমচা ময়ামদা থাবল চোংবা তম্বীরমই। য়াম্না থুনা লোইনমক মখোঙ থাংবা থোক্লে। থাবল চোংবা হৌরকপদা মফমদুদা তিল্লমলিবা মী পুম্নমক য়াওবা হৌরক্লে; ঐখোয়গী নুপীমচাশিংনসু মখুৎ লাক-লাক্তুনা চিংশিন্দুনা মী অমত্তা চিত্থহৌদ্রে হায়বা য়াই। কানাডাদগী পাখং ২ অমসুং ফ্রান্সগী লৈশাবী মচা অদুসু থাবল চোংবা অদুদা যাওদুনা য়াম্নমক নুংঙাইবা কেম্প অমা ওইখি। মীয়াম্না ঈশৈ শক্লরি, জগোয় শানরি। নুমিৎ অসিদা হাসেগাৱা সানগা ঐগা মচি অমদা চীক্লা ৱারী শাননবা খুদোংচাবা ফংলমই। নুমিৎ অসিদগী ঐনা হাসেগাৱাগী মরমদা মুন্না খঙবা ঙমখি। মহাক্লা ঐঙোন্দা ৱারী শাই — ঙসিদগী চহি ২০ গী মমাঙ, মশাগী চহি ২৪ দা ঙায়রিঙৈদা, মহাক্কী লৈফম টোকিয়ো সহর থাদোক্লম্লগা ওইকে হায়বা খুল মচাসিদা হোংলকপনি। মহাক অকোয়বগী মহৌশাগী ফিভম কায়হন্দনা থম্নবা হোৎনবদা ঙাওজবা মীশক্লি। টোকিও সহরদা তৌজিক ফাওবা মাগী ময়ুম ইংখোল লৈবি — মমল তাঙলবা তোকিওগী গিনজা হায়বা

মফমদুদনি। মদু মানা ভাড়া শান্দোকখ্রে অদুগা মহৌশাগী শক্তম কাযদ্রিবা চীংগী খুল ওইকেদা লাকখিবনি। মহাক্কী পামজবদি অহিংদা থাবু য়েংজবনি; থাদা ঙাওবনি; থা থোকপা অহিং খুদিং মহাক্না থা য়েংনিংই। ঐনা খনখি মসিসু অঙাওবা মখল অমনি। থা হায়বদি **'লুনা'** অমসুং **'লুনা'** দা লায়চুবা মীবু **'লুনাটিক'**! কদোমদগী ফৈজিল্লকপা ৱাখলনো, খঙহৌদনা ঐনা ইংরেজী ৱাহৈ অসি নীশিংলকখি। ফবে, মদু ঙহাক কাউথোকখিসি। তোকিয়ো সহরগী ৱাংলবা ফূরা-দলান মবক্তা হাসেগাৱা-সাননা মহাক্না য়েংনিংলিবা থা কদাইদগী উবা ফংগনি ? মরম অসিদগী মহাক্না তোকিয়ো সহর থাদোক্লগা তোকামাচি সহবদা লাকখিবনি (ওইকে খুল অসি তোকামাচি সহরগী মনুং চনবনি)।

ওইকে খুলদা হোংলক্লবা তুংদা নোংমা মঙোন্দা মাগী মরূপ অনা মিঠিলাগী অয়েকপা লাই (পেইনটিং) অমা য়েংহনখি। হায়রিবা লাই অদু বিহারগী মধুবানী খুলদা লৈবী থোইদোক্লা মমিং লৈববী শ্রীমতি গঙ্গা দেবীনা য়েকপনি। মিঠিলা পেইন্টিং অদু উরুবদা মঙোন্দা অপাম্বা অমা কন্না পোকখি। গঙ্গা দেবীগী অয়েকপা লাই অদুনা পুক্নিংগী থৌইনশিন ওইদুনা মহাক্না ওইকেদা মিঠিলা ম্যুজিয়ম লিংখৎখিবনি। গঙ্গা দেবীনা য়েকপা লাই অদু হৌজিক মিঠিলা ম্যুজিয়মদা থম্লি। মহাক্না মতম মতমগী ওইনা মিঠিলা অমসুং মধুবানীদগী অয়েকপা লাইশিংগী একজিবিসন পাঙথোক্লুনা জাপানগী মীশিংদা ভারতকী কলা অমসুং সংস্কৃতিগী শক্তম খঙহল্লি। তশেংনমক মহাক ভারতকী কলা সংস্কৃতিবু পামজবা অমসুং মদু জাপান্দা শন্দোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা শরুক য়ারিবা মীশক অমনি হায়বদা লাল্লোই। মহাক্না জাপানগী সহর কয়াদা অয়েকপা লাই ময়াম অমসুং তেরাকোত্তা গী অশাবা মূর্ত্তি ময়াম অসি পুদুনা উৎপদগী জাপানগী মীশংনা ভারতকী খুঙ্গংগী কলা অসিবু মশক খঙবা অমসুং পাম্নবা হৌরকখি। ❑

# ১৪. ইমাবাড়ী

ওশিমা ঈথৎতা অহিং অদূমা লেল্পবা মতুংদা মথংগী অযুক্তা (আগষ্ট ২৬) চাক ঙস্তা চাথোল্লগা পুং ১০ তাবদা জাহাজনা মফম অদু থাদোক্লমই। ইমাবাড়ী সহবদা ঐখোয় নুপামৈখেগী লৈফমসি মিস ওবিতাগী ময়ুমদা থৌবাং তৌবমই; নুপীমচাশিংগী লৈফম্না মিস তোয়োশিমাগীদা। জাপান্দা ঐখোযনা অদুক মতম শাংনা লৈবকপদু হোতেলদা থুংবদি মশীং যামদে। মথক্তসু পঞ্জগ্রে, অযাম্বা মফমদা লন্নাই সংস্থানশিং অমসু কুম্মৈ অদুগী অশিন অবাঙ তৌবিবা কাঙবুনা মখোযদা খুদোংচাগদবা যেংদুনা কবিগুমবদা পব্লিক হোলদা অদুগা কবিগুম্বদা জাপানশিংগী যুমদা থুংবনা অযাম্বনি। মসিগী মবমদি ঐখোযগী জাপান খোঙচৎ অদু জাপান সবকার নত্রগা ভাবত সবকাবনা। শীনবা নতে কলা সংস্কৃতিদা থবায যাওবা মীওইশিং অমসুং সংস্থানশিংনা লন্নাই ওইনা শীনবনি। হাসেগাৱা সাননা মাগী মক্বপ বতন থিযামদা হাযবক্কুনা বতন্না শীনবা কাঙলুপ্পনি। মবম অসিনা শো উৎলুবা মফম খুদিংদা টিকেট যোল্লি-মদুদগী ফংলকপা শেলদগী খবচ পুম্না পুবনি।



ইমাবাড়ী

ইমাবাড়ীদসু নিংথিনা মৈতে জগোইগী শো উৎখি, ভাবক ফজনা লাকখি। নুমিৎ অদুদা থাঙগী কুম্মৈদা ঐখোযগী নুপামচা অমা মখুৎতা থবা শাথিনা শোকখি। অহিং পুং ৯ তাবদা ঐগা লোযনদুনা হোর্সপিটালদা চৎলি; ডাক্তবনা মফম অনিদা ফোৎলগা ফাষ্ট এইড তৌবিবকই।

মথংগী নুমিত্তা অযুক পুং ৯ তাবদা ব্রেকফাষ্ট চাবগা ইমাবাউী সহব থাদোক্লমই অমসুং নুংথিল পুং ৩ তাবদা মিসাকি হিথাংফম যৌই। ঐখোযনা হেক থুংবগা জাহাজ (ঐখোযনা তোংগদবা) অদু থাগদবগী তৌবল্লে। ঐখোয বসদগী কুমথদবে; ঐখোযগী গাডী অদু জাহাজগী মবুক মনুংদা অদুম থৌজিল্লে। মীকুপ খবগী মনুংদা জাহাজ অদু চৎপা হৌবমই। ফবক অমা তাবদগী নুমিৎতু চাক্তি চাবা ফংদবে; হান্না গাডীদা পুদুনা চৎপা **'নুডল'** খবা চাবগা তোক্লে। নুমিৎ অদু মী পুম্নমক যাম্না ৱানবে — চৎলিবা খোঙচৎ মতা অদুননি। জাহাজনা সমুদ্রগী শক্নক মচেৎ অদুমা লান্নবা হোৎনবদা পুং অমা চঙই; লাম্থোক্লগা ঐখোয কিউসু ঈথৎতা খোঙদাবে। জাপান লৈবাক অসি অচৌবা ঈথৎ অহুম্না — কিউসু, শিকোকু অমসুং হোকাইদো — পুল্লগা শাবানি অদুদগী অমুক লেপ্তুনা থৌবকপনা নুমিদাং পুং ৮ তাবদা ওগুনী টাউনদা থুংলমই। ❑



**ইমাবাউীদা মিস ওবিতা সাননা কপ্না কপ্না বিদায় পীবা।**

# ১৫. ওগুনী

ওগুনি হায়বা টাউন অসি সহরগী ৱাংমদা য়াম্না থাপতোক্লা লৈবা মফম অমনি। ঐখোয়না থুংলরগা লৈনবা অমসুং চাফম থকফম ওগুনীগী সিটি অফিসারনা শীনবীরম্লে। মফম অসি চীংনা পুমকোয় কোয়শিল্লী। মীশিং অয়াম্বনা লৌমীনি; ইংখোল কোইবা অমসুং মনামশিং থাবনা মখোয়গী শিনফমনি। লমদম অসিগী উগী পোখোক মমিং চৎলি। চাউখ্রবা মখোয়গী টাউন হোল অদুমক,




**ওগুনীগী উনা শাবা টাউন হোল।**

য়োং, নুং, চেক অমসুং বিলামাটি অমত্তা য়াওদনা, শুপ্পগী উতনা শাবনি। মফম অসিদা ঈশিং অশাবা ঈফুৎ অমসু লৈ মদুদা মীয়াম্না ঈরুজনবা থৌরাং শেমশাদুনা থমই। জাপানগী মফম অয়াম্বদা ঈশিং অশাবা ঈফুৎ মরাঙ কায়না লৈ অমসুং অশাবা চীংনুংদগী থোরকপা ঈশিং অসিদা তীংদুনা ঈরুজবা অসি জাপানশিংনা য়াম্না পাম্না চৎথনৈ। লৈনুংদগী থোরকপা খনিগী পোৎচং কয়া য়াওরবা অশাবা ঈশিং অদু মনাক নক্লা বিলামাটিনা চনবা পুখ্রিমচা অমদা থাজিনবনি। মনিল ফোঙ ফোঙ কারবা ঈশিং অশাবগী পুখ্রি অদুদা তীংদুনা ঈরুজবদা হকচাং অসি য়াম্না তেকখৎলি অমসুং হকচাং ফদ-ফরদৌবোই খল্লি। মসিদা ইরুজবা চঙবদা থোইদোকপা নিয়ম হায়ববু — হকচাংদা ফি অমত্তা পকপা য়াদে। মনাক নক্লা লৈবা কা অমদা ফিরোল লোইনা লৌথোক্লম্লগা ঈশিং অশাবগী পুখ্রি অদুদা কুমগদবনি। মী অমা লোইরগা অমা লুজবগী ৱা নত্তে, অরাকপা মী পুম্না লোইনা অমুক্তদা চঙলগা ইরুজবনি। কনানা কনাবু

হন্না য়েংনদে; জাপানশিংদদি মফি য়াওদনা, মী অমগা অমগা ইউ উনা, ইরুজবদু হান্নগী মহৌশা মহৌশা ওইনা থোক্লা উই। অদুবু অমুক্তা তৌজরক্তবা ঐখোয় মৈতৈ মচাশিংদদি অহানবদা য়াম্না কোইনা থোকখি। মমৈ থঙদদি ঐখোয়সু কোইরক্লে – হৈনরে।

মফম অসিদা ঐখোয়গা ৱারী শানবা য়াবা ইংরেজী ঙাঙবা ঙম্বা মী ইরৈ লৈতে। ঐখোয়গী চাক থোংবদা মতেং পাংনবা ইংরেজী লোনবা ঙম্বা মী অনিখক মখোয়না থারকই। ঐখোয়গা ৱারী শান্নবা মতমদা ইন্টরপ্রিটর অমগী মতেং চঙই। লাকইবা নুপা অদু মমিং মিয়াজাকি কৌই ওগুনীদা লৈবা মীনি। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী ইণ্ডিয়ান রেস্টোরাঁদি কুমামোটো সহরদনি-মমিং কলিকতা রেস্টোরাঁ থোল্লি। মহাক নেপালদা চহি ৮ লৈদুনা সংস্কৃত অমসুং পালিদা ইবা বৌদ্ধ ধর্ম্মগা মরী লৈনবা ধর্ম্মগী লাইরিক কয়ামরুম ফোটো লৌবগী থবক তৌরমই। নেপালদা কুইনা লৈরম্বগী মমি মঙোন্দা তাই। মহাক হীন্দি খঙই অমসুং মাগী মচা নুপীগী মমিং মঞ্জু হায়না থোল্লি। মাগী চাক থোংবদা মতেং পাংনবা নুপামচা অমা লোয়নরকই – মমিংনা তারো য়ামামোটো কৌই। মখোয় অনীমক ইংরেজী ফজনা ঙাঙবা ঙমই। য়ামামোটো-সানগী মমা ডাক্তরনি, মপানা কুমামোটো ইউনিভর্সিটিগী প্রোফেসরনি। কবম্না মহাক্না ইংরেজী অদুক নীংথিনা খঙলম্লিবনো – ঐনা হংলমই। য়ামামোটো-সাননা অঙাং ওইরিঙৈ চহি ১০ রোম শুরকপা মতমদা মপাগা লোয়ননা সুইডেনদা চহি অমা লৈরুবনি। হৌজিক মহাক লাইয়েকপা খোৎপা অমসুং ফাইন আর্টস তম্লি, মথংদা অৱাংবা থাক্কী ফাইন আর্টসদা শিক্ষা লৌনবা ওকিনাৱা আর্টস ইউনিভর্সিটিদা চঙগনি হায়না তমই। মখোয় অনিনা হৱাই থোংবা, সবজি অমসুং ঙা থোংবিদুনা ঐখোযগী চান-থক্লবা শিল্লি।

মী য়ামদবা অপিকপা খুল ওইবা মরম্না ঐখোয়গী কুম্মৈ উৎপা য়াবা হোল লৈরমদে। অহাঙবা লম্পাক্তা শেল্লগা মৈতৈ জগোই উৎখি। ভাবক পুম্নমক খোঙউপ লৌথোক্লগা ফিদা থারিবা অদুগী মথক্তা ফম্নৈ। শো লোইরগা পোৎ-চৈ লোইশনবা, ইলেকট্রিক লাইট ময়ামদু শিথবা, গাড়ীদা হাপচিনবা – পুম্নমক অসি কুম্মৈ য়েংবা লাকপা ভাবক খুদিংমক্লা মতেং পাংলমই। মরম অসিনা কুম্মৈ লোইবগা পুংখায় অমুক্কী মনুংদা মফমদু হান্নগী মতৌগুম্না শীৎ নাম্না

লৈহৌই। ঐখোযগী কুম্মৈ লোইরকপা খুদিংগী ঐখোয ময়াম স্টেজদা থোক্লুনা করতেন-কোল তৌই; ভাবকশিংবু খুকমই। মণিপুবগী চৎলিবা কাঙলুপ অদুগী লুচিংবা অমা ওইনা ঐবু মিনিট ৫/১০ ৱা ঙাংনবগী খুদোংচাবদু মখোয়না পী। ঐহাক্না শম্লপ্না মণিপুবগী ইতিহাস, কলা সংস্কৃতিগী শক্তম অমসুং মৈতৈগা জাপানশিংগা চৎনবি চাকচা-য়ুথক্তা মান্নবা কযাদু শীংথাদুনা ঙাংলমই। ইন্টরপ্রিটবনা মদু অর্থ হন্দোক্লুনা তাহনবদা য়াম্না হরাওনা খুবাক খুদুনা নুংঙাইবা ফোংদোকই। ঐখোয় মণিপুবদগী ফিনা শাবা খম্বা থোইবী, জগোয় রাসগী পোৎলোয় শেৎপী গোপী, নুপা পালা কোযেৎ য়েৎপা কর্তাল পায়বগী শক্তম– মখল কযাগী খুদোল পোৎ পুদুনা চৎপনি। ঐখোয়না মৈতৈ জগোয উৎলুবা জাপানগী মফম খুদিংদা মৈতৈগী কলা সংস্কৃতিগী শক্তম উৎপা লাইফদিবীশিং অসি খুদোল ওইনা পীরমই।

নোংঙাল্লগা পুং ১০ দা চাকগুন চাথোক্লগা ওগুনী খুঙ্গং থাদোক্লুনা ফুকোকা সহরতম্না খোঙশাল্লমই। সহব অসিদা পাঙথোক্কদৌবিবা ইন্টবনেশনেল এথনিক ফেষ্টিভেলদা ভাবতকী মহুৎশিন্দুনা ঐখোয়গী মৈতৈ জগোয উৎকদবনি। ফুকোকা তম্না লাকপা লান্মীদা মতম খর কাইথোক্লুনা যেংলকই, মৈ হৌনা চার্কলিবা, হিংলিবা, মাউন্ট অসো কৌনা মৈগী চীং অমা। জাপান্দা মৈগী চীং য়াম্না লৈ অমসুং মদুদগী চহি লিশিং কয়াগী মমাঙদা চেষ্টবকপা লাভানা কনশিল্লগা ওইখিবা অঙকপা মফম কয়াসু থেংনৈ। অহানবা ওইনা মৈগী চীং (ভোলকেনো) উকবা অসি পুন্সিদা অঙকপা অমা ওইনা থোকখি। ❑

# ১৬. মৈগী চীং মাউন্ট অসো

অঙাং ওইরিঁঙেদগী, ৱারীদা লাইরিক্তা, মৈগী চীংগী মরম ইবা থেংনরে। চাউরক্লগা, সিনেমা অমসুং টেলিভিজন্নচিংবদা মৈগী চীং কয়া উরে। অদুবু হেক হকথেংননা মীৎনা উবদি খক ফংখিদে; জাপান্দা য়েংলকপা অদুনা পুন্সিদা অহানবনি। মাউন্ট অসো হায়বা মৈগী চীং অসি চহি লীশিং কয়া শুরবনি — হৌজিক ফাওবা লেপ্তুনা মৈ চাক্লি। কুইখরবা ইতিহাসগী মতম অদুদা মৈগী চীং অসিনা অহানবা পোকখায়রক্তুনা লৈনুংদগী কাপথোরকপা মহি চেল্লবা লৈপাক নুং অমসুং ধাতুনা থল্লবা 'লাভা' না মৈফম অদুগী অকোয়বদা পৈখৎত্তুনা ৱাংলবা চীংজাউগুম কোয়শিন্দুনা লৈ। 'লাভা' না কনশিল্লগা শেমখিবা চীংশাংনা কোয়শিল্লিবা লমহাং অদুগী পাক চাউবা বর্গ মাইল ৫০০ রোম ওইগনি। পুমহাং হাঙবা লমনি, উ-ৱা অমত্তা হৌদে তৌইগুম্বসুং লৈপাক অদুদি অশংবা নাপীনা নিংথিনা হৌরি। য়েংবদা অশংবা কারপেট অমা থাবগুম্না নিংথিঁজে। নাপী হৌবা অদুদা ষন কয়ামরুম থাদোক্তুনা থমই — শজিক চাহল্লি। ষনশিং অদু মফৈগন্দা নম্বর অমমম লোইনা থাই — মপু মশক খঙনবা ওইনা — অদুগা মনীংতৌনা চৎনীংবা জাগাদা চত্তুনা শজিক চাবা য়ানবা পঙথা থাদোকপনি। মফম অদুগী দৃশ্য য়েংবদা পুক্নিংদা অঙকপা তুজুংবা পোকই। লমকোয়বা লাকপা মীওইশিংগী কোয়না চত্তুনা য়েংবদা খুদোংচানবা শগোল ৱাইনবা থৌরাংসু তৌরি; পৈশা পীরগা অমা ৱাইবা যাই। মতম্না খুয়ৌননবনা, ঐখোয় শগোল তোংদুনা কোয়না চত্তুনা য়েংবদি ঙমলক্ত্রে; ঐখোয় পুন্নমক খোঙনা মৈগী চীং অদু মতোন য়ৌনবা থুনা য়াঙনা কাখৎলমই। চীংদোন্দা মৈ হৌরিবা মৈখু কারক্লিবা শাৎকায়রবা চীংদোল অদু য়েংনিংবগীনি। খরা কারক্লগা থেংনবা হৌরকই বিলামাটিনা থানা হৈরগা শাবা শঙ মচা কয়ামরুম। ইনেম ইনেম নেম্বা য়ুমশিং অসি সিপাহীশিংগী বঙ্কর মাল্লি। খঙহৌদনা মৈগী চীং অসিনা অমুক পোকখায়রক্লবদি চীংথকতা কারক্লিবা লমকোয়বশিং অদুনা চঙদুনা ঙহাক্ থুপ্তুনা লৈনবা শাদুনা থম্বনি। চীং লম্বী অদু নুং অমসুং কনশিল্লবা লাভা ঙাক্তনি। লম্বীগী নাকল অনিদা পোৎফম মচা কয়া ফমলি — জাপানবু নিংশিংঙাই

ওইবা খুদোলপোৎ মচা মচা কযা যোল্লি । লাক্লিবা লমকোযবশিংনা পোৎচৈশিং অসি যাম্না পান্না লৈনৈ ।

যাম্না ৱাংবা চীং নত্তে, মিনিট ১৫ বোম কাববা তুংদা চীংদোল অদু যৌই । মতোন অদুদগীনি মৈ অমসুং মৈখু থোবকলিবসি । মৈগী চীং অদুগী মতোন অদু যৌবগা মনুংদা যেংথখিবদা উবা ফংলমই অকি-তুজুংবা শক্তম-ঙাংশং ঙাওনা মৈবি থোক্লা পৃথিবীগী গর্ভ মনুংদা চাক্লিবা মৈ; মৈ অদুদগী লৈচিনগুম্বা মৈখু কাবক্লি । এসিদ নত্রগা কম্তুক (সলফব) চাকপগী মনম কন্না নমই । অকিবা প্রলয়গী শক্তমনি মৈগী চীং হাযবসি । ঐনা পাওজদবনা মদুগী শক্তম মতিক চানা থাবা ওইথোক্রে। লমযেংবা লাকপা মীওইশিং খবনা ফোটো নর্মলি খবনা য়োল্লিবা পোৎ মচা মচাশিং অদু লৈবি । ঐখোযসু অকোযবা খবা চত্না যেংলে: কনানা ফোটো লৌনবসু যাওবি । মতৌ অসুম্না মৈগী চীংদোল অদুগী মতোন্দা পুংখায় অমবোম লৈবম্লগা থুনা চীংখা তানা কুমথবক্লে মবমদি ঐখোযদি ফুকোকা সহব তানা চৎকদবনি । ❑

# ১৭. ফুকোকা –
## ইন্টরনেশনেল এথনিক ফেস্তিভেল

নুংথিল পুং ৪ তাবদা ফুকোকা সহবদা থুংই। ঐখোযগী লৈফম শিয়ো পব্লিক হোলদা থৌবাঙ তৌবমই। উপাক মথক্তা ঐখোয়না পুজবকপা স্লিপিং বেগ থাবগা হিপই। জাপান্দা ঐখোযগী মণিপুবগুম্না ফমুং কাংথোল শিজিন্নদে – মী পুন্নমক মোম্পাক থাবগা উপাক্কী লৈমায়দা হিপ্নবা ঙাক্তনি। থুংবগা ঐখোযগী নুপীমচাশিং খবনা চাক থোংগৎখবে, খবনা বিহার্সেল হৌখবে মবমদি আগষ্ট ৩১ অসি ইণ্ডিয়ান ইভনিং হায়দনা পাঙথোক্কনি হাযবে। ঐখোয মণিপুবগী কাঙবুদা মিনিট ৪০ গী প্রোগ্রাম শরুক তম্লকখি। মদুগীদমক অপুনবা ঈশৈ – "কোলোয নঙগী মণিপুব ....... ; **"সারে জহাঁসে অচ্ছা হিন্দুস্থান হমারা"** অাসনচিংবা ঈশৈ কযা ঔবাইবমই।

আগষ্ট ২৯, নুংথিল পূং ৬ ১/২ তাবদা ফুকোকাগী **'সন পেলেস'** হাযবা মী লিশীং অনি চনবা হোল অদুদা ইন্টবনেশনেল এথনিক ফেষ্টিভেল হৌদোকখি। অহানবমক্তদা, কোবিযাগী খুন্নুং ঈশৈ (ফোক সোং) অমনা ফেষ্টিভেল অদু হৌদোকপগী থৌবম ওইখি। মিস পার্ক ইউন হী – কোবিযাগী নুপীমচাসি ইউনিভর্সিটিগী ছাত্রীনি। কোবিয়াগী কাঙলুপ অদু শুপ্পগী মী অহুমখক্তনা শাবনি – নীপা অমনা বাঁশী খোংই, অতোপ্পা নুপীমচা অমনা পুং যৈ। ঈশৈ শক্লিবী কুমাবী পার্ক ইউন হী কোবিযাগী জাতিগী ফিজোল শেৎলি। মখোযগী ফি অদু ঈচোন চোল্লি, লৈপাক্তা ম্রো-ম্রো চিংলদনা য়েংবদা ফ্রোক মাল্লি। নুপীমচা অসিগী



ফেষ্টিভেল হাংদোকপা নুমিত্তা জগোই শাখিবী স্পেইনগী মিস বেগলা সোটো

খোঞ্জেল ওম্বোক্লা ফৈ, তিল্লিবা ভাবক পুম্নমক্লা খুবাক খুদুনা হরাওবা অপেনবা ফোংদোক্লখি মহাক্কী ঈশৈ তাবদা।

মথংদা স্পেইনগী কাঙলুপ্পা জিপসীশিংগী ঈশৈ শক্লা শক্লা শাবা জগোই অমা উৎলি। কাঙবু অসিসু শুপ্পগী মী অহুমতনা শাবনি। মখোয়গী মমিং লৈবী জীপসী জগোই শাবী – কুমাবী বেগলা সোটোনা জগোই শারিঁঙৈদা অতোপ্পা নুপা অমনা ঈশৈনা খোম্বাংই। মখোয়গী প্রোগ্রাম অদুনা ভাবকশিংবু নীংথিনা পেলহনখিদে।

স্পেইনগী থৌরম লোইরবা তুংদা মণিপুরগী লাক্লে। মমাঙদসু পঞ্জখ্রে – ঐখোয়গীদি মী ১৯ নি; অতৈ অতৈ জাতিগীনা মী ৪/৫ দনা শাবা কাঙলুপনি। তোঙান তোঙানবা অপীকপা জাতিশিংগী মাগী মাগী ওইবা কলা সংস্কৃতিগী শক্তম উৎনবা শীনবা ফেষ্টিভেলনি। কাঙলুপ খরগী কুম্মৈদি করিসু থোইদোকপা মীৎকী কুম্মৈ য়াওদে অদুবু কুম্মৈ নুংঙাইবনা ফেষ্টিভেল অসিগী পান্দম নত্তে; শরুক য়াবা অসিমক্লা মরূ ওইবনি। মৈতৈ হায়বা জাতি অসিসু পৃথিবীগী থাক্তা শকখঙনবা অপীকপা এথনিক গ্রুপ অমনি হায়না শকখঙবিদুনা মৈতৈগী জগোইনা ইন্টরনেসনেল এথনিক ফেষ্টিভেলদা শরুক য়াবা ফংজবা অসিদা ইশাদা হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইবা অমা পোকচখি। অহানবদদি – মৈতৈ জগোয় মিনিট ৪০ গী প্রোগ্রাম পীবীয়ু হায়রম্বনি। অদুবু অতৈ অতৈগী জাতিগী জগোই ঈশৈ অদুনা ভাবকশিংবু মতিক চানা পেলহনবা ঙমদবনা মরম ওইরমাল্লে – ঐখোয়বু মিনিট ৫০ ওইনা শাংদোকপীয়ু হায়রে। ঐখোয় মৈতৈ জাতিগী কলা সংস্কৃতিগী মতম কুইনদগী শাগোন্নরক্লবা **"লাই ঈকৌবা"** উৎখি। তিল্লীবা ভাবকশিংনা য়াম্না থাগৎপিরমই। জাপানগী ভাবকশিংনা অঙকপা অনৌবা কুম্মৈ ওইনা মৈতৈ জগোই য়েংবগী চাউরবা মরম অমদি – ঐখোয়গী সংস্কৃতিগা জাপানগীগা য়াম্না মান্নৈ।

মণিপুরদগী লাকপা ঐখোয়দা, থোইদোক্লা নুংঙাইজবদি রি ইউনিয়ন আইলেণ্ডগী **"গ্রাঁ মুন লেলে"** কৌবা কাঙলুপ অদুনি। রি ইউনিয়ন হায়বা ঈথৎ অসি কদাইদা লৈবা মফমনো হায়বদু অমুক্তং নীংশিংজগে। ঈথৎ অসি খা থংবা অফ্রিকাগী মনাক্তা লৈবা মোরিসস অমসুং মাদাগাস্কর ঈথৎ অনিগী মরক্তা লৈবা পীক্লবা ঈথৎ অমনি। আফ্রিকা মহাদেশগী মনুংচনবা লৈবাক

ওইরগসু হৌজিক ফাওবা ফ্রান্স লৈবাক্কী লোইলম ওইনা মখোয়গী লৈঙাক শাসন মখাদা লৈরি। লাক্লিবা কলাকাবশিং অদু লোইনমক কুচু মুরদনা নেগ্রো মাল্লি তৌইগুম্বসুং লোলদি ফ্রেঞ্চ লোল ঙাঙই । অয়াম্বনা ইংরেজী খঙদে। **"গ্রাঁ মুন"** (GRAN MOUN) হায়বা ৱাহৈ অসিমক ফ্রেঞ্চ মরোলনি – **'ওল্ড মেন'** অহল নুপা হায়বনি। তশেংনমক কাঙলুপ অসিগী মরুওইবা অমসুং লুচিংবা ঈশৈ শকলিবা লেলে হায়রিবা নুপা অসি চহি ৬৫ শুরবা অহলনি। মাগী মমিংদগী লৌদুনা থোনবনি কলা সংস্কৃতিগী কাঙলুপ অসিগী মমিং **'গ্রাঁ মুন লেলে'** হায়বসি। লেলে হায়বসি মীয়াম্না নুংশিনা কৌনবা মাগী মমিংনি, পেট নেমনি, মহাক্কী তশেংবা মমিংদি–ফিলিয়াস জুলিয়েন অরনেষ্ট কৌবনি। মীয়াম্না লেলে হায়না শকথংবা য়াম্না মমিং লৈরবা কলাকারনি মখোয় ফ্রান্সকী লৈঙাক শাসন মখাদা লৈজরবসু, মখোয়গী জগোয় ঈশৈদা আফ্রিকাগী সংস্কৃতিগী মমি ফজনা তাবা উই। মখোয়না নুমিৎ অদুদা শাখিবা আফ্রিকান জগোয় অদু অঙকপনি হায়বা য়াই; মখোয়গী পূংগী পূংখোল; মখোয়গী জগোয় শাবীশিং অদুগী মপাঙ্গল অমসুং ঙেমিনা ঐখোয় অমুক্তা উখিদ্রি। মখোয়গী কাঙলুপ অদুদা জগোই শাবী ৪ (জগোই শানা শানা ঈশৈসু শকই) অদুগা পূং য়ৈবা নুপা নিপাননি। মখোয়গী পূং অদু আফ্রিকাগী পূংনি মখূৎ অনি চঙদুনা য়ৈবনি। পূং ৮ অদু পাখং মচা ৮ না য়ৈরকপগী থোরকপা পূংখোল অদু তাবদা থনুং অসি কায়গদৌবোই নীংই। অচম্বা মখোন নত্তে; লৈনুংদগী ফাওরকপা লুম্লবা মখোন অদুনা হোল অদু থক থক নিকখি। মখোয়গী মিনিট ৪০ গী প্রোগ্রাম অদুদা লৈশাবী মচা মরি অদুনা শুকলেপ লেপ্তুনা চোংদুনা শাবা হুলা-হুপ্লা জগোই অদু উরুবদা মখোয়গী পাঙ্গল অমসুং অখাঙ কনবা অদুবু থাগৎতবা ঙমদে।

মখোয়গী জগোই লোয়রগা ঐখোয়গা উন্নদুনা ৱারী ৱাতাই শান্নরমই মখোয়গী জগোই শাবী নুপীমচাশিং অদুগা ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিংগা ফোটো কয়া নল্লে। নুপীমচাশিং অদু মীসু পঙচাও চাওদে, কুচু মুই, মশমসু অফ্রিকানশিংগুম্না খোই। অদুবু ঐখোয় মখোয়গা য়াম্না উন্ননিংখি, মখোয়বু নকশিন্না মশকশিংদু য়েংনিংখি। মরমদি ঙসাই মখোয় ৪ না শাখিবা জগোইদু – মিনিট ৪০ বু শুকলেপ লেপ্তুনা চোংবা! ক্রিগীনো খঙদে, ঐখোয় রি ইউনিয়নদগী লাকপা আফ্রিকান কলাকারশিং অদুগা থম্মোইদা য়াম্না নকশিন্নখি। ইন্টরপ্রিটর অমগী

মতেংনা ব্রাবী শান্নবদগী খংলে (মখোয় ইংবেজী খণ্ডদে; ফ্রেঞ্চ মবোলতমক খণ্ডই; ঐখোয়না ইংবেজীদগী হেন্না খণ্ডদে) – মখোযগী মপা-মপু খা-ভাবত্তগী লাকপনি। ব্রাহে অসি তাবদা খণ্ডহৌদনা ঐঙোন্দা যাম্না নুংশিবা অমসুং নকশিন্নবা ফাওখি। ভাবত মচা অমগুম্না ঐগী মীৎনা মখোযবু উবকখি। চহি ২০০ বোমগী মমাঙদা ঈথৎ মপৈ অসিদা চু থানবা কুলি, লেবব ওইনা মখোযগী মপা মপুশিং ভাবত্তগী লাক্কুনা খুন্দাখিবনি। লাক্লিবা আর্টিস্টশিং অদুগী মশকসু তামিল (মাদ্রাজী) মাল্লি – কুচু মুই, মশমদু নেগ্রোগুম্না কুক তাশিল্লি, মনাতোন নমই, মমায় কোযদানৈ। চুমএ, শোযদনা মখোযগী হৌবকফম অমদি, মপা-মপুশিং খা ভাবতকী তামিলশিং ওইবমগনি ঐ থাজবে। লেলেনা ঈশৈ হল্লগা – নুপী মচা ৪ অদুনা খুম্বনি। ঈশৈ লোইবকপদা লেলেনা মখুৎ লোন্নবগা হাযবকই – **“মাতা”, “পিতা”, “গুরুদেব”**। শো অদু পুল্লোই লোইবগী থৌবম (ফিনালে) ওইনা ফেষ্টিভেল অসিদা শক্নক যাবা লাকিলবা কাঙলুপ খুদিংমক পুন্না ষ্টেজদা থোল্লগা জগোই শাহল্লি। গ্রাঁ মুন লেলেগী কাঙবু (বি ইউনিযন ঈথৎকী) না ঈশৈ শক্কুনা মখোযগী মখোন হৌখ্রবা পুং অদু য়ৈবগা মদুনা বেক গ্রাউণ্ড ম্যুজিক অমসুং ওর্কেস্ত্রা ওইবগা কোবিয়া, স্পেইন অমসুং মণিপুবগী কাঙবুনা পুন্না জগোই শামিন্নৈ। পুন্না অমত্তা ওইনা শেল্লগা (কোবিও গ্রাফ তৌবগা) অপুনবা জগোইগী শক্তম অমা পুথোকপা নত্তে; পাক চাওববা স্তেজ অদুগী মচি মচিদা মাগী মাগী লৈবাক্কী জগোই অদু শাবনি। মণিপুবগী কাঙবুনা থাবল চোংবী হৌবকপা মতমদদি ষ্টেজদা থোল্লিবা মীবৈবাক্কী কলাকাবশিংসু লোইনা যাওশিন্দুনা যাম্না নুংঙাইববা মপুং ফাববা আইতেম অমা ওইখি অমসুং ইন্টবনেসনেল এথনিক ফেষ্টিভেল থাবল চোংবীনা লোইশিনখি। খ্বাইদগী নুংঙাইবদি ঐখোযনা থাবল কন্না চোংখৎলকপা মতমদা কুম্মৈ য়েংবা লাকপা ভাবকপুম্নসু থাবলগী ঈবাংদা তাউখিদুনা খবনা মাগী ফমফম থাদোক্কুনা স্তেজ মথক্তা কাখৎলক্লে – থাবল চোংবা য়াওববে। অতৈ ভাবকশিংনা ফমফমদগী লেপখৎত্তুনা খুবাক খুদুনা থাবল চোংবা অদুদা তাষ্মা পীবকই।

মথংগী নোংমা নিনিসু ফুকোকাদা লৈদুনা মফম খবদা ঐখোযগী জগোই উৎলি। ভাবক মবক্তা ভাবতমচা খবসু য়াওবমদুনা মখোযগা উন্নদুনা ব্রাবী ব্রাতাই শাবে; শকখণ্ড মাযখণ্ডনবে। মযামদুগী মবক্তগী ঐখোযগা খ্বাইদগী

নকশিন্নরা অমসুং য়াম্না তোয়না তিন্নবদি কলিকতাদগী লাকপা মোহম্মদনি। জাপানগী নেসনেল পেনাসোনিক কম্পনিগী ইঞ্জিনিয়রনি; জাপান নীংঙোল অমগা লুহোংদুনা ফুকোকাদা লৈরবনি। মচানিপা চহি অনিশুরবা অমা লৈরে। মহম্মদগী ইমুং মনুং হুপ্পা ঐখোয়গা থানদ্রে। ভারত্তগী লাকপা মশেন ওইবদা নত্তনা মাগী নুপী জাপান নিংঙোল অদুগা মৈতৈশিংগা শক্তা চুদাদা য়াম্না মান্নবা অদুনা ঐখোয়গী মরক্তা নুংশিনবা য়াম্না হেনগৎহনখি। মখোয় অনিনা মৈতৈশিংবু কয়া য়াম্না নুংশিবগে হায়বগী খূদমদি মচা নুপাদু পুরগা নভেম্বর ১৯৯৬ দা ইম্ফালদা লমকোয়বা ওইনা লাক্লমই অমসুং ঐখোয়গী আর্টিষ্টশিংগী য়ুম য়ুমদা চত্তুনা উন্নবমই। আগষ্ট ৩১ দা ফুকোকা সহরগী ওইনা মফম অদুদা হান্না লৈরম্বা ভারতমচাশিং অমসুং নৌনা থুংলবশিংদা পুন্না রিসেপসন অমা পীরমই। মণিপুরদগী ঐখোয় ১৯ থাদনা দিল্লিদগী ইউনিভর্সিয়েদ (পৃথিবীগী ইউনিভসিটি তম্বা শান্নরোয়শিংগী চাংযেংনি, ওলিম্পিক গেমস গুম্বনি) য়াওবা লাকপা শান্নরোই অহুম মরিসু য়াওই। ফুকোকা সহরদা লাইরিক তমদুনা লৈবা ভাবতমচাশিংসু অমত্তা চিংখদরে। ভারতকী চাক ইনশাং চাকথোং অদু ময়াম্না খঙনীংবদগী ঐখোয়গী নুপীমচাশিংদা ঙা অমসুং যেন থোংহল্লি। ঐখোয়গী মসলা য়াম্না থাকপা মোরোক শারপ তৌবা খুথোং অদু জাপানশিংগী মফমদা পুমনৌ নৌবা অমসুং অতাঙবা মথেল অমা ওইনা থোকখি। অসুক্কী মতিক পাম্না চান্নখি মদুদি ঐখোয়না চাবা চঙবা কালদা শা ঙা অমত্তা লৈরমদ্রে ! শিং নান্না চাখরে ! মখোয়গীদি থুমসু থাক্তে, মোরোকসু চাদে। অদুনা অহানবা মহাও তংবা ওইনা মতা অমা ওইনা থোক্লুরমাল্লে।

ফুকোকাগী ইউনিভসিয়েদতা ভারতকী মীহুৎ ওইনা শুপ্নগী শান্নরোই অনিখক্তং লাকখি। দিল্লিদগী ঙাকতনি। শ্রীরাম কলেজদা তম্না ছাত্রমচা অমা ইরোইবদা অদুগা সেন্ট ষ্টিফেন্স কলেজদা তম্না ছাত্র অমনা হায় জম্পদা শরূক য়াখি।

সেপ্তেম্বর ১ দা ফুকোকা ইউনিভসিয়েদ য়াওবা লাকপা শান্নরোইশিংগীদমক মৈতৈ জগোইগী শো অমা উৎলম্লগা মথংগী নুমিত্তা ফুকোকা থাদোক্লম্লগা য়ামাগুচিদা লাকখি। ঐখোয়গা লোয়ননা মোহম্মদ অমসুং মাগী নুপী জাপান নীঙোলগা য়ামাগুচি তানা লাকমিন্নরে। মখোয়দি ঐখোয়গা লোয়নবা পাম্বদগী চুম্না লম কোয়বা ওইনা লাকপনি। ❑

# ১৮. য়ামাগুচি

য়ামাগুচি সহরগী মনুংচনবা কুমামোতো কৌবা মফম অমদা ঐখোয়বু ওক্লমই। অশীন অরাং তৌরম্লিবা নাকানো-সান ভারত্তা কোয়রক্লুনা দিল্লী, আগ্রা, বোম্বেনচিংবা ভারতকী সহর কয়া য়েংলুরবনি। ঐখোয়না হেক থুংবগা স্কুলগী অঙাংমচাশিংগা লোয়ননা ৱার্কশোপ অমা পাঙথোকই। মদু লোয়রগা ক্লাস টু, থ্রি, ফোরদা তম্লিবা ছাত্রমচাশিংগা ঐখোয়গা পুন্না চাক চামিন্ননবা শীল্লমই। ঐখোয়বু টেবিল খুদিংদা চোইনা চোইনা অঙাংশিংগা ফমহন্দুনা ৱাবী শানা শানা চাক চামিন্নে। অঙাংশিংনা ঐখোয়দা মণিপুব অমসুং ভারতকী মরমদা ৱাহং কয়া হংই। জাপানগী মীশিংনা পীকলিবা অঙাংশিংগীদমক্তা হোৎনবসি উবদা অঙকপনি। ঐখোয়গা মতম খরদং উন্ননবা, চামিন্ননবা শীনবদা মখোয়না তৌরিবা খরচ অঙকপনি। অঙাং ময়াম অদু থাজিল্লকই – ঐখোয়গা খুৎ শোক্লনবা ৱারী শান্ননবা। ঐনা মণিপুর নিংশিংলকখি। ঐখোয়গীদি কদাই ? অচৌ অশাং মীতোপ অমা লাকপদা – **"অঙাং তাম্বোকখো"**। **"অঙাং তাম্বোকখো"** – অসিনি। জাপান্দা পিক্লিবা অঙাংশিংবু শেল্লিবসি উবদা, ঐনা থাজে, চাউরক্লবা মতমদা শোয়দনা মতিক চাবা মী অমমম ওইবক্কনি।

সেপ্তেম্বর ৩ দা ঐখোয় মফম অসিগী **"বিগ-শেল"** কৌবা ওপন এয়র থিয়েটর অমদা জগোয় উৎলি। থিয়েটর অসিগী ষ্টেজ অদু সমুদ্রগী কোম্প্রেং অমগী মওংদা শাবনি, মদুগী মরমদগী বিগ-শেল কৌবনি। নুমিৎ অদু ভাবক চনিবোমদমক তিনখি; অয়াম্বনা অঙাংমচা ঙাক্তা ওইনা তৌই।

মফম অসিদা ঐখোয়গী লৈফম য়াম্না মমল তাঙবা হোতেল অমদা শীল্লমই। ফাইভ ষ্টার হোটেলগুম্না চাউরবা নুংঙাইরবা হোটেলনি মশাগী হোট ৱাটব বাথ লৈ। অদুবু জাপানগী চৎনবী – চাউখ্রবা হোটেলদু ফমুং কাংথোল অমত্তা থাদে; উপাক্কী লৈমায় মথক্তা তাতামি (লীফককুম্না নানবা ফক) থারগা অদুগী মথকতা মোম্পাক মোম্দুম থাবগা হিপ্পবা থৌবাং শেম্বনি। অয়ুক ঙন্তা য়াহৌরগা ঙহাক ৱাকিং চৎপা ওইনা খোঙনা কিলোমিটব অনি অহুম চত্তুনা

যেংলুই। ইনক নক্লা নীংথিরবা বিল্ডিং অমগী মনাক্তা ফৌ থারমই। লৌরি মপান অদু বিলামাটিনা ফজনা চেক চল্লি। মতমসি ফৌ মুল্লকলে। ঐনা মণিপুরগী ঐগী লৌফমশিং নীংশিংলকখি। মফম অসিগী মীশিংনা য়াম্না থৱায় য়াওনা য়েনশাং নাপী থাবা উবা ফংই। পাঙখোক য়েন্দেম, য়েনম নাকুপ্পী, নাপাকপী, নুং হৱাই য়াম্না পাক শন্না থারি। ঐখোয় মণিপুরগী য়ুম ইংখোলদি য়াম্না চাউই মরাং কায়, তৌইগুম্বসুং জাপান্দা লম য়াম্না তাঙবা মরমনা য়ুম ইংখোল অমত্তা অচৌবা লৈতে। নুঙনা চেক্লা শাবা পক্কা বিল্ডিং অমত্তদা লৈনদে; য়াম্না য়াংবা পোৎ-চৈ অমসুং উপাক্লা শারগা, লৈমায়সু উপাক্লা থারগা য়ুম মচা মচাদা ঙাক লৈনৈ। পিকচবতনি য়ুমশিং অদু য়াম্না নাননা মওং তাই। য়ুম মমাঙদা উ মচা অমা (অযাম্বনা উচান পাম্বী থাই), পাম্বী অদু নিংথিনা মশা-মরেং কক্তুনা মওং চানা শেমদুনা লৈতেংগী পোৎশক অমা ওইহল্লি।

নোংঙাল্লগা সেপ্তেম্বর ৪ দা চাক চারগা নুমিৎয়ুংবা মতুংদা য়ামাগুচি সহর থাদোক্লমই। লম্বীদা অদুম থৌরকপদা শাংল শাংলবা চীংনুং হুৎ (টনেল) কয়া লান্দুনা লাকই। কিলোমিটব তকক হেন্না শাংবা চীংদা হুৎলগা শেম্বা টনেল য়াওই। টনেল মনুং অদু ইলেকত্রিক লাইটনা পুমঙান ঙান্না থাল্লি; ফত্তবা গ্যাস মপান্দা চিংথোকখিনবা একজোষ্ট ফেন কয়ামরুম পাল্লি। টনেল মনুং অদু য়াম্না চাউই; গাড়ী অনি য়াম্না কোম্না থৈনবা য়াই। জাপানশিংগী ইঞ্জিনিয়বিংগী হৈশিংবা অঙকপনি। নুংথিল পুং ৫ তাবদা মিয়াজাকি প্রিফেকচরগী মনুং চন্না লৈবা য়ামাদা হায়বা টাউন অমদা থুংই। ❑

# ১৯. য়াম্নাদা

ঙসিদি ঐখোযগী থুংফম অসি শোজো-জি কৌবা বৌদ্ধগী লাইশং অমদনি। লাইশং অসিগী পুবোহিৎ অমাকো গেনশো-সান ঐখোযবু ওক্লমই। লাইশং হাযবগা ঐখোয হিন্দুশিংগী লাইশংগী ৱাখল নীংশিংলুদুনা অপাবশিংনা লাম্না লৌখিবা যাই। জাপান্দা লৈবিবা বৌদ্ধগী লাইশং ওইববসু নত্রগা শিন্টো ধর্ম্ম চৎপশিংগী লাইশং ওইববসু — শোক্ল পন্নবা যাদবগী ৱাফম অসি লৈতে। লাইশং হাযজবতনি, যাম্না চাউবা মফমনি, মী থুংনবা কা কযামকম লৈ। মখোযগী পুবোহিৎশিংসু মযুম মকৈ পান্দুনা নুপী অঙাং লৈ, অতৈ মীচম প্রজাগুম পুন্সি লেল্লি। শাসু চাই; যুসু অদুম মথকই। পুবোহিৎ হাযবা থবক অদুতং তৌবনি, মদুগীদক তলব পীদুনা থম্বনি।

নুংথিল পুং ৬ তাবদা লাইশংগী শবিক যৈদুনা বুদ্ধদেবগী সনামচু তৈনবা চাউববা মূর্ত্তি মমাঙদা ধুপ মচৈ কযা থাদুনা পুবোহিৎনা লাইশোল শোল্লি।



যামাদা টাউন্দা অঙাংশিংদা থাবল চোংবা তম্বিবা

ঐখোযসু লাই খুকল্না অদু যাওবমই অমসুং 'ৰঘুপতি ৰাঘব ৰাজা ৰাম' শক্লুনা বুদ্ধদেববু খুকুমজবমই। নিংশিংলকখি বুদ্ধদেব ঐখোয হিন্দুশিংগীসু লাইনি, ভাগবানগী দশঅবতাবগী মনুংদা অবতাব অমনি হাযনা লৌনবি। শোজো-জি লাইশং অসিদা নুমিৎ মঙা অহিং মবি লৈদুনা মনাক নক্লা লৈবা টাউনশিংদা মৈতৈ জগোই উৎলমই। লাইশং অসিগী পুবোহিৎ গেনশো-সান অসি হাসেগাবা-সানগী যাম্না চান্নবা মরূপনি। মবম অসিনা পুবোহিৎ অসিনা পৈশা অমত্তা খবচতিংদনা ঐখোযগী লৈফম অসি শীল্লম্বনি।

জাপান্দা লৈফম য়াম্না তাঙই – হোটেলদা ঙাক থুংবা ওইথোক্তে। মৰূপ মপাং অমসুং লোকেল ভোলুন্টিয়ারশিংনা মতেং পীবিবগীদমক ঐখোয়না শো নীফুগী মথক্তা উৎপা ঙমখিবনি।

য়ামাদা টাউন্দগী পুং ২ বোমগী লম্বী থৌবগা কাগোশিমা সহব লৈ। ❑

# ২০. কাগোশিমা–মিয়াকোনোজো

সেপ্তেম্বর ৬ কাগোশিমা সহরগী চুও পব্লিক হোলদা মৈতৈ জগোযগী কুম্মৈ উৎলি। হোল অসিগী মমাঙমক্তা ব্রাং চাউখ্রবা নূংনা শাবা মূর্তি অমা লৈ। মদু জাপানগী মমিং লৈববা শহীদ তাকামোবি সাইগোগী মূর্তিনি। কাগোশিমা সহর অসি মহাক্কী পোকফমনি।

মফম খুদিংদা তৌরম্বগুম মফম অসিদসু হোলগী চঙফম মনাক্তা ভাবতকী পোৎ-চৈ যোনবা বাজার অমা হাংলমই। হাসেগাবা-সান মশামক্রসু মফম অসিদা যোন্নবা ভাবতকী পোৎ-চৈ যাম্না পুরমই। ঐখোযনা জগোয উৎলুবা সহর খুদিংদা হাসেগাৱা-সানগী পোৎফম অমা অদুগা হান্না জুদোকা ওইরম্বদগী হৌজিক্না কাববাব তৌববা মিউবা মোইমুবা সানগী পোৎফম অমা অনিসির্মদি শোযদনা হাংলে। জগোয যেংবা লাকপশি' অদুনা কুম্মৈ হৌদ্রিবৈদা অমসুং ইন্টরভেলগী মতমদা পোৎফমশিং অসিদগী যাম্না পাম্না পোৎ লৈনৈ। যোল্লিবা পোৎশিং ভাবতকী ঙাক্তনি, খুদম ওইনা শলৱাব কমিজ, খুজি, লিক, কোল, পিথ্রাইনা শাবা লাইগী মূর্তি মচা মচা, ধুপ মচৈ, ........ অসিনচিংবা।

মথংগী নুমিত্তা ঐখোয মিযাকোনোজো হাযবা টাউন অমদা কুম্মৈ উৎলমই; মফমদি (লাইশং) অমদনি। ভাবক খুদিংমক উপাক থাবা লৈমায়দা ফমই। চঙলমদাইদা থোঙজিন্দা লৈবিবা থৌশিনবশিং অদুনা লাক্লিবা ভাবক খুদিংদা (সেলোফেন) প্লাসটিক বেগ অমমম হেক্তা লানশিল্লি। বেগ অদুগী মনুংদা মশা মশানা তোংলকপা খোঙউপ অদু হাপচিল্লগা পুবগা চঙদুনা ফর্মনৈ। জাপান্দা খোঙউপ যাওনা মীগী যুমদা নত্রগা মন্দিরদা চঙনদে, অফিস চংবদদি খোঙউপ তোংলবসু যাই। য়েংলিবা ভাবকশিং অদু কলা-সংস্কৃতি য়ামনা মুন্না খঙবা ঙাক্তনি। ফজবা জগোযগী মতাং চানা চানা মবক্তা খুবাক খুদুনা কলাকাবশিংবু পুক্লিং থৌগৎলি। নুমিৎ অদুগী নুংথিলদা (সেপ্তেম্বর ৭) হাসেগাৱা-সাননা পুদুনা ঐখোয খব সহর অদুগী মেযোব উন্নবা চৎলি; নুপীমচা অনি অহুমসু য়াওই। নুমিৎ অদুগী নিংশিংবা যাবা থৌদোক অমদি – মেযোবগী

অফিসতা তবমুজ অমা উৎলমই – কিলোগ্রাম নিফু লুমই। তবমুজ মন ১ লুম্বা অমা উবদা ঐখোযদা হায়বপ অঙকপা অমা ওইনা থোকখি। ঐখোয অনকপদা অকোযবদা লৈবা মফম কযাদা জগোয উৎলবা মতুংদা হৌজিক্তি শোজো-জি লাইশং থাদোকপা মতম যৌবক্কে। মথং অতোপ্পা মফম অমদা চত্তুনা অমুক কুম্মৈ উৎলুবগদবনি। লাইশং অদুগী পুবোহিৎ অমাকো গেনশো-সাননা অবোইবা লোইশিল্লকপা ওইনা ঐখোয মযামগী বিদাযগী চাকলেন অমা থৌবাং তৌবমই। পুবোহিৎ অসিগী নুপী শ্রীমতি শোকো-সান অমসুং মখোয়গী চহি ১০ দা ঙায়বিবী মচা নুপী চিহিবো অমাকো না ঐখোয খুদিংদা নুংশিনা খুদোল পোৎ মচা অমমম পীদুনা মথংগী নুমিৎতা বিদায তৌনবমই। গেনশো-সান, অমসুং মাগী ইমুং মনুং,



যামাদা টাউন্দা অঙাংশিংগা জগোইগী ব্রার্কশোপ।

মাবু পোকপা মমা মপা পুন্নমক্লা মণিপুবী মচাশিংবু নোংমা নিনি লৈবা অদুদা নুংশিনা চান্না তৌবকপা অদু পুন্সিদা কাউবা ঙমলোই। সেপ্তেম্বব ৮, অযুক পূং ৭ $\frac{১}{১}$ তাবদা মিয়াজাকি প্রিফেকচবগী (ঐখোয়গী বোমদা ডিস্ট্রিক্ট হাযবগুম্বনি) মনুং চন্না লৈবা যামাদা সহবগী সোজো-জি লাইশং থাদোক্লমলে। ❑

# ২১. য়াম্নাদাদগী অকো খুঙ্গং ফাওবা লাকপা

"ঙসিদি গাডীসি খব শাংনা তোংবা তাবে, চৎকদৌবিবা লম অসি খব লাপই" — হাসেগাৱা-সাননা ঐখোযদা মাঙজৌননা ৱার্নিং তৌই। ঐখোয়গী পান্দমদি অতামি সহব যৌগদবনি অদুবু নোংমদা য়ৌবা ওইথোক্তবনা লমখাংদা হিমেনজি সহবগী মনুংচনবা অকো হাযবা অপিকপা খুল অমদা অহিং অমা লেকপা তাখিবনি। যামাদাদগী অকো ফাওবসি চাউবাক্লা কিঃ মিঃ ৮০০ বোমনি, গাডীনা পুং ১১ বোম চঙই। লম্বীদা লাকপদা কোবে অমসুং হিবোশিমা সহব ফাওদুনা লাকই। হিবোশিমা য়ৌবকপদা ঐনা মতম কযাগী মমাঙদগী মঙজবকপা মঙ, হিবোশিমাগী এতোম বোম থাদফমদু অমুক্তং যেংগে হায়বদু — ঙসিদি ঐগী মঙদু মঙফাওনগদৌবে খল্লুবদা পুক্লিংদা তুজুং হবাউ পোক্লমই। হিবোশিমাদা ঐখোয মতম শাংনা কাইথোক্তুনা এতোম বোম ম্যুজিয়ম, পিস-পার্ক, এতোম বোম ডোম নচিংবা কযা য়েংলকই। জাপান্দা চৎলগা হিবোশিমা যেংদ্রবদি কবিসু কান্নদ্রে। তোকিযো, জাপানগী কোনুং ওইবগী, অদুক মমিং চৎচবনি কবিসু যেংনিংঙাই থোইনা লৈতে। ঐখোযগী নিউ দিল্লিগা ইমান মান্নে। তোকিযোগী ফাওবে হাযবা গীনজা স্ট্রীত ঐখোযগী দিল্লীগী কনোট প্লেসগা কৈসু খেন্নবা উদে। খেন্নবা অমত্তংদি — মী অমত্তা মখোঙনা লম্বীদা চৎপা উদে, কাবগী কাব ঙাক্তা। হিবোশিমাগী মবমদা তোঙানবা ৱাবেং অমা খবা শুগাইনা ইদুনা মবক্তা হাপচবি।

শাংলবা চীংনুংগী লম্বী অসিদা থৌদুনা লাকপদা শাংল-শাংলবা চীংনুংহুৎ (টনেল) কযা ফাওবকই। হায-ৱে অসি মী তাদবা লম ঙাক্তা ফাওদুনা চৎপনি। লম্বীদা জঙ্ক-যার্ড শিজিন্নবা যাদ্রবা পোৎচৈ য়োক্তেক থাঙতেক লংথোকফম কযা থেংনৈ। মখোযনা শিজিন্নবা যাদ্রবনি হাযনা হুঞ্জেকলিবা অদুদা ফব ফববা কাব, ট্রেক্তব, লৌ খাওনবা মেছিন, টেলিভিজন সেট, বেডিও ট্রানজিস্টব যাওবি। ঐখোযগী লমদমদদি অহনবগা চপ মান্নববনি।

কার ওইবববসু টেলিভিজনবু ওইরববসু খরদং য়াদবগা হেক্তা হুন্দোকই। মসিগী মবমদি জাপান্দা শেম্নবা মেরামত তৌনবা মতম লৈতে। য়াদবা কার অমা শেমগদৌ শরূক অহনবা অমা লৈবনা হেন্না ওইজে হায়। অচুম্বা ওইরম্বা তাই মরমদি ঐখোয়না জাপান লৈবাক্তা থা অহুম চুপ্পা কোয়রকপদা গাড়ী শেম্ফম রার্কশোপ অমত্তা থেংনরক্তে। মতাং অসিদা নিংশিংলকই, জাপান্দা চৎকদৌরে তাবদা জাপান্দা ঙাওজবা ঐগী মরূপ অমনা পোৎ তপ্লকপদু। অতৈ করি নত্তে – মাগী মিনোলটা কেমেরাগী মখুম অদু খর মল্লে অদুনা শউনগী কোভর অহনবা অমত্তং লৈবিরকউ – অসিনি। পোৎচৈসি খজিক্তং বেড়া তৌরকপদা জঙ্কদা লংথোক্লিবা দেশ অদুদা কদাইদনো ঐনা কেমেরা অমনবগী মখুম থিরুগদবা ?

অদুবু জাপান্দা অমনবা সেকেণ্ড হেন্দ য়োন্দবা নত্তে। সেকেন্দ হেন্দ হাযদে শিজিন্নকরবা 'ইয়ুজদ' হায়নৈ। কার খঙদে কেমেবা খঙদে – অনৌবা মোডেল নত্রগা ডিজাইন অমা হেক থোবকপগা, শেলদি নীংথিনা পায়নবা ঙাকনিনা, হান্নগী অরিবা মোডেল অদু সেকেণ্ড হেন্দ দুকান্দা যোনথোকহল্লি। মখোযগী শিজিন্নরবা কার মযাম য়োনফমদি ঐখোয়গী মপান কাঙজৈবুংগুম্বা পাক্লবা লম্পাক অমদা কার খুদিংগী মমল থেৎলগা আলু কোবী যোনবগুম মথা মথা য়োল্লি। নিকোন কেমেরানা জাপান্দা খ্বাইদগী পান্না মীয়াম্না শিজিন্নে। অনৌবা মোডেল অমা থোরক্লগা মাগী হান্নগী পুমহল হল্লিবা পোৎ অদু অদুম য়োষ্থোরকপনি।

অযুক পুং ৭ তগী থৌবকপনা, মরক্তা হিরোশিমা য়েংবা পুং ৩ বোম থাদনা, নুমিদাংরাইরম পুং ৫ $\frac{1}{2}$ তাবদা হিমেনজিগী মনুংদা লৈবা অকো হাযবা খুল মচা অমদা অহিংদু পল্লি। মফমদুদা হাসেগারাগী মরূপ অমগী নৌনা শাবা মী লৈনদ্রিবা যুম অহাঙবা অমদা ঐখোয়গী থুংনবা শীল্লমই। মতৌ অসুম্না মফম মফম খুদিংদা হাসেগারাগী মরূপ শিংনা লৈফম শেল তিংদনা মতেং পাংবিবকখি। নোংঙাল্লগা চাক ঙস্তা থোংগৎলে মরমদি ঙসি চৎকদৌবিবা অসিসু পুং ১২ গী লম্বীনি। অতামি সহর যৌগদবনি। চাক ঈশিং থৌবাং তৌরিঙৈ মনুংদা মনাক নকপা সমুদ্রা মপান্দা লৈবা পার্ক অমা য়েংবা চৎলুই। পার্ক অদুদা ঐখোয়না অমুক্তা থেংনদ্রিবা শক্তম অমা উরকখি। বিলামাটিনা

শাবা শা মখল কয়াগী মূর্তি পার্ক মনুংদা মচি মচি খুদিংদা থিল্লি। মদুগী মবক্তা গান্ধীজীগী মমিং চৎলবা য়োং অহুমগী মূর্তি অদুসু থিল্লমই — ফত্তবা ৱা তাগনু, ফৎতবা পোৎ যেংগনু, ফৎতবা ৱা ঙাঙগনু।

চাক চাবা লোইবদনা অকো খুঙ্গং থাদোক্লক্লে। জাপানগী পাক্লবা হাঙ্গৰেদা থৌবক্নে। লম্বীশিংসি চীংনুং মানুং ওইনা তৌবদনা লম্মিৎ তুমিৎতি ঐখোযগী ডিমাপুর লম্বী নিংশিংহল্লি। খেন্নবা হায়ববু জাপানগী চীংনুংদা লৈথ্রিবা লম্বীশিং অদুনা যাম্না পাকপা চাউবা হেল্লি (লেন অনি নি) অথেক অকোয যাওদে চুমথ্রিং চুম্বা লম্বেলনি। চুম্না লাক্লিবা লম্বী অসিগী ময়াইদা চীংজাউ অমা থৎতুনা লৈবম্না মতমদা চীং অদু কোইথোক্লগা চৎতে। চীং অদুগী মপুক্তা চাউথ্রবা টনেল হায়বদি চীংনুংহুৎ অনি হেক্তা হুত্তোকই। অনিমক খাব্রাংননা লৈ — নাকন অনিদগী চঙলকপা যানবনি। চীংনুংহুৎ অদু ফাওদোক্লগা লাকপদা লুববা লোক অমা হেক্তা লৈমবই। লোক মনুংদগী ফুট ২০০ ৱাংবা বিলামাটিগী মখোং মযাম অমা হৌগৎলগা মথক্তা থোং অমা হেক্তা শাই। মতৌ অসুম্না লম্বীগী অনেম অৱাং অসি চপমান্নবা চাং অমদা পুখৎতুনা থমই। জাপানগী লম্বী শেম্বগী ইঞ্জিনিয়াবিংগী হৈ-শিংবা অসি উকবদা অঙকপা অমনি। শাংলবা চীংনুংগী লম্বীশিং অদু মনাক্তা খুল নত্রগা মী অমত্তা লৈতে। লম্বীগী কবি কবিগুম্বা মফম খবদা সাইন তৌবা দবকাব ওইবা জাগা যাওবমই। অশাবা মী হায়বদি বোবোৎকী মতেংনা লম্বীদা সাইন তৌবদা শিজিন্নে। বোবোৎশিং অদুনা ফিবাল অঙাংবা হাইদুনা সাইন তৌই। মতৌ অসুম্না অসুম থৌবকপনা কবি কবিগুম্বা হাইৰেদদি শাংলবা লম্বীদুনা নাকন অনিমক্তা লৈ পবেং পবেং থাদুনা শাৎহল্লি। ঐখোয কযানা যুমদা লৈকোল শেমদুনা লৈ শাৎহনবা যাওবগে ? তৌইগুম্বসুং জাপান হায়বা লৈবাক অসিদা যুমদা লৈ থাবদগী হেন্দোক্তুনা মাইল কযামুক সোড়োক্কী নাকন যেৎ ওইদা লৈ থাবি, শাৎহল্লি। কয়াদা ৱাংথ্রবা সংস্কৃতিনো ? ঐখোয়দা যাম্নসু নুংঙাইজবা অমসুং অঙকপা অমা ওইনা থোক্তুনা ঐনা মুন্না হংই। মদুদা খঙলকপনি — লৈশিং অদু সবকাবনা মালি থমদুনা থাবা অমত্তা নত্তে; প্রজাশিংনা মশানা ভোলুন্টিয়ব ওইনা চোংথোক্তুনা থাবা ঙাক্লি।

জাপানগী হাইৱেশিংদা মাইল ৫/১০ খুদিংগী লম্বীগী নাকন্দা টেলিফোন থিন্দুনা থমই। লমহাং মী তাদবা মফমদা একসিডেন্ট থোক্লবসু খুদক্তা পুলিসতা

পাও পীবা যানবা থৌবাংনি। হায়ৰে  অসিদা চেল্লিবা ত্রক (মাল গাড়ী) শিং অসি অসুক্কী মতিক চাউই — ঐখোযগী ভাবতকী লম্বীদা উবা ফংদে।

মফম চানা চানা চাফম-থকফম পার্কিংগী জাগা শেমদুনা থমই  মবম অসিনা লমশাং চৎলবসু ঐখোযদা কবিসু অৱাবা অমদি খুদোংচাদবা লৈতে। ঐখোযনা অকো খুঙ্গংদগী লাকপদা লম্বীদা জাপানগী খ্বাইদগী চাউবা শিগা কৌবা পাৎ অমগী মপান্দা  ঙহাক পল্লি। মফম অসিদা পার্কিং শেমদুনা থমই, চান থক্লবা পোৎ লোইনা ফংই। ঐখোযগী গাড়ী মনুংদা চান থক্লবা লোইনা পুদুনা চৎলি। মদু পুথোক্তুনা চাবে, চা থক্লে, ঙহাক পোথাবগা অমুক থৌবকপনা নুমিদাংৱাই পুং ৬ তাবা মতমদা গিফু প্রিফেকচবগী মনুংদা লৈবা অতামি সহবদা থুংই। ঙসিদি ঐখোয ময়াম হৌবদগী টনেল (শুকং) মশীং থীবসি হায়দনা থীবগা চৎলি। নুমিৎ অসিদা ঐখোযনা ফাওবগা লাকখিবসি — টনেল নিফু শুই। মযামদুগী মনুংদা কিঃ মিঃ ৬/৭  শাংবা যাওই। টনেল মনুং-মনুং অদু ইলেকত্রিক থার্ডমৈনা পুমঙাল ঙাল্লি মবক মবক্তা চাউববা ফেন কযা থমই; মৈখু যাওবা ফত্তবা নুংশিৎ মপান্দা চিংথোকখিনবা থৌবাংনি। ❑



জোহবিবু হৌদোক্লম্বা মৈসু সামা (মোকাইচি ওকাদাসু কৌবমই)।

# ২২. আতামি

আতামি সহবদা ঐখোয মপোল ৮ ৱাংবা সমুদ্র মপান্দা লৈবা হোটেল অমদা থুংই। চানবদি, মিথিলা ম্যুজিযমদা থবক তৌবী শ্রীমতি হাসুনামা সান না মাঙজৌননা লাক্কুনা থোংদুনা থম্বিবল্লে — চাক, হবাই অমসুং মনামশিংগী শাক অমা। মমাংদসু পঞ্জগ্রে— হাসুনামা সান হাযবি ভদ্রমহিলা অসি ভাবত্তা মতম শাংনা বিহাবগী মধুবানী খুঙ্গংদা লৈবমই। মবম অসিনা মহাক ভাবতকী চাকথোং মুন্না হৈ। জাপান্দা ভাবতকী চাক ইনশাং থোংবগী মওং অসি হৈবা মী যামদে। চৎলিবা মণিপুবগী কলাকাব ময়াম অসিগী অৱাবনা জাপানশিংনা মখোয়গী মওংদা থোংলম্বা চাক ইনশাং অদুনা ঐখোয়না অমুক চাবা হৈতে। মবম অসিনা চৎলু চৎলুবা মফমদা ঐখোযনা থোংজবগা চাবনি।

বানা লমশাং লাকপগী অহিং অদুমা পোত্থাবগা মথংগী নুমিৎ সেপ্তেম্বব ১০ দা অতামি সহবগী এমঃ ওঃ এঃ আর্টস ম্যুজিযমদা (এমঃ ওঃ এঃ হাযবদি মোকাইচি ওকাদা এসোসিয়েসন) নুংথিল পুং ২ তাবদা ঐখোয মণিপুবগী জগোই উৎলমই। এমঃ ওঃ এঃ হাযবসি ধর্ম্মগী সংস্থান অমনি অদুবু মসিনা পাযখৎপা থবক মযামগী মনুংদা আর্টশ অমসুং নেচব ফামিংসু যাওবি। সংস্থান অসিদা পৃথিবীগী মফম কয়াদগী লাক্কুনা ভোলুন্টিযাব কযা থবক তৌদুনা লৈ। পোর্টুগালদগী লাকপা নুপীমচা ভোলুন্টিযব, মিস সাবা মাবটিনসনা, সংস্থান অসিগী মবমদা ফোঙবা চে-চাং কযা ঐঙোন্দা পানবা পীবকই। এমঃ ওঃ এঃ আর্টস ম্যুজিযম অসি জাপানগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা আর্টস ম্যুজিযমনি। সাবা মাবটিনসনা ঐখোযবু যাম্না নুংশিনা লোযনবী। মহাক্না তমই মাগী মপা পোকপা মপুবোকসু ভাবতকী গোৱাদগীনি।

এমঃ ওঃ এঃ গী মবমদা খবদংগা পঞ্জনীংবদি মফম অসিদা জোহবি ফেলোসিপ হাযনা কৌবা অকনবা থৌবাং অমা পাযখৎলি। জোহবি অসি হৌদোক্লম্বা নুপা অদুগী মমীং মৈসু-সামা কৌই (অহানবদা মাগী মমীং মোকাইচি ওকাদা কৌবম্বনি)। মীওইবগী জীবনী শক্তি অসি মী অমদগী অতোপ্পা মী

অমদা থাজিন্দুনা মী অদুবু থম্মোই ইংথহনবা অমসুং মশা ফগৎহন্নবা হোৎনবা পাম্বেনি। জোহরিনা লাইয়েংবা অসি মিনিট ২০ রোম চঙই; মশা শোকপা দরকার লৈতে। মশাগী শক্তি পুথোক্লগা থাজিনগদৌরিবা মী অদুবু জোহরি চেনেল কৌই। মহাক্না মখুৎ য়েৎ থাংগৎলগা মাগী খুবাক অদুদগী থোরকপা এনর্জি অদু মাঙদা চৌকি অমদা ফমলিবা মী অদুদা থাজিনবনি। হাইরপ য়েংবদা হিপনোটিজম অমসুং মেসমেরিজম মাল্লি তৌইগুম্বসুং মদুমক্তি নত্তে। তোপ তোপ্পা মখল অমগী লাইয়েংবনি। ঐনা ঙহাক্তং ফমদুনা জোহরি সেসন তৌবিবা অদু য়েংলমই। মী অতৎপা লৈতনা লাকই। মখোয়বু



মমা অমনা মচানিপাদা জোহরিগী শক্তি থাজিল্লি।

তোঙান তোঙানবা কাদা পুশিল্লগা মফমদুগী ভোলুন্টিয়ারশিংনা জোহরি চেনেল ওইনা লাকলীবা মী পূম্নমক লায়েংবনি। লায়েংবা ব্রাহে অসিমক মপূং ফাবা ব্রাহে নত্রে — মরমদি লাকলীবা মীশিং অদু অনাবা মী ঙাক্তা নত্তে - থম্মোই মরাং মবাঙবা শান্তি লৈতবা মতমদা থম্মোই ইংনবা মখোয় জোহরি সেসন ফম্বা লাকপসু য়াওরি। মসিগী সংস্থান অসি জাপান্দতা নত্তে পৃথিবীগী মফম কয়াদা শন্দোকখরে মরমদি মসিদগী কান্নবা ফংই হায়বসি মীয়াম্না য়ানরে।

ঐখোয়গী জগোই উৎপা হেক লোইবগা পুং ৪ তাবদা অতামি সহর থাদোক্লল্লে তাজিমি সহর তম্না খোংশাল্লক্লে। পুং ৪/৫ গী লম্বীনি। শ্রীমতি ওয়ানাগিনা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরমই। সহর অসিদা ঐখোয়না উৎকদৌরিবা কুম্মৈ মহাক্না শিনবনি। ব্রানা লমশাং গাড়ী তোংলকপগী অব্রাবা কয়া লৈজরবসু ওয়ানাগী -সাননা ঐখোয়গী নুংঙাইনবা মহাক্না ঙম্বামখৈ থৌরাং তৌবিরমই। ❑

# ২৩. হিরোশিমা

হিরোশিমা অমসুং এতোম বোমগী ৱারীবু তাদবা কনা য়াওবগে ? জাপান্দা লম কোয়বা লাকপা টুবিষ্ট খুদিংমক্না খ্বাইদগী য়েংনিংবা মফমসু হিরোশিমা সহবনি। ঐখোয়সু হিরোশিমা য়াম্না য়েংনিংখি। মফমদুদা ঐখোয়গী কুম্মে উৎপগী প্রোগ্রামদি লৈতে। অদুবু হান্না মথক্তা পঞ্জখিবগুম, ফুকোকাদগী অকো খুঙ্গং তানা চৎপা খোঙচৎ অমদা ঐখোয় হিরোশিমা সহর ফাওদুনা চৎপা তাবমই। মদুগী তাঞ্জা অদু লৌরগা হিবোশিমা য়ৌরকপদা মতম শাংনা কাইথোক্লুনা এতোম বোম থাদখিবা মফম অমসুং এতোম বোম ম্যুজিয়মনচিংবা মফম কয়া য়েংবা চৎলমই।

হিরোশিমা উদ্রিবৈঁদা ঐগী ৱাখন্না শাগৎখিবা সহর অদুগী শক্তমগা ঙসি ঐনা উরকপা হিবোশিমা অদুগা কযাদা খেন্নগ্রবা! ইংশোক ১৯৪৫ গী আগষ্টকী তাং ৬, আমেবিকানা ইহান হান্না সহব অসিগী মথক্তা এতোম বোম থাদদুনা উৎ ওইনা তুম্খানখ্রবনি। মী লিশিং কয়া মথ্বাই মাঙখি, ফুরা-দলান পুম্বা ঊফুল ওনখ্রবনি। মদুগী শকতম অদুমক ঐগী থম্মোইদা য়েক্লুনা লৈখিবনি। অদুবু ঙসিদি উৎ ওল্লুববা হিবোশিমানা অনৌবা পুন্সি অমা ফংবগুম-উৎ মরক্তগী হৌগৎলক্লুনা নীংথিববা ফুবা-দলান্না থল্লবা, উপান-ৱাপান্না পুমশং শংলবা ফজরবা সহব অমা ওইবে। উবদা থাজবা ঙমদে - মফমসিদরনে এতোম বোম থাদদুনা মাঙ-তাকহনখি হায়বদু? ইংশোক ১৯৪৫ দা এতোম বোম্না পোকখায়বা মফমদু হৌজিক্তি 'পিস পার্ক' হায়না মমিং থোন্দুনা ফজরবা পার্ক অমা ওইনা শেমদুনা থমখবে।



এতোম বোম থাদগ্রবা মতুংদা নৌনা শেমগৎলবা হিরোশিমা সহরগী শক্তম।

ঙসিদগী চহী য়াথ্রেগী মমাঙদা সহর অসিদা এতোম বোম থাদখি—শাথীনা মাঙ-তাকহনখি হায়বগী লেঙদ্রবা শাক্ষী হায়ববু **'এতোম বোম ডোম'** হায়না খঙনবা দলান অতেকপা অদুতমক মঙাইরে। মসিগী বিল্ডিং অসি হান্নদি হিরোশিমা প্রিফেকচর ইণ্ডসত্রিয়েল প্রোমোশন হোল ওইরম্বনি। লম কোয়বা লাকপা টুরিষ্টশিংনা য়েংনবা দলান অসি ইংশোক ১৯৪৫ গী আগষ্ট ৬ দা এতোম বোম্না থুগাইখিবগী শক্তম অদুমক ইকায় কায়হন্দনা, করিমত্তা শেমজিন শাজিনবা তৌদনা হৌজিক ফাওবা লেঙদনা থল্লি। নুমিৎ অদুদা এতোম বোমদু দলান অদুগী মপা মক্তদা মিটব ৬০০ মথক্তা পোকখায়খিবনি। দলান অসি লোইনা নীংখায়খরে – মাগী মথকথংবা য়োৎকী পোলাং অদুতা মঙাযহৌবে। এতোম বোম ডোম অসি ঙসিদি ইউঃ এনঃ ওঃ না ৱার্লড হেরিতেজ ওইনা লাওথোকখ্রে।



এতোম বোম ডোম

নুমিৎ অদুদা আমেরিকানা থাদরকপা এতোম বোম অদু (মখোয়না মমিং লিটল-বোয থোল্লি) লৈপাক য়ৌদ্রিঙৈদা নোংথক্তা পোকখায়নবা হান্না শেমখ্রবনি। হিবোশিমা সহরগী মীশিং মতমদুদা চাউরাক্লা লাখ ৩ গা লীশিং ২৩ গুম্বনি। মীকুপ অমগী মনুংদা মী লীশিং ৮০ বোম শিখি; সহবগী দলান ৭৬,০০০ গী মনুংদা ৪৮,০০০ উফুল ওলহনখি। বোম অসিগী মাঙতাকহনবা শক্তিদি – মাগী মৈশা অমসুং মঙালদুদা যাওরি। বোম তাফমদগী মিটব ১০০০ ফাওবগী মনুংদা লৈবা য়োৎ নুং পুম্নমক লোইনা মহী চেনর্গনি। হিবোশিমাদা শিখিবা মী ময়াম অদু বোম থাদবা নুমিত্তা মৈশা অমসুং মৈঙান্না য়ৈবদা ঙাক নত্তে। এতোম বোমদগী থোবকপা মশক উদবা **'রেডিয়েসন'** হায়বা অসিনা (এতোম বোমগী হু হায়না কৌরগে) য়ৈখিবা মীশীং অদু মাইল অনি অহুম লাপ্পা মফমদা লৈরবসু মতম খরগী তুংদা রেডিয়েশন্না লায়না ওইদুনা তপ্না তপ্না মথং মথং লেপ্তুনা শিরকই। বোম তাবা নুমিৎ অদুদা সহব



**'লিটল বোয়' হায়না মিংথোনবা হিরোশিমাদা থাদখিবা এতোম বোম**

অদুদা লৈরম্বা প্রজাশিংনা তাখিবা অৱাবা দযাদি থাদুনা লোইররোই। মৈনা চাক্লবা জাপানশিংনা ঈশিং থৌরাংদুনা ঙাওদুনা চেনবা – মনাক নকপা তুবেলদা চোংথদুনা ঈশিং থক্কে হোৎনৈ। তুরেলগী ঈশিংদি থকপা য়ারমদরে। লোইনা রেডিও এক্টিভ ওইরমলে। মৈনা চাক্লবা ময়ুম মকৈ লৈত্রবা মীয়াম ঈশিং থৌরাংবনা কয়া অমা মথ্বাই থাখি। শিখিবা ময়ামদুগী মনুংদা স্কুলগী ছাত্র মচা চহি ১২/১৩ গী অঙাং ময়াম অমা য়াওরি। নুমিৎ অদুদা স্কুলগী অঙাং ময়াম শীজিন্নদুনা য়ুম মৈ চাক্লকপা থিংনবা সহর অদুগী য়ুম ময়াম শীথহনবনি।

জাপান্দা অয়ুক পুং ৮.১৫ মিনিট হায়বসি মী পূম্বা অফিস য়ৌনবা লাক্লবা লম্বীদা মী কুংবা মতমনি। আমেরিকানা অসিগুম্বা মী য়াম্না তিনগদবা মতম থৌওইনা য়েংলগা হিবোশিমাগী সহর মথক্তা এতোম বোম থাদখি। মথক্তসু পঞ্জখ্রে – বোম অসিদগী থোবকপা মৈশাসি কয়া য়াম্না শাবগে হায়বদু। মিকুপ অমগী মনুংদা হিবোশিমা সহব থুংনা মৈ চাকখি। অঙকপা প্রলযগী মৈনি – লৈরম্বা পোৎ পুম্বা লোইনা চাকপনি। মৈ চাকপা অদুনা মরম ওইরদুনা– অকনবা নুংশিৎ অমা শীৎলকই। অদুদগী ঙহাক লৈবগা, অঙকপনি, পূং অমা অনি চূপ্পা মশুক মুবা নোং চুথরকখি। নোংগী ঈশিং পুম্বা রেডিও এক্টিভ ওইরমই। মদুনা তুরেল অমসুং পাৎতা লৈবা ঙা লোইনা শিহল্লমই। থক্লবা ঈশিং অমত্তা লৈরমদে। মৈনা চাক্লবা মী ময়ামদু ঙাওদুনা চৎলমই – করিনো থোকখ্রিবা থৌদোকসে হায়বা কনা অমত্তনা খঙলমদে (আমেরিকানা থাদখিবা বোম অদু এতোম বোমনি হায়বদুদি কোন্না খঙলকপনি)। য়ুম-কৈ, ফুরা-দলান পুম্বা লোইনা মৈনা চাক্লুনা সহর অদু লৈতেম চপ মান্ননা তেমথোকখি। এতোম বোমগী মৈশা অসি কয়া যাম্না শাবগে ? বোম অদুনা হেক পোকখায়বা মফম অদুমক্কী (হায়পোসেন্টর) টেমপবেচর ডিগ্রি লিশিং ৩ দগী লিশিং ৪ ফাওবা ওইগনি হায়নৈ।



এতোম বোম হেক থাদরবা মতুংদা হিরোশিমা সহরগী দৃশ্য।

বোম তাবা মফমদগী খবা থাপ্না লৈহৌদুনা মৈনা চাক্কুনদি শিহৌদ্রবা তোইগুম্বসুং এতোম বোমগী হু বেডিয়েসন্না যৌখিবা মীশিং অদু চয়োল অমা অনীগী মনুংদা মকোক্তগী মশম লোইনা কেল্লকখি। এতোম বোম হায়বসি ময়াম্না হান্না খঙনবা বোম হায়বা খুৎলাই অদু নত্তে। অদুননি মীয়াম্না অসুক কিনবিবসি। মসিনা মাঙ তাকহনবা ঙম্বগী শক্তি অসি থাদুনা লোইববোই। মতাং অসিদা নিংশিংলি – এতোম বোম শাবা প্রোজেক্টগী ডিরেক্তর জেঃ ওপেনহৈমাবনা হায়খিবা অমা। বোম অসি শাবা লোয়বগা অহানবা চাংযেং মরুভূমি অমদা তৌখি। ফুট ১০০ ৱাংবা যোৎকী তাৱাব অমগী মথক্তা বেজবোল অমুক্তা চাওবা (কাঙক্রম মরূম চাউবা) এতোম বোম মচা অমত্তং পোকখাযহনবনি। পোকখায়ববা মতুংদা মফমদুদা যেংবা চৎপদা ফুট ১০০ ৱাংবা যুম্বী অদুসু অমত্তা লৈবমদবে – মনিল ওইনা লোইনা পাইথোকখবে অমসুং অকোয়বগী মরূভূমি অদুসু মিংশেল মপাক অমা ওনখি। মদু উবদা ওপেনহৈমাবনা গীতাগী শ্লোক অমা নিংশিংলকখি –"Now I am become Death, the Shatteier of worlds"

Ref Petei Goodchild. J. Robert Oppenheimer: Shatterer of the worlds (Boston 1981 pp12) বোম নত্তে, জগৎ ব্রহ্মাণ্ডবু মাঙ-তাকহম্বা ঙম্বা মহাকাল হাযবা লাই অদুমকনি হাযবনি। ওপেনহেমাবনা নিংশিংলকই হাযবা গীতাগী শ্লোক অসি বিশ্বরূপ দর্শন কৌবা ১১ শুবা অধ্যাযগী ৩২ শুবা শ্লোক – **"কালোস্মি লোকক্ষয় কৃত প্রবৃদ্ধো লোকান সমাহতুমিহ প্রবৃত্ত"** অসিবুনি।

এতোম বোমগী $E = mc^2$ হাযনা পৃথিবী ফাওববা ফোবমুলা অসিবু পুথোকখিবা – এতোম বোমগী অপোকপা মপা কৌবা যাই – আলবার্ট আইনস্তিননা বোম অসিগী মাঙ তাকহনবা ঙম্বা শক্তি অসি উবকপদা নিংঙমদনা হাযখি – ঐনা পুন্সিদা শোযখিবা থবক অমত্তং পনবা তাববদি, ঐনা এতোম বোম শাকবা'সিনি।

আমেরিকানা জাপানগী মথক্তা এতোম বোম শিজিন্নখিবদু কবি মবমগীনো " হাযবদি, বোম অদু থাদদবা যাদববা ? ৱাহং অসি ঙসি ফাওবা হংলি, হৌজিক ফাওবা যেৎনবা লোইদ্রি। ইংশোক ১৯৪৫ গী আগষ্ট থা যৌবকপদদি অনিশুবা লাগ্নাওদি লোইশিল্লকবনি। মে থা যৌবকপদনা এলাইড

পাৱাবনা খগুলবনি — লান মখা তানা শোক্লখিনবা জাপানগী শক্তি অমত্তা লৈত্রে, মখোযনা মাযথীবে হাযদনা শোযদনা চগুজবক্লগনি হাযবা। ইউবোপ্তা শোক্লখিবা লান্দসু জাপানগী মৰূপ নাজি জর্ম্মনি মাযথিবা পীখ্রবনি। মবম অসিনা জাপান মথন্দনা এলাইড পাৱাবগী অপুনবা শক্তিগা মাযোক্লবা ওইথোক্রবা ফিভমনি। অদু ওইববদি, কবি মবমগী আগষ্টকী তাং ৬ দা হিবোশিমাদা জাপান্না এতোম বোম থাদদুনা মবাল লৈত্রবা নাগবিক কযা মখাই মাঙহনখিবা অমসুং সহব অসি উফুল ওলহনখিবনো ? মবম অতৈ কয়ামকমসু লৈ অদুবু মযেক শেংনা তৌথোবকপা থবক্লা তাকপদি — আমেবিকানা এতোম বোমগী শক্তি মী মথক্তা চাং যেংনিংখি। বোম অসি পৈশা কযা চঙনা শাকবগা শিজিন্নবা নঙদনা লান লোইখিবনা হাল্লবদি মদুদগী ৱা থোক্লকপনা চেন্নগদবসি মী যামই। মবম অসিনা বোম অসি থাদদবা যাদবনি। নত্রবদি কবিগীনো লান্মী মযাম পৈদুনা লৈবা মফম নত্রগা লানগী জাহাজ মযাম লৈবা হিথাংফম নত্রগা লানগী খুৎশু-খুৎলাই শাফম কল-কাবখানাদদি থাদদ্রগা, মী কুঙলবা সহব অমগী মী কয়া তিনখৎলকপা তাঞ্জা যেংলগা বোম অসি থাদবিবনো ?

ঙসিদগী চহি ৫০ হেল্লবনিনা, নুমিৎ অদুদা হিবোশিমানা তাখিবা দষা অদু হৌবক্লিবা চাবোল অসিনা উহৌদ্রে। অদুবু তুংগী চাবোল-শুবোল অমসুং মীওইবা সমাজনা এতোম বোম অসি কযা তমথিবা খুৎলাইনো খগুনবা পোৎচৈ মযাম অমা খোমজিন্দুনা থল্লি — হিবোশিমাগী এতোম বোম ম্যুজিযমদা (অশেংবা মমিংদি হিবোশিমা পিস মেমোবিযেল ম্যুজিয়ম কৌই) ম্যুজিযম অসি যেংবা চগুলমদাইদা হাসেগাৱা-সাননা ঐঙোন্দা হায — ঐদি চগুলবোয, নখোয চগুলগা যেংলুবো। ঐখোয জাপানগী মীশিংদি ম্যুজিযম অসি যেংবা ঙমদে — মীত্তগী শিষ্টবকপা পি থিংবা ঙমদে। অসি হাযদুনা মহাক্তি মপান্দা লৈহৌবে। ঐনা চিংলগা ঐখোয মৈতৈ মচা মযাম ম্যুজিযম মনুংদা চগুলে। অশেংবনি,



এতোম বোম ম্যুজিয়ম

বোম থাদবা নুমিৎ অদুমক শং-শং নিংশিংনবা থম্বা ম্যুজিয়মনি। ঐঙোন্দা কা হেন্না শাফু পীখিবদি — ম্যুজিয়ম অদুদা উৎলম্বা পীক্লবা খুদাং ঘড়ী মচা অমনি। পাক্লবা বোর্ড অমগী ময়াইদা খুদাং ঘড়ী অতেকপা অমা থেৎলি — ঘড়ীগী কাটা অনিদু পুং ৮ গা মিনিট ১৫ চপচানা লেপই। মরোল থোক্ত্রবা ঘড়ী মচাদুনা লাউরি সংসার পুম্বা তানবা, ইংশোক ১৯৪৫ গী আগষ্ট তাং ৬ অয়ুক পুং ৮ মিনিট ১৫ গী চৎপা মতমদা আমেরিকানা হিরোশিমাগী মথক্তা নুংশি হৈত্রবা এতোম বোম কৌবা খুৎলায় অমা শিজিন্নদুনা সহর অমা উৎ ওলহনখি।

ম্যুজিয়ম অসিগী শরাক অমদা উৎলি — এতোমিক রেডিয়েসননা য়ৈবদা মকোক্তগী পুল্লপ হুক্তোকলকপা শম; মওং অমত্তা কায়দে; খুৎশেমগী অশাবা মাল্লি। ড্রামাদা শিজিন্নবা করলিং অমসুং উইগ ওইরবোই নিংই। স্কুলগী ছাত্রমচাশিংগী মৈনা চাক্লবা ইউনিফোর্ম কয়ামরুমসু উৎলি। রেডিয়েসন্না য়ৈবদা হুক্তোক্তুনা কেল্লকপা উনশা অমসুং খুজিল ময়াম অমা নুমিৎ অদুদা লৈরম্বা মওংদা হৌজিকসু উৎলি।

চাউর-চাউরবা য়োৎকী বিম কয়া ফিভম কায়না শৌদোক্লগা লৈবা মতৌদু উরুবদা খঙখি — এতোমগী মৈশা কয়া কনবগে হায়বদু। নিপা অমা বেঙ্ক অমগী মমাঙদা নুংপাক অমদা ফমদুনা বেঙ্ক অদু হাংবা ঙাইরমই। মিকুপ অদুমক্তা এতোম বোম তারকখি। নিপা অদুদি মনিল ওইনা মাঙখরে তৌইগুম্বসুং মানা ফলম্বা নুংপাক অদুদা মুশুক মুনা নুপা অদুনা ফন্নম্বগী মমি তারি। নুং অসি হৌজিক ম্যুজিয়মদা উৎলি। অতৈসু কয়ানি। অচুম্বনি, এতোম বোম ম্যুজিয়ম অসি য়েংলুবা মী খুদিংমক্না বোম অসিবু কৈদৌনুংদসু অমুক হন্না মীওইবগী মথক্তা শিজিন্নগে খনবা তোক্কনি।

ম্যুজিয়ম মনুংদা উৎলিবা পোৎ ময়ামদু ফোটো লৌবা য়াদে হায়না থেৎলি। মনুংদা ম্যুজিয়মগী ঙাকশেন্নবা সিক্যুরিটিসু অমত্তা লৈবা উদে। উৎলিবা ময়ামদু, ফোটো লৌবা য়াদে হায়রবসু, অঙকপা, অমুক উবা ফংলরোইদবা পোৎ ঙাক্তনিনা, মীগা উদ্রে — তাঞ্জা য়েংদুনা ঐখোয়গী অঙাংশিংনা ফোটো খরা লোন্না কাপ্লকই। কেমেরাদি মচা অমমম ঐখোয় লোইনা জাপান্দগী লৈদুনা পায়নরবনি। এতোম বোম ম্যুজিয়মদা উৎলিবা তাঙলবা পোৎচৈ ময়ামদু ঈম্ফালদা লৈহৌবা মরূপ-মপাংশিংদা

উহন্নিংবগীনি। অমুক হন্না লাকপা ঙস্বগী আশাসু লৈতে। ম্যুজিয়ম য়েংবা লোইবদুনা মপান থোবক্লগা মযাম ৱা-ৱা নোক্তুনা ৱাবী শান্নে লোন্না ফোটো কোকথোং অমা লৌবক্লে হাযদনা অমগা অমগা থাগৎনৈ। অদুবু ফিল্মশিং অদু চামথোক্লুবা মতমদদি অমত্তা তাবমদ্রে — লোইনা ব্লেঙ্ক চৎলল্লে। ঐনা পীক্লবা থৌদোক মচা অসি পাউদমজবগী মরমদি জাপান্না ইলেক্ট্রোনিক্সদা কয়া থাক ৱাংবগে হাযবদু তাকচবনি। মখোয়সু খঙই — ফোটো নম্বা য়াদে হাযনা সাইন বোর্ড থেৎলবসু মনুংদা শোয়দনা লোন্না ফোটো লৌখিগনি হায়বা। মবম অসিনা ম্যুজিযম মনুং অদু মীনা খঙদবা ইলেক্ট্রোনিক্সগী পাম্বে অমা শিজিন্নদুনা থম্বনি। অদুননি ফোটো নম্লবসু ফিল্ম পুম্নমক অমত্তা তাদ্রিবদু !

· শান্তি **'পিস'** হায়বসি জাপানগী মীশিংগী মফমদদি চুম্না পঙলাউ লাউবা স্লোগান নত্তে — তশেংনমক মখোয়গী ধর্ম্মনি। মখোযনা পৃথিবীদা এতোম বোম শাবা, শিজিন্নবা পুংস্মুৎ মুথৎনবা হোৎনবিবসি প্রোপেগণ্ডাগীদমক্তা তৌশিন্নবা নত্তে — মখোয়গী চাক্লবা থম্মোয়গী খোল্লাউনি। হিরোশিমা অহানবা উবমক্তদা **'পিস'** গী লৈবিবা খুভম মযাম অদুনা মীপুম খুদিংগী থম্মোইদা লেঙদ্রবা শান্তিগী পাওজেল অমা শোযদনা পীগনি। মমিং খরদং পঞ্জববদা — পোন্দ ওফ পিস, ফ্লেম ওফ পিস, পিস মেমোরিযেল ম্যুজিযম, পিস বেল, পিস ক্লোক টাৱাব, পিস ফাউন্টেন, পিস তাৱাব, পিস ব্রিজ, ষ্টোন লের্ন্টন ওফ পিস, চিলড্রেনস পিস মোনুমেন্ট; ফিগব ওফ দি মর্সিফুল গোদ্দেশ ওফ পিস, পিস পার্ক ....অসিনচিংবা।

মথক্তসু হান্না পঞ্জখ্রে — হান্নগী এতোম বোম থাদবা মফম অদু হৌজিক্তি **'পিস পার্ক'** হায়না মমিং থোন্দুনা নিংথিরবা পার্ক অমগুম্না শেমগৎখবে। চহি চুপ্পা পার্ক অসিদা শান্তিগী সভা যাত্রা নত্রগা ধবনা তৌফম্লি। ঐখোয়না চৎলুবা নুমিৎ অদুদসু মী ২০/৩০ রোম মখুত্তা চেগী ফিবাল পাযবদুনা শান্তিগী সভা যাত্রা চৎলমই। ঐখোযগী দিল্লীগী **'বোট ক্লবটা'** চহি চুপ্পা কাঙলুপ অমা নত্রগা অমনা ধবনা তৌদুনা ফমদুনা লৈবদু নিংশিংহল্লি। পার্ক অসিগী অতোপ্পা শক্তম অমনা — মশিং লাকঙমদনা খুনু লৈ। ইং শোক ১৯৪৫ দা অহানবা ওইনা পাঙথোকখিবা পিস ফেষ্টিভেলদা শান্তিগী খুদম ওইনা খুনু খবা থাদোকখিবনি। চহি ৫০ অসিগী মনুংদা মশিং হেগৎলক্তুনা হৌজিক্তি খুনু লাখ অমদগী হেন্না লৈরে। লমকোয়বা যেংবা লাকপশিংনা উচেকশিং অসিগী চানবা মচীঞ্জাক লৈবগা হুনবিবি।

হিরোশিমা পিস্ মেমোরিয়েল পার্কদা শাদুনা থল্লিবা এতোম বোম থাদখিবগী নীংশিং-ফুরা ময়ামগী মনুংদা খ্বাইদগী মরু ওইবদি হিরোশিমা পিস সিটি মেমোবিয়েলনি। ফুবা অসিগী ময়াইদা নূংনা শাবা কূ অমা থমলি মদুগী মনুংদা এতোম বোমনা হাৎখিবা মী ময়ামগী মমিং ইবা রেজিষ্টার অমা হাপই। অনিশুবা মরু ওইবা নীংশিং-উরোং অমনা চিলড্রেন্স পিস মোনুমেন্টনি — অতোপ্পা মমীং অমনা টাৱার ওফ দি পেপর ক্রেনস্ হায়নসু কৌই। মসিগী মেমোরিয়েল অসি সদাকো শাশাকি কৌবী



হিরোশিমা পিস সিটি মেমোরিয়েল

নুপীমচা অমগী ৱাখল্লোনদগী থোকখিবনি। এতোম বোম থাদবা নুমিত্তা নুপীমচা অসি চহী অনিদমক শুরি। চহী ১০গী মতুংদা লুকেমিয়া (ব্লড কেন্সর) হায়বা লায়নানা নারকই। মহাক্কা হোসপিতালদা নাদুনা লৈরিঙৈদা মাগী হিদাক য়োল্লকপা চেজেৎশিং অদুনা চেগী ৱাইনু লীশীং অমা হেন্না শারমই — অনাবা অদু থুনা ফরক্কবগী থাজবদগীনি। মাগী ক্লাসতা তম্মিন্নবা মান্নবীশিংসু য়াওনা চেগী ৱাইনু কয়ামরূম শাখি অদুবু সদাকো শাশাকি এতোম বোমগী হুনা লায়না ওইদুনা ইংশোক ১৯৫৫ দা শিঁখি। সদাকোগী থম্মোয কাযববা মমান্নবীশিংনা লৈখিদ্রবা মখোয়গী মরূপ অসিগীদমক নীশীং ফুরা অমা শাবা হায়না লেপ্পখি। চেনা ৱাইনু শাবা অসি জাপান্দা য়াম্না কন্না অমসুং পাম্না চৎনৈ — মখোয়না চেগী ৱাইনু অসিবু ওরিগামী কৌই। বিলামাটি



চিলড্রেন্স পিস মোনুমেন্ট

অমসুং কংক্রিটনা শাবা মোনুমেন্ট অসিগী মথক্তা শেঙেংনা শাবা নুপীমচা অমনা চাউরবা "ওরিগামী" পায়বা মূর্তি অমা লৈরি।

হিরোশিমা য়েংলুবা মীপুম খুদিংমক্না শকপিগদবা ৱাশক্তি — এতোম বোম অমুক হন্না মীওইবগী মথক্তা শীজিন্নরোই হায়বসিনি। বোম অসিনা চুম্না হাকথেংনরুবা মী খরা অদুতা অমাঙ অতা থোকহনবতা নত্তনা লাক্কদৌরিবা মীরোন মীরোন মাঙহল্লগনি। খুৎলাই অসিবু অথিংবা থমদ্রবদি মীওইবা জাতি অসি পুম্মুৎ মুৎখিবা য়াবগী অকিবা লৈরে। খক কাউবীগনু — মসিদি চুম্নগী বোম নত্তে, মহা প্রলয়নি। ❑

# ২৪. তাজিমি (২)

তাজিমিদা ঐখোয়বু সান্নোকুরা পব্লিক হোল কৌবা মফম অমদা লৈহল্লি। ঐখোয়গী চানবা সমুদ্রগী ঙা অতেকপা থম্বিরমই। কাউদ্রি, অহিং অদু ঐখোয়গী কলাকার পুংয়ৈবা মণিস্না শর্ম্মানা ভান্দ্রা খুৎথোংদা নীংথিনা থোংদুনা ময়াম্মক ভান্দ্রা অমা ফংনরে। অদুবু ঐদি খোয়দৌ অসি ইতা তারমদে মবমদি হঙ্গাম থাও ফংদবনিনা ঙা অদু নুং-হৱাইগী থাউনা থোংই। অদুনা মহাউ অদু য়ৌবা ইয়া য়াদে।

নুমিৎ অদু নোংঙাল্লমদাইদগী হৌনা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল অমনা অহিংগী অচিকপা অমসুং ঐখোয়গী তুম্বা লোইনা থুগাইরমই। মণিপুরগী নুমিৎ খুদিং নোংমৈ কাপ্পবা নোংঙাল্লমদাইদা মী হাত্তোক্লবা মফমদগী লাকপনিনা নোংমৈ মখোল তাবদা পাখৎলি – করিনো হায়না খঙনীংলমই। মিনিট মঙা মঙা খুদিংগী নোংমৈ কাপ্পগী মখোল অমা য়াম্না নক্না তারকই – ডবল বেরেলগী মখোলসু হাইরপ মাল্লি। অয়ুক ঙন্তা হৌগৎলগা ৱাকিং চৎপা ওইনা, নিপা মচা অমা অনি লোয়নরগা খোঙ্জোলদুগী হৌবকফম অকোয়বদা থিবা চৎলমই। অতৈ অমা নৎলমদ্রে – লৌবুক্তা উচেক ঙাক্লবা কাপ্পা ওইরম্লে। ঐখোয়না থুংলিবা য়ুম অদুগী মনাকমক্তদা ফৌ থাবা লৌবুক অমা লৈ। মতমদু ফৌ খজিক খজিক মুন্নরক্লে। উচেক-ৱায়ানা ফৌ অদু চাদনবা লৌবুক ময়াইদা খুৎলাই অমা য়ুংদুনা থমই। মদুদগী মিনিট ৫/৫ খুদিংগী মখোল হৌনা নোংমৈদৌনা হেক হেক পোকখায়রকপনি। খুৎলাই শেননবা মী লৈবা নত্তে; মথন্দা ওতোমেটিক ওইনা কাপলকপনি।

মথংগী নুমিত্তগীদি ঐখোয়গী লৈফম অচৌবা পব্লিক হোল অমদা শীনবিরে; মমীং চিক্যামুরা আর্থস ভিলেজ কৌই। মফম অসিদা নুমিৎ মরিনি লৈদুনা মনাক নকপা টাউন অমসুং সহরশিংদা মৈতৈ জগোই উৎখি। তাজিমি সহরদগী পুং ২ গী লম্বী চৎলগা লৈবা – য়োকাইচি হায়বা সহবদা ঐখোয়গী কুম্মৈ উৎলি। মফম অদুদা ভাবতমচা খবসু জগোই য়েংবা লাক্লমদুনা ঐখোয়গা উন্নে

— ৰারী ৰাতাই শানৈ। ভারতমচা থেংনবগী য়াম্না নুংঙাইবদি — মরোন ইরোন খঙনবা মী খরা উন্নবা অদুদা ৰারী শামিন্নবগী খুদোংচাবা ফংবা অদুদনি । জাপানশিংগী মরক্তা ঐখোয়না ঙাংবা শকপা খঙবামী মশিং য়ামদবা মরম্না য়াম্না নুংঙাইতে। ঐখোয়না ঙাঙই (ইংলিসনা) মখোয়না খঙদে। সাইন তৌনরগা ঐখোয় মশেল পঙনোক নোকমিন্নবনা অয়াম্বনি।

জাপানগী সমাজদা থোইদোক্লা শীংথানিংঙাই ওইবদি লৈবাক অসিদা পোৎ মচা-মশু হুরানবা মী লৈতে। ঐনা হংই — করিগীনো নখোয়'সিৰাইদা পোৎ হুনদ্রিবসি ? খুন্নকই — কৈদৌননি, মী খুদিংগী অৰাৎপা লৈতে, মাগী মাগী লোইনা লৈ, হুবগী মথৌ তাদে। অচুম্বা ওইরম্বা তাই মরমদি ঐখোয়না উরক্লে — য়ুম কৈ অমত্তা ঐখোয়গী লমদা তৌবগুম্না সো লোনবসি তৌনদে । থোঙ অয়াম্বা অইনবী থোঙনি; থোঙ অদু চিংশিল্লগা থন্নমই। সরকারগী অফিস অমসুং পব্লিক হোলশিং অসি চৌকিদার নত্রগা অহিংগী দারৰান অমত্তা থমদে । কর্ম্মচারিশিংনা মাগী মাগী নোংমগী শুগদবা মথৌ লোইরগা — অফিসদা থাল্লিবা মৈ ময়ামদু মুথৎলমই, থোঙ লোনশিল্লমই (ঐখোয়দৌনা চৌকিদার ঙাইদে) অদুদগী কার অমমম থৌরগা অদুম ময়ুম চৎখিবা ঙাক্লি। মথংগী নুমিত্তা পৃং ১০ চপচানা অমুক কারক্লগা — মশা মশানা থোঙ হাংদোকলগা থবক শুবা হৌই। অফিসদা থল্লিবা মমল য়াম্নবা পোৎ-চৈশিং অদু হুন্দোক্তুনা থোঙ লোন্দনা অদুম থন্নমই, কনাসু হুদে; মদু শঙনবা চৌকিদারসু লৈতে। মসি উরুবদা ঐঙোন্দা য়াম্না অঙকপা অমা ওইনা থোকখি। ঐখোয়না থুংলুবা পব্লিক হোল অদু ভারত্তা ওইরবদি, মদু ঙাক্লবা য়ামদ্রবদা চৌকিদার/দরৰান ১০/২০ দি থমদবা য়ারোই অদুবু জাপানদদি মদুগী মথৌ তাদে। মসিগী মরমদি পোৎ হুরান্নদবা ঙাক নত্তে; মীশিং অদুগী সিবিক সেন্স য়াম্না ৰাংই। ঐখোয়গী দেশতদি সরকারগী কর্ম্মচারীশিংনা অফিস লোইরগা ময়ুম চৎলমদাইদা থোঙ লোনশিলম্বদি লায়রদনা ইলেকত্রিক থাউমৈ অমসুং ফেন্ অদু ফাওবা মুৎথৎলমদে। খেন্নবা হায়ববু অসিতনি। মীদা খেন্নবনি; ফুরা দলালদি জাপান্দা লৈবগুম ভারত্তসু অমত্তা তাদনা লৈ।

পাবিবিবশিংনা শোযদনা খনবিরমগনি, অহিংদা জাপানগী অফিসশিং অসিদা চৌকিদাব থমদ্রবসু মীতোপ মীরান চঙলে হায়বা খঙনবা থৌরাং অমত্তা

লৈতবরা। জাপানশিংনা ইলেকট্রোনিক্সগী লমদা কয়া য়াম্না খুমাঙ চাওশিনখ্রবগে হায়বদু হন্না হন্না হায়মল্লদনা অইবা ঐবু শোয়দনা দোষ তৌবিরগনি। অদুবু পাবিরিবশিংনা ঙাকপিগনি, মতুংদসু হন্না হন্না খরদং পঞ্জগে। চাওরবা পব্লিক হোল অদু অহিংদা শঙনবা মী থমদ্রবসু ইলেকট্রোনিক্সকী থৌরাং কয়া শেমদুনা থমলি। অহিং পুং ১০ গী মতুংদা কনাগুম্বা মী অমনা অফিস মনুংদা হেক চঙলুবদা ফায়াব ব্রিগেড অমসুং সেন্ট্রেল কন্ট্রোল রুমদা ওতোমেটিক ৱার্নিং তৌরক্কনি।

সেপ্তেম্বর ৯ দা তাজিমি সহরদা মৈতৈগী জগোই থাঙ-তা অমসুং ধোল ধোলক কী কুম্মৈ উৎলি। শো উৎকদৌরিবা হোল অদুগী চঙফম মনাক্তা মখল মখা কয়াগী পোৎফম হাংলমই। হাযবিবা পোৎফম (স্তোল) শিং অদুদা য়োল্লিবা পোৎ চৈশিং অদু ভারতকী ঙাক্তনি – সাড়ী, শালৱার, কুর্ত্তা, চাগী খুজি, হেণ্ড বেগ, শান্নপোৎ পিথ্রাইনা শাবা লাইগী মূর্ত্তি ... অসিনচিংবা। জাপানগী জুদোকা, মোমুবা মিউরাগী ইণ্ডিয়ান স্তোলদি শোয়বা লৈতে; ঐখোয়না চৎপা মফম খুদিংদা মহাকসু মাগী পোৎচৈ যোনবা চৎলি – পোৎ য়াম্না শীৎলি। ঙসি তাজিমিদদি পোৎফম (স্তোল) অসি মশীং য়াম্না হেন্না হাংলমই। ভাবত মচা হরিন্দর পাঠকসু মাগী অচা অথক যোনবা হোটেল অমা হাংই। মাগী নুপী জাপান নিঙোলনি; মহাকসু অতিযা মচুগী সাড়ি অমা শেৎলদনা পোৎ য়োনবা য়াওবি। দিল্লীদগী অতোপ্পা নিপা অমসু (মমিং আদর্শ কৌই) জাপানগী নাগোযা সহরদা হোটেল তৌবনি। মহাকসু তাজিমি তানা লাক্লুনা ঙসি হোটেল মচা অমা হাংই। জাপানদা মাইল ১০০/২০০ লাপ্লবসি লাপ্পা ওইনা লৌনদে। মহাক্কী পোৎ য়োনবা মতেং পাংনবা জাপানগী লৈশাবী মচা অনি য়াওরি; মখোয় লোয়নমক সাডি শেৎলি। খ্বাইদগী নুংঙাইবা অমসুং নিংশিংনিংঙাই ওইবদি – শিখ ধর্ম্ম চৎপা জাপান নুপা অমা মাগী নুপীগা লোয়ননা ভারতকী চাক ইনশাংগী মথেল কয়া অমা শেমদুনা থোংদুনা য়োল্লি। মখোয় অনিমক শিখ ধর্ম্ম লৌরবা মতুংদা মমিংফাওবা ওল্লে – নুপা অদুনা রঞ্জিৎ অদুগা মাগী নুপী অদুনা ইন্দরজীৎ কোর কৌই। ধর্ম্ম অনৌবা লৌরকপগী থৱাই য়াম্না য়াওবা মওংদু উবা ফংই। রঞ্জিৎ সর্দারজী অমগুম্না মশম শাংনা খাল্লগা কোয়েৎ য়েৎলি। করম্না মহাক্না সর্দারজী ওনবা পাম্লকপনো, ঐসু হংনিংখি। মহাক দিল্লিদা মতম কুইনা লৈদুনা চান্দনী চোক তা হোটেল অমদা থবক তৌবমই

হায়না তমই। মরম অসিনা ভারতকী অচা অথক্কি মথেল কয়ামরুম থোংবা হৈ। মহাক্কী হোটেলদা **'চিকন সমোসা'** (অমদা জাপানিজ য়েন ২৫০ পি) অমসুং **'রোটি চিকন'** (মমল য়েন ৩০০) য়োল্লিবা অদু কুম্মৈ য়েংবা লাক্লিবা জাপানশিংনা য়াম্না পাম্না লৈদুনা চাই। মাগী হোটেল অদুদা ভিদিও অমা থারগা অমৃতসবগী ফাওরবা শিখশিংগী লাইশং **"গোলদন তেম্পল"** গী শক্তম কয়াসু মীয়ামদা উহল্লি। শম্না হায়রবদা ভারতকী বাজার অমগী চপচাবা শক্তম অমা উবা ফংই। তাজিমি সহব অসি জাপান্দা মিনোআকি কৌবা চফু শাবা মখল অমগীদমক মমিং চৎলি।


মিনোআকি পোরসিলেন

সহব অসি য়েংবা ওইনা ঙহাক মফম খরদা চৎলুই। তাজিমিগী তোকি তুবেলগী তোর্ব্বান নাকন অনিমক্তা বিলামাটিনা থুংনা হৈজিল্লগা মথক্তা ম্যুবেল কযা শেমদুনা থম্বা অদুনা প্রকৃতিগী নিংথিরবা তুবেলগী দৃশ্য অদু খুৎশেমগী ম্যুরাল মযাম অদুনা থোইদোক্না মপূং ফাহল্লি। অমুকসু ইরৈবাক মণিপুর নিংশিংলকই। কুনমাথোইশুবা শতাব্দী চঙলবা ফাওবা মণিপুরদা ম্যুরাল অমত্তা উবা ফংদ্রি। করিগীনো ঙসি ফাওবা মোইরাংগী আইঃ এনঃ এঃ মোমোবিয়েলদা ম্যুরাল অমফাওবা হাপ্পা ঙমদনা লৈরিবসি ! ইম্ফালগী গান্ধী মেমোরিয়েল হোলদসু অমা হাপ্পা য়াদবরা ? ভাগ্যচন্দ্র ওপন এয়র থিয়েটরদসু অমা নহান্না য়ারবনি, অদুবু মরৈবাকপু নুংশিবা অঙম্বা কনাসু লৈতবা দেশনি ঐখোয়গীসি।

হন্দক ঐখোয়না তাজিমিদা লাক্লিবসিনা ঐখোয়গী অনিরক শুবা খোঙচৎনি মবমদি আগষ্ট থাদসু ঐখোয় মফমসিদা লাক্তুনা শো উৎখবে। মতম অদুদা ঐগা মেদাম নাকাউ কৌবা ভদ্রমহিলা অমগা শক খঙনখি। মহাক্কী প্রাইভেট আর্ট গেলেরী অমা লৈ। ঙসিদি মহাক্কী আর্ট গেলেরী অদু য়েংলুগে হায়না লেপ্পমই। মহাক্কী মরূপ ভরদ্বাজ শর্ম্মা কৌবা ভারত মচা অমগা লোয়নদুনা মেদাম নাকাউগী লয়াই লিংখৎচবা আর্ট গেলেরী য়েংবা চৎলুই। মাগী মমল

য়াল্লবা পেইন্টিং কয়া লৈরমই, অয়াম্বনা ফ্রান্সগী অটিষ্টশিংনা য়েকপনি। তৌগুম্বসুং ময়ামদুগী মরক্তা পিকাসো অমসুং ভান গোগসু য়াওরমই। মেদাম নাকাউ ফ্রেঞ্চ মরোল নিংথিনা ঙাঙই। ভারত্তগী লাকপা ভরদ্বাজ শর্ম্মাসু ফ্রেঞ্চ মরোল ঙাঙবা ঙমই; মহাক ফ্রান্সদা হোটেল তৌদুনা চহি ৫ লৈরমই হায়। জাপান্দসু মহাক হোটেল তৌদুনা লৈবনি। মেদাম নাকাউগা মখোয় অনি মরূপ ওইরিবসি, মখোয় অনিমক ফ্রেঞ্চ মরোল লোনবা অসিমক্তা ওইরম্বা তাই।

মহাক্কী আর্ট গেলেরী য়েংবা লোইরবা মতুংদা মেদাম নাকাউনা লময়েংবা (সাইট সিয়িং) চৎসি হায়দনা ঐখোয়বু পুরমই। কোকে-জান টীংগী মথক্তা লৈবা চহি লিশিং অমা শুরবা ইহোইজি কৌবা বৌদ্ধগী লাইশং অমা য়েংলুই। অঙকপা ফংনা নিংথিনা শেমদুনা অমসুং ঙাক-শেন্দুনা থল্লবা লাইশং অদুদা জাপানগী খ্বাইদগী লিরবা উনি হায়না থাজবা, চহি ৭০০ রোম শুরবা উ অমা হৌরমই। মদু টুরিষ্টশিংবু য়েংহল্লি। ঐখোয় মথংগী নুমিৎতদি তাজিমি সহর অসি থাদোক্তুনা অতোপ্পা মফম অমদা চৎখ্রগনি। মরম অসিনা অহিংদা মেদাম নাকাউ অমুক হন্না লাক্তুনা মৈতৈ ময়ামগা বিদায় তৌনৈ। মী খুদিংগী খুদোলপোৎ মচা অমমমসু তমই। মমাংদসু পঞ্জখ্রে — তাজিমি সহর থোইদোকপা মখলগী পোরসিলেন অমগীদমক জাপান্দা মমিং চৎলি। ঐখোয়গী চৎলিবা মৈতৈগী কলাকার খুদিংদা মিনোআকি পোরসিলেন অমমম পীরকই। ঐঙোন্দদি চা থক্লবা চফু মচা মানবা সেট অমা পীরকই — হৌজিক ফাওবা ঐনা নুংশিনা থমজিল্লি । মদু উরগা জাপানবু তত্তনা নীংশিংহল্লি।

তাজিমি সহরদা মৈতৈ জগোইবু উৎনবা শিল লাংবগী মরু ওইবা থৌদাং লৌরিবী শ্রীমতি কাকো ওয়ানাগীনা কায়নবগী অরোইবা চাক্লেন অমা অহিংদা শীল্লমই। 'দিন্নর' গী অহিং অদুদা কাকো ওয়ানাগিনা মৈতৈগী ফনেক মপান নাইবা গুলাপ মচু, পিঙ্ক মচুগী রানী ফি অমসুং মদুগা চানবা মচুগী ব্লাউজ অমা শেৎলগা থোরকপা শক্তম অদুদি — মৈতৈ লৈশাবী কয়াগী কল্পকনিংঙাইনি। ঐখোয়গী চৎলিবা মৈতৈ নুপীমচাশিং অদুনা তৌরিবা মিত্রংনি। মহাক্লা নুপীমচাশিং অসিবু কয়া নুংশিনা চান্না তৌবগে হায়ববু .... মখোয়গা শুকথা থাদোক্লদে। ঐখোয় ময়ামসি মথংগী নুমিত্তা চৎখ্রগনি হায়বদগী মহাকসু ময়ুমদা হন্দরে। নুপীমচাশিংগী লৈফম কাদা মহাকসু অহিং অদুমা শুক্তুম তুমদরে। অহিংচুপ্পা লাঙবা অদু ঐসু তারমই — করি তৌরিবনো ঙক্লমই। অতৈ অমা

নৎলমদরে; মহাক্লা ঐখোয়গী নুপীমচাশিংদা জাপান মরোন্দা সায়োনারা (কায়নবগী ঈশৈ) ঈশৈ অমা তন্নিরি। অহিং চুপ্পা ঈশৈ অদু ঔরাইরে – মী পুন্নমক লোইনা ফারে। মরোলদি ঃ–

ইট সুমাদে মো
তাই রু কোতো নাকু,
তোমোদাচি দে, ইয়ো .....
ক্যো ওনো হি ব্বা সায়োনাবা,
মাতা আউ হি মা দে।
সিন জিয়া উ যোবো কোবি ও
তাই সে চুনি, শিযো ....
আ সুনো হিও যু – মে মিটে
কিবো ও নো মিচি ও।"

(শন্নপ্পা অর্থদি ঃ– মতম চুপ্পদা ঐদি, মরূপ ওইদুনা লৈগনি, নঙগা, কায়নরসি মরূপলোই; অদুবু অমুক উন্নখিগনি শোয়দনা নঙগা)

মসিগী বিদায়গী ঈশৈ অসি জাপানগী মফম কয়াদা ঐখোয়না শক্লুবদা মীযাম্না যাম্না ঙক্লা থোকই। কবম্না কবম্বা কান্দা তমদুনা অসুক নিংথিনা শকপনো হাযদুনা যাম্না থাগৎপা ফোঙদোকপিবকই। ঐনা থাগৎনিংবনা মৈতৈগী কলাকারশিংগী মগুণ – কয়া যাম্না থুনা জাপানগী ঈশৈ অসি অহিং অমদা . . .।


মৈতৈগী ফিজোল শেৎলবী
শ্রীমতি কাকো ওয়ানাগি

সেপ্তেম্বর ১৪ গী অযুক পুং ৭ তাবদা ঐখোয় ময়াম চৎনবা বস মনুংদা ফল্লে অদুগা খোঞ্জেল ব্বাংনা 'সায়োনারা' শক্কুনা তাজিমিদগী বিদায় তৌবক্লে। ঐখোয়গী নুপীমচাশিংসু বস মনুংদা কপ্পরে জাপানগী মীশিংসু মমিত্তা মপি শিম্বনা কপ্পুনা লৈহৌই। শিমানে প্রিফেকচবগী মনুংচনবা য়াকুমো হায়বা খুঙ্গং অদু তানা চৎকদবনি, পুং ৮ গী শাংলবা লম্বীনি। লম্বীদা নোং কন্না চুথবকই। জাপানগী হায়-ব্বে দা থৌদুনা লাকপসি অঙকপা

অমসুং নুংঙাইববা মখলগী এক্সপিরিয়েন্স অমনি – য়েংবগী পেনবা নাইদে, ঐনা থাবদনা ৱাংলগদবনি। লম্বী মথক্তা ইলেকত্রিক্কি নিয়োন সাইন থেৎপা উই – ছাটিন অমা উৎলি মদুদগী ঈশিং মবিক মবিক তপ তপ তারি। সহর অমা লাম্থোকবক্লগা অতোপ্পা সহর অমা চঙলমদাইদা অসুম্বা সাইন উৎলবদি চঙগদৌবিবা সহব অদু নোং চুরে হায়না তাক্লিবনি। লম্বীদা গাড়ী থামদুনা পোথাবে; নুদল পেকেৎ অমমগা চা কপ অমগনা নুমিৎতুগী অয়ুক্কী চবা ওইনা শক্লবে। নুমিদাং ৱাইবম পুং ৫ তাবদা য়াকুমো খুন্দা থুংই। খুল অসি শিন্টো ধর্ম্মগী লাইশং কুমানো তাইশাগীদমক মমিং চৎলি। অসিদসু নত্তনা, মফম অসি জাপান্দা ইহান হান্না মৈ পুথোকখিবা মফমনি হায়না লৌনৈ। য়াসুও সেকো সাননা মাগী নুপী অমসুং মচা নুপীগা লোয়নননা ঐখোযবু ঙাইবমই; মহাক্না থৌশিল্লিবশিংগী মকোক্নি। ❑



শিন্টো ধর্ম্মগী লাইশঙ্ কুমানো তাইশা

# ২৫. য়াকুমো

য়াকুমোদা হেক থুংবগা ওহাক্তা ফাওবা পোত্থাবা শংদে; নুমিদাং পুং ৬ $\frac{1}{2}$ দা লাইভ তেলিকাস্ত তৌগদবনি হায়দনা মোবাইল টেলিভিজন ইউনিট অমা থুংলরে। খোঙলৈ থুনা ঐখোয়বু মাইবী জগোইগী ফি শেৎহন্দুনা তেলিভিজনগী প্রোগ্রাম অদু কায়দনবা শীল্লে। নুংদাং পুং ৮ তাবদা য়াকুমোগী মীশিংনা ঐখোয়দা রিসেপসন অমা পীদুনা ঈকাই খুম্নবা উৎপিরকই। ঐখোয়বু ওকপগী থৌরম অদু লোইরগা তুংদা ময়াম পুন্না চামিন্নরগা অহিং অদুমা পোত্থারে।

নুমিৎ অদুগী শাংলবা লমশাং গাড়ী তোংদুনা লাকপদা ঐখোয়না উরকপা অনৌবা দৃশ্য অমদি জাপানগী চা-বাগানশিংদুনি। চা-বাগান কয়াগী মরক্তা ফাওদুনা ঐখোয়গী গাড়ীনা চেল্লি। বাগানগী চা পাম্বী মরক্তা ফুট ১০ রোম ৱাংবা য়োৎকী পোষ্ট লিশিং কয়া শৌগ্রি য়ুংবগুম য়ুংলি। পোষ্টশিং অদুদা ইলেকত্রিক্কী ফেন পাল্লিবনি। ইলেকত্রিক্কী ফেন লিশিংনা চা-বাগান মনুংদা হুমলি-চা পাম্বীশিং অদু ঈংহন্নবনি। ঐখোয়গী ভারত্তা চা-বাগানশিংদা খোকপাম্বী মরাং কায়না থাদুনা চা-পাম্বীশিং অদু উরুম লাংনবা থৌরাং তৌই। তৌইগুম্বসুং ইলেকত্রিক্কী ফেন লিশিং লিশিং পান্দুনা চা-পাম্বী ঈংনবা হোৎনর্বসি উরুবদা জ্ঞান মমই। ঐখোয়গী লমদা য়ুমগী বলব খরা থান্নবা ইলেকত্রিসিটি ফাওবা মরাং কায়দবগী লোদ সেডিং তৌরি – জাপানশিংনা ইলেকত্রিক কয়া কোম্না শিজিন্নরিবা; চা পাম্বী মথক্তা ফেন হুম্বা !

নোং ঙাল্লগা য়াসুও সেকো-সাননা ঐঙোন্দা ৱাফম অমা হৌদোরকই। জাপানগী 'কাগুরা' জগোইশাবাশিংগা ঐখোয় মৈতৈগী মাইবীগা পুল্লগা – মৈতৈ অমসুং জাপানগী অপুনবা জগোই অমা উৎসি হায়রমই। সেকো-সান কলচরদা থৱায় লুপ্পা মীশক অমনি। মানা হৌদোরক্লিবা ৱাফম অসি ঐঙোন্দসু য়াম্না নুংঙাইবা অমসুং লাম্বা তৌনিংবগী ৱাখল অমা পোকখি। ঐখোয়গী চৎলিবা আর্টিষ্ট পুম্নমক্তা ঐনা পাউ অসি তম্বদা ময়ামনসু য়াম্না থৱাই য়াওনা যারে। পুন্না বিহার্সেল তৌরুরসি হায়দনা কুমানো তাইশা লাইশং অদুদা ঐখোয়

লোইনা থোবক্নে। শাগদৌবিবা অপুনবা জগোইদুগী মবমদা সেকো-সাননা ঐখোয়দা শন্দোক্লা ৱাবী লীবমই। মহাক বেনাবস হিন্দু ইউনিভর্সিটিদা চহি ২ লৈদুনা লাইবিক তম্লমই অদুনা ইংবাজী নিংথিনা ঙাঙবা ঙমই। কুমানো তাইশা হায়বা অসি শিন্টো ধর্ম্ম চৎপা মীশিংগী ওইনা থোইদোক্লা মকওইবা লাইশঙনি। মমাঙদসু পঞ্জগ্রে — মফম অসি জাপান্দা ইহান হান্না মৈ শীজিন্নবা হৌখিবা মফমনি হায়না থাজনৈ। ঐখোয়গী মণিপুবদা হায়বগা অন্দ্রোগী মৈফমগুম্বনি। চহি খুদিংগী নিবাবিসাই ফেষ্টিভেলগী মতমদা লাইশং অসিগী অকোয়বদা মৈফম চাউনা চাউনা হৌগৎলি। লাইশং অসি চীং মনাক্তনি; মমাঙমক্তদা চীংদগী চেম্থবকপা তুবেল মচা অমা লৈ, মদুদা মখল মখা অযাম্বা মচুগী ঙা মচা কয়া যোক্তুনা মীযাম্না যেংনবা থমই। অবাকপা মীশিংনা মচিঞ্জাক পীজে, যেংই, শান্নে।

জাপানগী ‘কাগুবা’ জগোইশাবা কাঙবুগা ঐখোয মৈতৈগী মাইবীগা পুল্লগা শাগদৌবিবা জগোয়-লীলা অদু জাপানগী খুন্নুংগী ৱাবী অমদা যুম্ফম ওইবনি। ঐখোযগী সংস্কৃতিগসু যাম্না হেন্না নকশিন্নবা উবা ফংই। ঐখোযগীদৌনা মখোযগীসু মাইবী লৈ - ‘মিকো’ হায জাপান মবোলদা। মাইবীগী জগোযবু মখোয়না ‘মিকো-নো-ওদোবি’ হাযনা কৌনৈ। শান্নগৌবিবা খুন্নুংগী ৱাবী মখাদা শম্লপ্না পীজবি ঃ—


মিকো-নো-ওদোরি - জাপানগী মায়বী জগোই

“শুসানু কৌবা লাই অসি লাক্ল-ফানবা ঙমদবা, লম য়াম্না হেনবা মরমদগী মাগী মচেনা — নঙ স্বর্গদা লৈবা য়াবোই, চৎখ্রো হায়দনা মালেম লৈখাদা তাম্থরক্নে। শুসানুনা অসুম মথং মথং লাকপনা তুরেল অমগী মপান য়ৌরক্লমই। মফমদুদা হনুবা হনুবী মতে মনাও অনিখক কপ্তুনা লৈরমই। শুসানুনা কৈদৌরবগে হংই। অহল অদুনা মাগী অৱাবা ৱারীদু লীরকই” ঃ—

**"মখোয়গী মচা নুপী তরেৎ পোকপনি। মকোক নিপান পানবা য়ামা-তোনো-ওরোচি কৌবা লিন অসিনা মখোয়গী মচা নুপী তরক মথং মথং ওইনা লোইনা চাখোকখরে। অমত্তং লেমহৌরিবা মচানুপী অতোম্বী এনাদা-হিমে কৌবী অসিসু ওসিগী নুমিৎ অসিদা য়ামাতোনো-ওরোচি হায়বা লিন অসিগী মচিঙাক ওইপ্রগনি — মদুগীদমক কপ্লিবনি"** শুসানুনা অহল অনি অদু থেমজিনবিরে অদুগা হায়রকই — ৱাগনু ঐনা য়ামাতোনো-ওরেচিগা শয়েং পান্বোম ঙানদুনা মহাকপু হাৎকনি।

**"য়ামাতোনা-ওরোচি হায়বা মকোক নিপান পানবা লিন অসি অচম্বা লিন নত্তে-লাইগী শক্তি চেনবনি (পাখংবা?) শুসানুনা মাবু মায়থিবা পীবা মতিক খক লৈতে! মিকুপ খরগী মনুংদা লিন অদুনা শুসানুগী মশা পুম্বা ক্রক ক্রক য়েৎশিনখরে অদুগা এনাদা - হিমেবু য়োৎকদবগী হোৎনরক্রে। মতম অসিদা এনাদা-হিমেনা মাগী নিংথিরবা শাবানগী শাথেত্ত্য জগোয় শাগৎলকই। মহাক্কী পুক্লিং হুরবা জগোয়না শুমহৎখিদুনা লাই ওইরবা লিন অদুনা**



শুসানু অমসুং য়ামাতোনা ওরোচি অনিগী অকনবা লাল

**নুপীমচাদু চাবিদ্রে অমসুং শুসানুবু মাগী মমৈনা য়েৎশন্দুনা হাৎকে তৌরম্বদসু থাদোকপিরে। অরোইবদা শুসানুনা এনাদা হিমেবু মাগী নুপী ওইনা লুহোংখি"।**

এনাদা-হিমেগী শক্তম অসি ঐখোয়গী মৈতৈ মাইবীনা (উষারানীনা) শাবা তারে। ঐখোয়দসু ৱাফম অসি য়াম্না হরাউ তুজুং পোকখি। জাপানগী জগোয় কাঙবুগা ঐখোয় মণিপুরগী কাঙবুগা পুন্না রিহার্শেল চথমিন্নরে। ৱাবীগী মতুং ইন্না — য়ামাতোনো-ওরোচিনা এনাদা-হিমেবু য়োৎলগে হায়না ময়া কাথোক্তুনা হোৎচিল্লকপা মিকুপ্তা ঐখোয়গী মাইবী জগোয় হৌবা — ধন এক

তাগ্রে ত্র... তাগ্র ...ত্র.. খ (মিনিট ৩ গী জগোয়) জাপানগী **'কাগুরা'** কাঙবুনা শুসানু অমসুং ওরোচিগী শক্তম লাংখি। রিহার্শেল অদু য়াম্না মায়পাক্লা পাঙথোক্লে। লিন অচৌবা অশাবা অমা থোরকপা অদুসু য়াম্না মওং তাই। লিন মমৈ অদু ফুট ২০ লোম শাংনা সোরো সোরো চিংবনি, চাউবনা ফুট ২ রোম্না কোনবা ওইগনি। য়ামাতোনা-ওরোচি শারিবা নীপা অদুনা মমৈদু শাংনা পাল্লগা লৈপাক্তা শীৎ শীত্তুনা থোরকই। মমৈদু লিনগী মরাং মরাংবা মচু অদু মান্নবা য়েকশিল্লি।

মথংগী নুমিৎ সেপ্তেম্বর ১৬ তা কুমানো তাইশা লাইশংদা উৎখিবা মৈতৈগী জগোয়গী প্রোগ্রাম অদুনা জাপানগী মফম ৪০ দা ঐখোয়না উৎখিবা শো পুন্নমক্তুগী খ্বাইদগী হেন্না মায় পাকপা কুম্মৈ ওইখি। করিননো খঙদে, নুমিৎ অদুদা লাই তোংথ্রমাল্লে। চীংনা ইকোয় কোয়শিন্বা মফম অদুদা লৈবল্লিবা অরিবা লাইশং, লাইশংদুগী মমাঙমক্তুদা চেল্লিবা তুরেল মচা ..... তুরেল অদুদগী লাই ঈকৌবা জগোয় হৌরকই। মাইবীনা তুরেলগী ঈশিংদগী লাই লৌখৎলগা লাইমাং তান্না জগোয় শাদুনা লাইবাও লাউদুনা লাকপা মতমদুদা ঐখোয় পুম্বা থাংজিং লাইমাংদা শাবা জগোই ওইরবোই নীংহনখি। লৈরল্লিবা অকোয়বগী দৃশ্য অদুমক্লসু ঐখোয়গী জগোয়বু থোইদোক্লা মপূং ফাহনখি।

নুমিৎ অদুদা মৈতৈ মাইবিনা এনাদা হিমেগী শক্তম লাংলগা জাপানগী কাগুরা জগোয় মরক্তা মাইবী জগোয় শাগৎলকপা ... মতমদুদা ঐগী থম্মোইদা ফাওখিবা নুংঙাইবা অমসুং চাউথোকচবা অদু ৱাহৈনা ফোংদোকপা ঙমদ্রে। ইথা থাজদনা য়াম্নমক ফজবা মায় পাকপা প্রোগ্রাম অমা ওইনা থোকখি। অয়েংবা ভাবক পুম্বনা যাম্না থাগৎনখি। প্রোগ্রাম অসিগী ৱাখল্লোন পুথোরকপা য়াসুও সেকোবু মহাক্কী প্রতিভাগীদমক



**মৈতৈ মাইবী (উষারানী) না এনাদা হীমেগী শক্তম লাংবা**

থাগৎতবা ঙমদে। মরমদি তশেংনমক ঐনা প্রোগ্রাম অদুবু জাপান অমসুং মণিপুর লৈবাক অনিগী সংস্কৃতিগী জুগলবন্দীনি হায়না লৌজে। কুম্মৈ য়েংবা

লাকপা ভাবক পুন্না লাইশং মমাংদা ফিদা থারগা লৈবাক মথক্তা লোইনা ফমই। কুম্মে লোইশিল্লকপগী অরোইবা আইতেম ওইনা ধোল ধোলক চোলোম তৌবা কাঙবুনা থোরক্লুনা কুম্মে উৎপা হৌরকখি। য়াওশং লোইরকপগী হোলী শকপগী ৱাখল নিংশিংহল্লি। মৈতৈমচা পুন্না ষ্টেজদা লোইনা থোরক্লে অদুগী তুংদা থাবল চোংবী হৌরকখি। কুম্মে য়েংবা লাক্লিবা জাপানগী ভাবকশিং অদুসু থাবল চোংবা অদুদা য়াওশিন্দুনা য়াম্নমক মপুং ফাবা পুন্না নুংঙাইমিন্নবা মওংদা নুমিৎ অদুগী শো অদু লোইশিনখি। মথংগী নুমিৎ সেপ্তেম্বর ১৭ তা ঐখোয় য়াকুমো থাদোক্লুনা থা অমা চুপ্পা পাঙথোক্কদৌরিবা **'এশিয়া পেসিফিক ফেষ্টিভেল'** দা শরূক য়ারুনবা ফুকোকা সহরদা চৎলগদবনি।

য়াকুমোদা ঐখোয় নুমিৎ হুমনি লৈরকই। সেকো-সাননা শীনবিদুনা থংনবা সহর মাৎসুদা অহিং অদু জাপানগী মমিংচৎলবা কাবুকি ঠিয়েটর য়েংহল্লি। কাবুকি ঠিযেটরদা একত্রেস নুপী য়াওদে নুপীগী শক্তমসু নুপানা শাই। ঐখোয়গী শুমাং লীলাগী নুপীশাবী-শিং নিংশিংলকখি। জাপানগী কাবুকিগী নুপী শাবীনা ঐখোয়গী নুপী শাবীদগী খক হেন্দে—থাজবীয়ু। য়াকুমো খুঙ্গং অসিদা কুইনা নোংমা নিনি ফাইদুনা লৈরকপগী কান্নবা অমদি জাপান্দা লৌ করম্না উবগে হায়বদু য়াম্না কুপ্পা য়েংবগী খুদোংচাবা ফংখি। মতমদু জাপানগী লৌবুকশিংদা ফৌ মুন্নরক্লে। ঐখোয়না লৈরিবা অফম অদুগী হেক মনাক মক্তদা লৌ পরি অমরোম চাউবা লৌফম অমা মতৌ করম্না জাপান মতৈ মনাও লাক্লগা খাও-য়ৈ য়ৈরগা পুখিবগে হায়বদু শমলপ্পা ময়ামগী মফমদা লীজনিংই। মরমদি ঐসু লৌ উবনিনা খঙজৈ-লৌ পাবি অমা খাও-য়ৈ য়ৈবদা নোংমদা খুল্লং ৪০/৫০ দগী তাদনা চঙগনি। খুল্লং লৈরবা ফাওবা নোংমদা লোইবা ঙমগদ্রা হায়বা ফাওবা চিংনবা পোকই। অদুবু জাপান্দা শুপ্পগী নুপা অমগা মাগী নুপীগা, মখোয় অনিখক্তনা — মেছিনগী মতেংনা ফৌ অদু খাওরগা, য়ৈরগা অদুগী তুংদা অথোকপা ফৌশিং অদু বোড়াদা হাঞ্জিল্লগা মতৌ করম্না ময়ুম তান্না পুখিবা অদু অঙকপা কুম্মে অমা ওইনা ঐখোয়দা থোকখি। তশেংবদি, জাপান্দা মী অসি অসুক্কী মতিক তাঙই — মীগী মহুত্তা য়ারিবমখৈ মেছিন্না মহুৎ শিল্লি।



কাবুকি ঠিয়েটর

মখোয়গী ফৌ খাওনবা মেছিন মচা অমা য়াওরি-য়াম্না পীকই অঙাংগী সাইকল মচা অমুক্তুং চাউবনি। মেছিন অদু স্তার্ত তৌরগা নিপা অদুনা পরেং পরেং নাইনা থারিবা (জাপানিজ মেথোড ওফ পেডি কলটিভেসন) ফৌ পাম্বী মরক্তা মেছিন অদু মখুৎনা ইল্লগা চঙখি। অঙকপা মেছিন্নি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। মেছিন অসিনা, ফৌ পান্দোং অদু খাওরগা খূদাপ খুদাপ (পঙচাউদি চাউদে) শুতলিনা পুল্লগা, মপুন মচা মচা শারগা, লাক লাক্তনা লংথোরকই। মেছিন অদুগী মতাইদা শুতলি মকোল অচৌবা অমা য়াওরি। মতৌ অসুম্না লৌ শঙম অমা খাওবদা পুঙখায় অমা ফানা চঙদে।

লৌবুক্কি মচি অমদা ফৌ য়ৈনবা মেছিন (পেদি থ্রাসর) অমা স্তার্ত তৌরগা ঙংদুনা থম্লি। মসিসু পঙচাউ চাউবা মেছিন নত্তে অদুবু মানা পাঙথোক্লিবা থবক্তি অঙকপনি। নিপা অদুনা মেছিনগী মতেংনা খাওদোরকপা ফৌ মপুন মচা মচাশিং অদু মাগী নুপীনা পুরগা ফৌ য়ৈনবা মেছিন অদুদা লংশিল্লি। মেছিন অদু ওতোমেটিকনি — মাগী মথৌ কয়া অদু অমুক্তদা পাঙথোকই। অহানবদা, ফৌ অদু য়ৈথোকপা লোইরগা ফৌ মরাশিং নাকন অমদা ওরো ওরো তারকই। ফৌ তারকপা মপা অদুমক্তদা বোড়া য়াদুনা লৈরি। বোড়াশিং অদু পঙচাউ চাউদে — বিলামাটি বোড়ামুক চাওই — মচিন্দা চেন (জিপ) চিংশিন্নবা লোইনা পাল্লি। বোড়া অমা হেক থনবগা — মাগী নুপীনা চেন হেক্তা চিংশিল্লি। অসুম্না ফৌ বোড়া অমা থনবগা অতোপ্পা বোড়া অমা হেক্তা তারকই।

অসুম্না ফৌ য়ৈরিঙৈ মতম অসিমক্তদা মেছিন অদুগী নাকন অমদা চরা ময়াম অদু ঈঞ্চি অমমম শাংনা ককথৎলগা মকুপ মকুপ ওইনা থোরকই। মখোয়দি চরা লৌদে। কুপ্পা কক্লবা চরাশিং অদু খাওদোক্লবা লৌফম অদুদা হার ওইনবা থুংনা চাইথোকই। মেছিন অসিমগী মতেংনা — ফৌ য়ৈবা, চরা ককপা, বোড়াদা ফৌ হাপ্জিনবা — অমুক্তদা লোইথোকই। নুমিদাং রাইরম য়ৌরে;

বোডামচাশিং অদু  পিক-অপ ভান অমদা হাপচিল্লগা থৌবগা চৎখি। লৌপবি অমা খাওবা, য়ৈবা, চিংবা লোইরে !

সেপ্তেম্বর ১৭ কী অয়ুক্তা সেকো সান, মাগী লোযনবী অমসুং অতৈ জাপানগী মরূপশিংদগী বিদায় লৌদুনা গাড়ী  মথক্তা ফন্লে। গাড়ী থৌগদৌরে। মীকুপ অসিদা  ঐখোয় পুম্বা খোঞ্জেল ব্রাংনা শকপা হৌবকখি – বিদায়গী মতমদা শকপা জাপানগী ঈশৈ "সায়োনারা"। মদু তাবদা  সেকো-সান মতৈ মনাওনা মমিত্তগী মপি শিঙ্গদুনা মখুৎ হাইদুনা কপ্পা শক্তম অদু উবদা  ঐখোয় পুম্নমকসু থিংবা ঙমদনা (ঐখোয়গী নুপী মচাশিংদি মখোন থোক্লা ) কপনখি। ঙসিদি পুং ৮ হেন্না গাড়ী তোংগদৌবিবনি হাযদনা সেকো-সাননা অচা অথক কযা গাড়ী মনুংদা হাপ্পীবে। য়াকুমো খুঙ্গং অমসুং কুমানো তাইশা লাইশং থাদোক্লমলে – ফুকোকাগী লম্বী পাংলক্লে। ❑



সেকো-সান না মকোক চিংদুনা মৈতৈগা জাপানশিংগা পূম্না থাবল চোংবা

# ২৬. ফুকোকা (২)

ফুকোকা তম্না লাকপা লম্বীদা নুংশিৎ কন্না শিৎলি, য়াম্না কন্নসু ঈংশিল্লকই। মতম অদু জাপান্দা তাইফুন হায়না খঙনবা অকনবা সমুদ্রগী নোংলৈ নুংশিৎ লাক্কুনা তোকিওদা সহবদা য়াম্না শাথিনা অমাঙ অতা থোকহল্লে হায়বা পাও ফংই। ঐখোয়না লৈবিবা মফম অদু তোকিওদগী য়াম্না থাপ্পা মবম্না নোংলৈ নুংশিৎ অদুমক যৌবকপা ঙমদ্রবসু অইং অশাগী চাংদি অওকপা ফংনা ওল্লকখি — থংইং ঈংশিল্লকখি। নুংথিল পুং ৫ তাবা মতমদা ফুকোকা সহব যৌদুনা গেনযো সিবিক হোলদা ঐখোয় থুংই। হন্দক ফুকোকাদা লাকপা অসিনা ঐখোয়গী অনীবক শুবনি হায়বদি আগষ্ট ২৮ দসু ঐখোয়




ইন্টবনেসনেল এথনিক ফেষ্টিভেলদা শরুক য়াবা ওইনা লাক্লম্লবনি। হন্দক লাক্লিবা অকোনবগী খোঙচৎ অসি এশিয়ান পেসিফিক ফেস্তিভেলদা শরুক যাবা লাকপনি। ঐখোয় সহব অসিদা নুমিৎ ৭ নি লৈদুনা ফেষ্টিভেল অদুদা নুমিৎ খুদিংগী মৈতৈ জগোয উৎলমই।

ঐখোযনা থুংলিবা **'গেনয়ো সিবিক হোল'** অসি সমুদ্র মপানমক্তদা লৈবনি — সুপ্পগী ফুট ২০০ বোমদং চৎলগা সমুদ্র অদুম লৈবে। চীক্লবা অহিংগী মতমদা সমুদ্রগী ঈথক্লা তোর্ব্বান্দা তত্তনা যৈদুনা চাং নাইনা তাম্ব্বা পীবি; অহিংগী অচিকপা থুগাইদুনা হিথাংদুনা লৈবা জাহাজনা হৌনা সাইবেন খোংলকই। পুন্সিদা অমুক্তা থেংনদ্রিবা এক্সপিবিয়েন্সনি! অয়ুক ঙস্তা হৌগৎতুনা সমুদ্র খোঙবান লৈঙোই মথক্তা খোঙউপ য়াওদনা নুমিৎ খুদিং ব্রাকিং চৎলি। অমুকসু, সমুদ্রদা খবদং

কুমথরগা ঈশিংদা চত্তুনা অমুক শান্নরমই। ঐগা লোয়ননা ঐখোয়গী নুপা মচা নুপীমচাশিংসু সমুদ্রদা কুমদুনা নুমিৎ খুদিং চৎপা অদু য়াওবা য়াওই। ঐখোয় পুম্বগী থম্মোইদা অঙাংমচা অমনা অনৌবা শান্নপোৎ অমা ফংবদা হরাওবনা থাদোকউ য়াদবগুম — অনৌবা মখলগী নুংঙাইবা অমা ফাওখি। সমুদ্র লৈতবা, মণিপুরগুম্বা চীংগী লমদগী লাকপা মরম্না শোয়দনা ওইগনি ঙসি ঐখোয়দা ফাওরিবা নুংঙাইবসি। মসিগী মমাংদা ভারত্তা সমুদ্র কয়া উরে — উরিষ্যাদা, গোৱাদা, বোম্বেদা— তৌইগুম্বসুং সমুদ্র মনাক্তা নুমিৎ ৭ নি লৈদুনা সমুদ্রগী ফজবা চমৎকার ময়াম উবা ফংবদি হন্দক্না অহানবনি। মদুসু জাপানগী সমুদ্রদা। এশিয়া পেসিফিক হায়বা ফেষ্টিভেলসি ফুকোকা সহরদা চহি খুদিংগী থা অমা চুপ্না পাঙথোরকপা কুম্মৈনি; থা অসিবু মখোয়না এশিয়া মন্থ মমিং থোল্লি। ফেষ্টিভেল অসিদা এশিয়াগী লৈবাক কয়াদগী কলাকার ময়াম কৌরগা মাগী মাগী লম লমগী কলা সংস্কৃতিগী থৌরম কয়া পাঙথোকহনবনি। ঐখোয়গী মণিপুরগী কাঙবু অসিনা ভারত পুম্বগী মহুৎ ওইনা জগোয় উৎকদৌবনি মরমদি মণিপুর নত্তবা ভারত্তগী অতোপ্পা কলাকারগী থৌরম অমত্তা য়াওরমদে।

কুম্মৈ উৎফম ওইনবা শারল্লিবা স্তেজ অদু ইচম চম্নদি শাই ৱা-উ ঙাক্তনা, তৌইগুম্বসুং য়াম্না মচু তানা ডিজাইন তৌই। উচান উ মপুম ঙাক্তনা, মকুকা অমত্তা খোক্তে, শেম্বা স্তেজনি — মমিং **'এশিয়ান সোল'** হায়না থোল্লি। স্তেজ অসি মথোন ১৫ ৱাংবা **"ফুকোকা সিতি হোল"** গী হেক মমাঙমক্তা লৈবা অহাঙবা লম্পাক অদুদা শেম্বনি। ভাবক ফম্নবা চৌকিলাচিংবা য়াম্না থাদে। মদুগী মহুত্তা দেশ খুদিংগী থোইদোকপা অচা অথক য়োনফম **'স্তোল'** কয়ামরাম হাংই। লাক্লিবা মী পুম্বা চানা চানা কুম্মৈসু য়েংবা য়ানবা শিনবা থৌরাংনি। হোটেল মচা মচাশিং অসিদা চাদবা কাঙবু অদুনা লেপ্তুনা য়েংলি। লাক্লিবা মী খুদিংগী ফমফম লৈতে। ঐনা মফম অদু কোয়না চত্তুনা য়েংবদা এশিয়াগী দেশ অয়াম্বগী হোটেল হাংই — ভারতকীদি য়াওরমদে। ঐখোয়গী চানবা মথেলগা হায়রপ মান্নবদা নেপালগী হোটেল অদুনি হায়বা য়াই।

অহিংদা **'লেজর বিম'** গী মতেংনা — মৈগী কুম্মৈ উৎলি। ফেস্তিভেল অসি য়েংবা লাকপা মী খুদিংমক শেল তিংদনা ইন্টরনেশনেল ফোন কোল লেম্না তৌবা য়াই। মণিপুরদগী চৎলিবা ঐখোয় পুম্নমক শেল তিংদ্রবনিনা নুমিৎ

খুদিংগী ঈস্ফালদা ফোন তৌনরমই। সেপ্তেম্বর ১৮, ঐখোয়গী শো উৎত্রিঙেগী মমাংদা, অস্ট্রেলিয়াগী য়েহেলৌঙেদগী লৈরক্লবা জাতি 'এবোরিজিন' শিংনা মখোয়গী পরম্পরা অমসুং সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা কুম্মৈ উৎপদু ঐখোয়দা ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইবা অমসুং অঙকপা অমা ওইনা থোকখি। মখোয়না উৎখিবা কুম্মৈশিং অদু পাবিরিবশিংগী মফমদা শুগাইনা অমুক্তং লিদুনা তাহনজনিংই।

অহানবমক্তদা, অস্ট্রেলিয়াগী এবোরিজিনশিংনা চহি লিশিং কয়াগী মমাঙদগী মতৌ করম্না মৈ লৌবগে হায়বদু উৎলি। উ মকক অমগী মথক্তা অতোপ্পা উ মতেক অমনা খুবাক অনিনা চপ্লগা কম্না উংই। উ অনি অদুগী তাইনফমদা নাপী অকংবা খর হাপই। মিনিট অনি অহুমগী মনুংদা খুবাক অনিনা উংলিবা উতেক অদুনা তকপদা মৈশা পোক্তুনা নাপী অকংবদু মৈখু কাবা হৌরকই। ঙহাক লৈরগা মৈখু কারবা নাপী অকংবশিং অদু মখুৎ অনিনা লৌখৎলগা স্বরনা ফু ফু কামই। খঙহৌদনা মৈরি থোক্লা চাক্লকই।

'এবোরিজিন' শিংতগী ওইবা থোইদোকপা যন্ত্র অদুগী মমিং 'দিদজিরিদো' কৌই। চীন্না কাম্লগা খোংবা নুংশিৎকী যন্ত্রনি। মওংদি — শুপ্পগী ফুট মরিরোম শাংবা, ঈঞ্চি ৩ রোম্না কোনবা মরিল হোবা উ অমনি। মীনা খুৎশেম্না হোহনবা নত্তে। উ অসিগী মথীবোং পুম্বা লৈশৌনা চাখ্রগা মশানা হোদুনা লৈরম্বা উনি। অসিগুম্বা মরিল হোবা উশা অসি এবোবিজিনশিংনা জঙ্গলদা থৌওইনা থিবা চৎলি। মপা মপু হাক্তকতগী লোয়নরকপনিনা মখোয়তনা খঙই — কবম্বা উনা মরিল হোবনো হায়বসি। উ অহোবা অসিদা মচীন্না কাম্লগা মখোয়না মখল মখা অয়াম্বা মখোল থোকহনবা ঙমই। মসিগী নুংশিৎকী যন্ত্র অকাম্বি 'দিদজিরো' হায়বসিনা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী লিরবা যন্ত্রনি হায়নৈ। এবোরিজিনশিংনা মখোয়গী লমদা মসিবু 'য়িগী—য়িগী' হায়নসু কৌই। খোংলিবা মী অদুগী হৈ-শিংবা অমসুং মশানা হোৎনবগী মতুংইন্না মখল মথেল কয়াগী খোঞ্জেল যন্ত্র অসিদগী থোরকই। শা উচেক কয়ানা খোংবগী মখোল থোকহনবা ঙমই। নুমিৎ অদুদা মখোয়না কাঙ্গারু অমসু 'ইমু' না খোংবগী মখোল অদু মীয়ামদা তাহল্লি।

ঐখোয়না 'বুমেরাং' করিনো হায়বা খঙই; মশকসু, অয়েকপা লাই য়েংবদা লোইনা উনরবনি। অদুবু 'বুমেরাং' হায়বা খুৎলাই অসি কবম্না লংগদগে

হায়বদুদি ঐখোয় হান্না উরমদে। **'এবোরিজিন'** শিং অদুনা মনাক নকপা লম্পাক অমদা **'বুমেরাং'** লংদুনা মীয়ামদা উহল্লি। **'বুমেরাং'** লংবা অসিমক আর্ট অমনি – মতম কুইনা অভ্যাস তৌবা চঙই। মী অমনা হেক্তা লংবা হৈবোই। **'বুমেরাং'** হায়বসি য়াম্নদি চম্বা অদুবু অঙকপা খুৎলাইনি। অহৈবা মী অমনা খুৎলাই অসি লংবা মতমদা – খরা পাইরুরবা তুংদা লংইবা মী অদু তম্না অমুক হঞ্জিল্লকই। হন্দুনা পাইশিল্লকপা মতমদা মখোয়না মখুৎ খুবাক অনিনা চপ্তুনা বুমেরাং অদু ফাবা ঙমই। হৈতবনা লংলবদি হন্না পাইশিল্লক্নুনা লংইবা মী অদুদা পাল্লি। মবম অসিদগী মীগী ফত্তনবা তৌকুবগা শোয়দনা মশাদা পানববু ইংরেজী লোলদা Boomerang হায়নৈ - এবোরিজিনশিংনা



ভারতকী রাষ্ট্রদুত তোকিও দা লৈবা শ্রী কুলদিপ সহদেব অমসুং মাগী লোয়নবীনা মণিপুরী জগোয় কাণ্ডলুপকা।

মখোযগী মবোলদা খুৎলাই অসিবু **"ব্রাংগাল"** হায়রগা খঙনৈ। চৎনবি মতুং ইন্না, নুপীনা মসি শোকপা পায়বা য়াদে।

এবোবিজিনশিংগী কাংবু অদুগী লুচিংবা (মাগী মমিং উইলি ব্রিম কৌই) অদুগা ঐগা উন্নদুনা ৱাবী ৱাতায় শান্নবদগী খঙলে – মহাক অষ্ট্রেলিয়াগী নোর্থ কুইন্সলেণ্ডদগী লাকপা **"জাপুকো"** এবোরিজিন কাণ্ডলুপনি। মহাক্না হায অষ্ট্রেলিয়াদা এবোরিজিন জাৎ মখল ৩৫০ লৈ অমসুং কাণ্ডলুপ খুদিংগী লোলসু তোঙাল্লি।

মথংগী নুমিৎ হুমনিদি **'এসিয়া মঞ্চ'** দা ঐখোয়গী হাননা থন্নম্বা অয়ুক্কী প্রোগ্রাম পুম্বা লোইনা ককথৎখরে মরমদি **'তাইফুন'** লাক্কনি হায়না চিংনবদগীনি। অহাঙবা মতম খব ফংলগা অদুদা ঐখোয় ফুকোকা ম্যুজিয়ম যেংবা চৎলমই। ঐনা য়াম্না য়েংনিংলম্বদি ম্যুজিয়ম অসিদা জাপান পুম্বগী জাতিগী

লন্নি (নেশনেল ট্রেজর) হায়না মশক তান্নবা সনাগী শিল লৈ। অদুবু নুমিৎ অদুদা ঐখোয় মদু উবা ফংলক্তরে মরমদি অকক্লবা নুমিৎ খরদদা য়েংহনবনি। অতৈ গেলেরি পুম্না থুংনা চত্তুনা য়েংলকখি। তৌইগুম্বসুং খ্বাইদগী নিংশিংবা য়াবদি ম্যুজিয়ম মমাঙদা য়ুংলিবা শেঞ্জেং (ব্রোঞ্জ) না শাবা চাউরবা মূর্ত্তি মরি অদুনি। ব্রোঞ্জগী মূর্ত্তি (ষ্টেচু) মরি অদু মূর্ত্তি কলাদা থোইদোক্লা মমিং লৈরবি ফ্রান্সগী ভদ্রমহিলা এমিল এনতোইন বুরদেল (Emile Antoine Bourdelle, 1861-1929) না শাবনি। বুরডেল হায়বি কলাকার অসি রোডিনগী লমজিং মখাদা তম্নকপী মীশক অমনি। তৌইগুম্বসুং মমৈথংদা মহাক মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা স্তাইল অমা পুথোক্তুনা মূর্ত্তি শাবা হৌখি। মূর্ত্তি মরি অদুগী মমিং (১) লা-লিবর্টি (২) লা-ভিক্তোরি, (৩) লা-ফোর্স অমসুং (৪) লা-ইলোক্বেন্স থোক্লি; ইংশোক ১৯১৮ দগী ১৯২২ ফাওবগী মনুংদা শাখিবনি। মূর্ত্তি মরি অদু ৱাংবা (সেন্টিমিটর ৩৭৫) অমসুং চাউবা (সেঃ মিঃ ১১০/১২০/১৩০) চপ মান্নে। মূর্ত্তি মরি অদু অহানবদা আরজেনটিনা গী কোনুং বোনোজাই রেসদা য়ুংলম্বনি। ফুকোকা সহরনা লৈরকপা চহি ১০০ শুরকপগী নীংশিংনবা আর্জেনটিনাদগী পুরক্লগা ফুকোকা ম্যুজিয়ম মমাঙদা য়ুংখিবনি। মসি উরুরগা মণিপুর নিংশিংলকখি। খোংজোম লানগী চহি ১০০ শুরকপগী থৌরম কয়া পাংথোকখি অদুবু নিংশিংনবা ওইনা সেন্টিনেরী হোল নত্রগা স্তেচু অমত্তা ফাওবা শাদুনা খিনখিদে। সেন্টিনেরী সেলেব্রেসন পাঙথোকখ্রে হায়বা অসিগী নিংশিং খুভম অমা ফাওবা থমখিদে।

ফুকোকাগী গেনয়ো সিবিক হোলদা ঐখোয়না মতম খর লৈবিঙে মনুংদা জাপানগী মীশিংনা ঐখোয়গা পুন্না ২ চাক চার্মিন্নে। ঐখোয় মৈতৈনা থোংবা মোরোক শাবা, মরূ-মরাং মসলা থাকপা ঈনশাং অসি মহাউ তংগদবগী অয়ুকসু নুংদাংসু জাপানগী মী য়াম্না লাকই। মখোয়না লাকপদা ঐখোয়গীদমক্তি হায়দনা পোৎ-চৈ পুরকই – চাবা ঙাক্তা লাকপা নত্তে। কনানা চেং আলু, কনানা ঙা-শা, কনানা উঁহে অমসুং মখল কয়াগী অচা অথক পুরকই। চাক চাবা মতমদা, মখোয়দি চৈতেক্লা (ৱারিবাসি কৌই) চপ্পগা চাবা জাতিনি; অদুবু নুমিৎ অদুদদি ভারতকী মীশিংনা তৌবগুম মখোয়সু মখুৎনা পায়দুনা চারমই। ঐখোয়না নুংদাংগী চাক চারমদাই মতম অসিদা উৎসব চাবগুম মী মরী মরী লাকই –

করিগুম্বা নুমিত্তা মী ১০ মুক হেন্না লাকপা য়াওই। ঐখোয়সু য়াম্না হরাওনা মখোয় লাকপা য়াই হায়দনা চাক ইনশাং হেন্না হেন্না থোংই। লাকইবা মীশিং অদু লায়রবা, চাবা থকপা ফংদবগী লাকপা নত্তে; ঐখোয়গী চাক ঈনশাং অদু মখোয়না অমুক্তা থেংনদ্রিবা অঙকপা মখল অমা ওইবদগী লাকপনি। ঐনা কাউবা ঙন্নরোইদবা থৌদোক অমসু নিংশিংলকই। ঐখোয়না কুম্মে উৎপা চৎলিবা লম অয়াম্বা ঐখোয়না থুংলিবা মফম অদুদগী য়াম্না থাপ্না থাপনা লৈবা ঙাক্লি। মরম অসিনা হোরেল হল্লকগা ফয়ক তাবা য়াই খন্দুনা অথোংবা চাক-ঈনশাং লোইনা গাড়ীদা হাপ্তুনা পুদুনা চৎপা কয়ারক য়াওখি। ঐখোয়গী কুম্মে উৎপা লোইরগা হান্না থোংদুনা পুরক্লবা চাক ইনশাং অদু কা অমদা চাই। নোংমদি ঐখোয় মৈতৈমচা ময়াম চাক চারগে হায়না তৌরকপদা জাপান নুপী লৈশাবী মচা (চহি ২৪/২৫ রোম শুরম্বা য়াই) অমগা খরা অহল ওইরপ তৌবা নিপা অমগা (মখোয় হোল অদুদা থবক তৌবা মীনি) চঙলক্লুনা ঐঙোন্দা হায়রমই – নখোয়গী চাক ইনশাং অসি ঐখোয়সু খরদং মহাও য়েংগে য়াগদ্রা ? পুন্সিদা অসুক চন্না নুংশিবা রাঙাং অমত্তা ঐ থক তাখিদ্রি। ঐঙোন্দা হায়নিংঙাই লৈতনা জাতি অসিবু নুংশিবা ফাওখি মরমদি করম্বা জাতিনা অসুম্না হায়বা ঙমগনি ? মতাংসিদা ঐখোয়গী চৎনবি ব্যবহারগা ওন্নতৈনবা অদু নিংশিংদবা ঙমদে। ঐখোয়গীনবু, মীনা পোৎ অমা চাউ হায়বা মতমদা ফনা চানীংলবা, চাগদবসু লৈরবমক্তদা, "য়ারে" হায়গনি। য়ারে হায়রগা চাবদি অদুম চাথোকখিনি। নুংঙাইরে, য়াম্না পেল্লে – থেঙ্ক ইউ হায়বা মীবু থাগৎপা ৱাহৈ অমত্তা হায়রমলোই। জাপানশিংনা য়াম্না চন্না নখোয়গী চাক ইনশাংদু ঐখোয়সু খরা চাগে হায়দনা চঙলকপা ঙম্বগী পুকচেল অদুমক্তনা ঐখোয় পুম্বগী থম্মোইবু জয় তৌখি। ঐখোয়না পুরকপা চাক-ইনশাং অদু প্লেট অমদা হাপ্তুনা পী; মখোয়না কয়া পাম্না অমসুং থৱায় তানা চাগ্রবা ! মখোয় জাপানগী চাক ইনশাংদি য়াম্না চমই; নুং হৱাইনা শাবা পোৎনা অয়াম্বনি। ঐখোয়গী মোরোক শাবা মরূ মরাং য়াম্না থাকপা চিঞ্জাক অদু মহাও তংনিংবনি। মখোয় লায়রবা, চাবা ফংদবা নীদুনা চাবা মী নত্তে। ইনাক কৈরাক খুম্বা মচা মশু ঙাকনি – মদুমক্লা মখোয়না করিমত্তা হঙ্গোইদনা নখোয়গী চাক খরা চাগে হায়বা ঙম্বনি।

জাপানশিংদি , মখোয়না থোংবা অচা অথকশিং অদু মৈথক্তগী থাংথবা নংদে। ঐখোয়না তোয়না উবা ফংই – মৈথক্তগী চোপ স্তিকনা কোৎলগা

অশাবা অথোংবা পোৎশিং অদু মচিন্না “ফু” “ফু” কান্নগা চায়। য়াম্না শাবা পোৎ চাবা অসিনা ওইরম্বা য়াই খল্লি – মখোয় অয়াম্বনা ময়া ফৎত্তে। য়াগী চেকশিন থৌরাং অসি কয়া থৌওইদবগুম উই। ময়া পোবা মীসু য়ামনা উবা ফংই। ময়া থিনবা ব্রশ তৌবা মতমদা লৈ–খেৎনবা টং ক্লীনরসু শিজিন্নবা উদে। জাপান্দা নুপী অঙাং খাক্তনা সাইকল অসি পাকশন্না শিজিন্নে। অয়িংবা লম ওইবনা অয়ুক্তা সাইকলগী হেণ্ডল অদু শায়বদা খুৎ ইংদনবা, হেণ্ডল অনিমক্কী মতোন্দা শা-মতুগী খুৎ মোজা হাপই। মসিমক ঐখোয়দা অনৌবা ওইনা থোকই। ঐখোয়গী মণিপুরদসু, নীংথমথাদা স্কুটর নত্রগা সাইকল থৌবা মতমদা খুৎ য়াম্না ইংবদু জাপানদা খুৎ মোজাগুম্বা অমমম হাপ্নরিবা অদুম্না হাপ্লবদি য়াম্না শাফগনি নীংই।

. ফুকোকাদা লৈরিঙেদা অঙক অঙকপা নীংশিংনিংঙাই ওইরবা থৌদোক কয়া থোকখি। ঐখোয়না লৈরিবা য়ুম অদুগী হেক মনাক মক্তদা লৈনুংদা রেল গাড়ী চেল্লি। চৎমিন্নবা নুপামচা পুং য়ৈবা অমনা লৈনুংদা চেনবা ট্রেন অদু য়েংবা পুবিয়ু হায়রে। কলিকাতাদসু লৈরবনি, হয়েং য়ুমহনবদা কলিকাতাদা য়েংসি হায়বা য়াদরে। ফরে হায়দনা মথংগী নুমিত্তা অয়ুক অঙনবদা ব্রাকিং চৎপা ওইনা ঐখোয় অনিদং জাপানগী লৈনুং রেল গাডী য়েংবা থোরক্লমই। যাম্না ঙল্লি, লৈনুংদা চঙলগা রেলৱে ষ্টেসন অদুদা লেপই। মী অমত্তা লৈরমদে। স্কুলদা চৎপা অঙাং খরদি লাকই। বেলৱেগী গার্ড নত্রগা টিকেৎ শেৎপা মী অমত্তা উদে। অঙাংশিং অদুনা চঙফম ময়াদা থল্লিবা উপু অমদা টিকেট অমা থাদরগা য়াম্না খুৎলৈ থুনা ট্রেন তোংফম অদু তানা অদুম চঙখি। মদু উবদা ঐখোয়সু মী লৈতবা অহাঙবা প্লেটর্ফোম তম্না চঙই। অদুবু প্লেটর্ফোম অদু কাখৎকে তৌবা মক্তদা খঙহৌদনা য়োৎকী বার অমনা ঐখোয়গী লম্বী ফৈগাক ফৈনা থিংখি। করিসু নত্তে; ঐখোয় টিকেৎ কক্তনা প্লেটফোর্মদা চংবা য়াদে হায়বনি। মী য়াওদে, পুম্নমক ইলেকত্রিক্কি মতেংনা ওতোমেটিক ওইনা তৌরকপনি। ঐখোয় খংপেক খঙনা লেপই – নোকসু নোক্লিংই, হায়রপসু ঈকাইখি মী উব্রা হায়দনা কোইরুপ কোইরুপ য়েংই; – খঙদবা হায়বসে পঙখ্রেদা!

ফুকোকাগী গেনয়ো সিবিক হোলদা লৈরিঙে মতমদা য়ুম্বু ওইরিবা ঔচি শিরো-সানগা ঐখোয়গা য়াম্না লুনা মরূপ শান্নখি। মহাক্না ঐখোয়বু ফুকোকা

সহরগী মফম কয়াদা কোয়বা পুবিদুনা য়েংহল্লি। মহাক্কী কার মচা অদু মহাক্কী মশানা থৌরগা চৎনা চৎনা ৱারী লীরকই। মানা থৌরিবা কার মচা অদু (ঐখোয়গী মারূতি গুপ্সনি) চহি ১০ শুরে, য়েন (জাপানগী শেল) লীশিং ৫ দা য়োল্লনি হায় (ঐখোয়গী পৈশাদা লুপা লিশিং অনি রোমদনি)। য়াম্না ৱানা য়োনগদৌরিবনি, মদুগুম্বা লৈবিগদবা মীসু তাঙই জাপান্দা। কার য়োনবা কম্পনি অমনা মখোয়দগী কার অহনবা অমা লৈবা মতমদতা অমনবা অদু লৌবিগে হায়বনি — শুপ্পগী মমল ওইনা য়েন লিশিং মঙা খক পিরগা। জাপান্দা কার থস্ফমনা হেন্না ৱাই। ইংখোল শম্বল য়াম্না পীক্লা পীক্লা লৈ। ঐখোয়গী মরূপ ঔচি শিরোগী ময়ুমদা মাগী কার থস্ফম লৈতে — মাগী নুপীগী কার অমা মচা নুপীগী কার অমা থমখ্রগা। মরম অসিনা মাগী কারদি অফিসদা অদুম থম্লবনি। অৱাবদি মল্লে হায়রবসু হুন্দোকফম লৈতে। হুন্দোকপগীসু সরকারনা পৈশা লৌই। কার অমনবা অদু চপখায়রগা য়োৎ মখৈতা লৌগদবনি। চপখায়বিরো হায়রবসু য়েন লিশিং মঙা পীগদবনি চপখায়বগী মমল ওইনা। মরম অসিনা ঐখোয়না পাল্লবদি মাগী কার অদু ঐখোয়দা প্রেজেন্ট ওইনা পীরগে — নখোয়না থোকপা পুজখ্রো হায়রে। মহাক্কী চহি ১০ শুরে হায়রিবা কার অদু এয়র কন্দিসন তৌবনি অহনবগা অম্মানি। ঐখোয়গা চৎমিন্নবা নহারোল খরদি লাইবক য়েংলসি হায়রে — ঐনা খাম্বদগী তোকপনি!

লাকইবা থাঙজ নোংমাইজিং চয়োল লোইশিল্লকপা অসিৱাইদা মহাক কোরিয়াদা গোল্ফ শান্নবা চৎকনি হায়না ৱারী শারকই। মহাক্কী মরূপ অমনা শান্নসি লাউ হায়দনা বার্ত্তন তৌরকপনি — মহাক্লা এরোপ্লেন টিকেৎসু কক্লুনা থারক্লমই। মদু তাবদা ঐঙোন্দা য়াম্না ঙক্লা থোকখি। করিগীনো কোরিয়া তানা গোল্ফ শান্নবা চৎকদৌরিবা? জাপান্দা অসুম শান্নবা য়াদবরা? ঔচি শিরোনা হায় — জাপান্দা শান্নবা ঙমদে — য়ামনা তাঙই। শান্নবা মী খুদিংমক পৈশা পীগদবনি। নোংমা শান্নবগীদমক য়ামদ্রবদা য়েন লাখ ৫ ফী ওইনা থীবা তাই। মরম অসিনা জাপান্দা শান্নগদৌ শরূক — কোরিয়া, ইন্দোনেশিয়া নত্রগা মলয়াশিয়াগুম্বা মফমদা থাংজ নুমিত্তা পাইখ্রগা — নোংমাইজিং ফাওবা শান্নরগা, মথং নিংথৌকাবা নুমিত্তা অফিস কাবা নংনবা পাইরকপা — মদুনা হেন্না ওইজে। জাপান্দা মীয়াম্না খ্বাইদগী পাম্বা মশান্নদি

বেজ বোল অমসুং গোল্ফনি। হোকী, ফুটবোল নত্রগা ক্রিকেট শান্নবা থোইনা উবা ফংলক্তে। অদুবু চৎলুবা সহব নত্রগা টাউন খুদিংদা বেজ বোল শান্নবা অমসুং অচৌবা টুর্নামেন্ট কয়া পাঙথোকপা থেংনবকই। ইনাক খুনবা মী অমগী চাদিং তৌবা ঙমবগী থাক্ য়াম্না ৱাংবা লৈবাক অমনিনা, লায়ববা লৈবাক ভাবত্তগী লাকপা ঐখোয়দদি খল্লুবদা ৱাখন্না লাম্বা ফংদে। খল্লকই — মখোয়গী পৈশাসি লৈশ্রেদা হায়না।

ঔচিনা ঐখোয়বু ফুকোকা সহবগী শক্তম মথং মথং উহল্লি। জাপান্দা মতৌ কবন্না **'টরকিশ-বাঠ'** ময়াম অমা লৈবগে হায়বদু য়েংহল্লি। কোল-গার্লশিং মখোয়গী শিন্‌ফমদু ফোংনা চলাইবদা (সবকাবনা) অথিংবা লৈ। মবম অসিনা — **"সোপ-লেণ্ড"** হাযবদি সাবনগী লৈবাক হায়না কৌই। মৱপ ঔচিনা জাপানগী **"সোপ-লেণ্ড"** উহল্লি। অপিকপা গলী অমদা দুকান পবেং পবেং লৈখ্রি। মদুদা **'কোল-গার্ল'** শিংনা অবাকপা মীশিংবু ঈশিং অশাবনা ইকজবিবা মালিশ তৌবা, ................ অসুন্না পুং অমগী পীফম থোকপা পৈশা জাপানীজ য়েন লিশিং ৬ দগী লিশিং ১০ নি (মতম'দুদা জাপানীজ য়েন ১০০ গা লুপা ৩০ গা মান্নে)। শন্না হায়ববদা, ইণ্ডিয়াগী **'রেড-লাইট'** এবিয়াগুম্বনি — মখোয়না মমিং ফজনা থোনবতনি।



জাপান্দা ফংবা অঙকপা ৱাইখু কাবুতোগানি। অমোম (য়েৎ), লাবা (ওই)

শিবো ঔচি সাননা য়াম্না তাঙনা সমুদ্রগী ৱায়খু অকংবা অনিখকসু ঐঙোন্দা খুদোলপোৎ ওইনা পীবকই। মসিগী ৱাযখু মখল অসি জাপানগী মফম পুম্নমক্তসু ফংদে হায় — শুপ্পগী ফুকোকা অমদি ওকাযামাগী সমুদ্রদতা ফংবনি। জাপান মবোলদা ৱাযখু অসি কাবুতোগানি কৌই (Scientific name· TACHYPLEUS TRIDENTATUS)— মওংদি কোইবপ তৌই, মশাপুম্বা তিংখং পাল্লি, মমৈ শাংনা পাল্লি। কাবুতোগানি হায়বা ৱাযখু মখল অসিগী মবমদা নুংঙাইববা ৱাবী

কয়া মহাক্না লিবিরমই। মখোয়সি মতম লৈবা খিবিক্তা লাবা অমোম অনি পুন্না, জুরা জুরা চৎলি — থক থাদোক্লদে। ঐনা লমখুনু নিংশিংলকই — মখোয়সু মতম চুপ্পদা জুরা জুরা চৎমিন্নবনি। অমোমশিংনা লাবদগী চাউবা হেল্লি — মখোঙ মখূৎ মমৈসু শাংবা হেল্লি। লাবাশিং অসিনা অমোমশিং অদুদগী থাপ্পা থক চখোক্তে — মনাক্তা অদুম লৈদুনা শুকথা থাদোক্তে। মরম অসিনা জাপান্দা নুপীনা ঙম্বা নুপা আধামরাগী মখল অসিবু কাবুতোগানি হায়না লৌক্লে। জাপান্দগী ঐখোয়না পুরকপা কাবুতোগানি অদু মীয়াম্না য়েংবদা খুদোং চানবা হৌজিক মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়মদা থম্লি।

ফুকোকাদা লৈগদবা মতম লোইশিল্লক্লে। অসিগী মথংদি ঐখোয় য়োকোহামাদা চৎকদবনি। সেপ্তেম্বর ২৫ দা ঐখোয়গী মরূপ শিরো ঔচি-সানদগী বিদায় লৌরগা ফুকোকা থাদোরক্লে। য়োকোহামা ফাওবসি শাংথ্রবা লম্বীনি — নোংমদা থুংবা ঙম্বা নত্তে। মরম অসিনা ঐখোয়না মমাংদসু থুংলম্বা অকো হায়বা খুল অদুদা অহিং অমা লেক্লমই। ঐখোয়গী মী ২৯ তোংবা যাবা এয়র কন্দিসন তৌবা বস মচা অদুনা পুংদা কিঃ মিঃ ১২০/১৩০ গী চাংদা চেল্লকপনা অকোদা থুংবদা নুংদাং পুং ৭ তারে। জাপান্দা গাড়ীগী লম্বী চৎপগী টেক্স য়াম্না ৱাংই। সহর অমদগী অতোপ্পা সহর অমা হেক চঙলকপদা টেক্স পীবা তাই। অসুম্না লম্বীদা কয়ারক খামদুনা সহর খুদিংগী টেক্স থীদুনা লাকই। টেক্স য়ামনা লৌবা অসিমক্তা ওইরম্বা তাই — জাপান্দা লম্বী থোং য়াম্না নিংথিনা শেম্বা ঙল্লিবসি। জাপানগী মেপ য়েংবদা উবিগনি — ফুকোকা সহবনা জাপানগী কিউশু ইথৎতা লৈবনি; য়োকোমা সহরনা শিকোকু ইথৎকী মতোন্দনি। শাংলবা লম্বী অসি নুমিৎ নিনি চঙনা থৌরগা সেপ্তেম্বর ১৬ কি নুমিদাং ৱাইবম পুং ৬ তাবদা য়োকোহামাদা থুংই। ❑



য়োকোহামা হিথাংফমদা অইবা অমসুং পূংয়ৈবা রাজমনি অমসুং বোইনাও

# ২৭. য়োকোহামা (২)

য়োকোহামাদা হন্দক লাক্লিবসিনা অনীরক শুবনি। জুলাই থাদা ঐখোয় য়োকোহামা সম্মর নাইট ফেষ্টিভেল য়াওবা মফমসিদা লাক্লম্লবনি। হন্দক্কী অনীশুবা খোঙচৎ অসিদা সহর অসিদা চয়োল অমা লৈদুনা তোকিও নচিংবা মফম কয়া য়েংবগী খুদোংচাবা ফংখি।

ঐখোয়না থুংলিবা মফম অদুদগী পঙলাপ লাপ্তনা অচৌবা পার্ক অমা লৈ। অয়ুক অঙনবদা মী ময়ামগী ব্রাকিং চৎফমনি — ঐখোয়সু চৎলি। জাপানগী অয়ুক অঙনবদা হাব্রা চাবা হকচাং শাজেল তৌবা লাক্লিবা মীওইশিং অয়াম্বনা চহি লৈশিল্লবা হনুবা হনুবী ঙাক্তনি — নহাদি থোইনা যাওদে। মখোয অয়াম্বনা ময়ুমদা য়োকপা হুইনাও মচা অমমম লোইনবকই। মফমসিগী মীশিংনা ময়ুমদা য়োকপা শা-ঙাশিং য়াম্না লুনা তৌবা উই। পার্ক মনুংদা হুই পুরগা ব্রাকিং লাকপশিংনা খবব কাগজ অমনবা মচেৎ খবা অমসুং প্লাসটিক বেগ অমমম পুদুনা লাকই। মানা মানা পুরক্লিবা হুইশিং অদু খবরমচেৎ অমা থারগা মখোঙ হামদোকহল্লি। লোইরগা হুইথি অদু প্লাসটিক খাউদা হাপচিল্লগা পুখি— মফমচানা অমোৎ অকায় হুন্দোকফমদা থাদরুনবা। পার্কতা হুইথি তাহনবা য়াদে; মদু শেংদোকপা হুই মপুগী দায়ীনি। হুই ঙাওরা হুইবু থীয়ু হায়বদুমক চপচানা থবক ওইনা মখোয়না উৎলি। জাপানশিংগী সিবিক-সেন্স অসি কয়া য়াম্না ব্রাংবগে হায়বদু মসিনা শাক্কীনি।

ঐখোয়না চৎলুবা খুদিংদা মী অয়াম্বনা অয়োক হুই অমমম পুদুনা লাকপা থেংনৈ। হুইনাওমচাশিং অদু মখোয়না কয়া লুনা নুংশিনা তৌবগে হায়ববু করি করিগুম্বদা ঐখোয়দা যাম্না ঙকপা অমসুং নোক্লিংবা ফাওই। মখোয় মক্কী অপোকপা মচাগুম লোয়নৈ। কা অমা হেন্না লুনা তৌবরা নত্রগা ঐখোয়না অহানবা ওইনা উরুবদা তৌবা ওইরমগদ্রা — খঙদ্রে ঐখোয়দা অনৌবা এক্সপিরিয়েনস ওইনা ফাওখি। আইস ক্রিম অমা মপু অদুনা লৈরগা মানা অমুক চুপই; মাগী হুইনাও মচা ময়াদা থল্লগা হুইদুবু অমুক চুপহল্লি। অসুম্না

আইস ক্রিম অদু মানা লোইরিবা হুইনাও অদুগা লোইবা ফাওবা চুপ চুপ্পুনা চার্মিন্নে। জাপানগী নুপী খরনা পুরকপা হুইনাও খরদি — মচানুপীশিংদা লৈতেংবীবগুম্মা নিংথিনা লৈতেংই। হুইনাউ মচাদুগী মকোক্তা রিবোন পুনবী; মনা অনিমক্তা বত্তরফ্লাই নপশিনবী।

জাপানশিংগী তোপ তোপ্পা, অতৈ জাতিগা মান্নদবা লমচৎ অমদি — ব্রা ঙাংবসি য়াম্না অনেম্বা খোঙ্হোক্তা ঙাওনৈ। হৌনা হৌনা লাউনা ব্রা ঙাংবসি চৎনদে। বিহারী অমসুং বেঙ্গোলীশিংনা ঙাংবা ঙাক্তা তারগা লাকপা ঐগুম্বা ভারতমচা অমদদি জাপানগী অসুম্না ব্রাঙাং খোনফম মেঙবা অসি থাগৎতবা ঙমদে।

করি অমুক হায়গনি — লৈশাবী মচাশিং, মখোয় মশেল ব্রারী শারগা নোকপদু ফাওবা মখোল হৌনা খক নোক্তে।

অতোপ্পা শক্তম অমসু উরকখি — জাপানগী লম্বীশিংদা। অকাম্বা লাইরিকশিং অমসুং মথোঙ হুক্তবা ফি শেৎতবা লাই, ফোটোগ্রাফ কয়া লম্বী ময়াদা পঙয়োল য়োল্লি। অঙাং ছাত্রমচাশিং অদুনা লাইরিক অমসুং পোরনোগ্রাফিক মেগজিনশিং অদু ফাক্তুনা য়েংদুনা লৈ — কনাসু করিসু হায়নদে। জাপানগী সমাজ মপা মপুগী পরম্পরা য়াম্না ঙাক্না লৈবা ওরথোডোক্স ওইবা সমাজনি অদুবু অসুম্না ফিজেত্তবা ফোটো, লাইরিক অমসুং মেগজিনশিং য়োনবদা অথিংবা লৈতে। ঐখোয়গী ভারত্তা ওইরবদি য়ারোই — পুলিসনা শোয়দনা ফাগনি। মসিমক ঐঙোন্দা অঙকপা অমা ওইনা থোকই।

সেপ্তেম্বর ২৯ নুংদাং পুং ৭/৮ তাবা অদুব্রাইদা তোকিওদা লৈবা ভারতকী রাষ্ট্রদুত শ্রীকুলদিপ সহদেব অমসুং মাগী নুপীনা মণিপুরদগী লাকপা জগোয়গী কাঙবু ঐখোয়দা রিসেপসন অমা পীবীগনি হায়না পাউ থাবিরকই। নুমিৎ অসিদা মণিপুর বিধান সভাগী অধ্যক্ষসু তোকিওদা থুংদুনা লৈরমই। (ব্রাঃ নিপামচানা মতমদুগী অধ্যক্ষনি) মথঙগী নুমিত্তা ভারতকী রাষ্ট্রদূতনা ঐখোয়বু চাককৌবগী থৌরম অদু নুংদাং পুং ৭ $\frac{1}{2}$ দনি। অদুবু অয়ুক পুং ১১ তাবদা চাক ঙস্তা চাথোক্লগা লম য়েংবা ওইনা ঐখোয় ময়াম তোকিও সহর য়েংবা থোরক্লে। ঐখোয়না লৈরিবা য়োকোহামা সহরদগী তোকিও ফাওবা পুং

অমারোমতগী লম্বীনি। নুংথিল পুং ২ তাবদা তোকিওগী খ্বাইদগী মমিং লৈরবা মফম 'গিনজা' দা থুংই। জাপানগী মনুংদা লমগী মমল খ্বাইদগী তাঙবা থোইদোক্লা অকে অমৌ অমসুং ফেসনগী মফমনি। লম বর্গ মিটর অমগী মমল য়েন' মিলিয়ন কয়ানো মখোয়না পীরিবা! গিনজা হায়রিবা লম্বী অসিদা সরকারগী অফিস কয়ামরুমসু লৈ। ভারত সরকারগী টুরিজমগী অফিসসু গিনজাদা লৈ। টুরিজম অফিসকী ডিরেক্তর — পূর্ণিমা শাস্ত্রীগা উন্নদুনা ৱারী ৱাতায় কয়া শানরকই।

তোকিওগী গিনজা স্ত্রিৎ ঐঙোন্দদি করিসু থোইনা হেনবা ফাওদে — ঐখোয়গী দিল্লীগী কোনোট প্লেস গুম্বনি। শুপ্পগী লমগী মমল তাঙবা য়াম্না হেল্লি। হেনফমসু থোকপনি মসিদা থোইনা ঙকনিংঙাই লৈতে। মরমদি অপিকপা ঈথৎ ওইবা মরম্না লৈতেম মান্নবা লম জাপান্দা মরাঙ কায়দে। ঐখোয় মতম খরা কোয়চৎ চত্তুনা য়েংলবা মতুংদা নেতাজী সুভাষচন্দ্র বোসকী উৎ থল্লি হায়রিবা তোকিওগী রেংকোজী লাইশং পাংলক্লে। রেংকোজীগী মকোক থোংবা পুরোহিত — মখোয়না তেম্পলগী চিফ মিনিষ্টর কৌই — রেভরেণ্ড কোশি মোচিগুকিনা নেতাজি গী উৎ হাপ্পা কোরীগী খুজাই অদু ঐখোয়বু উহল্লি। লৈ-শু কৎত্তুনা অমসুং আগরবতি চুখৎত্তুনা ঐখোয়না নেতাজীদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎলমই। পুরোহিত অদুনা নেতাজীগী মরমদা জাপান মরোলদা ইবা লাইরিক অমসু খুদোনপোৎ ওইনা পীরকই।

তোকিওদা মতম অদুমক্তদা ইণ্ডিয়ান ফোক লোর একজিবিসন অমা তৌরম্বগী তাঞ্জা লৌদুনা ঐখোয়সু উৎলিবা ময়াম অদু য়েংবা চৎলুই। অদুগী মতুংদা ইন্দো-জাপান ফ্রেন্দসিপ এসোসিয়েসনগী ডিরেক্টর জেনেরেল এসঃ মিসমি উন্নবা চৎলি। মহাকনা মণিপুরদগী লাকপা ভারতমচা ঐখোয়বু চাগী পার্টি অমা পীদুনা তরাম্না ওক্লমই। ঐ ইশামক ইন্দো জাপান ফ্রেণ্ডসিপ এসোসিয়েসন মণিপুরগী মেম্বর অমনি। এসোসিয়েসনগী সেক্রেটরীনা ঐহাক জাপান্দা চৎকনি তাবদা মণিপুরগী মরমদা ইবা লাইরিক খরা প্রেজেন্ত পীবীরমউ হায়দুনা পুরমই। লাইরিকশিং অদু এসঃ মিসমি-সানদা পীবা মতমদা মহাক্না য়াম্না হরাওবা নুংঙাইবা ফোঙদোরকই। ঐখোয় অনি ঙহাক ৱারী শানদুনা সংস্থান অসিনা ভারত অমসুং জাপান লৈবাক অনিসিগী মরক্তা মরূপ-মপাং

ওইবগী তৎন থানবা লৈত্রবা মরি থম্নবা থৌদাংগী মরমদা খন্নরমই। ঐনা হায়জরমই — মণিপুরদগীদি ঐখোয়গী জগোয় মফম কয়াদা উৎলরে। মতৌ অসুম্না মণিপুরদসু জাপানগী কলা-সংস্কৃতিগী শক্তম কয়া উৎনবা শিনবিরবদি লৈবাক অনি অসি হেন্না নকশিন্নবা হোৎনবদা মতেং য়াম্না ওইগনি। মহাকসু য়াই — হয়েং নংনা ইম্ফাল য়ৌরগা ইরকউ হায়বিরকই।

মথং মথং মী ময়াম অসি উন্নবদা নুংদাং পুং ৭ তারে — ভারতকী এম্বেসিদা চৎপা মতম ওইশিল্লক্লে। ঐখোয়না এম্বেসি য়ৌবদা এম্বাসাদরগা মাগী লোয়নবীগনা মণিপুরগী কলাকার ময়াম্বু তরাম্না ওকপিরমই। এম্বাসাদরগী পার্টি অদু মী পণ্ডয়াম য়াম্না তিল্লমদে — মহাক্কা লুনা তিন্নবা মরূপ খরতমক লৈরমই। মখোয়দুগী মনুংদা মণিপুরদসু কয়ারক হন্না লাক্লম্বা মিঃ সৈ য়াওরমই। মদুদা তিল্লম্বা অতিথি খরা অদু মৈতৈগী জগোয় ঈশৈনা মীয়াম্বু পেলহনখি। থোইদোক হেন্দোক্লা থাবল চোংবীগী অরোইবা আইতেমদা ভারতকী রাষ্ট্রদূত কুলদীপ সহদেব, মহাক্কী লোয়নবী অমসুং জাপানগী অতিথী পুম্বা লোয়ননা য়াওশিন্দুনা য়াম্নমক নুংঙাইবা কুশ্মে অমা ওইখি। হরাও কুশ্মে লোয়রদুনা হৌজিক চাক চাবা মতম য়ৌশিল্লক্লে। নুমিদাং অদুগী চাক ইনশাং অদুসু খক কাওবা ঙম্লোই মরমদি মতম কুইনা ভারতকী চাক ইনশাং চাবা ফংদনা জাপানগী মফম কয়াদা কোয়রুরবা তুংদা নীংথিরবা মথেলশিং পলাউ, পনীর থোংবা, য়েন থোংবা, রাইতা, নানকী রোতী, মাখনদা শোক তৌরবা হব্রাই মুগ, সবজী থোংবা — মদু চাবা ফংবা অদুদি .......। অরোইবদা সুইট দিশ ওইনা গুলাপ জামুন/রসোগোল্লা পুথোরকই। মৈতৈ ময়ামনা রাষ্ট্রদূতকী চাক্লেন অদু য়াম্না থব্রায় তানা চামনবদুদা ঐনা চীংনরকখি — মানা করি খল্লমগদবা !

রাষ্ট্রদূত অমসুং মাগী লোয়নবীদগী বিদায় লৌরগা ঐখোয়গী লৈফম য়োকোহামাদা হল্লকপদা নুমিদাং পুং ১১ $\frac{1}{2}$ তারে। মণিপুরদগী কলাকার খরা লাকই তাদুনা য়োকোহামাদা থবক তৌদুনা লৈবা মৈতৈ মচা অমা (রাজেশ, য়াইস্কুল) ঐখোয় ময়াম্বু উন্নগনি হায়দুনা ঙাইদুনা লৈরমই। নুপামচাসি মশামক ইলেক্ট্রোনিক ঈঞ্জিনিয়রনি — য়োকোহামাদা কম্পুটর ফার্ম অমদা থবক তৌদুনা

লৈবনি। মৈতৈমচানা থাপ্লবা জাপান্দা থবক তৌদুনা লৈরম্বদা পুক্লিংদা য়াম্না নুংঙাইবা ফাওখি। মহাক মথন্দনি জাপান্দা থবক তৌদুনা লৈবা মৈতৈ মচা। ইংলণ্ড আমেরিকাদা য়াবগুম জাপান্দা মীরৈবাক মচাশিং ইরাই লায়না হেক থবক অমা তৌবা য়াদে। জাপান সরকারগী পোলিসিনি — মীরৈবাক মচা অমত্তা লৌদে — মখোয়গী লৈবাক্কী মী শেমগৎলি। মখোয়গী লমগী মীশিং তোঙান তোঙানবা হিরমদা মীরৈবাক্তা ট্রেনিং থারুরগা মরমদমগী শেমগৎ শাগৎপদা মতেং পাংহল্লি। মীচা য়োক্কদৌ শক্তক ঈচা শেম্বনা ফৈ হায়বা পাওরৌদু জাপান্দদি পাউরৌ নত্তে, চপচানা থবক ওইনা পাঙথোকপনি।

ওক্টোবর ১ দা তোকিও সহরদা মৈতৈগী জগোয ঈশৈগী থোইদোক্লা মপুঙ ফাববা কুম্মৈ উৎখি। নুমিৎ অদুদা ভারতকী রাষ্ট্রদূতসু ঐখোযগী কুম্মৈ য়েংবা লাকখি। তোকিওদা উৎলম্বা কুম্মৈ অদুনা খ্বাইদগী চাওনা থৌবাং তৌবা শো অমনি হায়বা যাই মরমদি মদুদা লাখিবা মশক নাইবা জাপানগী মীওইশিং মশিং যামখ্রে। ঐখোযগী কুম্মৈ অদু তোকিওগী ‘সুমিদা রিভরসাইদ হোলদা নমস্তে




ইণ্ডিয়া’ কৌবা সংস্থান অমনা শীনবনি। হোল অদুগী মমাঙদা নুমিৎ অদুমগী ওইনা হাংদোকখিবা হোটেল বেস্তোবা, পোৎচৈ য়োনবা পোৎফম মচা কয়া অদু য়েংলুবদা মফম অদু ভারতকী বাজার অমগী শক্তমগা চপ মান্নখিবনি। পোৎফম ষ্টোল ময়াম অদুদা য়োল্লিবা পোৎচৈ ময়াম অদুসু ভারতকী পোৎ ঙাক্তনি। কুম্মৈ য়েংবা লাক্লিবা মীশিংনা য়াম্না পাম্না লৈনবি। কনানা সাড়ী লৈ; কনা অমনা শলৱার কমিজ খুজি, পাজামা, শান্নপোৎ ....... পোৎফমশিং অদু মীনা ক্রিক ক্রিক ইন্নে।

নাকন অমদা বেষ্টেবেন্ট ময়াম অমা পরেং পরেং লৈখ্রি — মদুদা ভারতকী ওইবা অচা অথক হায়বদি তন্দুরী রোতি, তন্দুরী চিকন, নানকী রোতি, সমোসা, পকোরি নচিংবা য়োল্লি। ঐনা চঙশিন্দুনা য়েংলুই — করম্না তন্দুরী রোতি অমসুং তন্দুরী চিকন জাপান্দা শেম্বগে হায়বদু। মখোয়গী তন্দুর (লৈরং) দি

(য়োৎ) স্তিলনা শাবনি – লৈপাক্লা শাবা তন্দুর নত্তে। ভারত্তা শিজিন্নরিবা তন্দুর পুন্নমক লৈপাক্লা তাদুনা শেম্বা লৈরংনি। অচা অথক য়োনফম হোটেল ময়াম অদুসু ভারতকা মরি লৈনবা মমিং ঙাক্তা থোল্লি – লুম্বিনি, মোটি, গন্ধারা .... অসিনচিংবা। মসিদা য়োল্লিবা ভারতকী অচা -অথকশিং জাপানগী মীশিংনা য়াম্না পাম্না লৈদুনা চানৈ। হোটেল খরদি অসুক্কী মতিক মী য়ামখ্রে শাংনা **'কিউ'** দা লেপ্পরি।

ঐখোয়গী কুম্মে হৌদ্রিঙৈদা – জাপানগী নুপীমচা অমা ঐখোয়গী ফি শেৎফম ড্রেসিং রুমদা চঙলক্তুনা মৈতৈ নুপীমচাশিংগা উন্নরি। মহাক ইংরেজিসু লোনবা ঙমই, হিন্দীসু নিংথিনা ঙাঙই। শ্রীমতি চিহিরো খোইসো অসি ব্রাধাদা লৈদুনা হিন্দী তম্লম্বনি। মতম অদুদা মৈতৈ নুপীমচা খরগা মহাক্কা মরূপ শান্নখিবনি। মখোয়না তম্বিদুনা মৈতৈ ঈশৈসু শকপা ঙমই হায় অদুনা মণিপুরীশিংবু য়াম্না পামজৈ অমসুং নুংশিজৈ। "মৈতৈরোলগী নঙনা খঙই হাযবা ঈশৈদু মতেক অমত্তং শকউ তাশিদনা" – ঐনা হায়রমই। মহাক্লা মাযথোংদি মোমোন মোমোন নোক্লদুনা খঙহৌদনা শকলকই – নোংমাইথেম পাহাড়ীগী

খোম্লাং লম্মন শিংঙমলোই নঙগী
নুংশি চাউবী হে ইমা।
চীংদা কাদুনা শীংজনবা
পাৎতা কুমদুনা লোংখোনবা ............

জাপানগী নুপীমচা অমনা মৈতৈরোলগী ঈশৈ .......... মদুসু থাপখ্রবা তোকিও সহরদা। চৎলিবা মৈতৈমচা পুম্বা শ্রীমতি খোইসোগী ঈশৈনা শুমহৎখি। কয়াদা নুংঙাইবা অমসুং তুজুংবা। মহাক হৌজিক পুনে ইউনিভর্সিটিদগী ডাক্তরেট ফংলে। ঐনা ইম্ফালদা য়ৌরবা কালদা মহাক্লা চিঠি থারকই – মাগী মরূপ থম্বালতোম্বী কৌবা অমা খুরাইদা লৈবনি – মদু থিরগা মাগী তশেংবা ঠিকানা অদু চানবিদুনা অমুক্তা থাবিরকউ হায়রকই। য়াম্না থিরবা মতুংদা থম্বালতোম্বীগী লৈফম খঙবা ঙমখি। মতম কুইনা কায়নরুবা মরূপ অনি – অমনা মণিপুরদা অমনা জাপান্দা – ঙাসদি নৌহৌনা অমগা অমগা চিঠি ইনবা ঙম্লে।

ওসি তোকিওদা লাকপদদি চাবা থকপা য়াম্না নীংবা থুংলে মরমদি ভারতকী চাক ঈনশাং মথেল মথেল ফংবনিনা। চাক, সবজী, মটন কবাব, তন্দুরী রোতি ...... মরাও কায়না ঐখোয়দা পীজরমই। চাবা থকপা লোয়রবা তুংদা ঐখোয়গী লৈফম য়োকোহামা তানা অহিংদা হল্লকই। পাবিরিবশিংনা খঙনিংলমগনি – শো উৎপা লোইরগা করিগী তোকিওদা লেক্তুনা লৈতবনো হায়না মসিগী মরম ওইবা মরমদি লৈফম লৈতে – লৈফম য়াম্না তাঙই। ঐখোয়গী মী ১৯ না তোকিওগী হোটেল অমদা অহিং অমা লেকপা তারবদি য়ামদ্রবদা লুপা লাখ অমগুম্বা খরচ তৌবা তাই! মরম অসিনা কলাকার ভোলুন্টিয়রশিংনা শেল তিংদনা থম্বিবা য়াবা মফম য়েংলগা ঐখোয়গী লৈফম শীনবনি।

ওক্টোবর ৩ অমসুং ৫ দা পেসিফিক ওসিন (প্রশান্ত মহাসাগব) ময়াইদা লৈবা পীকখ্রবা ঈথৎ মচা অনিদা চত্তুনা মৈতৈগী জগোয় উৎলুগদবনি। মদুগীদমক ঐখোয় শেম শারমই। তোকিও প্রিফেকচরগী মনুংচনবা পীক্লবা ঈথৎ মচা তরুকখক লৈ – ওশিমা, তোশিমা, মিয়াকোজিমা, মিকুরাজিমা, হাচিজোজিমা অমসু ঔগাশিমা কৌই। অহানবা কুম্মৈ ওক্টেবব ৩ দা হাচিজোজিমা ঈথৎতা উৎকদবনি। ❑



হাচিজোজিমা ঈথৎ

# ২৮. হাচিজোজিমা

হাচিজোজিমাদা চৎপা তারবদি তোকিওগী হিথাংফমদগী জাহাজ তোংগদবনি। ঐখোয় য়োকোহামা থাদোক্লুনা লাকপনা নুমিদাং পুং ৮ তাবদা তোকিওগী হিথাংফমদা থুংই, পুং ১০ $\frac{1}{2}$ তাবদা জাহাজ তোংখৎলে, হাচিজোজিমা পাংলক্লে। হাসেগাৱা-সান অমসুং মাগী মচানিপা মুন্নাসু ঐখোয়গা লোয়ননা চৎলি। জাপানগী নেশনেল রেডিও, এনঃ এইচঃ কেঃ গী (নিপোন হোসো কোক্লকাই হায়বনি) মীহুৎ অমসু ঐখোয়গা লোয়ননা চৎলি। কেইতা হাসিমোতো সান চহি ২৪/২৫ গী নহানি, মতম চুপ্পদা নোক্লুনতা লৈবা য়াম্না তিন্নবা নুংঙাইবা মীশক অমনি। ঐখোয়না থোংবা চাক ইনশাং অদু মাসু চামিন্নবে।

হাচিজোজিমা ঈথৎ তানা লাকপা অসিনা পুন্সিদা ইহান হানবা ওইনা অচৌবা জাহাজ তোংবগী খুদোংচাবা ফংজখি। চাউরবা জাহাজ অদুনা ঈথক ইপোম অমসুং অহিংগী অচীকপবু থুগাইদুনা লাউ খোংদুনা সমুদ্রদা চৎপদু পুক্লিংদা অকিবা তুজুংবা ফাওদবা নত্তে। মপান্দা থোক্লুনা জাহাজগী মথক থংবা ফম্বাক (দেক) তা সমুদ্রগী অঙাওবা ঈথক ইপোম ময়ামদু য়েংবগী ফজবা অদু তোপ তোপ্পা মখলগীনি – পুন্সিদা অমুক্তা উজদ্রি। কোকসু ঙাওফিং ঙাওফিং তৌরকই – জাহাজ অদুনা নোম্বা হাইবা অদুনা ওইরমাল্লে। অহিং চুপ্পা জাহাজ তোংদুনা চৎপনা মথংগী নুমিৎ ওক্টোবর ৩ গী অয়ুক পুং ৯ $\frac{1}{2}$ তাবদা হাচিজোজিমাগী হিথাংফমদা থুংলমই। ঐখোয়বু ওকপা মী কয়ামরুম লৈরমই, মখোয়না পুরকপা কারশিং অদুনা ঐখোয়বু ঐখোয়গী লৈফম তানা পুরমই।

হাচিজোজিমা ঈথৎ অসি কিলোমিটর ৬০ রোম্না কোয়বা অপিকপা ঈথৎনি। মীশিংসু য়াম্বা নত্তে; শুপ্পগী লিশিং ১০ রোমদনি। চহি লিশিং কয়ামরুমগী মমাঙদা মৈগী চীংদগী চেম্থরকপা লাভানা কনশিল্লগা শেমখিবা ঈথৎনি। হৌজিকমকসু মচিনদা মৈ থোক্লিবা অহিংবা মৈগী চীং অমা মফমসিদা

লৈরি। মুশুক মুবা নুংগায় ঙাক্তা ঙায়বা লমনি; পোৎ-চৈ ঈনশাং নাপী ফৌ-চেং থাবা য়াবা লৈপাক নত্তে। মফমসিদা লৈরিবা মীশিংগী শিনফমদি ঙা ফাবনি। ঈথৎ অসিগী শেল লাকফমসি লমকোয়বা টুবিষ্টশিংদগীনি।

অকোয়বগী দৃশ্য পূক্লিং হুনা ফজে-সমুদ্রনা পুমশং শংনা লৈখ্রি মায়কৈ মরিদা। সমুদ্রগী ঈশিং মথক্তা সর্ফ রাইদর কয়ানা, টুরিষ্ট কয়ানা লাক্লুনা শান্নরি—কনানা "স্কি" তোংলি, কনানা হি হোল্লি। থাপগ্রবা সমুদ্র ময়াইদা লৈব ঈথৎ মচা অসিদা আমেরিকাদগী লৈশাবী অনিখকসু লৈরমদুনা উন্নে-মখোয় ইংরেজী তম্বিনবা ওঝানি। হৌজিক জাপানগী হৌরক্লিবা চারোল অসিদা ইংরেজী লোল কন্না তম্বিবা হৌরে। মমাংঙৈদদি ইংরেজী লোল জাপান্দা থোইনা তম্নরমদে অদুনা ইংরেজী লোল ইবা পাবা লোনবা ঙস্বা মী মশিং য়াম্না লীকই। হৌজিক্তি মখোয় ইংবেজী লোল অসি হৈত্রবদি পৃথিবীগী মী ময়ামদগী তোঙান তারগনি খংলবগুম লোল অসি থব্রায যাওনা তম্নবা হৌরে।

হাচিজোজিমাদা ঐখোয়গী জগোয় উংনবা অচৌবা হোল লৈবমদে। মবম অদুনা মফমদুগী জিম (জিমনাসিয়ম-শান্নফম, হকচাং শাজেল তৌফমগী মাণ্ডপ কুম্বা অচৌবা য়ুম। জাপানগী মফম খুদিংদা "জিম" লৈ। মখোযনা শান্নখোৎনবদা কয়া য়াম্না পুক্লিং থৌগৎপগে হায়বদু মসিনা তাকই) অমদা য়োৎকি চৌকি ময়াম থাবগা নোংমদুগী ওইনবা শেমই। ঐখোযগী জগোয় য়েংবা মীসু মতিক চানা লাকখি। ঐখোয়সু থব্রায় যাওনা শাখি — জাপানগী সমুদ্র ময়াইদা লাই হবাওবগী জগোয়। "চেক্লা পাইখববনা পোশ্নী হঞ্জিল্লকপদা/ চেক্লাগী কাইদোংফম খংদবনা/পোশ্নী ককঙাওনরেদো/ শাবী ইনেমচা পাম্মুবী ......" পেনাগী সুরদা মৈতৈগী খুন্নুং ঈশৈগী খোঞ্জেলনা সমুদ্র মযাই অদু পুমনিল নিলখি। মদুনা ঐগী খ্বাইদগী নুংঙাইজবা অমসুং চাউথোকচবা মিকুপনি। ইথন্দা খঙখি — মতুংদা কনাসু অমুক হন্না লাকপা ঙমগনি থাজদ্রবা থাপ্লবা সমুদ্র ময়াই অসিদা মৈতৈগী কলা সংস্কৃতি ঐখোয়না পুরক্লে — উহল্লি — মীশিংনা পাম্নরে। অসিদগী হেন্না নুংঙাইবা করিনো ? ঐখোয়না জাপান্দা লাকপগী মহৈ চপচানা ফংলে — মৈতৈগী কলচর জাপানগী কাচিন কোয়া ফাওবা শন্দোকপা ঙস্লে।

কুম্মৈ উৎপা লোয়রে – ঐখোয় চৎলগে ঐখোয়গী লৈফমদা চাদুনা থক্তুনা পোত্থাদুনা লৈজরুরগে হায়বসিমা য়াদরে। ঐখোয়না চৎলুবা মফম খুদিংদা শো উৎপা লোয়রগা ময়াম পুন্না ফম্মিন্নদুনা পার্টি তৌবা অসি য়াম্না কন্না চৎনৈ। য়াম্না ৱানা জগোয় শারুবা নুমিত্তদি মখোয়গী পার্টি অসি য়াওরুগনি হায়বা ৱাখল অসিনা অরুম্বা পোৎলুম অমনি। করিগুম্বদা শাওনিংবসু য়াওরকই। অদুবু সমুদ্র ৱাংমা লান্না লাক্লবনিনা তৌফম থোকপা ব্যবহার অমসুং লমদম অদুগী চৎনবী সম্মান তৌবা তাখি। পার্টিদা মখোয়না য়াম্না পাম্না



হাচিজোজিমাদা লৈবা অহিংবা মৈগী চীং

– চা ফিকা, চিনি থাক্তবা চাঙাং অসিনি; মখোয়না 'ওচা' কৌই। মথংদা 'বিয়র' অসিনা ঈশিং ওইনা হৈথবনি; জাপান্দদি ঈশিং থক্লদে হায়বফাওবা থোইনা লাল্লোই। ঐখোয়গী য়ুম্বু অদুনা ঐঙোন্দা সিঃ ডিঃ (কমপেক্ট ডিক্স) কেসেট অমা খুদোল ওইনা পীরকই। জাপান্দা লৈরিবা উচেক মখল কয়ানা বিতু হোংলকপগী মতুংইন্না মখোয়না খোংবগী মখোলশিং অদু রেকোর্ড লৌবা কেসেটনি। উচেক খোংবগী মখোল ঙাক্তগী অতাঙবা কেসেৎনি। ফজববু মশক খঙবা ঙম্বা মরূপ-মপাং খবদা কেসেট অসি খোংলগা তাহল্লি – মখোয়সু য়াম্না অঙকপা নুংঙাইবা অমা ফাওখি।মথংগী নুমিত্তা অমুক অতোপ্পা ঈথৎ মচা অমদা জগোয় উৎলুনবা থৌরাং তৌরমই। চৎকদৌরিবা ঈথৎ অদুগী মমিং আউ-গা-শিমা কৌই – অর্থদি শংবান্নবা ঈথৎ হায়বনি। ঐখোয়না আউগা-শিমাদা উৎকদৌরিবা জগোয়গী প্রোগ্রাম অসি য়াম্না মরূ ওইবনি মবৰ্মদি মমাঙদা কনাসু উৎখিদ্রি মতুংদা অমুক মৈতৈগী জগোয় কাঙলুপ অমা মুক লাক্কনি হায়বসু থাজবা ঙমদে। মরম অসিনা কলচরেল গ্রুপ অসিবু শিল্লিবা রতন থিয়ামসু ইম্ফালদগী পাইরক্তুনা হাচিজো-জিমাদা থুংলরে। হয়েংদি মহাক্না লোয়ননা আওগা-শিমা ইথৎতা পুন্না চৎমিন্নদুনা প্রোগ্রাম পীরুগদৌরিবনি। ❑

# ২৯. আউগা-শিমা

আউগা শিমা ঈথৎকী পাকপা চাওবা বর্গ কিলোমিটর ৯ খক্তনি। হাচিজোজিমাদগী আউগাশিমা ফাওবা ঐখোয় হেলিকোপ্টরনা পাইরমই — শুপ্পগী মিনিট ১৫ রোমদমক চঙই। হেলিকোপ্তর মচানি অদুনা ঐখোয়বু অনীরক থোক্না হোল্লি। য়াম্না পীকপা ঈথৎনি — শুপ্পগী য়ুম্নাক ১৪, মীশিংনা ২০০ রোমদমক লৈবনি। হেলিকোপ্তর মথক্তগী য়েংথবদা য়ুম ৫/৬ খক ময়াইদা পুল্লপ লৈবা উরকই — ঐখোয়গী মণিপুরগী চীংগী খুলশিং নিংশিংলকই। মতম কুইনা মণিপুর থাদোক্তুনা মপান্দা লৈরুবা মৈতৈমচা খুদিংমক এরোপ্লেন তোংদুনা ইম্ফালদা হল্লকপা মতমদা কনানো মখাদা য়েংথদবা ওন্বা? প্লেন মথক্তগী যেংনৈ — ও! ঈম্ফালগী লম উবে; চীংমীশিংগী খুল মচা মচা চীংদোন্দা লৈবা উবকই — মণিপুরবু খংনুং নুংশিরকপা ফাওখি। আউগা শিমা ঈথৎ অসি মৈগী চীংদগী চেন্থরকপা লাভানা চহি লিশিং কয়া কনশিল্লগা ওইখিবনি। নোংথক্তগী য়েংথরকপদা চীংদুম মচা অমগুম্না উই; সমুদ্রগী লৈমায়দগী মতুম ওইনা পুল্লপ খংফাও ফাওগৎলকপগুম উই।



আউগা-শিমা ঈথৎ

ঐখোয়না হেলিপেড তা থুংবদা হাসেগাৱা-সাননা লুচিংদুনা ঈথৎ অদুগী থৌ পুবশিং ঐখোয়বু ওক্লমই। মখোয় ইংরেজী অমত্তা খঙদে, শুপ্পগী ওঝা নুপী অমত্তং য়াওরমই খঙবা। অতোপ্পা নুপা অমদি (হিউচি অকিনারি) হিন্দী ফজনা ঙাঙই। মহাক ইং ১৯৯২-৯৩ দা মাদর তেরেসাগী কলিকাতাদা লৈবা মিসনরি ওফ চেরিটিদা ভোলুন্টিয়র ওইনা চহি অমা হেন্না লৈরুরবনি। থাপথ্রবা

সমুদ্র ময়াই অদুদা হীন্দী লোনবা জাপান অমা থেংনবদা হায়রপ নুংঙাইনা ঙকখি। আউগা শিমা ঈথৎ অসিদা লৈরিবা মীশিং অসিগী পুন্সি অমসুং মখোয়গী হিংনবগী লম্বী অঙকপনি। চীংদৌনা ৱাংলবা, নুংশিৎনা কন্না হুন্নবা ঈথৎ অসিদা করিমত্তা ফংদে, পোখোক অমত্তা লৈতে। শুপ্নগী ডেরী (ষন লোইবা) গী থবক খর খর তৌই; মদুনসু হিংবা ঙম্বা নত্তে। তোকিওগী সরকারনা পোৎ খুদিংমক অহোঙবা মমলদা সবসিদাইজ তৌরগা য়োক্তুনা থাক্তুনা থম্বা ঈথৎনি। দরকার লৈবা পোৎ পুম্নমক তোকিওদগী অহোঙবা মমলদা থারকপনি। করি করিগুম্বা থক্লবা ঈশিং ফংদবা চহিদদি, থক্লবা ঈশিংফাওবা জাহাজনা ঈথৎ অসিদা পুরকই। মফমসিদা ওঝা অনিখক লৈ; মখোয়গী তলব, য়ুমগী লৈনবা ভাড়া ফাওবা তোকিও সরকারনা তংখায় অমা পুই। পাবিরিবশিংনা শোয়দনা ঙক্লমগনি — ঐসু ঙকখিবনি, মরমদি শুপ্নগী য়ুন্নাক ১৪ অমসুং মীশিং ২০০ খক সরকারনা শেল অসুক তিংনা আউগাশিমাদা কবিগী য়োক্তুনা থম্বনো ? মী খুজোক অমসিগীদমক ঐখোয়বু করিগী মফম অসিদা কলচরেল প্রোগ্রাম পীনবা কৌবনো ? ৱাহং ময়াম অসিগী পাউখুম মথং মথং পীজরক্কে।

মখোয় মী ২০০ রোম অদু মফম চাবা লম্বী থোং ফবা জাগা অমা য়েংলগা পুল্লপনা ময়ুম হোংহনবা য়াদবরা ? য়াদে, লৈরিবা মী খরসিনা ঈথৎ অদু থাদোক্তুনা চৎসি হায়বা শুকয়া য়াদে মবমদি ইপা-ইপু হাক্তক্তগী, মীরোল কয়াদগী লৈরক্লবা, ইপা ইপু কয়া মথ্মাই মাঙখ্রবা ঈথৎনি। য়াম্না নুংশিবা থায়নগী ৱাবী অমা লৈ — ৱাবী অদুমক আউগাশিমাগী ইতিহাসনি। চহি লিশিং কয়াগী মমাঙদা ঈথৎ অসিদা মৈগী চীং অমা পোকখায়রকই। প্রজা ময়াম মাগী মাগী জীব হিংনবা চেন্নবা থৌরাং তৌনরমই। তৌইগুম্বসুং মীনা যাম্মনখিবনা হি অমদা লোইনা চন্দরে। অচনবা খরা অদুনা হিদা চৎখরে — উপাই লৈতে, তোংবা চন্দবা মী কয়ামরুম ঈথৎ অসিদা অদুম লৈহৌরে। মখোয়দুগী মরাইবক করি ওইরম্লগদগে হায়বদু হায়দ্রসু খঙবিরবনি। চীংদগী শৌদোরকপা মৈ হৌরবা লাভা মহিদা মখোয় পুম্বা মথ্মায় থাখি। হৌজিক ঈথৎ অসিদা লৈরিবা মীশিং অসি শিখিবশিং অদুগী চাদা-নাওদা ঙাক্তনি। মখোয়গী মপা মপুশিংনা য়াম্না ৱানা, শিঙম নাঙমদনা শিখিবা মফমনি - মফমদু খক

থাদোক্লোই হায়বসি মখোয় খুদিংমক্কী মাশক্তি। মরম অসিনা তোকিও সরকারনা অফবা মফম অমদা হোংলসি হায়না হন্ন-হন্না থেম্বদা য়াদ্রবনি অদুবু মখোয়গী হিংনবা শুফম-চৎফম নত্রগা লৌ উফম লৈতবনিনা তোকিও সরকারনা থাক্তুনা থল্লিবনি। মীশিংনা ষন লোইদুনা শঙ্গোম খর ফংই, মদুনদি হিংবা ঙম্বা পোৎ নত্তে। য়াম্না ঙকপা পোৎ অমগা ঐনা উরকখি। ঈথৎ অসিদা মীনা ২০০ লৈবা হৌদোংদি ২০০/৩০০ রোম লৈ। মফম খুদিংদা, লম্বীদা, লম্মাংদা হৌদোংগী হৌদোং ঙাক্তা। আলফ্রেদ হিচকোকক্কী হোরর ফিল্ম নিংশিংলকখি। হৌদোং ময়াম অসিনা নোংমা নোংমগী মশিং হেনগৎলকপগী মতুংইননা চানীংঙাই লৈরক্রবদি নোংমদি ঈথৎ অসিদা লৈরিবা মী খর অসি হৌদোংনা লোইনা চাথোকখিবা য়াবগী অকিবা লৈতবরা ?

ঐঙোন্দা থোইদোক্লা ঙক্লা থোকখিবা অমদি — করিগীনো মী ২০০ লৈবা ঈথৎ মচা অসিদা ঐখোয়বু হেলিকোপ্তরদা পুদুনা শেল অদুক য়াম্না খরচ তৌদুনা জগোয়গী প্রোগ্রাম শিল্লিবনো ? হাসেগাৱা-সাননা খুল্লকপা পাওখুম অদু নিংশিংনীংঙাইনি অমসুং মদুমক জাপানগী কলচররেল পোলিসিনি হায়বা যাই। মহাক্লা হায় কলচর হায়বা পোৎ অসি অচৌবা সহরদা লৈবা মী খরতগী ওইগদবা পিবা-ফম নত্তে।

ঈথৎ অসিদা হৌজিকসু মৈগী চীং অমা লৈরি — মদু য়েংলুসি হায়দুনা ঐখোয় চৎলি। মফম অদু অৱাঙবা চীংনা কোয়শিনদুনা খুদেং শানা লৈ। চহি কয়াগী মমাঙদা মৈগী চীংদগী চেন্থরকপা লাভানা কনশিনখ্রগা ওইরকখিবা চীংনি। মৈগী চীং অদুগী মফম কয়াদা মৈখু কারকপা উবা ফংই। মদুনা তাকপদি চীং মনুংদা মৈ চাক্লি হায়বনি। হৌজিক মফম অদু লমকোয়বা লাকপা টুরিষ্টশিংগী য়েংফম ওইনা থল্লি।

মৈগী চীং অদুগী চীংখোংদা **'সৌনা-বাথ'** অমা লৈ। চীংনুংদগী থোরকপা অশাবা মনিল অদু পাইপ্না পুরক্লগা **'সৌনা-বাথ'** গী কা অদুদা থাজিল্লি। মনুংদা অশাবগী চাং ওন্নবা থার্মোমিটর পাল্লি — থোরক্লিবা অশাবা মনিল অদু অপাম্বা চাংদা থম্নবা পাম্বৈ য়াওরি। মৈগী চীং মনুঙদগী থোরক্লিবা অশাবা মনিল অদু ধাতু অমসুং রসায়নগী শরুক য়াওবা মরম্না — মসিদা ইরুজরবদি হকচাংগী লূ-তাং চীকপা ফৈ, হকচাং য়াম্না তেকখৎলি হায়দুনা মীযাম্না কা

মনুংদা চণ্ডদুনা **'ষ্টিম-বাথ'** তৌনৈ। ঐখোয়সু মীনা তৌনৈ হায়দনা কা মনুংদা চণ্ডদুনা মৈগী চীংদগী থোরকপা মনিল অদুদা হুমাং ঙাল্লকই।

ওক্টোবর ৬ কী অয়ুক্তা হিন্দী অমসুং ইংরেজী খণ্ডই হায়বা ওঝা অনি অদুনা (মিতোমে অমসুং আকিনারি) পুবিদুনা ঈথৎ মচা অদু থুংনবা য়েংবা চৎলি। য়াম্না অণ্ডকপা নুংঙাইবা অমসু উরকই — ঈথৎ অসিদা মতৌ করম্না নোংগী ঈশিং লোকপগে হায়বদু। মফম অসিদা থক্লবা ঈশিং লৌফম লৈতে অদুনা থক্লবা ঈশিং ফংনবা হোৎনবনা খ্বাইদগী অচৌবা সমস্যানি। চহি অমগী চুরকপা নোংগী ঈশিং পুম্নমক অমত্তা মাঙহন্দনা লৌরগা রিজার্ভর (পুখ্রি অচৌবনি) দা তুংশিন্দুনা থমই। ঈশিং হাপ্নবা চাউর-চাউরবা রিজার্ভর অনি অহুম লৈ। মদুগী ঈশিং অদু হিদাক থাদদুনা মথং মথং শেংদোক্লগা ঈথৎ অসিদা লৈবা মীশিংগী চহি অমগী থক্লবা ঈশিং পীনবা থৌরাং তৌই। নোং মরাঙ কায়দবা কুমদদি থংনবা ঈথৎ হাচিজো-জিমাদগী নত্রগা তোকিওদগী জাহাজনা থক্লবা ঈশিং পুবক্লুনা মীয়ামদা ফংহল্লি।

মতৌ করম্না নোংগী ঈশিং ময়াম অদু লোকপগে হায়বদুনি ঐখোয়দা য়াম্না ঙক্লা থোক্লিবসি। শমলপ্না মীয়ামদা অমুক্তং পাউদমজগে। ঈথৎ অসিগী খ্বাইদগী ৱাংবা মফমসিদা চীংদুম মচা অমা লৈ। চীং মচা অসি শিৎ নান্না মরু কোকথোক্লগা — চাউরাক্লা বর্গ কিলোমিটর অমরোম পাকচাউবা চীং অদু মখোঙদগী মতোন ফাওবা বিলামাটিনা শিৎ নান্না প্লাস্টর তৌশিল্লি। মসিগী মথকত্ তারকপা চহি অমগী নোংগী ঈশিং ময়ামদু লোক্লি/নালা শেমদুনা পুথরক্লগা চীংখোঙদা শারিবা চাউরবা রিজার্ভরশিং অদুদা তূংশিল্লি। বিলামাটি বেগ অমদা লুপা ২০০ পীবা লমদগী লাকপা ঐখোয়গী ৱাখন্না লাম্বা ফংদে — চীং অদুমা তৈবদা চণ্ডলমগদবা সিমেন্ট বেগ ময়াম অদু! মসিনা তাক্পদি শেল য়াম্না চণ্ডবা চণ্ডদবা থিবা য়াদে; প্রজাগী কান্নবা প্রোজেক্ট অদুনা মরুনি হায়বসিনা জাপানগী অর্থ নৈতিক্কী ৱাখল্লোননি।

**মথংদা ঐখোয় ঈথৎ অসিগী ইলেকত্রিক ফংহন্নবা শারিবা পাৱার-হাউস য়েংবা চৎলি। ডিজলনা চলাইবনি; ডিজল লিটর অমদা 'য়েন' ২০০ পী। মসি তোকিওগী মমলদগী তংখায় তারবনি। মতৌ অসুম্না য়ুমথোঙ খূদিংগী ইলেকত্রিক**

ফংনবা থৌরাং তৌই। অতোপ্পা অঙকপা অমনা — ঈথৎ অসি মী ২০০ খক্তং লৈবা অপীকপা মফম ওইদুনসু চাওখৎলবা জাপানগী অচৌবা সহর অমদা লৈবা খুদোংচাবশিং মফমসিদসু লোইনা লৈ — কার, পিক-অপ ভান, ত্রক কয়া কয়া শিজিন্নরি। করি অমুক হায়গনি — লম্বী শেম্নবা বুল-ডোজর ফাওবা লৈবমই। সমুদ্র ময়াই অসিদা লৈবা পীকখ্রবা ঈথৎ অসিদগী ইন্টর্নেসনেল সেল্ফ ডায়েলিং তৌবগী খুদোংচাবা ফংহল্লি। জাপান্দা টেলিফোন তৌবদি পৈশা থাদরগা য়াদে; কম্পুটরনা বিল শাবা অসিসু চৎনদে। টেলিফোন তৌগে নীংলবদি হান্না টেলিফোন কার্ড অমা লৈবা তাই। ডোল্লর ৫ গী নত্রগা ১০ গী লৈনীংবা অমা নশাগী শেঙ্গাউ য়েংলগা লৈবা য়াই। মসিগী কার্ড অসিমা সুম ফুরিৎখাওদা হাপ্তুনা চৎপা তাই। ফোন হেক তৌনিংবগা কার্ড অসি টেলিফোনগী উপু অদুদা ইনশিনগনি। ঙাঙবা লোয়ববা মতমদা অমুক ইহোরক্কনি। কার্ড অমনা খর খরদা ঙাংলবদি অনিরক অহুমলক শিজিন্নবা যাই। পৈশা কয়াগী চাং ৱা ঙাঙখ্রবগে হায়বদু কার্ড অদুদা হক্তুনা থাদোবক্কনি। মসিগী থৌবাং অসি ভাবতকী মফম অমত্তদসু হৌজিক ফাওবা হৌদোক্ত্রি।

মফম অসিগী নোংজু নুংশাগী অরেপ্পা লৈতে। খঙহৌদনা হেক ঈংশিল্লকই — নোং চুথরকই। সমুদ্রগী লৈমায়দগী তোঙখত্তুনা ৱাংনা লৈবা ঈথৎ অমা ওইবনিনা অহিংদা নুংশিৎ য়াম্না কন্না শিৎলি। আউগা-শিমা ঈথৎতা নুমিৎ নিনি লৈবকপা অদু পুন্সিগী কাউবা য়াবরোইদৌবা থৌদোক অমা ওইদুনা লৈবগনি।

অহানবা লাকপা মতমদা তৌবগুম, হনবা মতমদসু ঐখোয হেলিকোপ্তবনা হাচিজো-জিমা ফাওবা পাইবমই। মফম অদুদা অহিং অদু লেক্লগা মথংগী নুমিৎ ওক্টোবর ৭ তা জাহাজ তোংদুনা তোকিও পাংলক্লে। হন্দক হল্লকপগী খোঙচত্তা তোংলকপা জাহাজ অদু পঙচাউ-চাউদে। জাহাজ অদু কা-হেননা নীকপা হাইবা হৌরমই। ঐখোয় পুম্নমক কোক ঙাওদুনা লোইনা হীপ্তুনা লৈনরে — চাক অমত্তা চানদরে। সমুদ্রগী লায়না 'সী সীকনেস' হায়বদুনি। থোইদোক হেন্দোক্লা জাহাজ অদুনা কা অমা হেন্না হাইরকপসি মিয়াকেজিমা ইথৎ য়ৌরমদাইদনি। মফম অদু য়াম্না কনবা সমুদ্রগী ঈচেল অমা লৈবননি।

মদু লাম্ছোকখিবদগীদি হাইবা ফখরে — জাহাজ অদু করিমতা লেঙদনা মথন্দা তাউদুনা লৈবগুম অমত্তা মোং হাখিদরে। মতৌ অসুম্না লাকপনা নুংদাং পুং ৯ তাবদা তোকিও হিথাংফমদা থুংই। হান্ননা ঐখোয়গীদমক ঙাইদুনা লৈরম্লবা বস অদুদা ঐখোয় ময়াম কাখৎলে — হান্নো সহর তানা থৌরক্লে। অহিং নোংয়াই য়ৌরে ঐখোয়না সহর অদু য়ৌবদা। হাসেগাব্রা-সানগী মরূপ অমগী (আকিও মিত সু হাসি) ময়ুমদা ঐখোয় ময়ামগী অহিং অদুমা লৈনবা থৌরাং তৌরমই। হান্নো সহরদা ঐখোয়গী থোইদোকপা থবক লৈতে; চুম্না লমদনবনি। চৎকদবা মফমদি সাইতামা প্রিফেকচরদনি। লম অদুগী গভর্নর সুচিয়া সানগা তাং ৯ দা উন্নবগী প্রোগ্রাম অমা লৈ। মহাক ইন্দো -জাপান ফ্রেন্দসিপ এসোসিয়েসনগীসু প্রেসিদেন্টনি। পৃথিবীদা থিয়েটরগী মমিং লৈরবা ডিরেক্টর অমা ওইনা রতন থিয়ামবু মহাক্না তরাম্না ওক্লমই। ভারত জাপান অনীগী নুংশি চান্ননা লৈমিন্নবা মরী অদু পল্লদুনা রতন্না অতেনবা ব্রাহে খরনা গভর্ণর



অইবগা গভর্নর সুচিয়া সানগা উন্নবা; হাসেগাব্রা-সান অমসু রতন থিয়াম্না য়েংলি

সুচিয়াবু থাগৎ ব্রাহে ফোংদোক্লমই। চা থকমিন্নরে — ব্রারী ব্রাতায় ঙহাক শামিন্নরে ঐখোয়না চৎলমদাইদা গভর্ণরনা মহাক নভেম্বর ৫ দা ইম্ফালদা জাপানীজ ব্রার মেমোরিয়েল য়েংবা লাক্কনি হায়রকই (দিল্লিরোমদগী মণিপুর তানা লাকখি) চৎলিবা মৈতৈগী কলাকার খুদিংদা খুদোল পোৎ অমমম পীরকই। নুপীমচা মখেদনা সনাগী চেন অমমম পী অদুগা ঐখোয়গী ময়ামগী খরচ ওইনা 'য়েন' লিশিং য়াঙ্খেসু পীরকই। গভর্ণর উন্নরগা থোরকপদা অয়ুক পুং ১০ তারে। নুমিৎ অসিগী প্রোগ্রামদা ফরক তাবা খরা লৈরে মরমদি সাইতামাগী গভর্ণর উন্নবগী প্রোগ্রাম অসি হান্না য়াওবা নত্তে, খঙহৌদনা হাপচিল্লকপনি। অমরোমদা গভর্ণর উন্নবা অসিসু মরূ ওইবনি; অমরোমদা অমুক নুমিৎ অসিমক্কী নুমিদাং পুং ৭ তাবদা নিগাতা সহরদা ঐখোয়গী জগোয় উৎপগী প্রোগ্রাম লৈরিবনি। সাইতামাদগী নীগাতা সহর ফাওবগী শাংলবা লম্বী অসি ঐখোয়গী

বস অদুনা চৎলবদি পুং ৭ কী শো অদু উৎপা ঙম্বগী আশা লৈতরে। শো অদুসু ককথৎপা নত্রগা য়ৈথোকপা য়াবগী ওইথোকপা লৈরমদে। য়ৌনবা চত্তবা য়াদবনি। মতমসিদা হাসেগাৱা-সাননা উপাই অমা পুথোরকই।

ঐখোয় পুম্নমক পুঙদা কিঃ মিঃ ৩৫০ গী চাংদা চেনবা জাপানগী ফাওববা **'শিনকাসেন'** দা (মীয়াম্না বুলেট-ট্রেন হাযনা খঙনবা) তোংবা নত্রবদি মতমচানা নীগাতা সহর থুংবা ওইথোক্রে। ঐখোয়না তোংলকপা বস অদু থাদোক্লম্লে; **'শিনকাসেন'** দা কাখৎলে। মতাং অসিফাওবা বতন থিয়ামসু ঐখোয়গা লোয়ননা চৎমিন্নরি। শিনকাসেন হায়বা বেল গাড়ী অসি হাযনিংঙাই লৈতনা য়াঙই – এরোপ্লেন্দা পাইবগুম্বনি। লুবা নানবসু হায়নিংঙাই লৈতে। তশেংনমক বুলেট (নোংমৈ মরূ) কৌবদা মতিক চায় - নোংমৈ মরূদৌনা পাইবনি। করম্না অদুক য়াঙনা চেনবা ঙম্বনো হায়বদু ইশামক সাইন্সগী ছাত্র নত্তবনিনা মুন্না খঙজদে অদুবু ঐনা মখোয়দা হংবদা রেলগী য়োংকী তালি মথক্তা ঈঞ্চি ২/৩ ৱাংনা তালি অদুগা শোক্লদনা য়োৎচাবীগী শক্তিনা চীংদুনা পাইদুনা চেলহনবনি হায়না তমই। করিনো মুন্না খঙদে, মখোয়না খঙনবা তাক্ল তাক্লগা ঐদি জ্ঞান মমবা অদুম হেল্লে। বুলেট ট্রেন অসিনা পাইদুনা লাকপনা ঐখোযনা নীগাতা সহবদা থুংবদা নুংথিল পুং ১ দমক তারি; মতম চানা ঐখোযগী জগোয় উৎপা ঙমখি।


সিনকানসেন হায়বদি বুলেট ট্রেন

নীগাতাদা ঐখোয় কাকুদাহামা কৌবা মফম অমগী মনুং চন্না লৈবা মিয়োকোজি কৌবা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী লাইশং অমদা থুংই। লাইশং অদুগী পুরোহিত (ঐজি ওগাৱা-সান) অমসুং জিন খোঙগ্রাউ শেৎপী মহাক্কী লোয়নবীনা ঐখোয়বু তরামনা ওক্লমই। অহিং অদুমা ময়াম পুন্না ফম্মিন্নদুনা শকখঙ-মায়খঙনরে চামীন থকমীম্নরে। ঐখোয়না চৎলুবা মফম অয়াম্বদা মখোয়গী লাইশংদা থুংই। লাইশং হায়রগা অপাবশিংনা ইন্দুগী লাইশংগী ৱাখল্লোন নীশিংলুরগা পুক্লিংদা য়াম্লা চময়বা অমা শোয়দনা পোকপিরমগনি।

জাপানগী লাইশংদি ঐখোয়গী কম্যুনিটি হোলগুম্বনি। মী থুংফমসু ফজনা শেমদুনা থমই। অশেং অমাংগী ৱা থোইদোকপা লৈতে। মী ময়ামগী তিনফমনি – লাইশু মচি অমদা অদুম খুরুমই, মচি অমদা য়ু থকপা শা চাবা, বীয়ব থকপসু অদুম য়াই। লাইগা মীগা য়াম্না নকুনা মরী থমই। ঐখোয়গী মন্দিরদি কয়াদা খেন্নরবা ? নীংথেম নুপী অমসুং চীফ মিনিষ্টর অতৈ মিনিষ্টর মচা মশু পুম্বা লোইনা গোবিন্দ মন্দির মথক্তা, লাইথোং ফাওবা কাহল্লি (মসি কাং চিংবা নুমিত্তা উজখিবা শক্তম); অতৈ মীচম প্রজাদি কাবা য়াহন্দে। মীচঙ মীখায় নাইবা অচৌ পীশক খায়বা লাইদি ঐগী লাই নত্তে। ঐগী লাইদি তোল্লবা তারবশিংবু নুংশি থৌজালগা লোয়ননা য়েংবিবা দরিদ্র নারায়ন-মহাক্তনা অশেংবা লাইনি। অদুবু লাইনদি খেন্নবা থমউ হায়দমাল্লে – লাই পান্নরিবা মনাই 'ভক্ত' ময়াম্না খুৎশেমগী খেন্নবা অসি থমখিবা নত্তবরা ?

ঐখোয়না মিয়োকোজি লাইশংদা থুংদুনা লৈরিঙৈ মনুংদা জাপানগী লাইবিক লাইশু হৈবা মী কয়া ঐখোয়বু উন্নবা লাকই। মখোয়না মণিপুরগী ইতিহাস অমসুং কলা-সংস্কৃতিগী মরমদা য়াম্না কূপ্পা হংই, মণিপুরদা লাক্লিংবসু ফোংদোরকই। নুমিৎ অদুদা লাক্লম্বা অমসুং ঐগা ৱারী শানখিবা নিগাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী এসিষ্টেন্ট প্রোফেসার (ম্যুজিক) ওইরিবা য়োশিহিরো-সান ডিসেম্বর ১৯৯৫ ইংদা মণিপুর য়েংবা নুমিৎ ৫ নি লাক্তুনা লৈখি।



হেলিকোপ্তরনা কলাকার ময়াম আওগাশিমাদা থুংবা

ওক্টোবব ১১ গী নুংথিল পুং ৩ তাবদা পুরোহিত ওগাৱা সান মতৈ-মনাওদগী বিদায় লৌরগা মিয়োকোজি লাইশং থাদোক্লম্লে – মুরাকামী তম্না খোঙশাল্লকলে। নুমিৎ অদুমক্কী অহিংদা

মুরাকামীদা ঐখোয়গী জগোয় উৎকদবনি। মিয়োকোজি লাইশং অসিদগী ঐখোয়গা রতন থিয়ামগসু বিদায় তৌনরে। হাসেগাৱা-সাননা মহাকপু কারনা তোকিও ফাওবা থিন্দোকখি। তোকিওদগী ট্রেননা মহাক হিরোশিমা সহর তানা চৎকদবনি। মহাক্কী অনৌবা ড্রামা 'হিরোশিমা' গা মরী লৈনবা রিসার্চ তৌরুগদবনি। মফমদুদা নোংমা নিনি লৈরগা মহাক ইম্ফালদা থোকখ্রগদবনি। ঐখোয়দি নোংমা নিনি জাপান্দা লৈথহৌবা তাখি। মরমদি প্রোগ্রাম পীগদবা মফম অমা অনি লেমহৌরি। মথং উৎকদবা মফমদি মুরাকামি সহরদনি। ❑

# ৩০. মুরাকামি-শিরো-শিবাতা

কাকুদাহামাগী মিয়োকোজি লাইশংদগী মুরাকামি য়ৌবসি পুং ২ গী লম্বীনি। নুংথিল পুং ৫ তাবদা থুংই। মহৌশাগী মতৌগুম ঐখোয়গী জগোয়গী আইতেম শুনা উৎলবা তুংদা অহিং অদুমা মুরাকামি সহরগী মনাক্তা মিনিট ৩০ রোম থৌরগা লৈবা শিরো কৌবা মফম অমদা অহিং পল্লমই। নুমিৎ অদু জগোয় লোইরগা মফম অসি তানা থৌরক্লগা চাক থোংগৎলগা চাবা থকপা লোইবদা অহিং নোংয়াই যৌবে। শিরো সহরনা সেন্টর ওইরগা থংনবদা লৈবা সহর কয়াদা চৎতুনা ঐখোয়গী জগোযগী থৌরম পাঙথোকখি।

মথংগী নুমিৎ ওক্টোবব ১২, নুংথিল পুং ৪ তাবদা শিরো সহরদগী শিবাতা কৌবা অশীকপা টাউন অমদা চত্তুনা নুংমিদাংদা শো উৎলমই। মখোয়গী হোল অদু যাম্না পাক চাউই — মী লীশিং অমবোম চল্লি। তৌইগুম্বসুং নুমিৎ অদু ভাবক মশীং পঙয়াম য়ামখিদে। অয়াম্বনা অহল হনুবা হনুবী ঙাক ওইনা তৌই। শো উৎপা লোইরগা অহিং পুং ১০ তাবদা ঐখোয়গী লৈফম শিরোদা অমুক হল্লকই। ঐখোয়গী শো অমগী মতম পুং ১ $\frac{1}{2}$ তনি।

জাপান্দা ঐখোয়গী য়ুম শল্লবা ওইকে খুঙ্গং অমসুং মিথিলা ম্যুজিয়ম থাদোরকপা থা অমা হেঞ্জিল্লকলে। থা অমা হেন্না লেপ্তুনা জাপানগী কাচিন কোয়া খুদিংদা কোয়না চত্তুনা মণিপুরগী জগোয অমসুং সংস্কৃতিবু শন্দোকলুরবা তুংদা ঐখোয় অমুক মিথিলা ম্যুজিয়মদা হল্লক্লে। মতুং তারকপা শো উৎপদি মিথিলাদগী চৎল-চৎলগা উৎলে। শিবাতাদগী ওইকে খুল য়ৌবা ফাওবসি পুং ২ রোমতমক্কী লম্বীনি। অযুক পুং ৯ তাবদা থুংই, চাবা থকপা লোইদুনা নুংথিল পুং ৩ তাবা ফাওবা পোথানরে। নুমিৎ অসিমক্তা য়ামাতো সহরদা ঐখোয়গী প্রোগ্রাম পীগদবনি। মরম অসিনা থোইনা শাংনা পম্বা তৌদনা য়ামাতো সহর তম্না থৌরক্লে। ❑

# ৩১. য়ামাতো

মফম অদু য়ৌবদা জাপানগী মী ময়াম মৈতৈগী জগোয় য়েংনবা য়াম্না থৱাই য়াওনা ঙাইবমই। য়ামাতোগী মনাক নকপা লমশিংদগী মীসু মদুদা লাক্তুনা লৈরমই। থোইদোক্না নিংশিংনিংঙাই ওইবদি – অনিশুবা পৃথিৱীগী লাঙ্গাওদা জাপানগী লান্মী ওইনা কোহিমা অমসুং মণিপুরদা লাক্লম্বা মীশক অনিখক উন্নরকই। মণিপুরদগী মী কাঙলুপ অমা লাকই তাবদা মখোয় য়াম্না থৱায় য়াওনা ঐখোয়গা উন্নবা লাকপনি। চহি ৭৩ শুরবা য়ুমোতো-সাননা ৱারী লীরকই – মতম অদুদা মহাক মশাগী চহি ২০ খরদমক মর্হোল্লে। জেনেরেল সাটোগী লুচিং মখাদা কোহিমা কোলম্গী শব্নক অমা ওইনা কোহিমাদা শোক্লখিবা অকনবা লানফমদা শব্নক যারমই। মহাক কোহিমাদা থা অনি লৈবমই; ইম্ফালসু য়ৌরক্লমই হায়না তমই।

অতোপ্পা লান্মী অদুগী মমিংনা তাকেজো তাকাহাসি সান কৌই। মহাকসু কোহিমা কোলমদা য়াওরক্তুনা লান শোক্লবা য়াওখি। ইম্ফালদা অনীরক যৌরক্লমই হায়না তমই। শো উৎপা লোয়রবা মতুংদা মফমসিগী অশিন-অরাং তৌরিবা কাঙবুনা পার্টি অমা পীদুনা লাক্লিবা ঐখোয় খিবিকপু ঈকায় খুম্নবা উৎখি। য়ামাতোদগী ঐখোয়গী লৈফম মিথিলা ম্যুজিয়ম তানা হল্লপদা অহিং পুং ১১ তারে। ❑

# ৩২. নীতসু

মথংগী নুমিৎ ওক্টোবর ১৪ দা, ওইকে খুল থাদোক্লুনা নীটসু কৌবা অপীকপা টাউন অমদা চৎলি। নহান মখোই ঐখোযগা নুমিৎ খুদিং লোয়নদুনা লৈবা — ঐখোযগী বস থৌবা যোশাহিরো অবাইগী খুলনি। মফম অসিদা মাগী মমা মপা লৈরি। থা অহুম মাগা লোযনদুনা লৈবর্বনিনা থোইদোক হেন্দোক্লা মযামগা নকশিন্নবা হেল্লি। হিরো-সানগী খুলদা চৎকদৌবিনি হায়বদুনা মযামপুম্বা যাম্না নুংঙাই — পল্লাং লাঙই। নীতসু যাম্না অপীকপা লমনি। শো উৎফম হোল লৈতে অদুনা জিম অমদা শেম্লগা নুংথিল পুং ২ তাবদা উৎখি। ঐনা হান্না মথন্তসু পঙ্খ্রে — জাপানগা মফম খুদিংদা শান্নবগু যোকখৎনবা 'জিমনাজিযম' দ শোযদনা লৈ। কুমমৈ যেংবা লাকপা খবক পুম্বা উপাক্কী লৈমায মথক্তা খাঙগ্রাই চন্দ্রনা ফমই। মা যাম্না নাকাখ [illegible] যাম্না খবায তানা থাগৎপগা [illegible] নানা যেংবিখি। ঐনা [illegible] খ্র [illegible] গী দগোয উৎলুবা মফম খুদিংদা টিকেৎ যোনবা [illegible] ক্রি [illegible] দা উৎপা অমগা যাওদে। শো উৎপা লাইবগা নীতসুদা আহৎ [illegible] মা [illegible] লকখি। নুমিৎ মদগী অহিং অদুনা ঐখোযগী জাপানগী পোঙ্গো [illegible] খ্বাইদগী নংশংনংঙাই ওর্খি।

অপীকপা লম [illegible] মনম্না ঐখোয ১৯ [illegible] ন্না যুংবা যাবা যুম অমত্তা লৈবনদে। জাপান্দা লৈফম [illegible] অসি যাম্না [illegible]। [illegible] যাক্লা পীক্লা শাবগা লৈননা ভ্রাক্লি মবমদি লম [illegible] ম্না তাংই। ঐখোযগী লৈফম [illegible] মওং অমা ওইনা শিল্লে। ঐখোযগী মী মফম [illegible] যাইদোক্লবগা, জাপানগী ইমুং অমমমদা মী অনি অহুম অনি অহুম লৈবা হাযনা। মতম কুইনা জাপান্দা থা ২ হেন্না লৈবক্লবনিনা ঐখোযগী চৎলিনা মৈতৈমচা পুম্বা জাপানগী চৎনবী লোইনা খঙলে — লোলসু [illegible] দুম [illegible] শক্লবা ওল্লে। মতৌ কবম্না চোপ-ষ্টিকনা চাক চাবা, [illegible] ইলেট চঙবা, তমবা, নূবা নানবগী নীযম পুম্নমক খঙলবনিনা জাপানগী ঈমুং অমদা চঙদুনা আহৎ অমা লৈবা ঐখোযদা থোইনা কোইবা নত্রগা লুনা থোক্লমদে। নুপীমচা [illegible] অদুদি পুম্না যুম অমদা লৈনবা

থৌবাং তৌবে; নুপামচা ১২ অদুদি য়ুম্নাক ৫/৬ দা চাইথোক্তুনা তোঙান তোঙান লৈবমই। ইশামক অতোপ্পা মৈতৈ মচা অমগা ঐখোযগী বস থৌবিবা হিবো-সানগী য়ুমদা লৈবমই। মাগী মমা মপানা ঐখোয়বু য়াম্না মমল য়াম্লবা অতিথি অমগুম্না সেবা তৌবকই।



হিবোসানগী অপোকপা অপোকপী
বিদায তৌনবমদাইদা

অমবোমদা জাপান্দা মী ৩/৪ য়ুম অমদা থুংবদা থোইনা লুদে। মবমদি মখোযদি কাংথোন থাদে লোইনা উপাক্কী লৈমায়দা ফক থাবগা মোম্পাক অমসুং কম্বল তিংথোক্লগা তুম্বনি। নোং ঙাল্লগা হিপ্ন-চানবা ফি অদু লোকবদা থর্মাজিনখ্রগা হিপফম জাগা অদুনা অযুক নুংথিলদা মী ফম্নবা কা ওইনা শিজিন্নবনি। ঐখোযগীদি য়ুমদা মী থুংলববদি কবম্না লৈপাক্তা থাদুনা হিপহনগনি। চৎনবীগী মতুং ইন্না ফমুং কাংথোল পীবা তাবনি। মবম অসিনা য়ুম অমদা মী ৪/৫ অমুক্তদা থুংলববদি অৱাবা অমা ওই। জাপান্দদি কবিসু থোইনা ৱাদে।

অহিং অদু চাবসু চাদ্রে, তুম্বসু নিংথিনা তুম্বা য়াবমদে। মণিপুবদগী নুংঙাইতবা পাউ টেলিফোন্দা খঙহল্লকই – ঐগী ইনাও নুপা জয়কুমাব লৈখিদ্রে, মহাক্কী শ্রাদ্ধ মথংগী নুমিত্তনি হাযবকই। থাপ্লবা মফম জাপান্দা লৈবনিনা শ্রাদ্ধ যাওবসু ওইথোক্তবে। অমবোমদা ঐগী ঈথৌ ময়াম অসি হন্দোক্লম্বসু য়াদবনিনা, ঈশা ইথন্দা পুক্লিং ফাজিনজনবা হোৎনবমই। চৎমিন্নবিবা মৈতৈমচাশিং অদুসু পাউ অসি তম্লুবনা থোইনা কান্নবা লৈবোই, অহোযনদুম মযামদা নুংঙাইতবা পোক্লগনি খন্দুনা মী অমত্তদা হায়দোক্তবে।

নোংঙাল্লে, ঐখোযবু থম্বিবীবা হিবো-সানগী মমা মপাদগী বিদায লৌবগা অযুক পুং ৮ তাবদা নীতসু থাদোক্লমই। পুং ১১ তাবদা গুম্মা প্রিফেকচবগী মনুংচনবা মাইবাশী সহবদা থুংই। ❑

# ৩৩. মাইবাশী

মাইবাশী সহরদা হেক থুংবগা পনবা লৈতনা ইণ্ডিয়ান রেষ্টোরেন্ট অমদা ঐখোয় পুল্লপ চঙলে। হোটেল অসি হাসেগাৱা-সানগী মরূপ (জেঃ শিংঙাই-সান) অমনা চলাইবনি; মহাক্না ঐখোয় ইণ্ডিয়াদগী লাকপা মীওইশিংবু চাক চারনবা বার্ত্তন তৌরকপনি। নুমিৎ অদুদা ঐখোয়দা পীজরকপা চাকলেন অদু ঐখোয়না পামজবা হেক থোকই। হোটেল অদুদা থোং-থাকপগী থবক তৌরিবা মীশিং অদুসু ভারতমচা ঙাক্লি-পীরিবা চাক -য়েনশাংসু ভারতকী মথেল ঙাক্লি। কাউদ্রি নুমিৎ অদুদা চাক অমসুং ঙা-থোংবা পীজরকই। মী খরা অমদি নান-কী-রোতি চাবসু য়াওই।

মাইবাশীদা ঐখোয়গী জগোয় য়েংবা লাকপশিংগী মনুংদা আমেরিকা মচা কলাকার অমা থেংনৈ (টিঃ এঃ হোফমেন কৌই)। মাগী নুপী অদু জাপান নিংঙোলনি। মহাক মশামক জাপানগী ম্যুজিক রিসার্চ তৌবনি। মাগী থোইদোকপা মগুণদি – ভারতকী হিন্দুস্থানী শাস্ত্রীয় সঙ্গীত জাপান্দা শন্দোকপা অমসুং জাপানশিংবু খঙহন্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা কলাকার অমনি। হোফমেন লক্ষ্ণৌগী ভাটখন্দেদগী চহি ৫ হিন্দুস্থানী ক্লাসিকেল ম্যুজিক তম্লকখি। মতমদুদা মণিপুরদগী নুপীমচা অমসু মখোয় পুন্না তম্মিন্নবমই – খঙনৈ হায়না তমই (লাইশ্রম মেমা দেবী)।

নুমিৎ অদু জগোয় উৎপা লোয়রবা মতুংদা ঐখোয়গী নুংদাংগী চাক্লেন "নিউ দিল্লী" কৌবা রেষ্টোরেন্ট অমদা শীল্লমই। মসিগী রেষ্টোরেন্ট অসিসু হাসেগাৱা-সানগী মরূপ জেঃ শিংঙাই-সানগীনি। ঙসাই অয়ুক চাবা মফম অদুসু মহাক্কীনি। সহর অসিদা মাগী ইণ্ডিয়ান রেষ্টোরেন্ট অনি লৈ। অহিংগী চানবা শীল্লম্লিবা অদুসু য়াম্না মওং তাই – চীকন করী, মট্টন করী, কবাব নচিংবা ....... "নিউ দিল্লী" রেষ্টোরেন্টদা অহিং চাক চাবা মতমদসু মিঃ হোফমেন অমসুং মাগী নুপীগা ঐগা টেবিল অমত্তদা ফম্মীন্নদুনা ৱারী মখা তানা শাবগী তাঞ্জা ফংখি। মহাক্না হায়–মথংগী চহীদা মহাক পুনেদা চৎকনি,

মণিপুরবদসু লাক্লিংই হাযবমই। (অদুবু মহাক লাকপদি লাকখিদবে)। চাক চাবা লোইববা মতুংদা বস গাড়ীদা তোংখৎলে, মাইবাশী থাদোক্লম্লে। ঐখোয়গী য়ুম মিথীলা ম্যুজিয়ম থুংবদা নোংযাই মতুং পুং ১ তাবে। মথংগী নুমিৎ নোংমা পোথাবগা, ঐখোয়না জাপান্দা উৎকদবা শো লোইশিল্লক্লে, অমখক্তা মঙাইবে — মফমদি সাঞ্জো কৌবা খুল মচা অমদনি। ❑



টিম হোফমেন্না জাপানগী কামদুনা খোংনবা যন্ত্র শাকু হাচী খোংলি

# ৩৪. সাঙ্গো

ওক্টোবব ১৭, নুংথিল পুং ৩ তাবদা সাঙ্গোগীদমক খোঙ্‌শাল্লমই। সাঙ্গো অপিকপা খুল মচা অমনি। মফম অসিদা ঐখোয়গী প্রোগ্রাম শীল্লম্লিবা অসি জাপানগী নুপী অমনি (শ্রীমতি কাৰাসে-সান)। মাগী নুপা অদুনা ডাক্তব অমনি; মশাগী লয়াই ক্লিনিক অমা হাংদোক্কুনা থবক তৌই। মাগী শিনফমগা মবী শুক্লে লৈনদবা কলা অমসুং জগোয় ঈশৈদা যাম্না পামজবা মতৈ মনাওনি। মখোযনা ভোলুন্টিয়াব ওইনা মৈতৈ জগোয়গী প্রোগ্রাম অসি শীনবনি। টিকেৎ য়োল্লগা অশিংপা শেল অদুনা খবচ পুন্থা পুবনি।

ঐখোয়গী প্রোগ্রাম পাঙথোকপা লোইরবা মতুংদা শ্রীমতি কাৰাসে-সাননা মাগী নীপাগী ক্লিনিক্তা ঐখোয় মৈতৈ মচাশিংগীদমক্তা রিসেপসন অমা শীল্লমই। নীংথীনা পীজ-পীথক তৌববা মতুংদা ঐখোয়না পীক্লবা খুদোল মচা অমত্তং তল্লমই – মণিপুরবু নিংশিংনবা খন্বা থোইবীগী লাইধীবী। জাপানগী অতিথি সেবা অসিদি অঙকপা মতৌনি। ঐখোয়না চৎলুবা মফম খুদিংদা, থোইদোক হেন্দোক্লা লুনা চান্না তৌবা অমসুং পোৎ মচা অমত্তা ওইরবসু ঐখোযদা প্রেজেন্ট পীনবা হোৎনবা – পুন্নমক অসি জাপান জাতিগী থোইদোক্‌পা গুণ অমনি। মবমদি মখোযনা ঐখোযদগী অমত্তা লৌগে হায়দে – পোৎ অমত্তা খুদোল ওইনা পীজগে হাযদুনা অমনা অমদগী হেন্নবা হোৎনৈ। অদুবু কদায ? জাপান্না মণিপুবদা লাক্লম্না মতমদা নুংঙাইতবা ঈকাইনিংঙাই ওইবা পাও কযা তাবা ফংখি – কেমেবা থ্বানবগী, টুপী লোৎশিনবগী। ঐখোয়দি মাঙোন্দা পীবা, খুদোল তৌবগী ৰা যাওদে; খুদোনপোৎ পীবমউ ঙাক্তনি। কযাদা খেন্নথ্রবা জাতি অনী অসিগী মবক্তা।

সাঙ্গোদা কুম্মৈ উৎপা লোইরগা অহিং অদুদা ঐখোয়গী লৈফম মিথিলা ম্যূজিয়ম তানা হল্লকখি। ❑

# ৩৫. মিথিলা ম্যুজিয়ম (৩)

জাপান্দা থা ৩ লৈদুনা ঐখোয়না মৈতৈ জগোয়গী প্রোগ্রাম পাঙথোক্লম্বসি মশীং ৪০ নি। মদুগী মথক্তা জগোয় অমসুং থাঙ-তাগী ৱার্কশোপ কয়াসু পাঙথোক্লমই। মখোয় অদুদি মশীং থীদ্রে। হৌজিক ঐখোয়গী ঈথৌ পাঙথোকপা লোইরদনা য়ুমদা হন্নবা থৌরাং তৌবা হৌরে। হয়েংদি মণিপুর থোক্লনি হায়বা নুমিৎ অদুদা ময়াম পোৎচৈ লৈবা চৎলি – খ্বাইদগী মনাক নক্লা লৈবা সহর তোকামাচিদা। নুংদাং অদুনা হাসেগারা-সাননা ময়াম্বু বিদায় তৌনবগী পার্টি অমা মিথিলা ম্যুজিয়ম মনুংদা থৌরাং তৌরমই। মাগী মরূপ মপাং খবসু মানা বার্তন তৌরুদনা পার্টি অদুদা য়াওহল্লি। বিহারদগী লাকপা তেরা কোত্তাগী লাইশাবা লালা পণ্ডিত অমসুং মাগী মনাওনীপা জগদীশ; মধুবানী পেইন্টিং যেকপী বিহারদগী ভদ্রমহিলা মচিন মনাও অনি – শ্রীমতি গোদাববি দত্ত অমসুং মাগী মনাও নুপী শ্রীমতি শশীকলাসু যাওবমই। বিহারদগী লাক্তুনা লৈবিবা মীশিং অসি হাসেগারা-সাননা থৌওইনা পৈশা পীদুনা কৌবনি। মখোয়না মিথিলা ম্যুজিয়মদা লৈরিঙৈদা লাইয়েকহনবা, লাই শাবগী থবক তৌহনবনি; অরোইবা পোৎশিং অদুনা মিথিলা ম্যুজিয়মদা থমই। চহি খরগী মমাঙদা মমিং চৎলবী মধুবানী পেন্টিংগীদমক ভারত সরকারনা পদ্মশ্রী উপাধি পীখ্রবী বিহারগী শ্রীমতি গঙ্গাদেবীসু মফম অসিদা লাক্তুনা লৈরমই-লাই য়েক্লমই। মহাক্না য়েক্লম্বা লাইশিং অদু হৌজিক মিথিলা ম্যুজিযমদা থেৎলি। (মতৌ অসুন্না মমিং লৈরবা কলাকার



মিথিলা ম্যুজিয়মদা বিদায়গী পার্টি; তেরাকোত্তা ময়াম মনীংদা থমলি

নত্রগা মখুৎ হৈবা কয়া ভারতগী কৌরগা মিথিলা ম্যুজিয়মদা থমই; মখোয়গী কলাবিদ্যা অদু উৎননবা ইং ১৯৯৮ দা মণিপুরদগী চফু শাবদা মমিং লৈরবী শ্রীমতি নীলমনি দেবীসু হাসেগাৱা-সান না বার্ত্তন তৌরক্তুনা মিথিলা ম্যুজিয়মদা চফু শারুই।) ঐখোয়না ওক্টোবর ২৯ দা জাপান থাদোকপা ফাওবা বিহারদগী কলাকারশিং অদুদি মিথিলাদা অদুম লৈথহৌরি।

কায়নবগী পার্টি অসি হৌদোকপা ওইনা **"তোষ্ট"** তৌবগী জাপান্দা চৎনবা মওং অমা লৈ। মী খুদিংমক গ্লাস অমমম পায়নৈ বিয়র ওইবা য়াই নত্রগা হৈ-মহিসু য়াই। মী পুন্নমক গ্লাস অদু মখুৎতা পায়নরগা লুচিংবা অমনা **"কম্পাই"** হায়না লাউই – ময়াম্মকনা **"কম্পাই"** হায়না পুন্না খুমই। অদুগী তুংদা মাগী মাগী গ্লাস অদু থাঙ্গৎতুনা থক্লে। মতৌ অসুম্না পাটি অদু হৌদোক্লবা তুংদা ভাযন মতেক অমমম পীনবমই। ঐনা চৎলিবা মযাম অদুগী লুচিংবা অমা ওইনা ৱা মতেক অমওং ঙাঙবা তাখি। ঐনা হাসেগাবা-সানবু অহানবমক্তদা য়াম্না থাগৎখি – মহাক্না মণিপুরগী কলা-সংস্কৃতিবু জাপান্দা মশক খঙহন্নবা শীনবিবগীমক।



হাসেগাৱা-সানদা খুদোল পীবা

জাপানগী অচৌবা সহরশিংদা নত্তনা অপীকপা খুঙ্গং অমসুং সমুদ্র ময়াইদা লৈবা ঈথৎ ফাওবদা মৈতৈ জগোয়বু উৎনবা খুচোংচাবা পিবিবা অসিদা মহাকপু মণিপুরী কলাগী তশেংবা মরূপনি হায়না লৌদবা ঙমদে। মসি মী নুংঙাইনবা ঐনা পঙহায় হায়জিনবা নত্তে। মমাংঙৈদা কনামত্তনা অসুম্না মৈতৈ জগোয়বু জাপান্দা পাক্লা-শন্না উহন্নবা হোৎনখিদ্রি। মমাংদা লাক্লম্বা নত্রগা ভারত সরকারনা থারকপা মৈতৈ জগোয়গী কাঙলুপশিংনা উৎলম্বদি সহর – তোকিও গুম্বা য়োকোহামা গুম্বা – খরদা শো অমা অনি উৎলগা, কলাকার ময়ামদু ফাইভ-ষ্টার হোটেলদা নোংমা লৈহল্লগা হনখিবা ঙাক্লি। মখোয়না জাপানবু মশক মুন্না য়েংনবা মতম লৈখিদে। থা ৩ চঙনা – জাপানগী কাচিন-কোয়া থুংনা উৎলুবদি হন্দক রতন থিয়ামনা শীল্লিবা কাংলুপ অসিনা অহানবনি ঐখোয় থা ৩ অদু ঙহাক্তা পোখাবা শংদে – য়াম্না ৱাবা মতাংসু য়াওই। চাবা মতম চাদবা, তুম্ফম হীপফম নুংঙাইতবা অমসুং লম্বী শাংনা শাংনা গাড়ী তোংলকপগী

অবাবা কয়া থেংনদবা নত্তে। তৌইগুম্বসুং ঐনা পুক্লিংদা চাউথোকচবদি মৈতৈগী লাই হবা ওবগী ঈশৈ অমসুং ধোলোক মখোয়া জাপানগী সমুদ্র মযাই ফাওবা পুন্নিল নিলহৌবে।

কাযনবগী অহিং অদুদা ঐখোযনা ঈস্ফালদগী পুবকপা মৈতৈনা শাবা ফি নখল কয়ামকম খুদোলপোৎ ওইনা পীবমই। হাসেগাৱা-সানগী লোযনবীদা মৈতৈগী মপান নাইবা ফনেক অমসুং বানি ফি খুদোল তমই - মদু ঐখোযগী লৈশাবীমচাশিং অদুনা নীংথিনা শেৎচিনবীবগা মহাক্না আহংদা পাটি অদুদা লাকখিবা শক্তম অদু কয়াদা ফজৈ। কযাদা নুংশিনা ঐঙোন্দা হাসেগাৱা-সাননা খুদোল ওইনা শামুবাই থাওশাং অনি পীবকই - ঙসি ফাওবা ঐগী ড্রোইং কমদা থেৎত্না থল্লি। ❑



"কম্পাই"

# ৩৬. বিদায়, জাপান

ওক্টোবর ১৯, চাক চারগা অয়ুক পুং ১১ দগী ঐখোয়গী এয়র কন্দিসন মাইক্রো বস অদুদা কাখৎলে—তোকিওগী ফাওরবা নারিতা এয়ারপোর্ট তন্না থৌরক্লে। নুমিদাং পুং ৭ ½ তাবদা শিঙ্গাপুর এয়ারলাইন্সনা নারিতা থাদোক্কুনা পাইরক্লে। নারিতা এরোড্রোমদা ঐখোয়গা থা ৩ লোয়নদুনা বসতা চৎমিন্নবা জাপানগী পাখং মচা অনিদু (হিরো-সান অমসুং কিউসকে-সান) কায়নরমদাইগী মিকুপ অসিদা — মখোয়সু কপ্লে ঐখোয়সু কপ্লে — কপ্পা কপ্পা নুংশিনা বিদায় তৌনরে।

এরোপ্লেন অদু অহিংচুপ্পা পাইরকপনা নোং ঙাল্লকপদা শিঙ্গাপুরগী চাঙ্গি এয়ারপোর্টদা থুংই। মতমদু অয়ুক পুং ১১ তারে। নুমিৎ চুপ্পা চাঙ্গি এয়ারপোর্টতা অদুম মতম লেনবা তাখি মরমদি ঐখোয়গী কলিকটা তানা পায়গদৌবা এরোপ্লেনদু নুমিদাংদনি। ময়াম চাক লাম্লরে — চাক চারসি হায়দনা ঐখোয় ১৯ গী চানবা এয়ারপোর্ট অদুগী রেষ্টুরেন্টদা শীল্লে। চাক প্লেট অমগা ঙা থোংবা প্লেট অমমমতনি — অসুককী মতিক তাঙখ্রে — লুপা লীশিং ৬ রোম লৌহৌই। হাওনা চাবসু নত্তবা — অদুবু মী অমগী চাক চরা অমদা লুপা ৩৫০ রোম চঙই।

চাঙ্গি এয়ারপোর্ট অসি ফজবা অমসুং চাউবদা খা-নোংপোক এশিয়াদা মমিং লৈবনি। মতাই অমদগী অতোপপা মতাই অমা ফাওবা থুংনা খোঙনা চৎপদা ৱানা থোকই। মীনা তোংলগা চৎপা য়াবা এসকালেটর উংদুনা লৈ — মদু তোংলগা চৎনৈ। মফম অসিদা মমল হোঙবা ডিউটি-ফ্রি পোৎ য়োনফম দুকান মচা কয়ামরুম লৈ। মসিদা ফংদবা পোৎ লৈতে। ইশাগী পাস-পোর্ট উৎলগা অপাম্বা পোৎ খুদিংমক টেক্স য়াওদনা অতাবা মমলদা লৈবা য়াই। মীরেবাক্কী টুরিস্টশিং মরু ওইনা আমেরিকানশিংনা—য়াম্না লৈনৈ। হোঙই হায়রিবা পোৎশিং অদু ঐখোয়গুম্বা লায়রবা লৈবাক্তগী লাকপা মীনা লৈবা ঙম্বা পোৎ নত্তে তাঙবনা। ইণ্ডিয়াগী লুপা অসিনা লৈবা য়াবা পোৎ অমত্তা

লৈতে — আমেরিকান দোল্লর পায়বা মীশিংগীদমক্তনি। লাযব-অনংবনা হিংদুনা লৈবা ঙম্বা লম নত্তে।

নুংথিল নুমিৎচুপ্পা অমা চাঙ্গি এয়ারপোর্টতা নুংদাংগী পাইনবা মতম ঙাইদুনা লেনবা তাখি। পুং ৪/৫ গী মতম ফংলিঙৈ অদুদা নীপামচা অনি অহুম লোয়নরগা ঐ শিঙ্গাপুর সহর য়েংবা চৎলমই। মী লোইনমক পুদ্রে মবমদি মতম খুয়ৌনবা অদুদা, মী য়াম্না চৎলবদি মতমচানা হল্লকপা ঙম্নরোই খনবদগীনি। সহর য়েংবা চৎপা অদু চাঙ্গি এয়ারপোর্টনা অদুম শীনবনি, অহেনবা পৈশা তিংদে। ঐখোয়গী চৎকদবা মী মশিংগা কোন্ননা মখোয়দা পাস-পোর্ট শিন্নবম্বা তাই। পেসেঞ্জবশিং অদু মখোয়গী টুরিস্ত বস অমদা হাপ্লগা পুদুনা য়েংহনবনি। সহর অদু অৱাংবা দলানগী দলান ঙাক্তা প্রকৃতিগী নিংথিবা শক্তম অমত্তা উবা ফংলমদে। কুইনা পঙচৎ চৎতুনা য়েংনবা তাঞ্জাসু লৈতে; অককুবা মতমদা ঐখোয়বু বসনা অমুক হন্না পুরক্তুনা চাঙ্গি এয়ারপোর্ট তানা থিনবীবমই। হল্লকপদা ময়াম্না ঐবু কদাই চৎলুবিবনো হংই। অশেংবদু তাকথোক্ত্রে-মখোয়বু পুবিদে হায়না ৱারৌগনি খনবদগী। ঙসি অশেংবদু লাইবিক অসিদা ইদুনা খঙহল্লি। মসি পারগা মখোয়সু খঙলসনু, নুমিৎ অদুদা ঐগা লোয়ননা নুপা মচা খবগা চাঙ্গি এয়াবপোর্টদগী পুং খরা মাঙলুবগী মরমদি শিঙ্গাপুর য়েংলুবনি।

নুমিদাংদা শিঙ্গাপুর এয়ার লাইন্সনা চাঙ্গিদগী কলিকতা ফাওবা পাইরকই। কুইনা চঙদে পুং ৪ বোমদগী লম্বীনি। নুংদাং পুং ১০ তাবদা কলিকতাদা থুংই — মফমদুদা নুমিৎনিনি লৈরগা ওক্টোবর ২২ দা ইম্ফালদা থুংই। ❑



জাপানগী নিংথৌরেলগী ইমুং মনুং (ওইবোমদগী) যুবরাজ নারুহিতো, নীংথৌরেল অকিহিতো, মহারানী মিচিকো, মজা ইবেম্মা সায়াকো অমসুং মহারাজকুমার ফুমিহিতো।

# ৱারোই

মতম শাংনা জাপানশিংগা লোয়নদুনা লৈরকপদগী মখোয়গী মরোলসু খর খর খঙজিল্লক্নে। মখোয়গী চৎনবী অমসুং লমচৎ ব্যবহার খর মখৈদি খঙবা ঙমখি। য়াম্না হৌনবা খঙবা নোল্লুকপা জাতি অমনি। পীক্লিবা অঙাং চহি অমা অনি শুরকপা মরোল খর-খর থোরকপদা ঙায়রিবা অদুদগী হৌনা "আরিগাতো" (হায়বদি ইংরেজীদা ঠেঙ্ক ইউ হায়বনি) হায়বসিনা হান্না তম্বি। মণিপুরদনা জগোয় ঈশৈ গন্ধর্বগী দেশ ওইবনিনা "তাধিং তাধিং" হায়দনা মখুৎনা জগোয় কোৎপা হান্না তম্বি। জাপান্দা লৈরিঙৈদা নোংমা ঐখোয় মৈতৈমচা ময়াম লম্বীদা অসুম কোয়থোকপা চৎলি। চহি ৭/৮ শুরবা অঙাং অমা লম্বীদা সাইকল থৌদুনা শান্নরমই। খঙহৌদনা তুশিন্দুনা অঙাংমচাদু শোক্নে; মাগী অশোকপদু নাল্লগা কপ্লী। ঐখোয়গী নীপামচা অমা চেনশিন্দুনা অঙাংদুগা সাইকিল অদুগা হুগৎপিরুই। অঙাং অদুনা মাগী অনাবা অদু কাউথোক্লগা কপ্পা-কপ্পা হায়রমই "আরিগাতো"। থৌদোক অসি পীকচরবসু কাউঙমদে মরমদি মসিনা জাপানশিংগী চরিত্র মশক শেংনা তাক্লি।

অতোপ্পা থৌদোক অমসু নিংশিংলি – ৱাদি অরুবা নত্তে। লম্বীদা খোঙনা চৎলি ঐখোয় ময়াম। টেলিফোন নম্বর অমা কাউথোকখিগদৌরে – লম্বীদা চে মচা অমত্তা তাবরা য়েংউ ইশিন্নবা। ময়াম চঙদুনা লম্বী অদুদা চে মচেৎ অমত্তা খুনগে থিবা ফংখিদে। মসিনা ঐঙোন্দা অঙকপা অমা ওইনা থোকখি। অমোৎপা ভারতকী লম্বীদা চাউরকপা ঐখোয়নি; চে মচেৎ অমা ফাওবা লম্বীদা চাইথোক্কবা দেশ অমদা লাক্লবা ! ঐখোয়গী দেশগী মতৌগুম্না লম্বীদা ৱাইশিংপা মীসু উদে। মতৌ করম্না মখোয়গী লম্বীশিং অদুক নান্না লৈবা ওইথোকপনো ? অকোনবদদি ঐখোয়সু খঙলক্নে – গাড়ী থাফম পার্কিং, মীয়াম কোয়ফম পব্লিক পার্ক নত্রগা রেষ্টোরেন্টদা লাক্লিবা মীশিং পুম্নমক প্লাসটিক কী খাউ মচা অমমম মখুৎত্তা পায়রগা মনাক্তা তারিবা চে মচেৎ মকায় ফত্ত-হৌদিশিং মথৌমক ওইবমখৈ খুল্লি। মদুম্না অমোৎ অকায় খুন্দোকপা অদু য়াম্না লেম্বা

অফবা থবক ওইনা লৌনে। অমোৎ অকায়শিং অদু খোল্লগা মনাক নকপা **'দন্ত—বিন'** অমদা থাদে। মীপুম খুদিংনা মতৌ অসুম্না মখোয়গী লম্বী অসি লুনা নান্না থম্নবা হোৎনবা জাতি ওইবনিনা জাপান্না খ্বাইদগী নানবা দেশনি হায়বদা করি ঙক্লিংঙাই ওইবগে ?

**চাক-য়েনশাং ঃ**

ঐখোয়গা মখোয়গা চিঞ্জাক য়াম্না খেন্নে। মখোয়গী চিঞ্জাক অদু ঐখোয়না চাবা হৈনদে — পুক খক থন্দে। ঐখোয় মৈতৈদি পুক অসি চান্নলা থন্নবা চাবনি — অফবা মচি ওইগদবা পোৎ অদু খরদং চারগা লৈয়ু হায়বা যাবা জাতি নত্তে। করি অমুক হায়গনি — তল তরামুক চাবা লোইবদা ঙায়রি—চাক্তি কদাই হায়দনা হংলক্কনি। মরমদি তলদি চাক নত্তে — অসিনি। জাপানগা ঐখোয়গা চাক মথোং অমসুং চাবা খেন্নবননি — পোত্তি অল্পানি। ঐখোযগুম্না, মখোযগী মরূ ওইবা চিঞ্জাক্তি চেঙ (চাক) অমসুং ঙানি। জাপানগী চেংদি ঐখোয়গী চেঙদগী হেন্না মরেক মহাউ কল্লি। মী অমা চাকৌবদা অয়াম্বনা মখোয় চাক পুথোরক্কনি। জাপান্না য়াম্না কন্না মরাঙ কায়না শিজিন্নবা পোৎতি নুং হৱাইনি। নুং হৱাইদগী লৌবা/শাবা পোৎ ওম্ভোক্লা য়ামথ্রে। চাক পুথোরকপা অদুদা লোয়নানা নুং হৱাইদগী শেম্বা **'সূপ'** (মখোয়না মিসো কৌই), আচার খরা, ঙা নত্রগা শা খরা অদুগা সমুদ্রদগী ফংবা নাপী মখল অমা (নূঙশম্গুম্বা জাৎনি, মখোয়না নোরি কৌই, মচু মুই) মদু মৈদা লৌরগা হায়বদি **'তোন্ত'** তৌরগা পী। মসিনা লোইরে। জাপানশিংগী য়েলহৌঙৈদগী চারকপা চীঞ্জাক্তা শানা মরূ ওইবা পোৎচং নত্তে — ঙানি। অদুবু হৌজিক্তি মখোয় ষন-শা পাক শন্না শিজিন্নবা হৌরে।



শাশিমি

অতোপ্পা মওং অমদা চানবা শীনবসু লৈ। চাক অসি চদুম চদুম তারগা মদুগী মথক্তা থোংদ্রিবা ঙা অতেকপা অসি য়াম্না পা-না শোইরগা তোংহল্লগা পী ( মখোয়না মসিগী মমিং শাশিমি কৌই)। মদুগী মথক্তা নুং হৱাইগী সোস হৈজিল্লগা চাই।

জাপানশিং অসি ঈশিং থকপা ইউ-উদে। মদুগী মহুত্তা চাক চাবদা বিয়ার য়াম্না শিঙ্জিন্নে। চাক চাবা তোল্লগা গ্রিন-টি হায়বদি চাঙাং অসি য়াম্না পাম্না থকই। মসিগী চা অসি মখোয়গী মরোলদা 'ওচা' হায়। চা-ঙাং (কোচা) অসি শঙ্গোমসু চিনিসু অমত্তা হাপ্তনা থকপনি। মসিনি ঐখোয়গা মখোয়গা চা থকপদা খেন্নবা ঐখোয়গুম্না মখোযদি শঙ্গোম-চিনি হাপ্পা চা থক্তে। ঐখোয়না থক্লিবা চা অসি মখোয়না ইংলিস-টি হায়রগা খঙই। অদু নত্তনা জাপান্দা চা থক্কে -চা পীমু হায়রুরবদি চিনি শঙ্গোম য়াওদবা চা মহি পুথোরক্কনি।

জাপানগী খ্বাইদগী পাম্নবা অমসুং মমিং লৈবা য়ুদি 'সাকে' কৌই চেঙদগী শুংবনি। ঐখোয়রোমদগী পুকয়ু গুম্বনি। য়াম্না মেঙই, হায়রপ থুমই, অলকোহোলগী শরাক য়াম্না য়াওদে অদুনা ঙাওদে। লিক্লী অচৌবা অমদা হাপনৈ -ঐখোয়গী তিন-পাৱাগী লিক্লি অসিদগী শরাক অনি হেন্না চাউবা লিক্লিনি।

জাপানশিংনা য়াম্না পাম্না চাবা চীঙ্গাক অমদি হৱাইচারনি। মখোয়না নাত্তো কৌই। ইনশাং নাপী য়োনবা দুকানশিংদা হৱাইচার পেকেত্তা হাপ্তুনা য়াম্না য়োল্লি। মরুওইনা তোকিওগী লমদা মীনা য়াম্না তান্নে। হৱাইচার লোনবদি মখোয়গা ঐখোয়গা মান্নদে। ঐখোয়দি হৱাই লোনবা লোইরগা নোংমা নিনি ওস্বা চৎনৈ। মখোয়দি হিদাক মকুপ অমা চাইশিল্লগা মিকুপ্তা হৱাই অদু হৌহল্লি। য়াম্না নিংথিনমক হৌবা জাৎনি -পায়খৎলকপদা মরী মরী শম্নবনি। অদুবু মহাওদি ঐখোয়গী হৱাইচার য়ৌদে — খর অদুম খেন্নে। রসসু খরা অদুম ৱাৎলে, খুদক্তা হৌহনবা অদুনা ওইবা তাই। তৌইগুম্বসুং হকচাং ফবা অমসুং চিঙ্গাক্কী মগুন মাঙদবদি জাপানগী হৱাইচারনা হেনগনি।

## জাপানগী ধর্ম্মঃ

জাপান্দা বৌদ্ধ ধর্ম্ম লাকখিবদি তরুকশুবা শতাব্দী লোইরমদাইদনি। মদুগী মমাঙদা চহি লিশিং কয়াগী মমাঙদগী চৎনরক্লবা মখোয়গী হান্না লৈজরম্বা শিন্টো হায়বা ধর্ম্ম অমা চৎলমই। হৌজিক্তি জাপান্দা বৌদ্ধ ধর্ম্মগা শিন্টো ধর্ম্মগা য়ান্নরগা পুন্না চৎলি। জাপানশিংদা নখোয় করি ধর্ম্ম চৎলি হংলুবদা বৌদ্ধ ধর্ম্মসু চৎলি, শিন্টোসু চৎলি হায়না খুমলক্কনি। পোকপা অমসুং লুহোংবা

মতমদা মখোয়না শিন্টো ধর্ম্মগী হৌনবি মতুংইন্না পাঙথোকই তৌইগুম্বসুং মী শিবা মতমদদি বৌদ্ধ ধর্ম্মগী হৌনবি পথাপ মতুং ইন্না চৎলি। জাপান্দা হৌজিক বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎলিবা মী খুদিংমক্ মমাঙঙৈগী চৎনরকপা শিন্টো ধর্ম্মগী হৌনবী পুম্নমকসু অমত্তা থাদোক্তে। মতাং অসিরাইদা ঐখোয মণিপুরশিংনা চৎলিবা ধর্ম্ম অসিগা মখোয়গা মান্নবা য়াম্না লৈ। গৌব ধর্ম্ম চৎলবা মৈতৈ পুম্নমক মমাংঙৈগী সনামহী লাইনিংগী চৎনবি কয়াসু ঙসি ফাওবা থাদোক্তে। করম্বা মৈতৈগী ঈমুংদা সনামহী লৈমবেলগী খুভম খাক্তবা যাওবগে ? মৈতৈদা নত্তে, বামন্নসু, মৈতৈ পাঙলসু খাক্তুনা থম্নবি। অঙাং অমা পোকপা মতমদা অহিংদা ষষ্টি পূজা শোনবগা লোযননা অযুক্তা মাইবীনা ইপান থাবগী থৌবম পাঙথোকই। মাইবীনা— নচা লৌগেবা, য়াংকোক লৌগেবা হংবদা মমা অদুনা ইচা লৌগে হায়দুনা অঙাং অদু য়াংকোক্তগী লৌশিল্লি। মসিগী চৎনবি অসিবু ভারতকী করম্না হীন্দুগী সম্প্রদায়দা লৈবগে — মণিপুর নত্তনা ? করম্বা হিন্দুগী লুহোংবদা নুপী অহুম্না মখুত্তা লালটেন পায়রগা পুথ্রিদা ঙমু উশিল থাবগে ? ঐখোয়গা জাপানগা কয়াদা মান্নথ্রবনো ?



**জাপান্দা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী নীয়ম মতুং ইন্না লুহোংবা। কন্যা অসিনা 'সাকে' (য়ু) থকলি।**

শিন্টো হায়বা জাপানগী ধর্ম্ম অসিগী নুংগী ৱাখল করিনো ? শম্না ইংরেজী লোন্দা হায়রবদা এনিমিষ্টিক ধর্ম্ম অমনি। উ, ৱা, চীংমান নোং-নুংশিৎ অখাক-অরাও অসিনচিংবা প্রকৃতিগী খুৎশেমশিং অসিদা মথাই অমমম লোইনা পাল্লি হায়না শিন্টোনা থাজে। জাপান্না মখোয়গী শিন্টোগী লাই অসিগী মমিং **"কামি"** কৌই। মখোয়না থাজে — সংসারদা লেঙলি — পাল্লিবা পোৎচৈশিং, সিগী (জীব পানবা খুদিংমক য়াওনা) মনুংদা **"কামি"** গী আত্মা থুপ্পুনা লৈ। জাপানগী নীংথৌরেলশিং অসি নুমিৎ কৌবা লাইরেম্বীগী চাদা নাউদানি হায়নৈ লৌনৈ। ঐখোয়দি নুমিৎ অসি নুপা ওইনা (সূয্যদেব) নীংদুনা খুরুমই, মখোয়দি লাইরেম্বী অমনি হায়না লৌই — মমিংনা **"আমাতেরাসু"** কৌই।

শিন্টো ধর্ম্মগী মতুংইন্না খ্বাইদগী মতিক মগুণ লৈবা লাইদি **"কামি"** নি অমসুং জাপান্দা ঙসিফাওবা য়ুম খুদিংগী অমসুং লৈকায় খুদিংগী শিন্টোগী লাইশং শাদুনা **"কামি"** লাত্তুনা ঈরাৎ পুজা তৌরি। **"কামি"** হায়বা ৱাহৈ অসি জাপান মরোন্দা **'অৱাংবা'** নত্রগা **'থক্তা লৈবা'** হায়বনি । ঐখোয়গী অতিয়া গুরু শিদবা নিংশিংলকই।

মৈতৈগী সনামহি ঈরাৎ পুজাগা মান্নবা অমনা — শিন্টোগী লাইশংদা চঙদ্রিঙৈদা মী খুদিংমক্তা ঈশিং খিক্তোক্তুনা হান্না শেংদোকই। ঐখোয়গীসু লাইবুংদা চঙদ্রিঙৈদা তাইরেন মনা ঈশিংদা লুপ্পগা খিক্তোকপা অদুগা য়াম্না মান্নে।

খ্বাইদগী ঙকপা ৱাফমদি — লিরবা খুন্নুংগী ধর্ম্ম (প্রিমিটিভ রিলিজন) শিন্টো হায়বা ধর্ম্ম অসিনা ঙসিফাওবা অহিংবা ধর্ম্ম ওইনা য়াম্না কন্না চৎনরিবা অসিনি। জাপান অয়াম্বনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎচরবসু, শিন্টো ধর্ম্মবুসু খক থাদোক্তে — অনিমকপু চপ মান্ননা ঈকায়খুম্নবা উৎলি। মতৌ অদুগুম্না ঐখোয়সু গৌর ধর্ম্ম অমসুং সনামহি লাইনীং অনীমকপু চপ মান্ননা ব্যবহার তৌবদা শোয়দনা লৈপাক মরা তপকনি। জাপানদগী ঐখোয়না তমজনীংঙাই ওইবা অমদি হৌজিক্কী মতমগী সাইন্স অমসুং টেকনোলোজিদা খম থেংনা চাওখৎলগসু মহৌশা য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লবা মখোয়গী অরিবা তোপ তোপ্পা সংস্কৃতিবু খক্ থাদোক্তে; অনিমক অসি মচল চানা য়ানশিন্দুনা মান্নবা চাংদা থমই। মসিনি মখোয়গী মগুন। ❑

## মৈতৈ জগোই উৎলুবা জাপানগী সহরশিং

1. 24/7 Akakomari-mur/Niigata/Akadomanı-mura.
2. 27/7 Sendai City/Miyagi Pre./Pendai City.
3. 38/7 ibd.
4. 31/7 Yokohama City/Kanagawa Pre./Executive Committee.
5. 2/8 Bato-cho/Tochigi Pre./International-Exchange Comm.
6. 3/8 Narugo-machi/Twate Pre./Ececutive Commıttee.
7. 4/8 Iwauzuma-machi/Twate Pre./Executive Committee & then back to Mithila Musuesm.
8. 14/8 Matsuyama-cachi/Miyagi Pre./Matsuyama-machı.
9. 18/8 Tokamachi City/NIigata Pre./Executive Committee.
10. 20/8 ibd./Akakura Elecentary School.
11. 22/8 Tajimi & Halt till 23/8.
12. 25/8 Imabari City/Ehime Pre./Executive Committee.
13. 27/8 Oguni-machi/Kumamoto Pre./Oguni-machi.
14. 29/8 Fukuoka-City/Fukuoka Pre./Fukuoka Cıty.
15. 30/8 ibd. Fukuoka
16. 1/9 ibd. Fukuoka
17. 3/9 Yamaguchi City/Yamaguchi/Youth Internationsl Exch. Comm.
18. 6/9 Kagoshima
19. 7/9 Miyakonojyo Ciyt/Miyazaki/Executive Commıttee.
20. 10/9 Atami City/Shizuoka/Executive Committee.
21. 11/9 Yokaichi City/Shiga/Executive Committee.
22. 12/9 Tajimi City/dify/Executive Committee.
23. 15/9 Matsue City/Shimane/Executıve.
24. 16/9 ibd.
25. 18/9 Fukuoka City/Dukuoka/Fukuoka City.
26. 19/9 ibd.
27. 20/9 ibd.
28. 21/9 ibd.

29. 22/9 ıbd.
30. 23/9 ıbd.
31. 24/9 ibd.
32. 28/9 Yokahama City/Kanagawa.
33. 30/9 Yokohama City/Kanagawa.
34. 1/10 Sumida-ku/Tokyo/Asıa Club.
35. 3/10 Hachıjyo-Jima/Tokyo/(expected)
36. 5/10 Aogashima-mura/Tokyo/Aogashim,a-mura.
37. 9/10 Niıgata City/Niigata/Executive Committee.
38. 11/10 Murakami City/Niigata/Executive Committee.
39. 12/10 Shıbata City/Niitata/Executive Committee.
40. 13/10 Yamato-match/Niigata/Executive Committeed.
41. 141/0 Niitsu City/Niigata/Executive Committee.
42. 15/10 Meabash Cityl City/zunma Prefacture.

## জাপান্দা চৎলুবা কাঙলুপকী মমিং

1. RATAN THIYAM　47才
   ラタン・ティヤム　団長・俳優
2. CHONGTHAM SAMARENDRA SINGH　58才
   チョンタム・サマレンドゥラ・シン　マネージャー
3. HAOBAM IBOCHAOBA SINGH　50才
   ハオバム・イボチャオバ・シン　ドラマー
4. THOUNAOJAM MEGHACHANDRA SINGH　21才
   トウナオジャム・メガチャンドラ・シン　ドラマー&ダンサー
5. HAORONGBAM RAJMANI SINGH　23才
   ハオロンバム・ラジマニ・シン　ドラマー&ダンサー
6. GURUMAYUM LOKEN SHARMA　26才
   ギルマユム・ロケン・シャルマ　ドラマー&ダンサー
7. AMOM DEVEN SINGH　23才
   アモム・デヴェン・シン　ドラマー&ダンサー
8. WAHENGBAM BROJENDRO MEETEI　25才
   ワヘンバム・ブロジェンドロ・シン　武術アーティスト
9. WAHENGBAM SUNIL SINGH　19才
   ワヘンバム・スニル・シン　武術アーティスト
10. WAHENGBAM LOKENDRO SINGH　24才
    ワヘンバム・ロケンドロ・シン　武術アーティスト
11. GOTIMAYUM MANISANA SHARMA　18才
    ゴティマユム・マニサナ・シャルマ　ドラマー
12. NAMEIRAKPAM BOYNAO SINGH　12才
    ナメイラクパム・ボイナオ・シン　ドラマー&ダンサー
13. YAMBEM SUNILKUMAR SINGH　26才
    ヤムベム・スニルクマル・シン　フルート
14. THOKCHOM UMARANI DEVI　26才
    トクチョム・ウマラニ・デーヴィー　ダンサー
15. HUIREM SUSHMA DEVI　19才
    フイレム・スシュマ・デーヴィー　ダンサー
16. NONGTHOMBAM BABITA DEVI　26才
    ノントムバム・バビタ・デーヴィー　ダンサー
17. LAISHRAM MANDAKINI DEVI　23才
    ライシュラム・マンダキニ・デーヴィー　ダンサー
18. HAOBAM SUNITIBALA DEVI　18才
    ハオバム・スニティバラ・デーヴィー　ダンサー
19. NINGOMBAM USHARANI DEVI　17才
    ニンゴムバム・ウシャラニ・デーヴィー　ダンサー
20. YAIKHOM SAYALAKSHMI DEVI　22才
    ヤイコム・サヤラクシュミー・デーヴィー　ダンサー

